ꯅꯤꯡꯁꯤꯡꯂꯤ ꯍꯧꯈ꯭ꯔꯕ ꯃꯇꯝꯗꯣ

# নীংশিংলি হৌখ্রবা মতমদো

নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ



ꯅꯤꯡꯁꯤꯡꯂꯤ ꯍꯧꯈ꯭ꯔꯕ ꯃꯇꯝꯗꯣ

# নীংশিংলি হৌখ্রবা মতমদো

নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ



পূর্ণিমাসি কম্যুনিকেশন্স, গুবাহাটি

অঙাং ওইরিঙৈদগী ঐবু
বারেক-বাতেম্বিদুনা
পুন্সি-হিমায় চুম্বিরকখিবা
পুন্সিচুপ্পা মখোয়গী লমন শিংজল্লরোইদবা
অহন-লমন লাইগুরুশিং
পুন্নমক্কী খূয়াথেম্বালদা

# ৱাহৌদোক

মতম্না অসুম অসুম হৌখি, পুন্সিনা অসুম অসুম তেনশিল্লকই, মোমবতিনা চাক্লা চাক্লা তেনশিল্লকপগুম। খল্লুবদা নুংশিরকই। অঙাং ওইরিঙৈগী পুন্সিদো ঙরাংতো ওইরবোই খল্লি। মিৎমাঙদা চোংথোরকই শংশংনা ইশুং-ইমাম্নবশিং, হৌমিন-কামিন্নরকখিবশিং— কয়ানা নোকহল্লি, কয়ানা কপহল্লি, কয়ানা হরাওহল্লি, কয়ানা তেংথাহল্লি— খাঙ্ঙুথক্তা কেনখিবা লৈরাং কয়ানি, মালং শহমদা কেনখিবা লৈনা কয়ানি। অকাউবগী লৈচিন-নোংফাই মরক্তা অসুম অসুম চিকমাঙনখিবনা কোঙ্গাই অমনি।

ঙসি পুন্সিগী নুমিদাংবাইরম অসিদা মিৎলু পিরাংনা খাম্বা য়াদনা শিন্থুরি নীংশিংলুবদা ঐবু পোকপিরম্বা পলেম-পম্থৌ, ঐবু মী ওইহন্নবদা ৱাজখিবা অহন-লমনশিং। মখোয়গী তৌবিমল মখোয়গী লমন হন্দক্কী মপোকসিদদি লায়রদুনা মপোক-লাংওন তরেৎতসু শিংঙম্লোই। মখোয়গী মফমদা লঙজখিবা ইরালশিং অদু ঙাকপিয়ু হায়না খুকউ অনী লৈতানা খুবাং চাংজৌ তরা লোম্নমা ইকোক অসি নোঞ্জনা খুরুমজরি মখোয়গী খুয়াথম্বালদা।

ঐদি ইচম চম্বা মীচম্নি। ঐগী পুন্সি ৱারীনা থোইদোকপা ৱাহম্থোক অমা কনাদসু পীবা ঙমগনি থাজদে। অদুমকপু অদুঙৈগী হৌখ্রবা মতমগী ৱারীদো মখোয়দা তাহঞ্জনীংই। তাহঞ্জন্নীংই মতমদুদা উজরকখিবা, থেংনজরকখিবা থৌদোক-ৱাথোকশিং, মতম অদুগী য়ুম্বান-কৈবান, সমাজগী ৱাখল-মিৎয়েং হৌজিক্কী মীরোলদা খরদং ওইরবসু লীদুনা। অদুঙৈগী শক্তম অদো ঐখোয়গী মীরোল অসিদা অঙকপা ফংনা হোংখ্রে। হৌজিক্কী মীরোলনা অহোংবা অসিগী ৱারী তারগা ঙক্কনি, থাজবা ৱাগনি। লাইজ-ঈশিংনা ঈমায়চোম্না নিকনিক লাউনা লৈরম্বা তু-খোং, পাৎ-তুরেল অয়াম্বা ফুনখ্রে, অশংবা উপাল ৱাপালনা শোঙনা লৈরম্বা চীংমান লোইনা মরু কোকখ্রে— লোইনা শক্লোন হোংখ্রে। নোংঙাল্লমদাইদা চরোইনা তেতু খোংবা তাখিদ্রে, ক্বাক্লা লানবাউ শন্দোকখিদ্রে। অঙকপা অওনবনি। করম্বা হেলোইগী মিত্রংনো খঙদে।

বারীশিং অসি হৌজিকী মীয়োলদা শুক্লা থোক্লনি, থাজবদা বাগনি। অদুবু বারীদি লীবা তাবনি, মখোয়বু তাহনবা তাবনি, সমাজগী হোংলকখিবা য়াওল মখোয়বু খঙহনবা তাবনি।

*পুন্সিগী অবা-নুংঙাই* মিংথোন্দুনা পুন্সি বারী অসি গুৱাহাটিদগী ফোঙবা চেফোঙ *ইচেম্মা* দা মথং-মনাও নাইনা এপ্রিল ২০০৬তগী ডিসেম্বর ২০০৭ ফাওবা ফোঙখিবনি। লাইরিক ওইনা ফোঙবা মতাং অসিদা মমিং অদো ওন্থোকচরে *নীংশিংলি হৌখ্রবা মতমদো* হায়না।

লাইরিক অসি ফোঙবদা ইচেম্মগী এডিটর ডাক্তর ফুরিৎশাবম বীরমণি অমদি এ.সি. নেত্রজিৎ অনীনা চাউরবা থৌদাং লৌবিখি। মখোয় অনীবু হন্না হন্না থাগৎচরি, লোয়ননা লাইরিক অসি ফোঙবিরিবা *পূর্ণিমাসি কম্যুনিকেশন্স* পুসু।

সেংথোঙ্গম ব্রজমোহন সিংহ



ঐখোয়গী শূমাঙ মতোন্দা ইবাই নবদ্বীপকা লোয়ননা, ১৯৫০



ফুটবোল শান্নরুরগা হল্লকপদা হোস্টেলগী ইমান্নবশিংগা, ১৯৫১ (শিলচব)

## ১

শাংলবা পুন্সি খোঙচৎ অসিদা অবা-নুংঙাইগী থৌদোক-বাথোক কয়ানি মশীং লাকওমদনা থোকখিবা— খরনা শংশং শংশং নীংশিংলি, খরমনা মমি-শামি ওইনা, কয়া অমনা চিকমাওনখ্রে অকাউবগী লৈচিন-নোংফাই মরুমদা। হৌজিক নীংশিংলিবা কয়াসু লেপ্পা নাইদনা চেল্লিবা মতমগী ঈচেলনা তুরেলগী কাওশীংগুম অসুম অসুম চেহ্থিদুনা লাপথোকহনখিগনি, অদুদগী খঙহৌদনা চিকমাওনহনখিগনি। নুংশিরকই নীংশিংলুরগা হৌরবা পুন্সিগী থৌদোক-বাথোকশিংদো, অদুঙৈগী অবা-নুংঙাই বারী কয়াদো শাংলবা পুন্সি লম্বী অসিদা চৎনা চৎনা।

অঙাং ওইরিঙৈগী ইহান-হানবা থৌদোক অমা হৌজিকসু মমি-শামি ওইনা নীংশিংলিবা হায়বা তারগদি ঐনা অহানবা স্কুল কাবা অদুনি। নুংশা ময়েক শেংনা শাই অয়ুক অদু। ইমাখোয় ইবোকখোয়না চেঙহী-সাবোন তৌদুনা ঐবু ফজনা ঈরুজথোকপিখি। মথুম-মরাঙ হৌবগুম তৌখি মখোয় লোইনা। মরমদি ইমুংগী অনীগুবা অঙাংনি স্কুল কাগদৌরিবসি। তাচৌগী হেক মথংদা ঐ— ইপঙ্গৌনা পোকপা তাচৌ। ইথক্তা ইচে অনীবুদি লৈ— অমনা ইপঙ্গৌনা পোকপা, অমনা ঐগা পোকমিন্নবা। অদুবু মখোয়দি নুপীনিনা স্কুল কাবগী বা লৈতে। নুপীনা লাইরিক হৈরগা নুপাদা চিঠি পীননবনি— মসিনি মতম অদুগী লায়েংবা বারবা সমাজগী লায়না। লায়না অদুনা ঐখোয়গী অহন-লমনশিংসু নারমদবা নত্তে।

অহনবা ফুরিৎ-খোঙগ্রাউ শেৎতুনা অহনবা খোঙউপ উপতুনা তাচৌগী মতুং ইন্দুনা ঐ হরাও হরাওনা স্কুল কাখি। খোঙউপ অহনবগী গ্যাও গ্যাও মখোলনা ঐগী হরাওবদা মথোই হাপখি। মতম অদুদা খোঙউপ তোংদুনা স্কুল কাবা হায়বসি কদাচিৎনি। ঐগী খোঙউপ অদু লৈবাকহৱাই মচুনি, মামচৌনা লৈবিরকপনি— ইমাগী মবুং মামচৌ। মতম অদুগী শউন খোঙউপ অহনবদি খোঙথাং খুদিংগী মখোল গ্যাও গ্যাও থোকই। মখোল থোক্লিবা অদুব্কী মতীক অফবা খোঙউপনি হায়না লৌনরম্মী। ঐখোয়না পাখং হাইফেৎ ফারকপা ফাওবা মসি থেংনরকখি।

অহানবা স্কুল কাবদো ঐ চহী কয়া শুররিদবা ঐ চপচানা খঙদে। পৃথিবীগী অঙাং খুদিংমক্তা মশা মশানা পোকপগী নুমিৎ-থা-পুংফম খঙহৌদবগুম ঐসু ঐনা

পোকপগী নুমিৎ-থা-পুংফম খণ্ডহৌদে। জন্মকুঠিদদি ঐনা পোকপগী মতাংদা অসুন্না ই— শকাব্দ ১৮৫৬, সন ১৩৪১..... অগ্রহায়ণস্য তৃতীয় দিবসে সোমবাসরে শুক্লপক্ষে চতুর্দ্দশাং তিথৌ রাত্র এক প্রহরা সময়ে— (শকাব্দ ১৮৫৬, বাংলা সোন ১৩৪১..... অগ্রহায়ণগী হৃদ্নি চনবা শুক্লপক্ষগী তরামরিনি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎকী নুমিদাং প্রহর অমগী মতমদা)। কুঠিদা ইংরোজি থাজৎ-কুমচৎ ইবসি মতম অদুদা চৎনরমদে। মাংই হায়না খন্নবা ওইরিগদ্রা? ওইরম্বসু য়াই। কুঠি হায়বসিদি লাইগী মরোনদা ইবা লাইবানি, লুপ্রবা শেংপ্রবা পোৎশক্কি। মসিদা মলেছগী থাজৎ-কুমচৎ য়াওবা! বিষ্ণু বিষ্ণু !

অদুবু হৌজিক্কী পৃথিবী পুম্বদা চৎনরিবা গ্রেগোরিয়ান ক্যালেণ্ডরগী মতুং ইন্না পোকপগী নুমিৎ-থা খণ্ডদবা য়াদবগী মথৌ মতাং মতাংদা লাকই। মদু খণ্ডননবা হোৎনবদা মতম হাইফেৎ চণ্ডখি।

গ্রেগোরিয়ান ক্যালেণ্ডরদা ওয়্যোক্লগদি নবেম্বর ১৮, ১৯৩৫ ওইবা তাই ঐগী ইপোক নুমিৎ অসি। কুঠিদা পল্লিবা দশা-লাংবনগী বা ঐ থোইনা থাজদে, ঐদৌনা থাজদবা মীসু কোঙ্গাই অমা লৈরমগনি। অদুবু কুঠি ইবগী চৎনবীসিমদি থাগৎতবা ওমদে। কুঠি ইবগী চৎনবী লৈতবা কাওবুগী মীশিংদা মখোয়গী মপোক নুমিৎ হংলুরবদি মখোয় চপ-চানা হায়বা ওমদে, হায়বা ওম্মোই। হংত হংলুরগা খুম্লক্কনি— ইমানা হায়বদদি ঐসে অদুওৈ চাক য়াম্না তাওবা চহীদো অদুদা পোকপনি হায়। অমদমুক হংলুরগদি খুম্লকপা য়াই— ঐখোয়গী ইপুবোক্লা হায়বদদি, চহী কুইরবা মমাওদা অমুকখক ঈশিং য়াম্না চাউখি, মদুদা ঐসে কাফে কাফে চৎপা ওম্নে হায়। মসিদবু পোকপগী অশেংবা নুমিৎ-থা। য়াম্না লাপপ্রে। হৌজিক্তি পোকপ-শিবগী রেজিস্ট্রেসন ওফিস লৈরে। অদুবু লোইশঙ অসিনা পীরিবা পোকপগী নুমিৎ-থা অসিবু কয়াম্না চুম্লিবগে? লাম্না লাম্না হায়জিল্লগা ইবনা অয়াম্বনি। স্কুলগী সার্টিফিকেটতা ইরিবা পোকপগী নুমিৎ-থা অদুসু তথৈবচ— অদুমণ্ডাই। অদুননি কুঠি ইবগী চৎনবীসিবু থাগৎতবা ওমদ্রিবসি। চৎনবীসে মাওহন্দবা ফৈ।

ঐনা স্কুল কাবা হৌবগী চহী মতাংদো খুঙ্গংগী মিৎয়েংদা হাইফেৎ নৌরিবা ওইবা তাই। অদুনা লম্বীদা থোক্লুনা য়েংনবা য়াওই, নুংশিনা অচাপোৎ পীজবসু য়াওই। নোংমদি, চহী খরা মতুংদনি, সয়োক-কারোংগী লম্বী মপান্দা ওংশং ওংশং ভাওবা কোমলা ময়াম অমা পৈদুনা য়োনবা মকোই চোম্বা ময়াং অমনা কোমলা অমা পীরগা ঐভোন্দা হায়রকখি— সে, কোমলাসে চাউ, নওসে নোংমদি অচৌবা মী অমা ওইরক্কদৌরিবনি। নুপাদুনা ঐবু য়াম্না নুংশিরুরমাম্লে।

ঐখোয়গী স্কুলদো য়াম্না লিরবা স্কুলনি। স্কুলসিদা ইপা-ইতোনশিং লোইনা তমখি। ইপুশিংগী বাদি খণ্ডদে, মখোয়সু তম্নম্বা য়াই। কোম্না চাউরগা খণ্ডলকপনি,

স্কুল অসি ১৯০৪দা লিংখৎপনি। শিলচর মহকুমাদা ওইরিগদ্রা, কাছাড় জিলাদা ওইরিগদ্রা ১০৫ শুবা স্কুলনি। অদুনা মমিং নং ১০৫ মণিপুর পাঠশালা কৌই। চম্মন্নবা অমদি ঐঙোন্দা ফনা চাউরবা ফাওবা লৈরকখি। স্কুলগী মমিং করিগীদমক্তা মণিপুর পাঠশালা হায়না থোল্লম্লিবনো? স্কুলনা লৈরিবা মফম অসি মণিপুর নত্তে, কাছাড়নি; খুনগী মমিংনা পালারবোন্দ, মৈতৈনা ফালিরবোনসু কৌই। চহী কয়া মতুংদা খুড়াতোন্না য়ুমদা মরক মরক্তা সাধারণজ্ঞান তাকপিবা মতমদা লংলা-লংজিন অদো কাওথোরকখি। খুনগী খা-রোম থংবদা নুংফৌ তুরেলনা চেল্লি, কিলোমিটর অনীরোম চৎলগা বরাকতা তিনম্লি। মতম অমদা নুংফৌগা শম্নরম্বা খোং অমা খুনগী ময়াইমক্তদা লৈ, মমিংনা বাগা কৌই। বাগাগী নোংচুপ থংবা শরুক্তা চন্দ্রপুর মৌজাগী মনুংদনি, নোংপোক থংবা শরুক্তা মণিপুর মৌজাদা চল্লি। মণিপুর মৌজাগী মনুংদা লিংখৎপা স্কুল ওইবনা মমিং মণিপুর পাঠশালা থোনখিবনি। অদুবু মৌজাগী মমিংনা করিগীদমক্তা মণিপুর কৌরম্লিবনো হায়বসিমদি হৌজিকসু চম্মন্নরি।

তাচৌগা ঐখোয়নী ওন্না ওন্না স্কুল কায়। মসিগী মরম অমা লৈরম্মী। ঐখোয় অয়ুক ওক্তা হৌগৎলগা চজিক্তা চরা ৰাল্লবসু স্কুল কারমদাইসিদি য়ুমদা চাদে। মামচৌখোয়গীদা চারুগদৌরিবনি— য়ুম্নামগী মামচৌ, ইম্মাম্বৌগী মবুং অহন। য়ুম্নোন মরি-মওা লাল্লগনি। ইনেচৌবীনা চৌবৃ থোংলগা ঐখোয়বু ঙাইদুনা লৈরমগদৌরিবনি। ফোংফোং শাবা চৌবৃদো পুখমদা থিদোক্লগা থুমগা তোৎতুনা মচানুপা অহনগা ঐখোয়বু পীজগদৌরিবনি। কয়াম্নদি হাউখ্রে ! মচানুপা অহন ইবাই ইন্দ্রকুমারসু ঐখোয়গা স্কুল কামিম্রে। নোংফাদোক ঐখোয়না চারিবদো য়েংলগা মামচৌনা নোং খোংবদৌনা লাউরক্কদৌরিবনি— য়াম্না য়াম্না চাওনেহে থাংচকৈমচাশা, য়াম্না চাদনবু নশাদু করম হায়না কনগদৌরিবনো। মখোলতা নত্তে, মামচৌদো মূর্তিসু ভীমনি, চাবদসু। অয়ুক, নুমিৎ মাঙোন ময়াই য়ৌবগী অদুবাইদা, চিনি অঙাংবগা শঙ্গোমগা থুম্না লোনবা চাদো চাউরবা চাইশেন অমনি থক্লিবা, লোয়ননা চেম্পাক পুখম অমা। অয়ুক থবক কম্না শূরবসু নুংথিলদি থোইনা শূদে। অয়াম্বা মতমদা চন্দোন-চৰা ফজনা থিল্লগা মফি নাম্না শেৎলগা মাঙোন্দা নৎত্রগা শঙ্গোই অচৌবদুদা ফক থারগা ব্রাহ্মণমচা অনীহম ব্যাকরণ তম্বি— ঐখোয় খুনগীসু মীখুনগীসু। লৈবাক্তা অঙাংহন পণ্ডিত হায়রগা খওনৈ। রামায়ণ, মহাভারত, ভাগবত... চীনফা পুবগা চপ মাম্নে; খুনগী লাইরিক তৌবা, লাইরিক থীব-হায়বা মহাক্তা অয়াম্বা তৌই। মীখুনদসু চৎলি।

ঐখোয়গী মথংগী পরাউসে উরুম লৈকাইদনি, তাদো শ্যামপ্রভাখোয়গীদা -- লাওথ্রবা পরাউ অমদগী চিকথ্রবা পরাউ অমদা। মখোয়গী ইমুংদো বা কম্না ঙাওনবা অমত্তা য়াওদে, মশাসু চিবি য়াঙ্গংবা ঙাক্তা। ইচে অনীদুতংদি খরা নোয়ম্রা ! ঐখোয়বু উবগা ইপনগী নৌখ্রবা মখোল অদুনা কৌশিল্লক্কনি— নখোয় লাক্লেদনা, চংওকউ

চংঙকউ। ইপনদো সুনারীনি। মতম অদুগী চৎনবী মেক্রুকতা য়োম্বা সনাগী তকমান, নায়িন, পুমদারিক্লচিংবা শাই। অদুবু লুপাগী খুজি, খোঙজি, খুদোপ্পচিংবনা হেন্না শাই। অয়াম্বা মতমদা পাওমুপী অনীছম মনাক্তা ফমদুনা লৈরম্মী, মখোয়গী লুপা খুজি-খুদোপনচিংবদো লোইবা ঙাইদুনা। ইপনদো নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা উতোংদা মৈফু কামদুনা নুংথং মচা-মচানা তেক্তেক্ তৌদুনা লৈরবসু মখোয়গী ইমুংগী ফিভমদি ইফৎ ফৎলমদে। অদুবু মচানুপানা লাইরিক ফবদুদনি ইমুং পুম্বনা নুংঙাইজরিবা। তাচৌগা মহাক্কা ক্লাশ অমত্তনি। মরক মরক্তা মখোয়গী লাইরিক ময়ামদো ঐখোয়বু পুহল্লি। মদুদা ঐখোয়না হরাওজবদুদি ! মীনা উবদা লাইরিক য়াম্না হৈবা মান্দোরিবা।

ঐখোয়গী স্কুলদো টিন্না কুপই, অদুবু কাদি অমখক্তনি। ময়ুংনো ঙম্বা কাদুগী নোংপোকলোমদা ওজাগী টেবল-চৌকি, নাকন অমদা ব্লেক-বোর্ড, নাকন অমদনা চে-চাং থম্নবা উপুমচা অমা। নাকন অহুমদা ফক্লাং ময়াদা বেঞ্চ খরা— অনেম্বদগী খরা খরা অসুম বাংখৎখিবা— প্রথমমান দ্বিতীয়মান অমদি তৃতীয়মানগী ছাত্রশিং ফম্নবনি। ময়ায়দনা অঙাং অম-মম ফম্বা য়াবা বোরা অমদি পোঙফক মচা খরা প্রথমভাগ অমদি দ্বিতীয়ভাগকী অঙাংশিং ফম্নবা, ময়ুম ময়ুমদগী পুনরকপনি। অবস্থা ফবা ইমুংদি মচাশিংগী পোঙফক লৈবি, বোরাদা ফম্নবদি লাইরিক হৈরোই হায়না খঁন্নে। পোঙফক মচাশিংদু স্কুলদগী কুম্লমদাইদা ফক্লাংদা য়াল্লগা থম্লমগনি, কারক্লগা অমুক লৌথদুনা ফমগদৌরিবা।

ক্লাশনা মঙানি, ওজানা অমখক্তা, অহনসু ওইরে, মকোক পোক্লা পুমঙৌ ঙৌরে। ফক্লাংদা চেবাং অমদা স্কুলগী মিং ইদুনা থেৎলি, মথাগী পরেংদা ওজাগী মিং— প্রধান শিক্ষক ঃ শ্রীরজনীকান্ত চক্রবর্ত্তী। মতোমতা লৈরবসু ওজা মকোকনি। বাংগালী ব্রাহ্মণনি, ছাত্রশিংতা নত্তনা খুনগী অহন-লমনশিং অয়াম্বনসু অজ্জা হায়না কৌই। অজ্জাদো মতোমতনা ক্লাশ পুম্নমক তাকপিবা ৰাবনিনা প্রথম ভাগ অমদি দ্বিতীয় ভাগকী অঙাংশিংদি দ্বিতীয় মান অমদি তৃতীয় মানগী অঙাংশিংনা তাকহল্লি। বানান তৌবা, মশীং থীবা, নামতা (গুপ্লাক) চীনফা পুবা— অঙাং অমনা হায়রগা ময়াম মখৌ পোকখায়বমখৈ খুমগদৌরিবনি। পারাসু খরা চাউবা অঙাংশিংনা লৌই। পারা ফারগা শ্লেটটা চাউনা ইগদৌরিবনি লৈইনা কোয়শিন্দুনা 'পড়া শুদ্ধ', ফাত্রগা 'পড়া ভুল'। পড়া ভুল ওইবশিংগী চৈরাক্লা অজ্জানা পীগদৌরিবনি।

অ আ ক খ.... ময়েক খরা খরা চৎলক্লবা মতুংদা ঐ বানান তৌদুনা ৰাহৈ পাবা খয়া খরা হৈরক্লে— বক ধর, বল ধর, অধর কলম ধর। ঐ খংপ্রেক খংই, খংলেপ লেপই। কদায়দগীনো অধরনা লাইরিক্তা য়াওরক্লিবসিবু ! অধর, ঐখোয়গী ইমান্নবনি, ঐখোয়গী মমাঙদা লৈবা ডুম মচানি। করম হায়ননো মহাক্লা লাইরিক্তা

য়াওরম্নিবসিবু? লাইরিক্তা য়াওজরবসু অথর মশামক্তি মোংমতা পারা ফাদে। নুমিৎ খুদিংগী চে চায়। শ্লেট পুরক্তবগীসু নুমিৎ খুদিংগী লেপই, থীন-থীনসু চেবি অজ্ঞানা। অদুবু চান-থক্লবা ফাওবা লৈতবা লাইরম্রবা মমা-মপানা কদায়দগী শ্লেটনো লৈবিগদৌরিবা, লৈবা ওম্বগী উপায় লৈতে। অজ্ঞাগী চৈরাক্তি লেপ্তে— শ্লেট য়াওদনবু লাইরিক তম্বা য়াবরা, কদায়দা লাইরিক ইগদৌরিবনো, লাইরিক ইদনা লাইরিক করম হায়না হৈগদৌরিবনো। চৈরাক লেপ্তবদগীদি মতম খরা মতুংদা অথরদো স্কুল অদুম কারকখিদ্রে, পুল্লিগী ওইনা স্কুলদগী বিদায় লৌদ্রে। খরা লৈরগদি কদায়দনো লাই ওক্লরুই হায়ব্রা করিনো লায়েংবা ওমদদুনা সংসারদগীসু বিদায় লৌদ্রে। ঐ কয়াতা নুংঙাইখিদ্রে।

অজ্ঞাগী চৈ য়াম্না চাখিবা ইমান্নবা অমগসু লৈরম্মী। মরৈ শার্থীনা লোমই। মমিং হংবদা খুম্লক্নি— কা কা কা কালা কালাচান। তশেংনমক মমা-মপাগী মফমদদি ব্রজগী অমুবা থাজ অদুমকনি। মপাগী মমিং হংবদসু হেক্তা খুম্লক্নি— তা তা তা তা-পুং তা-পুংজেবা। মপাদো পুং খরা খরা য়ৈ। অদুনা ময়াম্না তা-পুংয়ৈবা হায়না কৌই। মদুমক মপাগী মমিংনি হায়না মচানা খঞ্জে। মরৈ লোম্বদুনরা খঙদে খরা পংতক-চুতকই, পারাসু ফাগন্দে। অদুনা অজ্ঞাগী চৈ তোয়না চায়। চৈদো খাঙবা ঙম্নবা মহাক্লা ফুরিৎ মরোন মরোম্নি লিংলক্লিবা, হমাংনা জ্ জ্ শিন্থবা শাপ্রবা কালেনদসু। মচেমশিংগী মবক্তা মতোমতনি নুপা। অদুনা মাগী ফুরিৎখাউশিংদুদা নুমিৎ খুদিংগী অচাপোৎ মখল মখলনি য়াওরক্লিবা— লৈবাক হরাই, মোটোর অঙৌবা, বোরোই, চোর্কোন....। মতোমতা চাদে, মমান্নবশিংদসু পীজগদৌরিবনি। নোংফাদোক অচাপোৎ লোইখিবা থোক্লগনা মশীংথীবা তম্নবা মঙ্গেমরুশিংদুদা তাইনগদৌরিবনি। নুমিৎ খুদিংগী মাগী ফুরিৎখাউদা পৈশা অঙাংবী অনীহমসু শোয়দনা য়াওই। স্কুলদগী হনবদা দুকান্দগী মিথাই লৈগদৌরিবনি। মাগী য়াম্না ফবা অমনা ওজানা ফম্না ফুরসু চৈরসু স্কুল কারকপদি লেপ্তে। অদুবু নোংমদি লেপখি, পুংলেপ লেপখি— পাউদো য়ৌরকখি, কালাচান্দ লৈত্রে, ঐখোয় পুন্নমকপু থাদোক্তুনা লাইরৈবাক্তা চৎখ্রে। লাইয়ৈনি হায়নৈ। কয়াতা নুঙাইখিদ্রে, ফম্না কুইনা থম্মোয়দা চৈনাখোল ফাওদুনা লৈখি। অহন-লমনশিংনো ঈশ্বরগী মফমদা বারৌনা হায়বদো তাখি— ওম্থোক্লসু নুংশিহৈখিদ্রেদকো হে ঈশ্বর নঙসে, মচানুপা অমতং য়াওজবদা ওম্থোক্লা নুংশিরবা মতাংদা পৎ হেক থদৎতুনা পুবিখিবা !

ঐসু নোংফাদোক্তি অজ্ঞাগী চৈরাক ফংখিদবা নত্তে। নুমিৎ খুদিংগী পারা ফাগনবা অঙাংনা নোংমদি পারা ফারক্তবদুদা অজ্ঞাদো য়াম্না শাউনীংলুরমাম্লে। ক্লাস পুন্নমক ছুটি থাদোকপ্রগা ঐখোয়খক্তা চৎহন্নদনা থম্লে। ইকায়বগা নুংঙাইতবগা ঐ পি চদুম চদুম তানা কপ্লে। অদুদগী ঙাইহাক লৈরগা মিৎ উইশিন্দুনা তুমশিন্নরে। অজ্ঞাদো

ভাব তামাম্লে, ঐবু তাহন্দনা ইঙ্গিৎতা 'ছুটি' হায়বগুম তৌরকই। টেবল মখোঙদা ঙাদুনা লৈরিবা শ্লেট অদো তাপ পায়রগা ঐনা খ্বাইদগী মমাঙ থানা চেষ্পোরকপদুদি। অজ্ঞাদো নোকমি নোকমি য়েংদুনা লৈহৌই।

ঐখোয়না ঙন্না ঙন্না স্কুল কারবসু অজ্ঞাদি থেঙনা থেঙনা লাকই। অদুবু লক্ষীপুররোমদগী ডাকগাড়ি (মেল পুবা লোরি) লাক্লবদি অঙাংশিং সরোক্তা শান্নরম্বদগী স্কুলরোমদা চেনশিন্নে। ওজা য়ৌরক্লনি, বাঁশকান্দি ডাকঘরদগী মাইল অনীরোম শাংবা লম্বীদো য়ারবদি মাইল অমদা চিংশিন্নবা কুপথাং কুপথাং চেনবোই লাকপোই তৌদুনা য়ৌরক্লনি। মখোঙদা খোঙউপ য়াওদে, নোংমতা খোঙউপ উপ্পা উখিদে। সরোকথাউ (কোয়লাস) শৌদোকপা কালেনগী শারবা নুংশাদসু অদুমঙাই। হমাং জ্ব্ জ্ব্ শিন্থনা য়ৌরকপগা ফুরিৎ লৌথোক্লুনা চৌকিদা...। ইঙ্গিৎতা কনানো খরা চাউবা অঙাং অমবু কৌশিনগনি হমাই হন্ননবা। অদুদগী ফুরি শিক্লবা খরা মরম্মোকপা অঙাং অমমুক। নিংথম থাদদি খোঙনীং শাথীনা চেকখায়, চেকখায়দুনা হেন্দোরকপা উনশাশিংদু থাঙ থাদুনা ওপারেশন তৌরগা লংশেকখিনবা হৈশিংবা অঙাং খরসু অজ্ঞানা খঙবা লৈ। মখোয়গী মরক্তগী অমবু কৌশিনগদৌরিবনি।

ঙাইহাক অবা-পোখারগা অজ্ঞা অঙাংশিংদা ওনশিল্লক্কনি— কলাপাতা আনিছেনি, লা পুরকপ্রা? খুৎই ফজবা তম্ননবা লাদা পরেং অহম-মরি হাপ্তা খুদিংগী ইদুনা পুরক্তবা য়াদে। মসি মখাগী ক্লাশতা তল্লিবা অঙাংশিংগীনি। ইগদৌরিবদো ফজ-ফজবা রাহে পরেং ঙাক্তনি, ঐখোয়নবুদি অর্থ থোইনা খঙদবা— বিদ্যা অমূল্য ধন, বিদ্বান সর্ব্বত্র পূজিত, মিথ্যা কথা কখনও বলিবেনা... (মহৈ হায়বসি মমল নাইদবা লন্নি, মহৈ হৈবা মীদি মফম পুম্নমক্তা ইকায়খুম্নে, কৈদৌঙৈদসু চীন থীগনু) অসিনচিংবা। কলাপাতা পুরকত্রবদি চৈ নৎত্রগা লেপ্পা।

ঙাইহাক লৈরগা অজ্ঞানা কৌরক্কনি— বসন্তাদৌ। ফুক হৌগৎলগা চৎখিগনি বসন্ত। স্কুল মনাক্তনি মখোয়গী ময়ুম। থীন্দনা বসন্তনা হিদাক হাল্লগা পুরক্কনি লা মচেৎ অমগা লারে শাননবা। পাঠশালা লোইরমদাইদা বসন্ত লৈখিদে। মানা লৈখিদ্রবা মতুংদা মনাওশিং থোকপা অমদা থবক অদো শিন্নখি, অজ্ঞানা কৌবগী মওংসু হোংখি— মুকন্দ মুরারে, মধুকৈটভারে, তামাক মুরারে। তন্না তন্না মুকুন্দ হৌগৎলক্কদৌরিবনি।

স্কুল থারমদাইদা খরা খরা চাউবা অঙাংশিংবু স্কুল মমাঙগী ইংখোল মচাদু তৌহনগনি, খরা পিক্লিবশিংদনা নাপী মলহনগনি নৎত্রগা তেম্পাক থুগাইহনগনি। ইংখোলদা থাবা কোবি, হঙ্গাম, আলু, মূলা..... লোইনা ওজাগীনি। আলু লোকপা মতমদদি ময়ুমদা থিলহনগদৌরিবনি অজ্ঞানা পুবদা খরা লূম্বনিনা। লৈবাক তৌবা, পোৎলুম পুবা, অকনবা থবক শূবা অসিগুম্বসি কুক্লিমচা নৎত্রগা পাঙনমচাশিংবু অয়াম্বা

মতমদা তৌহল্লি। মরমদি মখোয় চাউনা চাউনা লাইরিক তমই। স্কুলগী অকোয়বদা পানবা হৈনৌ-থৈবোং-পুংদোন-চামু অসিনচিংবদি ছাত্রশিংগী শরুক্লা হেল্লি। ওজা লাকত্রিঙৈদা অয়াম্বা লোইশিল্লি।

লৌরোক পাম্থাদা অজ্ঞাগী চাউরবা থবক অমগা লৈ। ছাত্রশিং পুরগা অকোয়বদা লৈরিবা খুনশিংদা ফৌ নিবা। অজ্ঞানা ফংবা তোলোবতো য়ামদে, লুপা নিপানথক্তনি হায়বরা করিনো তাখি। অদুনা ইমুং-মনুং থাকপদা মতেঙ ওইননবা ফৌ নিবনি। ফিভম থরা ফবা ইমুংনা ফৌ মোন অম-নী পীবসু য়াওরকই, থরা লাইরবা ইমুংনা কাথি অনী-হুমতং ওইরবসু।

চহীগী য়ামদ্রবদা নোংমদি ঐখোয় ময়াম পুন্না অজ্ঞাখোয়গীদা চৎলি— সরস্বতী পূজা নুমিৎতা। তরানি থামখায়মুক ৰাৎলিঙৈদগী অজ্ঞানা চান্দা খায়গদৌরিবনি। মচা-মশুশিং লাইরিক হৈহন্নীংবনিনা শেনখায়সিমদি কনামতা লৎনদে। নিংথম-থাগী ঈংথ্রবা অয়ুক অদুদা ঈরুজথোক্লগা ঐখোয় ময়াম হৌনদুনা মাইল অনীরোমদো খোঙনা থেঙশ্ননি মতাগুম চেনবোই-লাকপোই চৎকদৌরিবনি। মদুদনি ঐখোয়না অজ্ঞাখোয়গী য়ুম্বান-কৈবান উরকপদো— পেরালাইসিসনা নাবা ময়াম্বা অমা মচা-মশু ময়াম অমা, শেন থোকপনা অজ্ঞা মতোমতা। অদুবু ঐখোয়দি অদোমদা থোইনা থল্লুদে। ঐখোয়না থবায় য়াওরিবদি অথুম-অহাওশিং অদোমদনি। লৈ-শু খুজোক থল্লা পায়রগা অঞ্জলি কৎপদো লোইহন্নীংবনা খ্রো খ্রো খোঙলি চুম্ব-লানবা খন্দনা প্রপ্প্রপ্ থীজল্লি— ওঁ সরস্বতী মহাভাগে বিদ্যা কমললোচনে বিদ্যাং দেহি, নমঃ নমস্তুতে। হৈনৌমপাল, মুগ, চানা অতিংবা চাবদুদি শায়দ্রে, অদুম য়োৎশিন্নবা হোৎনরে। খেট্রি, অহাও-অথুম য়েল্লকপদুনি ঐখোয়না খৌরাংনো ঙাইরিবদি। সরস্বতী ইমাইবেম্মনা বোর পীরকখিব্রা পীরকখিদব্রা ঐখোয় কনাসু খঙদে, কনাসু নীংশিংলুদে। অদুবু চহী খুদিংগী খুরম্বদি তোক্তে, চহী খুদিংগী খুরুমই ইমাইবেম্মা সরস্বতীদা।

## ২

দ্বিতীয় ভাগ তল্লকপগী অদুরাইদনি। বাংলা ঙাঙবা খরা খরা হৈরক্লে। লোন খরা খরা হৈরকপগী হৌনবী য়াম্না ঙাওনীংলকপা মতাংনি। নুংথিল অদো স্কুলদগী হল্লকপগা ইমানা ঐবু শঙ্গোইদা চাক পীজে। পুথি (ফাবৌ ঙা) য়াম্না ফাবা মতম্নি, হাউসু হাউবা মতাংনি। ফোঙ-ফোঙ শারিবা ঙারৌ অহম-মরিনি পুখম মচীদুদা, থা-থা লাউরদুনা ফজরে। ইমানা মরম ফজনা মনবিরগা মরুম অদু ঐঙোন্দা ইল্লকই। ইমাবু মুন্না য়েংলগা করি রাখলদগীনো খঙদে ঐগী চীন্দগী খঙহৌদনা থোকখি — 'মা, তুমি বেশ ভালো মানুষ।' ঐবু মুন্না য়েংলগা ইমানা হরাওনা নোকচৈ।

বেশ বেশ, মা তুমি বেশ ভালো মানুষ হায়বা? কয়াতা নুংশিগ্রবনো! শুমাঙলোমদগী অহন অমনা ফাক ফাক নোক্লগা লাউরকই।

ইপূ লৈরেম্নি, ঙারিয়াম্বমগী ইপূ লৈরেন। মফি-মরোন নাম্না শেংলগা খুল্লক ফাওর-ফাওরদুনা খুনকোক্তগী খুন্দোন ফাওবা মরক মরক্তা চংপসি মহাক্কী মথৌ অমদৌনা তৌই। অহন অমা ওইবগী হৌনবী য়ুমথোং খুদিং ঙাইহাক লেপ্লগা হংগনি-- নখোয়বু কমদৌরিগে? মহাক্না ঙাইহাক পোত্থানীংবা ইমুং ওইরগনা ফমথগনি। হায়নবা তৌদনা য়ুম্বুনা হিদাক হান্দুনা পুথোরক্কনি। লারৈদা খুদোং ফান্না ফান্না ইপূনা বারী লীগনি-- লৈবাক্কী বারী, মৈহৌরোনগী বারী, মণিপুরগী বারী, লানগী বারী...। বারী লীবসু হে। মহাক্না য়াদবা মীদুদি পাতাল য়ৌনা থাদগনি, নুংশিবা মীদুনা স্বর্গ য়ৌনা থাঙ্গৎকনি।

ইপূ লৈরেন ঐখোয়গী ইনাক্তা চঙশিল্লকই, নোকমি নোকমি হায়রৈ-- কমদৌবা, মা তুমি বেশ ভালো মানুষ হায়বা? নমাসিবু য়াম্না ফব্রনে?

নুমিৎ অদুদগী ইপূনা ঐবু থেংনবা খুদিংগী 'ভালো মানুষ' হায়না হেক্তা কৌরকই, নোংমতা ঐগী ইমিং ফাদুনা কৌখিদে, ইমিংসু হংখিদে।

চহী কয়ামুক্কী মতুংদা ঐনা লাইরিক-লাইশু তম্বা লোইরগা নোংমা বিম্নাকান্দিগী ওজা গৌরোনা এসেমব্লিগী ভোট লেপ্না মতাংদা ভোট খোম্বা ওইনা ইপূ লৈরেনগীদা চৎখিল। ঐনদি লাইরিক তম্বনি অদুনি অদানি হায়দুনা অয়াম্বা মতমদা মপান্দা লৈবনিনা ইপূনা ঐবু শক খঙদ্রে, শক লাকশিনবা ঙমদ্রে, হংলকই-- নঙবু

কনানো? ......কমদৌবা নোংথোম্বম রতনগী মচা? .....ভালো মানুষরনে, ভালো মানুষ ! ......কয়াতা চাউরবনোনে, পাখং ফারবা ! .......নমাদো লৈরম্লবদি কয়াতা.......।

চহী কুমজা কয়া মমাগুগী থৌদোক অদো ইপু কাউরমদ্রি। খণ্ডহৌদনা ঐগী মিৎলু অনী পিন্নাংনা থুক্কাৎলকখি।

কৈরোই-লৈকাইনা ইমাবু ফৈ হায়না থাগৎনৈ, মীপুম খুদিংনা নুংশিনা তৌই। খুঙ্গংনিনা মী অয়াম্বনা কনাগী মচা-মশুনো, কনাগী নুপী-অঙাংনো হায়বসি খঙনৈ। ইমাবুনা খরা হেন্না খঙবগুম তৌই। মশক-মতৌ ফজবী, চিথোন-নাউথোন ফবী ওইবতা নত্তনা মচিঞ্জাক চাবা ইমুংগী মচা অমদি মচিঞ্জাক চাবা ইমুংগী মৌ ওইবদুনসু মদুগী মরম ওইবা য়াই।

ইমানা মপাম চৎপা খুদিংগী ঐথোয়সু মতুং ইন্নদুনা চৎলি। তন্না হল্লকপসু য়াওরি, করিগুম্বা মতমদনা তরানি-থাখায়মুক লৈবসু য়াওরি। তোলেনখুনদনি ইমাগী মপাম। ঈকং থাদা নুংফৌগী ঈচেল য়াম্না পিকপা মতমদা হিদা নৎত্রগা বাগী উঙামদা (পোঙ) তুরেল লাল্লগা মতেক অমা লৌবুক শমদুনা চৎলগা নুংফৌ লৈকাই তাদুনা চৎলি। নোংজু পাম্থাদদি চন্দ্রপুর খেবা লান্দুনা কোইনা চৎতবা য়াদে— কিলোমিটর মরি-মঙারোমনি। খোঙনা চৎলিবনি, রিক্সা-ককা লৈত্রিঙৈগী বানি। নুংফৌ তুরেলনা বরাক্তা তাররিবসি চন্দ্রপুর খেবাদনি। ইকং থাদদি খেবা মপুনা বানা থোং শাই, মদুদা লায়না লানবা য়াই, অদুবু নোংজুথা য়ৌরকপগা থোং অদু তাউথখি। অদুনা হিদা লানবা তাই। মদুসু নুংফৌ তুরেলনা ঈহৌরকপা মতমদদি খরা মবুক তপ্পা বরাকলোমদা কোইরগা হি হোল্লি, খরা কোইনা লাল্লি। অদুবু বরাক্লা ঈমায় চোনবা মতমদদি য়াম্না কি। নুংফৌগা বরাক্কা ঈতিন্নফম ঈরৈদা নাগুবী য়াম্না ফাওগৎলি। নোংজু থাদা ঈশিং ঈমায় চোনবা মতমদদি হি মনাক্তা ফাওবা ফাওগৎলৈ।

খেবা লানবগা পাঙন খুন মচা অমা, অদুদগী কবুই খুন মচা অমগমুক। হৌজিক্তি কবুই খুনদো কদায়দা মাগুথ্রবা খঙদ্রে। মথংদা নুংফৌ লৈকাই মৈতৈখুন। নোংজু পাম্থাদদি সরোক্কী নাকয়েত্তা সরোক্কী তুংইন্না লৈরিবা পাৎকী নিক্-নিক্লাউবা ঈমায়দা থবো-থম্বালনা ঈমায় চোন্না শাৎলি, উরোক ময়াম অমদি ঙারাকপীশিংনো পাৎয়াদা ঙা লুমদুনা লৈ, কোয়পাই কোয়পাই পাইবসু য়াওই পোম্বী-চেক্লা অতৈ কয়াসু— য়েংবগী পেনবা নাইদে। লম্বীদগী পংলাপ লাপ্তনা শম্পোৎ খোইরিবা কনা কনাগুম্বনা কৌরকই— 'ইবেম্মা, নপামদা চৎলিব্রা?' ইমাবু মশক খঙবা মী ওইরম্বা তাই।

ইমানা— হোয় তাদা....খুড়া....মাম্মা হায়না খুমগনি। তোলেনখুনগা থংনবা খুন্নিনা তাদা খুড়া মাম্মা ঙাক্তনি।

কনামনা হায়রক্কনি— ইবেম্মা, বাররিনি ঙাইহাক পোথাখো।

মমায়-মমিৎ ঙংশং ঙাং হুমাং জ্ জ্ শিহুরি ইমাদো, কোকথক্তসু চাউরবা লুথোং অমা হে-রা ইনশাং-নাপী কৈবোক-হৈবোক...পিক থম্না। অদুবু পোথাবগী বাদি লৈতে, মপাম য়ৌনীংবনা। করিগুম্বদা ইবোকসু য়াওরি, মমৌনুপী থিল্লিবনি, মমৌনুপীবু মমাঙ থাহল্লগা মপামদা পুবিবা হায়বসি মতম অদুগী লেম্নবীনি, মনেম ওইবীশিং হয়াওনরিবনি। কোকথক্কী পোৎলুম অদু ইবোক্না ঙাইহাক শিনবিগে হায়ব-কা য়াপোৎ নত্তে ইমানা। তৌবগীদি ইবোকসু মশূশিং শেন্নবদা বাদবদি নত্তে, মহাক্কীসু পোৎয়োম মচা অমা য়াওরিবনি।

মচানুপী লাক্কনি হায়বা হাম্লনা খঙবনিনা ইপুবোকখোয় তোলেনখুনগা নুংফৌ লৈকাইগা তাইনবা শম্ফমদা ঙাইদুনা লৈরমগদৌরিবনি। ঐখোয়বু উবগা লাউনরক্কদৌরিবনি— লাকএ লাকএ, য়ৌরক্রে য়ৌরক্রে.....করিগী অসুক থেঙলক্লিবনো? নংহৌরোইদগী মতাগুম ইমাগী কোকথক্কী পোৎলুমদো কনানো অমনা পুবিগদৌরিবনি। ইমানা অহন-লমনশিং খুরমগদৌরিবনি, অহন-লমন মশেনসু খুরুম্নগদৌরিবনি, ঐখোয়সু য়াওগদৌরিবনি। অদুদগী খুঞ্জিন হেক য়ৌবগা কোম্থোং অমদগী অমদা খোম্থাং য়েবদৌনা — অপাম্বী লাক্রে, অপাম্বী লাক্রে। বোকুল মখোঙদা, হৈনৌ মখোঙদা শাম্নরম্বা অঙাংশিংনা ঙাইহাক লেপতুনা ঐখোয়বু য়েংলক্কদৌরিবনি।

মচীন-মনাওশিংগী মরক্তা ইমানা খ্বাইদগী হেম্না মশক ফজে হায়নৈ— ঙৌরোক ঙৌই, ফূলৈনে। মচানুপী কোকহন-লাইহন্নি, মথক্তা মবুং অমা লৈ, অদুনা মতৌ লৈবী মচানুপীদো মমা-মপাগী মফমদদি লাইদৌনা ফজরমগনি। অদুগুম্বা মচানুপীদো মমা-মপানা লাইদৌনা ফজবা নুপাদা শোয়দনা থাজনীংলমগনি। অদুবু মখোয়গী অপাম্বদো থোকখিদে। অপাম্বদো থোক্তবদগী লুহোংবা নুমিত্তা বা থোক্লখি হায়।

চহী কয়া মতুংদা বারী অসি মাইবমগী ইধৌনা লীবনি। মাইবম ইধৌ, মমিং ইবুঙোহল কৌই, য়াইস্কুলদগীনি। অনীশুবা লাঞ্জাওদা লাঞ্জেনবদগী হিয়াংথাংদা অদুম লৈথখি, পুল্লিগী অরোইবা য়াহীপ মফম অসিদা তানখি। ঐনা মেট্রিক থাবা চহীদো, পরীক্ষা থারম্লগা, ইহান-হানবা ওইনা মণিপুরদা কোয়বা লাকখি। ইধৌগীদা থা অমরোম লৈ, মদুদা ইধৌনা লীবনি। নহা ওইরিঙৈদা ইধৌ কাছাড়দা তোয়না চথোক-চৎশিন তৌরম্মী, ঐখোয়গীদা অয়াম্বা লৈ। চহী ফনা নীংথিনা খেন্নরবসু পাবোবু য়াম্না লুনা তৌই। করিগুম্বা মতমদা মমান্নবদৌনা তিম্নে হায়। অঙাং ওইরিঙৈদা সাহেবকা মণিপুরগা লাম্থেংনবদো খরা খরা খঙহৌই উহৌই। অদুনা মণিপুর লানগী বারীদগী হৌরগা কাছাড়দা চোঙম চাদবা থবক কয়া তৌরম্বগী বারীসু মরক মরক্তা ঐঙোন্দা তৌই।

ইধৌনা লীবনি। ইবো, নপাগী লুহোংবদো সনাহলগা ঐগা ঐখোয় অনী চৎলিবনি। য়ুম্নাম লৈকাইগী সনাখ্যা সনাহলগা ঐখোয় অনী পুংবানি। চৎলিবদো

তোংজে মরীন্দনি, নুমিৎ মণ্ডা-তরুক্কি চণ্ডলিবনি। নখোয়গী হৌজিক্কালগী প্লেন-ককাসি মশক উপোৎ নৎত্রি। চৎলিবদো শাদিং চৎপা নত্তে, লুহোংবগী পোৎচৈ খরসু য়াওরিবনি— হিদাকফু মঙকশাংবী লুপানা ফুদোংবা অমসু পুরিবনি। অদুগা লুহোংবা নুমিত্তুদি.....কুম্মৈ অমনি। নপানদি কুচু খরা লৈশিল্লিদো। লুহোংফম য়ৌরগা নুপী মপানা অমুক্তোইবা লাম্নিনে— অসুক মুবা নুপাসিদা ইচা পীবা হৌনব্রা, পীরোই..... অসিনিনে।

লুহোংগদৌরিবা বোরগা কন্যাগা মশক খঙনবা নত্তে, অমুক্তা ফাওবা উম্নখিদ্রিবনি। অহন-লমনসু অদুমণ্ডাই, বোর নৎত্রগা কন্যাগী মশক অমুক্তা উপোৎ নৎত্রি। শাগৈ-জাত ফৈ, মচিৎপ্রাক চারি, খুৎকল-পাঙ্গল্লি— অসিনিদনা, অসিদা পীনরিবনি। নপূবোক্লা ফম্না লান তৌজরবসু লুহোংবদি কায়খিদে। তশেংবদি, নুপী মপাগী কুচুনা মমাকনুপা ওইগদৌরিবদুদগী থোইনা পানবা নত্তে। অদুনা নপূবোক্কী মতৌদো ময়াম্না লুহোংবা হায়বসিদি খরা লাউনবা হৌনৈ হায়দুনা থোইনা বা ওইনা লৌরুদে।

ইমাদো মবুক-মপাউ তপ্লি, অহন-লমন মশক খঙনা চৎলি, মথৌনা-মরৌশিংসু লৈ, মী পুন্নমকপু চিখোন-নাউখোল্লি হায়না ময়াম থাগৎনৈ। মমৌ মরিগী মনুংদা ইবোক্লা খ্বাইদগী য়াবসি মমৌ য়াইমনি— ঐখোয়গী ইমা। ইবোক্লা করিগুম্বা অরুম্বা বা অমা তান্নবা তারবদি, অরুম্বা থবক অমা শিন্নবা তারবদি ইমাগা তান্নগনি, ইমাদা শিন্নগনি। মমৌ অহন ইন্দ্রাষ্টৌনা মদুদা থোইনা বারৌবা নৎত্রগা নুংঙাইতবা তৌদে। মহাক পঙজে হায়বদো মহাক মশানা য়াজে।

ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা ইবোক্লা কাকা পুদুনা লাইফমদরা মণিপুরদরা চৎলি, চপ-চাবদি কাউখ্রে। মচানুপা মরিগী সেবা-সেবি হৈবসি কাকানা খরা হেল্লি। অদুনা কাকাবু পুবনি। চৎলমদাই য়ৌরকপগা বাখল অমনা মকোক শাগৎলকপগুম তৌখি। মতম অদুগী লাইফম নৎত্রগা মণিপুর চৎপনি, মতমসু চঙই বাসু বায়। অদুবু ইবোক্লা বারিবদি অদোমদা থোইনা নত্তে, মহাক্লা চথোকখ্রিঙৈদা মহাক্কী কুলি চেঙজাবীশিংদো করম তৌহৌগদগেসিনি। কুলি হায়রিবসি চা-বাগানদা থবক শূবা শিন্মীশিংবুনি। হৌজিক চা-বাগান হায়নরিবসি মতম অদুদা চা-বাগিচা হায়না খঙনরম্মী, মৈতৈনা খরা থৈথরপ তৌনা বাগিজা হায়নসু কৌনরম্মী। ঐখোয়গী খুনগা থৎননা চা-বাগান অমা লৈ, মমিংসু ঐখোয় খুনগী মমিংগা মান্নৈ— পালারবোন্দ কৌই। বাগানগী কুলিশিং অসি মৈতৈদগী চেঙ শোক্তুনা চায়। চয়োল অমা চাবা কোম্লনবা চেঙ শোৎকদৌরিবনি। নিংথৌকাবা নুমিৎ হপ্তাগী তোলোব ফংলগা লৈপাকপোকপা কৈথেল অটৌবা নুমিত্তা পৈশা শিংগৎলক্কদৌরিবনি। অদুদগী অমুক্কা শোৎকদৌরিবনি। খুনগী চেঙদাইবীশিং মাগী মাগী চেঙজাবী, হায়বদি খুৎফা, লৈনৈ। ইবোক্লা বারিবনা মহাক্লা চথোকখ্রিঙৈদা মহাক্কী চেঙজাবীশিংদো অতোপ্পগী চেঙ চাবা

হৈনগত্রা, মতম কুইনা তিম্নরকপগী নুংশিনবা অমদি নুংঙাইবা লৈ। মখোয়সু অতোপ্পদা হোংনীংদে, ইবোঙ্গসু হোংহন্নীংদে। হোংশ্রবদি অমুক হোংজিল্লকপা হেক্তা য়াদে। ইঙ্গাহৌদি খরা পঙই হায়না লৌবনিনা মঙোন্দা থবক অসি শিন্নরম্বদা ইবোঙ্গী মপুঙ্কিং খরা লুম্বা য়াথলি। অদুনা ইমাদা শিন্নরম্বা তাথি। ইমাদসু থবক অসি অরায়বদি নত্তে। চেঙজাবীশিংগী মশক মমিং ইমানা লোইনা খঙবা নত্তে। অদুনা ইমাগী মতুং ইন্দুনা ঐ চৎপা তাখি চেঙ শোৎপশিংগী মমিং-মথা ইশিন্ননবা। অহানবদা ঐ চৎনীংলমদে। মরমদি কুলিমচাশিংনা, করিগুম্বদা অহনশিং ফাওবা য়াওনা লক্করকনি, নৎত্রগা খৎনবা হৌরকনি— মণিপুরী দাদি চিড়া খাইয়া পাদি, (মণিপুরী দাদি চেম্পাক চারগা মোইচিংপা)। মদু তারগা শাউনীংই, করিগুম্বদা য়াম্না শাউনীংই। ঐখোয়সু মী খরা য়াম্নদি খুমই— কুলি কুলি দাদি উখড়া খাইয়া পাদি (কুলি কুলি দাদি উখড়া চারগা মোইচিংপা)। কুলিশিং উখড়া চায়, চাজাক চাদে, চাজাক চারদি নাই। মৈতৈশিংনা চেম্পাক য়াম্না চায়। অনীমক অচুম্বদা ফাগি তৌনবনি। অদুবু করি করিগুম্বদা ফাগি ফাগিদগী থী ওনবসু য়াওই, ঐখোয় অঙাংশিং শাউনদুনা ফুনবসু য়াওই।

চৎনীংদ্রসু চত্তবদি য়াখিদে ইমাগী মতুং ইন্দুনা বাগানগী খুল্লক লৈরক্তা, বাগানগী কৈথেলদা, খাতা মচা অমা পায়রগা মুকফুনে উচেকমতুগী ফোর কলমনে। ইমানা চেঙ ওল্লি, সেরফালাদা নত্তে, সের অমনি হান্নন চৎনবা তুবিয়াদা। ইমানা ওনবা খুদিংগী ঐনা ইশিল্লি— লালচান বাউরি সের ২, বাবুলাল সর্দার সের ২।।০, পিতো চৌকিদার সের ৩।০....। ঐনা ইরিবদো অঙকপা কুম্মৈ অমদৌনা কুলিশিং অদুনা ওমশিল্লগা য়েংগদৌরিবনি। পুন্সিদা লাইরিক তম্বা ফংজখিদ্রবা মখোয়গী মফমদদি অঙাং মচা অমনা কূপশ্রবা লাইরিক ময়েক ইরিবসি অঙকপা কুম্মৈ নত্তনা করিদি ওইগনি। অঙকপা কুম্মৈনি ! অসোমদনা ঐদি খুৎশা পুন্নমক মুক্সা পুংতৈ। ইমানা মদু উপোৎ নত্তে, কুলিশিংনা মচাবু অঙকপা অমগা লোয়ননা য়েংলিবদো অদোমদা, মদুদনি ইমানা হয়াওজরিবা, ইমানা চাউথোকচরিবা।

৩

নোংথোম্বম মচাশিংগী মতৌ তমগনুকো— লুক্রামগী ইবোক্লা মচা ৱারকপদা হেক হেক হায়। তাবদা য়াম্না নুংঙাইতে, নুংঙাইফমসু থোক্তে। লৈকাইগী ইবোক্কি, কদোম কদোমগীনো কোইনা লাক্লগা মরীমতাসু অদুম খরা খরা থোক্লে। অদুবু ঐখোয়গী ইতৌ তমদুনা মচা মাঙবদুদি মহাক পামদে। অদুনা মচা ৱারকচরিবনি। নোংমফাদোকসু খরা হেন্না শাউবা য়াওই, অকামপেৎ থাংদুনা চৈ,— 'ইনাকখুনবা মচাশিংগা তিন্নগনু হায়বসিবু নঙ ইয়ামক য়াররোইদ্রা? ক...গী মচা নঙবুনে !'

লুক্রামগী ইবোকনা পাখৎচরিবদুগী মরম লৈতবদি নত্তে। ঐখোয়গা তিন্নরগা মচাদো থবক শূনীংলক্রোই, কতন ওল্লকনি অসিনি। খুঙ্গংদদি পুংকক চাউরকপগা থবক ফনা কান্নবে — শঙ্গেন-শনঙাকপা, চীংদা চত্তুনা শীং চনবা, নোংমফাদোকসু শীং খায়বা. ..। অদুবু ঐখোয়দি অদোমদা য়েংলুরগদি খরা কেথোক্লা য়োক্লকপা হায়দুনি। মসি ঐখোয়গী ইমুংদা মী য়াম্বদুনা ওইরম্বসু য়াই। ঐখোয়গী ইমুংদো মী য়াম্মি। পাবোখোয়গী মচিন-মনাও নুপা মরিনি— ইপম্বৌ, পাবো, কাকা অদুগা খুড়াতোন। মচিন-মনাও মরিগী মৌ মরিনি— ইন্দাম্বৌ, ইমা, ইন্দোয়াইমা অদুগা ইন্দোচা। ইবোকসু ঙাইহাক্তা তুমিন্না ফমদুনা লৈবা মী নত্তে। অদুগী মথক্তা লৌ-শীং উবদা মতেঙ পাংনবা কুলি অমনীদি চহী চুপ্পা অদুম লৈ হায়বা য়াই। অদুনা ঐখোয়গী থবক লৈতে, ময়াম্নদি ইনাকখুনবা মচা ওইদুনা তৌরিবোই খনবা।

ময়াম্না ঐখোয়গী ইমুংসে ইনাকখুল্লি হায়না উবগী মরম্মুদি লৈতবা নত্তে। মতম অদুদা টিম্না কুপ্পা য়ুমজাও পঙলৈ লৈরমদে, হাইফেৎ চাউবা লৈকাই মরী মঙা লৈবা খুন অদুদা টিম্না কুপ্পা য়ুমসে তরুক-তরেৎ খক্তনি লৈরম্লিবা— ঐখোয়গী ইংখোম্মুংদুদা খাব্রাংননা অনী, ইপুবোক অনীগী হাক্তক্তা শারম্বা। ঐখোয়গী ইংখোলদো হাইফেৎ চাউই, শূমাঙ-খেলোংসু হাইফেৎ মরাঙ কায়, মমাঙদা শঙ্গোই অচৌবা অমা (জগমোহনসু হায়নৈ), জগমোহন্দগী খরা চখোক্লগা পুম্রি অচৌবা অমা। শূমাঙগী অবাংলোমদা ফৌকোৎ অচৌবা অমা লৈরম্মী, নোংপোক নোংচুপ শাংনা শাবনি।

চহী কুমজা কয়া মতুংদা ঐনা লাইরিক লাইশু তম্বা লোইরদুনা থবক ইনখাং তৌরবা মতমদা নোংমা জিরিগী অহন অমগা উন্নবদা ৱারী অসুম শাবদগী মহাক্না হংলকই, — নখোয়গী ফৌকোং অচৌবদুবু লৈরিব্রা?

— খুড়াদি ফৌকোং অদো করম হায়না খণ্ডবিরুরিবা?

— নখোয়গী নন্দোনয়াইমা কোঞ্জেংলৈকাই নিঙোল কুমারীদো ঐখোয়গীদি ইচেশিংনি, মহাক লুহোংবগী থিনবা চৎপদা উরকপনি।

পুক্নিংদা থুক লাউবা অমা পোক্লকখি, ওয়্হোক্না কুইখ্রবা বাবু! ইন্দোনয়াইমসু লৈখিদ্রে, ফৌকোং অদুসু তুপ্রে; ওসি ঙরাংগী ৱা নত্তে।

ঐখোয়না য়াম্না অঙাং ওইরিঙেগী ৱানি। নোংমা নুংথিল অমা নোং-নুংশিৎ কন্না লাকখি। হায়নরিবনি ময়াংলৈবাক্কী নোংলৈ-নুংশিৎ, ওয়্হোক্না শাথীখ্রবা! শজিবুগী বারোয়া-তেরোয়াগী মতম য়ৌরক্লনি হায়রদি হেন্না কিনরিবনি— মুশুকমুবা মশম মনাদো ইফা ফারদুনা লাক্কদৌরিবনি হিংচাবীগী রূপ লৌরদুনা মহাপ্রলয় তৌরম্লগে মতাগুম উন-পঞ্চাশ বায়ু, নুংশিৎ মপী নীফূ মাপন্না শাথৌহন্দুনা। নুমিৎ অদো হায়নরিবা বারোয়া-তোরোয়াগী মতম অদুৱাই ওইবা তাই। নোংলৈ-নুংশিৎ অদো ঙাইহাক্তদা অখাক অরাও য়াওনা অকিবগী শক্তম লৌরকখি, মাইকৈ-শলাই খণ্ডদনা উরু-রু লৈদুনা শিংলকখি। অহন লমনশিং মিপাইনখি, মথৱায় ৱানখি, করিবু করি থোক্লগবা! অসিগুম্বা তৌফম-লাকফম খণ্ডদবা মতাংদদি অগতিগী গতি হায়ববু নুংশিৎ-নিংথৌ মপারী পবন-নন্দন হনুমান মতোমতনি হায়না লৌনৈ, অদুনা মাবু কৌনৈ, মা তানবা লাউনৈ— হনুমান মমৈ কোম্লো, হনুমান মমৈ কোম্লো। নুমিৎ অদুসু মা তানবা লাউনরমগনি— হনুমান মমৈ কোম্লো, হনুমান মমৈ কোম্লো হায়না। অদুবু অদুঙৈ ত্রেতাযুগকী হনুমানদো শাথীনা অহন ওইরমাম্লে, মনা তাথীরমাম্লে, ময়াম্না লাউবা খোংবা পংতা তাদ্রে। নুমিৎ অদুসু তাখিদে। ময়াংশিংনা 'কালবৈশাখী' হায়না ওয়্হোক্না কিনখ্রবা হিংচাবীগী রূপ লৌবা নোংলৈ-নুংশিৎ অদুনা উপাল-ৱাপাল কয়া ফুক্তোক্লুনা লংথোক্লম্বগা লোয়ননা ঐখোয়গী অহন ওইরবা ফৌকোং অদুবুসু ঈনথুবিরম্মী। নুমিদাং ৱাইরম ফাওবা নুংদুম্মুক চাউর-চাউরবা লৈন ময়াম অমা ঙৌরোক ঙৌরোক ঙৌনা য়ুমথক অদুদা ফিঙৌ ফৌদুনা লৈখি।

ফৌকোং তুবা হায়বসে অফবা খূদম নত্তে, ময়াম্না ঙাঙনরকখি। মদু থাজবনিনা ঐখোয়গী অহন-লমনশিং মথৱায় য়াম্না ৱানখি, য়াম্না কিনখি— করিবু করি থোক্লগবা! ইবোক্না মাইরা-মাইবী কৌদুনা ঈরাং-চবান ফম্না য়াম্না তৌখি। অদুবু হাম্নগী মফম অদুদা ফৌকোংতি অমুক হন্না খিনখিদ্রে, হাম্নগী অদুক চাউবা ফৌকোংসু শাবা ঙমখিদ্রে।

য়াম্না অঙাং ওইরিঙেদা কাউবা য়াদবা থৌদোক অমগা থোকখি, ফৌকোৎ তুশ্লবা মতুংদনি। য়ুমজাওগী ওয়রোমদা, ইংখোলগীনা অবাংলোমদা য়ুম অমা শাবা হৌগৎলম্মী। পাবোগীনি হায়না শাবনি, মচিস্কনাও মরিগী অম-মম শাবগী থৌরাংনি। মিস্ত্রিদো ইপহৌগী লেঙানি, তিনসু তিম্রে, থংনবা খুন রানীপুরদগীনি। মবুক মপাউ য়াম্না কৈ, অহন লমনশিংগা ম্রো-ম্রা তৌদুনা তিম্নবতা নত্তনা ঐখোয় অঙাংশিংবুসু লুনা তৌই। ঐখোয়দগী হেন্দোক্তুনা ঐখোয়গী তাংখুল হুই অচৌবা মী অতোপ্পা কনাগুম্বা অমত্তা ফেং হাইজিনবা ঙমদবা অদুফাও মহাক্লা লুনা তৌই, করি করিগুম্বা মতমদা মাবুসু ঈরুজথোকপি। অয়ুক ঙম্না লাক্লগা থবক শুরে, অয়ুকী চাক্লেন ঐখোয়গীদা চায়, নোংমফাদোকসু ময়ুমদা হন্দদুনা নুমিদাং ঐখোয়গীদা লেক্তুনা চাদুনা লৈথোকই। ময়ুমদা চৎথ্রগা করি করিগুম্বা মতমদনা হপ্তামুক মশক উদবসু য়াওই।

য়ুম শাবা লোইরমদাই অদুবাইদনি। অয়ুক হৌগৎলকপদা ময়াম বা-বা তৌদুনা লৈরম্মী, লৈকাইগী মী ময়াম অমসু তিল্লম্মী। শগুন চঙখ্রে, ঐখোয়গী য়ুমদা শগুন তৌখ্রে। শহোংলোমদা ফক্লাং শিংখোং মখাদা লৈবাক তৌথোকপগী ইহো হোদুনা লৈরি। নৌনা ফাৎপা মনীংথোঙ অদু হাংদোক্তুনা লৈরি। লোইনা পুখ্রে, মরূ ওইনা মৌ মরিগী সনা-লিক্নোন-ফিরোল লোইনা পুখ্রে। শারং উপু মনুংদা মৌ মরিনা মাগী মাগী ফিরুক্তা মাগী মাগী মপোৎমচৈশিংদো থমজবনি। উপু লৈবা কাদুদা কনাসু তুমদে, উপুদো শোসু লোন্দে, লোনগে হায়বগী বাখলসু তৌরুদে। হুরান-চিঙ্গীগী বাখল নোংমতা খল্লুদে। অদুবু খল্লুদবা অদুমক নোংমদি থোকখি। সনা-লিক্নোন-ফিরোলদগী হেন্দোক্তুনা চাকশঙদা লৈবা কোল্লিক ফাওবা পুখ্রে, পুখিদবা হায়ববু ঐখোয় অঙাংশিংনা নুমিদাং ভদ্রা চান্নবগী অরেম্বা চাক ইনশাং খরা হাপতুনা কাংখদা ঈনশিন্দুনা থম্নম্বা পুখম-তেঙ্গোৎ অদুতা ঙায়হৌরে।

খুড়াতোম্না সাইকেল তোংদুনা লক্ষ্মীপুরদা চৎলগা থানাদা ইজাহার তৌরুই। কোকয়েৎ অঙাংবশিং থুংলখি। শগুন তৌফম মনাক্তা পৈরিবা লৈবাক্তা তারিবা খোঙ্গুলশিংদো য়েংখি, নৌনা ফাৎপা মনীংথোঙ অদুসু য়েংখি। অদুদগী অহনশিংদা করি করিনো বাহং পাউহং খরা তৌরম্লগা চৎখি। ময়াম্না হায়নহৌই — পুলিশনবু থিগে হায়রবদি কৈসু লৈবা পোৎ নত্তে, অদুবু পৈশাদি খরা তিংবা তাই।

কোকয়েৎ অঙাংবশিংদো খরনি লৈরগা অমুক হল্লকখি। ঐখোয়গী শূমাঙ-শঙ্গোই-মাঙ্গোল মীনা পিক থনখি, শূমাঙ ময়ায়দা কোকয়েৎ অঙাংবশিং, অদুগা মখোয়গী মনাক্তা হাতকড়া চল্লবা মী খরা, হুরানবশিংদুনি হায়। হাতকড়া চল্লিবশিং অদুগী মরক্তা ঐখোয়গী য়ুম শাবা তোমালসু মিস্ত্রি য়াওরি।

পুলিশকী চৈফ্ হায়নরিবনি, অদুগী মথক্তা ইন্তাজালি দারুগা— শাথীবদা হায়নরিবনি, ওহ্লোক্লা হিংচা-য়াইতমগ্রবা। অদুনা হায়দোক্তবা ঙমখিদে তোমাল মিস্ত্রি, লোইনা হায়দোরকখি— মতম খরা মমাঙদা তাংখুল হুই থৈদোকখিবা, য়ুমশারোল শোয়রে হায়দুনা হায়জিল্লগা শহ্লোংলোমদা থোঙ ফাংহল্লনখিবা পুন্নমক হায়দোরকখি। রুপাইবালিরোমদগী পোৎচৈ খরসু পুলিশনা ফংখি।

চৎলমদাইদা কোকয়েৎ অঙাংবশিংদুনা আশা পীরম্মী— করিমতা থারম্নু, পোৎচৈ পুন্নমক লোইনা ফংগনি। অদুবু আশা পীরম্বগী থাতনি, পোৎচৈদি অমত্তা ফংখিদে। মীনা হায়নবদো চুমখি— পুলিশকী মখুৎ চনগ্রবা পোৎতি কবোরুদা চঙবা ঙাগুম্বনি, অমুক হম্না থোরক্নরোইদবা। খুড়াতোম্না ফনা চেন-চোংদুনা হোৎনজে, কান্নখিদে, শেনতা তিংদুনা তোকখি। ইন্তাজালি দারুগাদা কনানা হংঙুগদৌরিবনো, কনানা তকশিল্লুগদৌরিবনো ! মীচম অমত্তনা মমাঙদা শোয়দুন-কা তুবৎ শমদুনা চৎপা ঙম্বা নত্তে, কৌশিলহল্লগা মনমদা লীচৈনা কারন লাকদৌরিবনি। শাথীনা প্রতাপ কনগ্রবা। মীচমদি লায়রদুনা মনুং কনগ্রবা হুরানবা ফাওবা মহাক্লা অমুক্তং ধমকা তৌদুনা লাউবদা ময়ুং চিৎলি হায়নরিবনি। অদুবু অদুক প্রতাপ কনগ্রবা, লৈবাক্লা অকি-তুজংগা লোয়ননা থারীনবা অদুগুম্বা দারুগাদো মীশি-মীনাদি ফংখিদে। হিন্দুস্থান-পাকিস্তান খায়দোকপগী মতাংদা থোকখিবা হিন্দু-মুসলমানগী শাথীরবা রাইয়োৎ মনুংদা লৈবাক শীনথুংনা থা-থা লাউনরকখি— ইন্তাজালি দারুগা শিরে, ইন্তাজালি দারুগা হাত্তোক্রম্মে। মহাক্কী অশিবা হকচাংদো বরাক্তা তাউথরকখি, মশা পুম্বা থাঙনা য়ানবগী দাগকী দাক ঙাক্তা। মহাক শিবগী পাউ তাবদা লৈবাক মীয়াম্না ঙাঙনখি ঐ মঙায়রে হায়বা য়াদে, নোংমা নৎত্রগা নোংমদি ঐগী কর্মফল ফংগদৌরিবনি।

ঐখোয়গী খুন্দা অহানবা খুন্দাবশিংগী মনুংদা ঐখোয়গী ইমুংসু অমনি। কলাবতী কৌবী ঐখোয়গী নিঙোল অমা ঐখোয়গী লৈকাইদা ইহান হান্না লৈখিদে হায়। অদুনা ঐখোয়গী লৈকাইদা পিতৃপক্ষগী মতমদা তর্পন কৎপসে মঙোন্দা হান্না কৎনৈ।

অহানবা খুন্দা-লৈতাবদা য়াওরবসু ঐখোয়গী ইপুথৌশিংদো নুংফৌ তুরেলগী মপান্দা খুন্দাবদি তৌরমদে। অথাংলোমদা চঙশিল্লগা নুংফৌগা মতম অমদা শম্নরম্বা থোং বাগা হায়না খঙনবা অদুগী মপান্দা নোংচুপলোমদা খুন্দারমখি। মী অতৈসু লাক্তুনা খুন্দারনবা ঐখোয়না মনুংলোমদা চঙশিনল্লগা লৈরখিবনি হায়। ঐখোয়গী অহন-লমনশিংদো শিলচর মনাক্তা লৈবা মোইনারবোন্দগী হোংলকখিবনি। হৌজিকসু হায়রিবা খুন অসিদা ঐখোয়গী কাঙবুশিং লৈরি। কুনগুবা শতাব্দী হৌরকপগী অদুথাইদা সুরমা তম্পাক্তগী লাইরিক-লাইশু খরা খরা হৈবা মৈতৈ মচাশিং কৌখৎতুনা মণিপুরগী শেমগৎ-শাগৎপদা মরূ ওইবা থৌদাং কয়া লৌহনখি। মখোয়গী মনুংদা

কমল লাকপসু অমনি। লাকপা ওই হায়দুনা মহাকপু কমল লাকপা হায়না খণ্ডনখি। মহাক মোইনারবোন্দগীনি, ঐখোয়গী কাণ্ডবুনি। ঐখোয়গী খুন পালারবোন্দগীসু মশক নাইবা মীওই অমা য়াওখি— ভারিয়াম্বম জন্মেজয়। মহাক অসি মখোঙ নাম শোয়রবসু লাইরিক য়াম্না ফনা হৌরকখি হায়। মতম অদুগী নোর্মাল পাশনি। কনা কনাগুম্বনদি মেট্রিক-নোর্মালনিসু হায়। মহাকসু মণিপুরদা ফম অচৌবা অমা পায়রম্মী, ওফিস অকা-অকুম শগোল তোংই হায়।

অহানবা খুন্দাবগী কান্নবা খরা লৈখি, মানা মানা পামজবা অমদি ঙমজবা লৌরী-ইংখোল কোনশিনবা য়াখি। মদুনা ওইরমান্নে অবাং লৈকাইরোমদা লৈবশিংনা ইংখোল হাইফেৎ চাউনা চাউনা কোনশিন্নরল্লিবসে, লৌচাসু মাগী মাগী ইংখোল মপাদা সিরি নাইনা, হায়বদি পরীং নাইনা, মনীংগী চীংদুম মচাশিং লৈরিবা অদুফাও। অদুবু য়াম্না কা হেন্না কোনশিন্নবদি তৌনরমদে। লৌ-শীং য়াম্নগা খাজনা পীবা বাননবনি হায়না খন্নরম্মী, খাজনা পীবা ঙমদ্রগা ক্রুক লাক্কনি হায়না কিনরম্মী। ঙক্রা আলি অমা (মরিখক) পীজরগা লৌ কিয়ার অমা (শঙ্গম অমরোম) লৌবগী বারী ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈ ফাওবা তানরম্মী। মীনা য়ামদ্রিঙৈ লম্না মরাঙ কায়রিঙৈগী বানি।

চা-বাগানগা নকুবনিনা ঐখোয়গী ইপুবোক-ইপুধৌশিংদো বাগানগী সাহেবশিংগা শগোল কাঙজৈ হেক হেক শান্নে হায়। ইপুবোক অনীগী হাক্তকফাও শগোল অনী লৈরম্মী হায়। ঐখোয়দি ইপুবোক অনীদু উহৌদে, মখোয়না তোংলম্বা শগোলশিং অদুসু উহৌদে। অদুবু মখোয়না শগোল মথক্তা থারগা ফম্নম্বা শাবনশিং অদুদি উহৌই, উহৌবতা নত্তনা য়ুমগী ছাদ মথক্তগী তাচৌ ইবানিনা শাবনশিংদো লৌথরগা পুখ্রি মপান্দা পুথদুনা ঈশিংদা থাদরগা তোংদুনা শান্নখি। শগোলমক তোংবা ফংহৌদ্রবসু শগোল তোংবগী নুংঙাইবদো খরতং ওইরবসু ফংখি, শাবন মথক অদুদা ফম্নগা ভাবনা শাবা শগোল অনীদো লীচৈ থাদুনা কন্না কন্না থৌখি। ইপষ্কৌনা শাবনশিংদো থমজিন্নবা ফনা কন্না হোৎনখি, অদুবু ঙমখিদে। খরা লৈরগদি ইনাওশিংসু য়াওশিল্লক্তুনা শাবন অনীদো শেৎতৎ-নাতৎনদুনা মাঙখি।

তাচৌ ইবানিসে খুৎতি ফনা ফজনা লেংঙকপা জাৎনি। ঐখোয় অনীগী খুৎতা পোৎচৈ ফনা য়াম্না লোইশিনখি। তাচৌনা মকোক চিংবা, ঐনা মতুং ইনবা। য়ুমগী ছাদ মথক্তা লাইখুনু ময়াম অমা লৈরম্মী। তাচৌ ইবনিনা হপ্তা খুদিংগী লাইখুনু মচা ফার-ফারগা বাগানগী লৈপাকপোক কৈথেলদা য়োল্লি, জুরা অমদা সিকি অম-কা ফংলকই। লাইখুনু মচা থিবদা লৈকাং চারবা লাইরিক ময়াম অমা থেংনরকখি। স্কুলদা তম্নবা ছাপা তৌবা লাইরিক্তা অয়াম্বনি, বাংলা ময়েক্তা খুৎনা ফজনা ইবা রামায়ণ-মহাভারত মতাং মতাংগী ওইনা য়োমদুনা থম্নম্বা খরসু য়াওই। অদুগা ময়েক

মশক খণ্ডদবা খুৎনা ইবা লাইরিক খরসু থেংনখি, মদু মৈতৈ ময়েক্লা ইবা ওইরম্বা য়াই। লাইখুনু মচা ফাবদা খুরৌ চেল্লি হায়দুনা তাচৌ ইবানিনা লাইরিকশিংদো খরা খরা তৌদুনা পুথরকখি। লাইরিকশিংদো মথোং মরম খণ্ডদনা পুংচাই চাইদুনা লৈবদো উবদা ইবোক্লা 'অশুভাংশিংনা চোঙম চাদবনে খোঙন-খুৎনা শোক্লগা পাপ পুবা তারে' হায়দুনা লোইনা খোমজিল্লগা পুথ্রিগী লাইজদা গঙ্গাপ্রাপ্তি ওইহনখি। হৌজিক্তা খল্লু-খল্লুরগা নুংঙাইরক্তে— ঈশিংদা থাদখিবা লাইরিকশিং অদুগী মনুংদা মমল য়াম্লবা, ফংবদা বারবা লাইরিক কয়া অমা য়াওরম্বসু য়ারিবনি।

## ৪

কাছাড়গী ইরোয়-লোইবা নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্রনা থূপঙ্খ্রবদা কল্লানা নিংথৌ ওইগনি হায়বসিগী মতাংদা চয়েৎনবা কয়া লাকখি। মরমদি গোবিন্দচন্দ্র মচা পোক্তে, মচা-মশু অমত্তা থল্লমদে। নিংথৌ ওইনীংবা অমদি ওইহল্লীংবা মীদি হ্রাৎখিদে, মলা য়াম্না চোংথোরকখি। লৈথিদ্রবা নিংথৌগী লৈমা য়াইমা চন্দ্রকলানা মহাক্লা য়োকচবা পুষ্যপুত্রনি হায়বা অঙাং অমগী দাবী পুখৎলকখি। মণিপুর নিংথৌ গম্ভীর সিংহসু কাছাড়গী রাজগাদি দাবী কল্লা তৌবদা য়াওরকখি। অৱালান মতমদা ময়াম্বুং অনীগা লোয়ননা মহাক্লা চহী তরুকলোম কাছাড়দা নিংথৌ ওইদুনা পানখি, অদুনা কাছাড়গী নিংথৌফম অসি মহাক্লা ফংফম থোকই অসিনি। মহাক্কী দাবী অসি মচেম-শিজ, লৈথিদ্রবা নিংথৌগী লৈমা অহন, ইন্দুপ্রভানা কল্লা শৌগৎখি। মতম অদুগী অঙম-অথৌশিংগী অপাম্বা খরসু লৈখি। দাবীশিং অসি চহী অনীরোম মুন্না খন্নরগা সাহেবশিংনা মসিদি য়াম্না শাংথরুদুনা কাম্নপোৎ নত্তে হায়দুনা ইং ১৮৩২দা নিংথৌফম মুৎথত্তুনা কাছাড় মখোয়না লৌশিনখি।

ইংরেজশিংনা লৌশিনবা মতমদা কাছাড়গী ফিভম য়াম্না ফৎলমদে। লম-তু মরাঙ কায়না লৈরগসু মীয়ামগী য়ুম্বান-কৈবান য়াম্না মওং চারমদে, লম্বী-থোং হায়নীংঙাই লৈতনা ফৎলমদে। অদুনা সাহেবশিংনা লৈবাক্কী ফিভম ফগৎনবগীদমক অহানবা পায়খৎপা থবকশিংগী মনুংদা লম্বী-থোং শেমগৎপনা মরু ওইখি। অদুবু কাছাড়দা থবক শুবিনবা মী ফংদবদগী অৱাবা অমা ওইখি। অদুনা জেলদগী ফাদোকশিং পুথোরক্লগা থবক শুহনবা তাখি। শিলচর জেলদা মতমদুদা ফাদোক মশীং পংয়াম য়াম্নমদে। অদুনা সিলেট, মৈমনসিং, ঢাকা অমদি আগরতলাদগী ফাদোকশিং পুখৎলক্লগা লম্বী-থোং শেমগৎ-শাগৎপগী থবক্তা শীজিন্নখি। অদুবু মখোয়না ফলা হোৎনদুনসু চহী ফলা কুইনা ফাওবদি কাছাড়দা লম্বীনি হায়বা য়াবসি অমখক্তমক লৈখি, — করিমগঞ্জদগী শিলচর তারগা বেরঙ্গা খেৱা লান্দুনা বাঁশকান্দি তাবা, অদুদগী চন্দ্রপুর খেৱা লাল্লগা নুংফৌলৈকাই তোলেনখুল ফাওদুনা লক্ষীপুর তাবা লম্বী। লম্বী অসিদনি মণিপুরগী নিংথৌ-নিংথৌরেলশিং, সাহেবশিং, অঙম-অথৌশিং অমদি লল্লোন-ইতিক তৌবশিংনা চথোক-চৎশিন তৌরমখিবদো। লম্বী

অতৈদি লম্বীনি হায়বা য়ারমদে, অদুক্কী মতীক মওং চারমদে।

কাছাড়দা চা-বাগান কয়া লিংখৎলকপদগীদি বাঁশকান্দিদগী পয়লাপুল অদুদগী লক্ষীপুর তাবা লম্বী অসি শেমগৎলকখি। মরূ ওইনা করিমগঞ্জদগী শিলচর তারগা পয়লাপুল ফাওবা লম্বী অসি কোয়লাস থাখি। হায়রিবা লম্বী অসি কাছাড়গী মনুংদা ইহান হানবা কোয়লাস থাবা লম্বীনি। লম্বী অতৈদি কাইনথংদা শেমগৎখিবনি, কাইনথংদা কোয়লাস থাখিবনি। অদুবু লাইবক্না করেম্নবা হায়গদ্রা, ইতিহাসকী তাংকক অমদা য়াম্না মরূ ওইখিবা লম্বী,* — বাঁশকান্দি-নুংফৌলেকাই-তোলেনখুন-লক্ষীপুর লম্বী অসি ওসি ফাওবা কোয়লাস থাবিদ্রি। অসি ওইরে ওরাংগী নিংথৌনা ওসি চাক্লিবা ওইবা, ওরাংগী চাক্লিবনা ওসি নিংথৌ ওইবা হায়বদো।

মরাইবক ফৈ শিলচর-পয়লাপুল লম্বী। মরাইবক ফব-ফত্তবগী বাদো নাকোইননা থমথ্রগা, ঐখোয় খুনগী ওইনা হায়বা তারবদি, লম্বী অসিননি ঐখোয়গী মমাওদা মতম অমদা অবাং পাংনা ঈচেল নাইনা চেল্লম্বা খোং বাগাবু নুংফৌ তুরেলদগী থদংপিখিবা। নুংফৌগা বাগাগা শম্নরিঙৈদদি নোংজু পাম্বাদা জাহাজ মচা মচাশিং, তশেংবদি স্টিমার মচা মচাশিংনি, বরাক্তগী নুংফৌদা হাইগৎলক্লগা বাগা খোঙনুংগী মতেক অমা ফাওবা চঙশিল্লক্লুনা চা-বাগানগী পোংচৈ পুথোক-পুশিন তৌরম্মী হায়। য়ুম্নাম মপাদা জাহাজ থাংফম ওইরম্বগী খুদম খরা ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা উহৌই— রেলগাড়িগী পথাপতগী খরা পিকপা ঠেলাগাড়িগী পথাপ বাগা খোঙবান য়ৌনা পাক্কা চন্দুনা লৈরম্মী, কোয়লা পৈরম্বগী মচিং-মখাক খরসু তাদুনা লৈরম্মী চাউরবা লিরবা মঙ্গে-মখোঙ মনাক্তা কোয়চাই চাইদুনা। নুংফৌদগী বাগা থদংপিখিবদগী বাগাদা জাহাজ কারকপা য়াখিদ্রে, নুংফৌদা জাহাজ কারকপগী যুগসু লোইখ্রে। জাহাজ থাংফমসু হোংখ্রে, নুংফৌগা বরাক্কা ঈতিম্নফম চন্দ্রপুরদা। ইতিহাসকী লামায়দা চন্দ্রপুরগী অবা-নুংঙাই বারী হৌজিকসু মুৎখ্রি। মফম অসিদনি কাছাড়দা মহারাজ গম্ভীর সিংহগী ইকোন-কোনবা থানা লৈরম্বদো। অনীশুবা য়ান্দাবু সন্ধিগী চেরোলদা চন্দ্রপুরগী বা পল্লি। মণিপুরগী নিংথৌফম মুম্নবগী তাংকক কয়াদা মায়থীদুনা লাঞ্জেল্লকখিবা নিংথৌ মচা-মশু কয়া অমদি মখোয়গী খোঙলোই কয়া মফম অসিদা শাইদাংদুনা লৈখি অমসুং মণিপুরদা লান্দানবা শরৌ কয়া শীম্নখি।

মতমগী খোঙলৈনা ইতিহাসকী য়াওল কয়া পুরকখ্রে, সভ্যতাগী খোঙচৎতা অবা-নুংঙাই থৌদোক কয়া থোকখ্রে, তু-খোং চীং-মান লম্মিৎ-তুম্মিৎ লম্বী-থোং কয়াগী শক্তম হোংখ্রে। হোংবা তাবনি, হোংবা হায়বসি হিংবগী খুদম্নি।

বাগাসু শক্তম হোংখি, অবাং পাংনা চেলম্বা লাইজ-ঈচেল লেপখি, নুংফৌদগী থদংপিবদগী। অদুমকপু ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈ ফাওবদি বাগাগী ঈশিং নিক্নিক্ লাউনা লৈরম্মী, ঈকং থাদসু ঈশিং থোইনা ময়েং তারমদে। খোঙবান্দা তাবা ইমুং

অয়াম্বনা খোং অসিগী ঈশিং শীজিন্নরম্মী— ঈরু-মায়খজবদগী হৌনা ফিশু-ফিজাম্বা, থকপ-চাবা ফাওবা। ঈকং পাম্বাদদি পুম্ব্রিগী ঈশিং কংথখিদুনা করি করিগুম্বা মতমদা পুম্ব্রি চাবা ঐখোয়গী ইমুংসু বাগাগী ঈশিংদা তাংজবা তারম্মী। হৌজিক খল্লুরগা অকিবা অমদি অঙকপা পোকই, মহীক-মতাইনা থল্লবা বাগাগী ঈশিংদো ফুম্ভোক-লোম্বোকপসু তৌদনা থক-চারগা ঐখোয়না করম হায়না হিংলকস্রিবা, অশিবগী খায়াত্তগী করম হায়না নাম্বোকহৌরিবা ! মতমদুদদি ঐখোয় করিমতা খল্লুদে, করিমতা নুংশা থীরুদে।

নুংফৌ চাবা কাওবুনা লক্লে, 'শন-ইরোইগীতা নত্তনা তাইবংমীগী মথী-ময়ুংগী মচুম থক্লি-চারিদো, ইস, তুরুচচন্দ্রা !'

ঐখোয়না খুমই, 'ঐখোয়গীদি ঐখোয় লৈকাইগীতনি, নখোয়গীদি তুরেলনা হৌরকফমদগী হৌনা তোর্বান নাকল অনীদগী তাশিল্লিবনি।'

নুংফৌ চাবগীসু বাগা চাবগীসু ওইজ-ওইথক খুদোং চাব-চাদবা কয়া লৈ, মাম্নবসু য়াওই মাম্নদবসু য়াওই। অদুবু ঐখোয় মশেন মরক মরক্তা ময়ে য়েৎনৈ। তুরেল চাবা কাওবুনা মখোয়গী তুরেল থাগৎলি, বাগা চাবা কাওবুনা ঐখোয়গী বাগা।

তুরেল চাবা কাওবুনা খরা কল্লক্লা তৌবসি বাগাদা হৌবা থাংজিংগা বাগাদা লৈবা ঙাগনি। বাগাদা থরো-হৈকক-থাংজিং য়াম্না হৌই। থরোগা হৈককদি অপিকপা মখলগী ওইবনা চাবা য়াদে, চানদে। অদুবু থাংজিংদি অপিকপা মখলগী ওইরবসু য়াম্না হাউই হায়নৈ। ঐখোয়গী ইমুংদা থাংজিং য়াম্না পাম্বসি পাবোনি। অদুনা থাংজিং হের্কপসি পাবোগী মথৌনি, তিংখং মরক অদুদা হেক্তা কুমথখি। পাবোনা থাংজিং চাবসি হায়নরিবনি, ক্রৌ ক্রৌ শায়দুনা য়াম্না হাউনা চায়। মণিপুরগী থাংজিংদি মরু চাউজরবসু ক্রৌ ক্রৌ শায়বা য়াবগী মহাওদো য়াওদে হায়না পাবোনা হায়। ঐখোয় অঙাংশিংনা চাবনা থাংজিংগী মতোং অদু নত্তে, অহল-লমম্না মতোং চাথোকখ্রবা থাংজিং মরুশিং খোমজিল্লগা ফুঙ্গাদা লৌরগা কবোকতৌনা পোকখায়রকপদো মদুনি চারিবা।

বাগাদা ঙা লৈবসিদি মতৌ অমনি, প্রিক প্রিক শৌনা লৈ হায়বা য়াই। মতম অদুগী বানি। চহী চুপ্পা ঈশিং খাংতপমুক লৈবতা নত্তনা খোঙবান অনীমক্তা উপাল-বাপাল উরী-বারীনা শোঙনা লৈবা মরম্না ঙাগীদমক্তদি স্বর্গরাজ্যনি। চাব-থকপা বাত্তবনিনা অমদি তাইবংমীনা য়াম্না কম্না লান্দাবা ঙমদবনিনা লেম্লৈশিংদো মশা-মউ ফবতা নত্তনা চাগোকসু ফরম্মী।

নোংজু পাম্বা য়ৌরক্লবদি ঙা ফাবগী ঈরাং হৌরে। নোং খরা খরা ফজনা চুথরকপগা মাগী মাগী পনদা লু থুম্নে, মতম চানা লু থুমহৌদ্রবদি অহানবা নোংহৌগী ঙা নাম্বোক্তুনা চৎখ্রে। মথংগী পম্না মরাইবক ফখিগদৌরিবনি। পনবুদি পংয়াম য়াম্বা নত্তে। ঈশিং য়াম্না লুবা মফমদদি পন থিংবা ঙম্বা নত্তে, ঈশিং মরেপ থেনবা

মফমদতনি পন শানরিবসে। ঐখোয়গী পনদো মফম য়াম্না চায়। মমাঙলোমদা ঈশিং মরেপ য়াম্না লুবা মরম্না ফনা শাংবা ফাওবা পন অতৈ লৈতে। অদুনা ঐখোয়গী পনদো ঙা য়াম্না পাল্লি। নোং লাকত্রিঙে খরা মমাঙদগী ঙা ফানবা লু মখল মখল শাদুনা থমই— কবোক্ক, শোয়াক্ক, তাইচেপ......, মতাং মতাংগী ওইনা শীজিন্নবা। কৈথেলদা লু অচৌবা য়োন্দবনিনা ইশা ইশানা শাবা তাই। লু শাবদি পাবোগী মথৌনি মখুৎ-মশা খরা হৈবনিনা। মরক মরক্তা ইপহৌনা লী-পয়া শিদুনা মতেঙ পাওই। লু থুম্বদি মচিন-মনাউ মরিমক অয়াম্বা মতমদা চৎমিন্নে। ঈশিং কন্না হাইগৎলকপা মতমদদি মী অম-অনীতনা লু থুম্বা বায়, লু চেনথখিগদৌরিবনি। ঐখোয়গী পনদো সরোকতগী খরা হেন্না চঙশিল্লি, য়াম্না শুকই অদুনা মফমদো থুপ হায়রগা খঙনৈ। লাই-তীন লৈ হায়দুনা য়াম্না কিনৈ। ঐখোয় অঙাংশিংদি অহন-লমন য়াওদনা মফম অদুদা পংচঙ চঙহন্দে, মদুসু অয়ুক-নুংথিলদতা। ঙা ফাবা হায়বসিদি ময়াই অমনিনা ঐখোয় অঙাংশিংসু ইন্নবা হোৎনৈ। নোং কন্না চুবা মতমদদি ঙা য়াম্না চঙই, করি করিগুম্বা মতমদা লু খাংতপ য়ৌবা য়াওই। মদু উরগা লাইরেন মতুংদা ঙা-ইন্‌বা হায়দুনি হায়নৈ। ঐখোয় কিখি, ঐখোয়গী অহন-লমনশিংসু। কনানা খঙবা লুদা লাইরেন চঙলম্মবদি, চঙলমদ্রফাওদা থেংনরবদি ! লাইরেন ওক্করবদি ফুগাম থুংদুনা শিবা শোয়দ্রে, মসিগী লায়েং লৈতে। যুগ কয়াদগী চখরকপা থাজনবীনি। অদুবু ঙা ফাবগী ময়াইনা অকিবদো নমহৎখি। অতৎ-অথম লৈতনা নোং চুবা মতমদদি নুমিদাংদসু লু কাইগদৌরিবনি, গেজ (পেট্রোমাকস) থাঙ্গৎতুনা ঙান্না চৎকদৌরিবনি। মতাং অসিবাইদদি ইবোকখোয়সু খরা হেন্না চিল্লি। ঐখোয়না খরা নুংশিবা ইমুংশিং অমদি মরী-মতা থোকপশিংদা পীজনীংবা পীজগদৌরিবনি, ঐখোয়সু ওক্কবা চাগদৌরিবনি, য়োকপা য়াবা ঙা, — ঙাক্রা ঙাচিক পোয়োমশিংদো য়োকশিল্লগা অতৈদি মৈ হৌগৎতুনা ইবোকখোয় নুপীশিংনা য়াইগদৌরিবনি। অসিগুম্বা মতাংদা ঐখোয় অঙাংশিংদি ঙা চামনদুনা পূক য়েকপা য়াওনৈ।

নোংজু পাম্বা লোইথ্রগা মেরা চঙলকপগা অমুক খোই থাকপগী মতাংনি। খোই থাকপসিদি কাকানা খরা হৈনৈ, থবায় য়াম্না য়াওই, ঐনা কাকাগী মতুং ইনগদৌরিবনি, কাকাগী মতেঙ পাংগদৌরিবনি। খোংবান-লুকপান্দ্রা খোই চোপতুনা নৎত্রগা ঈশিৎতুনা ঙামু-চিয়োন ফাগদৌরিবনি। ঙামু-চিয়োনদি খোংবান লুকপান্দা য়াম্না লৈগল্লি, অদুগা মশাসু য়াম্না কল্লি, খিং খিং লাউই। ময়াংলেন্দা খোইনা লেংলবা খুদোম্বীমুক চাউবা ঙামু-চিয়োন মচা অদুনা উশিৎ-থৌওইদনা মমাঙদা চেন্দুনা চোংদুনা ঈরোইদুনা শান্নবদুনি পোরোমগী অশাউবী— 'এরা করিসু লৈতবা চিঙ্গাক মাগুম্বনসু'। নুমিদাং-বাইরম মল্লি মল্লিদা খোই মরি-মঙা থাক্রমগা নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরকপগী অদুবাইদা কাকানা খোই অম-নী লুমতক লুমতক তৌনা হাইগৎলকপদুদি

করিদা অমুক হায়রক্লগনি। ঈশিংদা লৈবা জীবদুনা কংফালদুদা 'ঐ ঙসিদি লোইরেদনা' হায়বগী মতাগুম ফ্রং-ফ্রং চোংলি, অদুগা ঐখোয়না মদু উবদা হরাওরি। খোই চোল্লসে পাবোদি য়াদে, ঐখোয়বু চৈ, হায়— 'মিত্র-দেহনি তৌরিদো, মোইথেম তৌরগা মথবায় লৌবগী থবক্লি। তৌহেদেকো।'

অদুবু কালীপুজা য়ৌরক্লগদি পাবোগীসু নিশা অমা লৈ। নুপাঈন অমগা চেপ্তক তৌনা হাইফেৎ চাউনা মশানা শাজবা তুঙ্গোন অমগা য়ান্দুনা মোদ্রি পাংখিগদৌরিবনি। মোদ্রি হায়রিসে বাগান মনুংদা চেনবা তুরেল মচা অমনি। মোদ্রিগী ঈশিং কংথরকপগী অদুবাইদা ঙা য়াম্না ফায়। পাবোগী মতুং খুড়াতোম্না অয়াম্বা মতমদা ইল্লি, মী অমদি ইন্নদবা য়াদে, মী অমত্তনা ঙা ফাবা ঙমদে। অয়ুক ঙন্তা চৎখিবদুনা নুমিৎ মাঙ্গোন ময়াই য়ৌরকপগী অদুবাইদা তুঙ্গোন হাইফেৎ থন্না হল্লক্কদৌরিবনি। ঙাদি পুথিনা অয়াম্বনি, মরক মরক্তা ময়াই ওইরপ চাউবা শারেং, শারেংখোইবী, খারাউবীসু য়াওরকই। মেরা চঙলকপগা মোদ্রিগী পুথিদি হায়নরিবনি, মৈদা য়াইবদা থাউ পোপ পোপ তারিবনি। থোংদুনা চারে হাওই, য়াইদুনা চারে হাউই। অদুবু লোইনা চাবদি ঙমদবনিনা মবুক মেৎথোক্লগা অয়াম্বদি নুংশাদা ঙারী ফৌগদৌরিবনি, হেন্তাক শুরগা উতোংদা হাপচিন্দুনা চহী চুপ্পা চাননবা। মতাং অসিবাইদদি ঐখোয়গী লৈকাইদো শুমাঙ শমদুনা চৎপা য়াবা নত্তে, ঙারী ফৌবগী মনম্না নাতোন পুংপৈ।

বাগাদা লৈকাই ময়াম পুম্না কুম্মৈদৌনা ঙা ফাবগী মতাং অমসু লৈ। নিংথমথা খরা খরা চঙলক্তুনা মফম মফমদা ঈশিং ময়েং তাবা য়াবা তাপ্রবা মতাং অদুদা লেপ্পগনি — হয়েংদি মফম অদুদা ঙা ফাসিদো। অদুদগী ময়াম খঙনবা লাউথোক্কনি। নোংঙানবগা অয়ুক্কী থবক-থনা লোইশিন্নরম্লগা নুমিৎনা মাঙ্গোল ময়ায় য়ৌরকপগী অদুবাইদা ময়াম বা-বা লাউনা কুমথনরক্কনি, নুপীসু নুপাসু নুপী-ঈনগা লোংগুপকা, নুপা-ঈনদি পংয়াও য়াওনদে। হপ্তামুক লৈরগা মফম অমদমুক।

ঐখোয় নুপামচাশিংগীতা ওইনা তৌবা থোইদোকপা ঙা ফাবগী নুংঙাইবা মওং অমসু লৈ। লৌবুক্তা হোবা থুম্বা, হোবাবু উতোং-লুসু হায়নৈ। নোং তারক্তুনা লৌবুক্তা ঈশিং খজিক্তং তুংবগা হোবা হেক্তা থুম্নে। কদায়দগীনো খঙদে ঙা অম-নী হেক্তা চঙলম্মী। পুথি খরা, ঙামু খরা। মদুদা ঐখোয়না হরাওবদুদি, ঙাশিংদো য়ুমদা পুরক্লগা হৈদোকপদা লাঙবদুদি ! হোবা মরি-মঙানি থুম্নরিবা, তরামুক থুম্নবদি য়াম্লে। বারোইনা শাবা হোবানি, শাবা হৈত্রদি ঙা লিংখি। নুমিদাং-বাইরম ঈশিং ফজনা তুংবা ফৈদোমগী লৌরী ঈশিং ফাৎলগা হোবা থুম্নম্লগা নোংঙাল্লকপদা কাইনগদৌরিবনি। হাম্না হৌগৎপা কাঙবুনা করিগুম্বদা হোবা কাইথোক্লম্নবদি মদুদা খৎনবা লাউনবদুদি !

খোংবান শিৎপা, ঙাকোম মচা মচা শিৎপসিসু ঐখোয়গী নুংঙাইজবা অমনি। খোংবান অমদি ঙাকোম য়াম্না লৈবনিনা য়াম্না তোয়না শিথলি, করিগুম্বা মতমদা ঙরাংতা শিংখিবা ঙাকোম অদুসু শিথলি। তাচৌদি অসিগুম্বদা থোইনা য়াওদে, লৈখোম-লৈনাংদো হৈনদে। অদুনা ঐনা মকোক্নি ঐখোয় ইমুংগীদি, ইতুংদা বালানে বাবাহনবে বীরেন্দ্রনে। নোংমদি বীরেন্দ্র ইবানি শিরমগদবা খজিক্তং ঙায়রম্মী। ঐখোয় মরি ঈশিংপনি। ঈশিং কংশিন্নক্রদুনা ঙা ফাবা হৌরকপতা ঙায়রি, লৈনাং মরক্তুদা মরেং মরেং চৎলকই ঙাপ্রুম অমা। বীরেন্দ্র ইবানিনা চেনশিল্লগা মকোকলোমদা অমনা মমৈলোমদা অমনা তাপ তাপ পায়খৎলগা তুঙ্গোলদা হাপচিনগে তৌবদা লিন ওইরমদুনা ঐখোয়নিনা খংথা থাদোক্রমগা চেনখৎলকপদুদি! চিক্রুন্নবদি ঐখোয় অনীবু নহান্না কাউনরম্ননি।

বাগাদগী নথ্রগা পাংতগী ঙা ফনা ফাদুনসু লৈকাইগী থাদোকপা ঙমদবা নিশা অমা লৈরম্মী। য়ুমশংকেশা নুমিৎ অসি চন্দ্রপুর কৈথেলনি। কৈথেল নুমিৎ অসিমদি কৈথেলদগী ঙা লৈরগা চাদবা য়াদবদৌনা তৌই। তৌবগীদি ঙাগী মখলসু খেন্নে। য়ুমদা ফানরিবনা মরূ ওইনা পুথি, মুকাঙা, ঙামু, ঙাক্রা, ঙাচিক অসিগুম্বনি। কৈথেলদা য়োল্লিবনা ইলিশা, ঙাশিং, ঙাপাই, বাসা, লারিয়া অসিনচিংবনি। মশক তোঙানবা, মহাও তোঙানবা কৈথেল ঙাশিংসে লৈদবা য়াদবগুম তৌই। অচৌবা ঙা ওইরগনা য়েন্নগদৌরিবনি। কৈথেলদগী চাক্কা ওইনসু ফংই, মাগী মাগী বুজ মতুং ইন্না লৈবসু য়াই। অদুবু ঙাদি লৈদবা য়াদে, নুমিদাং হংনগদৌরিবনি— ঙসিদি করি ঙা লৈরকই। ইলিশা লৈরক্রবদি হংবগী মথৌ তাদে, ঙৌবা হৌবগা য়ুম্লোন মরি-মঙা লাম্না মনমদা অদুম খঙনরে।

য়ুমশংকেশা নুমিৎকী চন্দ্রপুর কৈথেল চৎপসি ঐখোয় অঙাংশিংসু মরক মরক্তা য়াওই, মরূ ওইনা নোংজু পাম্বাদা। বরাক্তা ঈশিং বাংখৎলকপা মতমদা জাহাজ ময়াম অমা কৈথেল ময়াদা থারে, মদু য়েংবনি, জাহাজ মখল মখলনি— জাহাজ নাপংবী, তু-খোংবী, তোরে ঙানবী.....। কদায় কদায়দগী লাক্রিবনো খঙদে, খরমনা চৎখি, খরমনা থারে। মদু য়েংবগা লোয়ননা নাগুবী ফাওখৎপসু য়েংগদৌরিবনি। নুংফৌগা বরাক্কা ঈতিন্নফমগী কল্লবা ইরেম্দনা হেল্লি নাগুবীশিংনা মরাঙ হৌবসি। করি করিগুম্বদসু অরাপ্পদগী লাকপা হিশিং অদুগী মনাক্তসু ফুং লাউনা ফাওগৎলকপসু য়াওই। হিদা তোংলিবা মীশিং অদুগী ওইনা ঐখোয়না কিবি।

হৌজিক্তি জাহাজসু লাকখিদ্রে, নাগুবীসু ফাওগৎখিদ্রে। অদুঙৈগী চন্দ্রপুর কৈথেলসু বরাকী লৈরাই নীংখায়রকপদগী শক্তম শাথীনা হোংখ্রে, শক্তম হোংবতা নত্তনা মগুণসু লৈখিদ্রে।

৫

নুমিৎ খুদিংগী মতৌগুম নুমিৎ অদুসু লৈকাইগী ইমান্নবশিং মথং মথং হৌনরগা স্কুল কায়। ইরোয়-লোইবদা ইতাও হৌরগা মখোয়গী থোঙ্গালদা থোরকই। সরোক য়ৌবতা ঙাইরি ইখঙ-খঙহৌদনা কদোমদগীনো দ্রং-দ্রং-দ্রং... দ্রং-দ্রং-দ্রং... নোং থাকপদৌনা খাক্লকখি। নোংমদোন-অতিয়া কিন্থরক্কদবা মাল্লি, মালেম পৃথ্বী থক্থক্ নিক্লকই। অমুক্তা থোকখিদ্রিবা মতৌনি, চংঙক মায়ঙক্লে ঐখোয় পুন্নমক। অকি অখং মরক অদুদা তৌফম খঙদনা চেনশিল্লি ইতাওখোযগীদা। মাঙ্গোলদা ইতাও-পানা মিঙ্ন হাইগৎখিদুনা চোংবোই ফনবোই তৌদুনা লাউদুনা লৈরম্মী,— অঙাংশিংদুবু কদায় য়ৌগ্রগে, কৌনেহে, নখোয়বু কদায় কদায়দা লৈগ্রগে? অহন লমন পুন্নমক মিপাইনরে। নোং খাকপসু নত্তে য়ুহার হাবসু নত্তে, করিনো, করি মতৌনো তৌরিসিবু ! মহৈ মহৈ মচা-মশূশিং কৌশিন্নরি শিরসু পুন্না শিমিন্ননবা।

নুমিৎ অদো অঙাং অমত্তা স্কুল কাহল্লে। 'পরলোই' লাক্লবদবু কনাগী লাইরিক তম্বা। ঐখোয় অঙাংশিংগীদি নুংঙাইজবী হায়দো ওইখি স্কুল কাদ্রবনিনা, পরলোইগী বা ঐখোয় থোইনা খল্লুদে।

প্রলয় হায়দো লাকপুদি লাকখিদে। অদুবু নুংথিলদা পাউ অদো য়ৌরকখি, ময়াম ঙাঙনরকখি,— ঙসাই অয়ুক্কীদো বম থাদবনি হায়য়ে, দার্বি বাগান্দা জাপান্না বম থাদবা। দার্বি বাগান কদায়দা লৈবগে হায়দো কনামতা খঙদে, য়ান্না লাপ্লিদি হায়নৈ। মহৈ মহৈ ঙাঙনৈ,— অদুক লাপথ্রবা মফম অদুদা বম তারগা ঐখোয়গী অসিবাই ফাওবা থক্থক্ নিকপসিনদি ঐখোয়গী 'সিবাইদা তারদি কমদৌনি !

নোংম-নীনি লৈরগা ইপহৌনা সাইকেল তোংলগা বোম তাফম অদু য়েংলুনি হায়দুনা চৎখি। লৈবাক্কী থৌদোক-বাথোক্তা য়াওনীংবা উনীংবগী রাখল অসি ইপহৌদা কন্না লৈবগুম তৌই। অয়ুক ঙস্তা চাক চখোম অমা চারগা চৎখিবদুনা নুমিদাং ফন্না থেঙলবা কান্দা হল্লকখি। রারী লীবা হৈবা ইপহৌনি, অদুনা পাউ তম্বসু হৈ। বম থাদবগী রারীদগী হৌনা সাহেবশিংগা উন্নরকপগী রারী মরীক চুন্না লীরে। সাহেবশিংনা পীরকপনি হায়দুনা লাইরিক অমগা লিফলেট খরগসু পুরকখি,— ইংরাজি ঙাক্তনি, ইপহৌসু পাবা থোক্তে, ঐখোয়সু কনামতা পাবা হৈতে। অদুবু ইপহৌনা

ময়ামদা হরাও-হরাওনা য়েংহল্লি, অদুগা ঐঙোন্দা চেকশিন্না থমজিল্লু হায়না পীশিল্লকই। সাহেবশিং অদুগা করি লোন্না বারী শান্নরকখিবা খঙদে, মরমদি ইপহৌ মৈতেরোল অমদি কিতা-কোরি বাংলা নত্তনা লোন অতে খঙদে, সাহেবশিং অদুসু ইংরাজিগা হিন্দিগা নত্তনা লোন অতে খঙলম্মোই। তৌবগীদি ইপহৌদা মগুণ অমা লৈ, মীগা থুনা শক খঙনবগী, মীগা থুনা নকশিন্নবা হৈবগী। মসি তুংদসু ঐখোয় খঙলকখি।

লান লাক্লে হায়না ঙাঙ্নরকপবুদি কুইরবনি, হাইফেং কুইরবনি। মণিপুরদা জাপান্না বম থাদবগী পাউসু তাখি, অহন-লমনশিংনা বারীনখি,-- খুরাইদনি হায়ব্রা করিনো, মাঙোপতা ময়াম লাইগী উৎসোব খুল্লিঙৈদা থাদরকপনি হায়য়ে, খুদক্তা পুংতুম, মী অমত্তা হিংহৌদে।

ব্রহ্মারোমদগী লাঞ্জেল্লকপা মী ময়াম অমগী বারীসু তাখি, অম-নী উহৌবসু য়াওখি। মী লিশিং লিশিংনি লাঞ্জেল্লকখিবা, লম্বীদা অবা-অনা কয়ানি নংখিবা, লম্বী লমখাংদা শিহৌবনা কোঙ্গাইনি চাদ-থক্তবদগী নারক-য়েক্লকপদগী। পিক্লিবা অঙাংনা শিবতা ঙায়রিবা মমাগী খোন্নাং চিংদুনা লৈহৌবগী থম্মোয় কায়রবা বারীসু তাখি উহৌবশিংদগী, -- উহৌবদি খরতনি, উহৌদবনা অয়াম্বনি।

চৈরক অসিদা মায়কৈ অমরোমদগী লাঞ্জেল্লকপা কাঙবু অমসু থোমজিল্লকখি,--নোংপোক বাংলাদগী, মরূ ওইনা নোবাখালিরোমদগী। বাংলা লৈবাক্তা শাথীনা চাক তাঙবা থোকপদগী চাবা ফংদদুনা লাঞ্জেল্লকপনি। মল্লবা মোৎলবা শেগাইরবা মফি-মরোলনা শরূ-শরাং ঙাক্তা ঙায়রবা হকচাং কুপশিন্নবা লাক্লরিবা মমিৎনা গুরুং য়ৌনা কৃৎলবা চায়রুং চপ্লবা নুপী-অঙাং ময়াম অমনি। কোকঙৌগী পাত্র অম-মম পায়রগা নুমিৎ খুদিংগীনি নিররিবা,-- মাগো, একটু ভাত খাইতে দাও, একটু চাল দাও গো মা (ও ইমা, চাক খজিক্তং চাজগে, চেঙ খজিক্তং হাপ্পিয়ুবা ইমা)। নোংমতা নত্তে, নুমিৎ খুদিংগীনি.... মরী মরী। নোংমফাদোক শাউনীংবা য়ুম্মুসু য়াওরকই, চৈ পায়দুনা তাল্লি,-- যাও যাও ভাগো, চৎলো চৎব্রো, কনানবু নুমিৎ খুদিংগী মরী মরী, ঐখোয় ফাওবা চানীংঙাই লৈত্রসিদা। তাল্লি হায়দুঙাই হেক-হাক চত্তে, অমা চৎখ্রবসু অমমূক লাকই। ইংখোলনুংদা লম্বী-লমখাংদা হঙোই চোংবা উবা য়াদে, কোয়তান তান্নদুনা ফায়, মী-মরাম মানবশিংদুনা হোরেন মৈদা লৌদুনা নৎত্রগা ফুৎলগা চাগদৌরিবা।

লান কনশিল্লকপগা লোয়ননা মণিপুরদগীসু লাঞ্জেল্লকপা কয়া য়াওরকখি। মরী-মতা থোক্লবা থোক্লদবা থিদনা শাইদাংলখি মানা মানা থোকপা, ঐখোয়গী খুন্দতা ইমুং মরি-মঙানি। ইপু লৈরেনখোয়গীদা লৈরবা ইমুংদো ফিভম খরা ফবা মাল্লি। লাইরিক তম্বী লৈশাবী অমসু য়াওরকখি। মহাক্কী লাইরিক তম্বগী মত্তাংদা অবাবা অমা ওইখি। মরমদি ঐখোয়গী অদুবাইদা হাইস্কুলদি লায়রদুনা মাইনার স্কুল

ফাওবা অমত্তা লৈরমদে। পাঠশালা লোইরগা তম্লনবা বাঁশকান্দিদা মধ্যবঙ্গ (মিডল ভর্নাকুলার) স্কুল অমখক লৈরম্মী, মদুদা ইংরোজি তমদে, বাংলাতনি তম্লিবা। খ্বাইদগী নকপা হাইস্কুল হায়বা তারবদি লক্ষীপুর নথ্রগা শিলচরদনি। অদুনা অদুক লাপ্না লৈশাবী অমনা লাইরিক তম্বা চৎপা হায়বসি খনবদা ওইথোকখিদে। অদুবু লাইরিক তম্নীংবা অমদি তমহন্নীংবা কৌবনিনা অনকপদা লৈবা ওজাশিংগী ময়ুমদা মরক মরক্তা চৎপা উখি। মহাক্না খরা তোয়না চৎখিবসি বাগাগী ওজা অর্মানগীদনি। ওজা অর্মান মতমদুদা লক্ষীপুর আর্ল হাইস্কুলদা ওজা ওইরি। লৈশাবীদো অয়াম্বা মতমদা সাইকেল্ল থৌদুনা চৎলি। নুপীনা সাইকেল থৌদুনা চৎপা উবসি ঐখোয়গী অদুবাইদা মহাক্না অহানবনি। মশক-মতৌনগা ফজবনে মহাক্না সাইকেল থৌদুনা চৎপদো ময়াম য়েংনৈ। মী খরনদি ইচে ঙাংবীনা ফজবা হেল্লি হায়নৈ। ইচে ঙাংবী, ঙারিয়াম্বমগী ইচে ঙাংবী, রূপবতীসু কৌই। ফজে, ঙৌরোক ঙৌরদুনা রাশি লৈরদুনা। ঐখোয় খুনগী ইহান-হানবা লাইরিক হৈবী লৈশাবীনি, ঐখোয় খুনগীতা নত্তে, ঐখোয়গী মাইকৈ অদোমগী ইহান-হানবা লাইরিক হৈবীনি মহাক্না। অদুবু মহাক্তি সাইকেল তোংদে। মতমদুদা নুপীনা সাইকেল তোংনরমদে, নুপীনা সাইকেল তোংবা চৎনরমদে।

লানগী ঈরাং নোংমা নোংমগী কনখৎলকপগুম তৌরকখি। নোংমদি, মদুসু স্কুল কাবা মতমদনি, বাগানলোমদগী জিপ গাড়ি ময়াম অমা পরেং পরেং শানা লাকই, তোংলক্লিবশিং অদু অঙৌবা সাহেব ঙাক্তনি, গোরা সিফাই। লমশাং চৎলকপগী বারব্রা করিনো, ইতাওখোয়গী থোঙ্গাল লাম্ভোক্লগা কাপ-মখোঙগী লমহাং অদুদা গাড়িশিংদো থাম্লগা ময়াম কুমথদুনা পোখাই। অদুক য়াম্বা জিপ অদুগা অদুক য়াম্বা সাহেব অমুক্তদা পুন্না উখিদ্রি। অহনশিংনা ঙাঙনৈ— উপদ্রোপনি তৌরিসে, উপদ্রোপ জাৎ জাৎ উরকখিগদৌরি। ঙাইহাক পোখারগা মকোক থোংবা নুপাদুনা হুইসেল 'পি'...... লাউনা খোংলকপগা ময়ামদো ফুক্ ফুক্ হৌগৎতুনা গাড়িদা কাখৎনখি। মখোয়না চৎথ্রবা মতুংদা অহনশিংনা ঙাঙনহৌই,— বাগান বাগানশিংদগী খোমগৎলুবা সাহেবশিংনি, বাগান অমদা সাহেব অমদগী হেম্না থম্নরোই হায়, অহেনবশিংদো লোইনা লান্দা থাগদৌরিবা। লান চৎনীংদবা মরৈ-মরা হৈবা সাহেবসু য়াওদবা নত্তে, লান চত্তনবা হায়দুনা থাঙ মচা অমনা মতোমতা মবুক লেনথৎলগা ব্যাণ্ডেজ পুনশিন্দুনা উৎলি হায়, য়েংঙু ঐ ওপারেসন তৌবা কুইদ্রিবনি, করম হায়না লান্দা চৎকনি। কদায়দগী করম হায়না অদুক ফজথ্রবা পাউদো ফংলুরিবা খঙদে।

অদুগী মতুংদা ইকুই কুইদে, সিফাই মরোল মরোল, গোরা সিফাইসু গোরা নত্তবসু, জিলারোমদগী হাইগৎলকই। মণিপুর পাংলিবনি, মণিপুরদা লান কম্না শোক্লরি হায়। নুমিৎ খুদিংগী উই স্কুল মমাঙগী পাক্কা সোরোক্তা সিফাইশিংনা চৎপদো গাড়িদা

খরা মখোঙনা খরা। মখোঙনা চৎপা কাঙবু মরক্তা চাউর-চাউরবা ফজ-ফজগ্রবা শগোল কয়ামসু য়াওই। লানগী পোৎচে হোন্নবা পুরিবনি হায়। পাঙলমচাশিংনা তাকই,— আরবি শগোল হায়দুনি, ফজগ্রা ! পাঙলশিংগী লাইফম মক্কা হায়দো আরব লৈবাক্তা লৈ, লৈবাক অদুদগী পুরকপা শগোলশিংনি। মমা-মপাশিংনা হায়বদগীনি পাঙলমচাশিংনা থবায় য়াওনা ঐখোয়দা তস্নিবদো। চাউসু চাউই, ফজসু ফজে শগোলশিংদো। অদুগুম্বা শগোল ঐখোয় খক উখিদ্রি। ঐখোয়গী অদুবাইদা লৈবা শগোলদি শনমুক্তা চাউই। সরোক কারোংদা দুকান ফল্লিবা ঐখোয়গী ইমান্নবা সুশীলগী মপা দুর্যোধন পালগী শগোল অদুসু শনমুক্তা চাউই। মহাক্কী অদুতা নত্তে, কৈথেলদা পোৎচে হোন্দোক-হোঞ্জিন তৌরিবা মহাজনশিংগী শগোলশিংসু হায়রিবা দাগ অসি ঙাক্তনি। তৌবগীদি মণিপুরী ঘোড়া (মণিপুরী শগোল) হায়না মখোয়গীসু মমিং অমদি লৈজে, মমিং চৎলি। মণিপুরদগী পুরকপা শগোলগী ধারা-নালা ঙাক্তনি।

নোংমদি অয়ুক বাগানদা চেঙ তাইবা চৎলুবদগী ইবোক নুংশাসোর থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা চেন্নকই। করিবু করি তৌরবা ময়াম পাখৎনৈ। হন্নকপদা লম্বী থোকপদুদা ইবোকতো মহাদেব চীং কারুবা জাৎনি, মঙ্গে হেকপা য়ারদ্রা য়েংবা। মহাদেব চীংথক্তা মঙ্গে পাম্বী অচৌ-অচৌবা অহম-মরি হৌরি, চহী খুদিংগী মঙ্গে য়াম্না য়াম্না হেকই, য়ুমগী ওরুবা থম্লগা মীঙোন্দসু পীজরগা য়োনসু য়োল্লি। মঙ্গেতা নত্তে, উহৈ-ৱাহৈ অতৈসু য়াম্না হৌই। উহৈ-ৱাহৈশিংদো চানীংদুনা সিফাই খরা চীংথক্তা কাখৎলকপা ওইরমাম্লে, মখোয়দো উবদা ইবোকতি পাখৎখিদুনা লুথোং-ককা লংথোক্লম্লগা অদুম চেন্নক্লে। য়ুমদা তম্লে, মহাদেব চীংথক সিফাইনা পুংমু মুহৌরে। ৱারী তৌবা লোইবু লোইফাৎত্রি সিফাই কাঙবু অম-মুক মনীংগী চীংদগী হাইগৎলক্নুনা ঐখোয়গী শূমাঙ ফাওদুনা গপ্-গপ্ চৎখি। নুপী-অঙাং পুম্নমক থোঙ-থোঙনাউ লোনশিন্দুনা লোৎনখি। কিরসু কিনা য়েংনীংবা কৌবনিনা ঐখোয় অঙাংশিংদি থোঙনাউগী মিংশেন্দা নুংশাসোর থিংনা মখোয়বু য়েংই। তৌরিবা মতৌদুদা ইবোকতি চান্ননা মথবায় ৱাজে— লান হায়দো য়ৌরক্লমাম্লে, ঐখোয়সু লাঞ্জেম্নবা তারিব্রা?

অসিগুম্বা মৈচ্রাং মরক অসিদনি মহাদেব চীংদা মহাদেবকী ফুরা শাখিবসি। শাদবা য়াদদুনা শাখিবনি হায়বা তাই। ইপম্বৌনা মহাদেবকী মফমদা ৱাশকখিবা হায়গদ্রা, খুরুমদুনা হায়জখিবা অমা লৈখি। ইপম্বৌগী শাথীরবা লায়না অমা লৈরম্মী, খুকউ চিকপা। হৌরক্লবদি খজিক-খরাক চিকপা নত্তে, শাথীগ্রবা, খাঙবদা ৱাগ্রবা। মাইব-মাইবী, অখঙ-অহৈ কয়ানা লায়েংবদা ফবা শুকঙম ঙমখিদে। মরক মরক্তা খুম্নক-লৈরক্তা লাকপা কুলদ্রিশিংনা শবেং-মচী থাদুনা অনাবা মফম অদুদগী ঈ অশিবা কয়ারক চিংথোকখি, ঈনা পুখম মচা অম-মম মমায় চোম্লপ তৌবফাও

য়াওখি, অদুবু যবদি লৈখিদে। মমৈথংদা লাইগী খুয়াখাদা চঙজবা নত্তনা উপায় লৈখিদে। নুমিদাং কয়া, অহিঙ কয়া মহাদেব চীংদা চত্তুনা মহাদেবকী মফমদা খুরুমজখি, মমিত্তগী পিরাং শিন্থনা হায়জখি,— হে ইবুংঙো, হে শিবশংকর, হে ভোলানাথ, নচা-ননাইগী অনাবসে কোকহনবিয়ুবা কৈদৌগে ! হে প্রভু, ননাইনা ঙমজবা লাইশঙ-ফুরা মচা অমত্তং ওইরসু কৎচগে। ননাইবু চানবিয়ুনে।

মহাদেবকী মফমদা বাশকখিবগী মতুং ইমা ফুরা শাবা তাখি। চেক শাবা হৈবশিং কৌরগা সরোক বাংমদা থুপ মনাত্তা চেক শাখি। চেক মৈ ঈকপা, চেক কাইবা লোইনা য়াম্না চেকশিন্না ঈরাৎ-পূজা তৌদুনা হোৎনখি।

চেক কাইরগা মহাদেব চীংখোঙ তাম্না চেক হোন্নবা অজ্জা নবদ্বীপনা উনা কাংখোং পানবা ঠেলাগাড়ি শাখি। মখুৎ-মশা হৈবদা অজ্জা নবদ্বীপ ময়াম্না হায়নরিবনি, পোকপদগী য়াওরক্লবা মগুণনি,— কনামতদা তম্নুবা তৌদনা ফি ছাপা নমই, ঘড়ি শেমই, গ্রামফোন শেমই, মহাক্না হৈতবা লৈতে। মহাক্না শাবা ঠেলাগাড়ি অদুদা চেক হাপচিল্লগা ইপন্থৌনা চিংই, ঐখোয় অঙাংশিংনা ঈল্লি। তৌবগীদি অহন-লমন অতৈসু চেক হোনবা য়াওদবা নত্তে।

চীংখোঙদগী চীংথক য়ৌবদুসু তাংকক অমনি। ইপন্থৌনা ঐখোয়বু থাগৎকদৌরিবনি, পুক্লিং থৌগৎকদৌরিবনি,— বেশ বেশ, অদুনিদা নিপামচা হায়সিদি, ফোৎ-ফোৎ লাউবী লৈবিদৌরিনি, মোটোর গাড়ি লৈবিদৌরিনি, এরোপ্লেন লৈবিদৌরিনি। ফোৎ-ফোৎ লাউবী (মোটোর সাইকেল), মোটোর গাড়ি (কার), এরোপ্লেনগী আশাদা ঐখোয় অবাবা খঙলমদে, চেক্লা নন্দুনা খোঙ খুৎ শোক্লসু অনাবা ফাওরমদে।

ইপন্থৌদো হৌজিক লৈরম্মদি কয়াম হরাওগদবা, কয়াম্না নুংঙাইগদবা। মচাশিং ঙসিদি গাড়ি লৈনরে। এরোপ্লেনসু লৈত্রফাওবদা ঙাইহাক কাংদনা তোংনরে।

মহাদেবকী ফুরা শাবা মিস্ত্রিদো ঐখোয়গী থংনবা খুন বাগাগীনি, ইপন্থৌগী মমাম্নবনি, মমিং বসির কৌই। বাহে বাতা য়াম্না নুংঙাই, ইপন্থৌগা বারী বাতাই শান্নবদা অমনা হেন্দে অমনা বাত্তে। মরক মরক্তা মখোয় অনী মরৈ য়েৎনৈ,— পাঙন্না চাউব্রা মৈতৈনা চাউব্রা, অন্নানা হেনব্রা কৃষ্ণনা হেনব্রা....। নোংমা ফাদোক চংয়ৌনা হায়নবসু য়াওই। অতোপ্পনা তারগদি মখোয় অনীসে ঙসিদি শোয়দ্রে হায়গনি। অদুবু নোংমতা শাউনবদি য়াওদে, ফাগি তারগা তৌক্লে।

নোংমদি ইপন বসিরনা য়াম্না বাখল তৌরগা ইপন্থৌদা হায়,— বাবাচান্দ, নঙ শাউবা য়াদে, ঐ বা অমা হায়বা তারে।

— হায়য়ুনে, ঐঙোন্দা বা হায়ববু কিব্রনে?

— কিবগী বা নত্তে, নঙনা শাউগদ্রা খনবা। ঐ লাইশঙসে লোইশিল্লমদনা

চৎপা তারমান্নে। কেম্প শাবদা ময়াম পৈশা পেক্লরে, ঐ চত্তবা য়াদ্রে।

— তৌনুদা বসির, খজিত্তা ঙায়রবা কানসিদা, ঈশ্বরনসু য়ারোই, নখোয়গী অল্লানসু য়ারোই।

অদুবু ইপন বসিরদো মপোৎ-মচৈ য়োমশিল্লগা চৎখি। ইপহৌনা খাম্ব-লাকপা য়াখিদে।

কুম্ভীরগ্রাম ক্যাম্প য়াম্না কন্না শাগৎপা মতম্নি। লানগী থবক্লিনা অথুবী ঙাক্তনি, হৈবা খঙদে হৈতবা খঙদে থবক্কী থবক ঙাক্তনি। লৈবাক য়োৎলে অমা তৌবদা লুপা মঙা, ৱা অমা য়ানবদা লুপা তরা.... মসিদবু পৈশা পেক্তনা কদায়দা পেক্লগনি ! পৈশা পেকপগী ৱারীনা লম্মৈ চাকপগুম শন্দোরকখি। মসিদবু মখুৎ মশা হৈবা মিস্ত্রি ইপন বসির খাম্বা য়াবা হৌনদে, লাই লাক্তনসু খাম্বা ৱাগনি। হায়নৈ খুৱাক ময়াম হাক্কচরবদি শেনথুম ফংই, অদুবু হায়নরিবসি ইনাক খুনবগী ওইরমাল্লে, লাইরবগীদি ফুরি ওইনা ফংই।

ইপন বসিরনা পৈশা পেক্লদৌরিনি হায়দুনা চৎখিবা অদুগী পংকুই কুইদনা নোংমা অয়ুক ঐখোয় অঙাং ময়াম্না ঐখোয়গী মমাঙদা লৌ খাওদোকপতা কুইদ্রিবা লৌবুক্তা 'পাখিগোল' শাম্নরিঙৈদা য়াম্না ৱাংনা শোরারেন খেৎনা লংত্রিক লংবা ইলিশা মানবা প্লেন মরি-মঙারোম অবাং পাংনা পাইখি। পংকুই কুইহৌদে দ্রং-দ্রং-দ্রং....দ্রং-দ্রং-দ্রং..., অতিয়া পূম্বা পূংনিল নিল্লকখি। পংকান কাম্নদনা লংত্রিক লংত্রিক লংবা ইলিশাশিংদো পুম্না অমুক হন্না পাইরকখি, করিমতা থৌশা-ৱাশাবা তৌদনা মখোয়না পাইরকখিবা মাইকৈরোমদা ঐখোয়না উনা উনা পাইখি।

নুংথিল ৱা ৱা লাউনরকই— কুম্ভীরগ্রাম ক্যাম্প পুমলোই লোইরে, পুমতোই তোইরে, মী লিশিং হেম্না শিরে, অশোক-অপনদি মশীং লাকঙমদ্রে,— ওহোক্না হৈদ্রমাল্লেদা জাপান হায়সে, বম থাদরম্লিবদো লৈশাবীমচা ঙাক্তনি হায়য়ে। ঙাঙ্নরিবদো তশেংনা উহৌবদুমঙাই। পাউদগী পাউনীংখোলনা হেল্লি হায়বদু ওইরমাল্লে।

নোংঙানবগা কুম্ভীরগ্রামরোমদগী মী ময়াম অমা মরোন-মরোন মথং মথং ফুদোক্লরকই, কনাগুম্বগীনা মকোক্তা পোৎয়োম কনাগুম্বগীনা মনমদা, মশা-মউ নান্‌বা অমত্তা য়াওদে চমোৎ চমোৎনবা ঙাক্তা। মখোঙ-মখুৎ শোক্তুনা মখোঙ থাংবা ঙমদদুনা য়াম্না ৱানা ৱানা চৎপসু য়াওরি। মখোয়শিং অদো পৈশা পেক্তুনা পুরক্লমগনি হায়বা থাজদে, উচিম্নাচিম্না মথবায়তং পুদুনা চেল্লকপশিংনি।

ইপন বসিরসু পৈশা পেক্লকখিদে, মথবায় পুদুনা চেল্লকখি।

৬

হৈনৌ পাম্বানি। ঐখোয় অঙাংশিংগী হরাওজবা মতমনি। হৈনৌ মুল্লকপগা কালেন ছুটিনি, অদুনা কালেনগী ছুটিসি হৈনৌ চাবগী ছুটিনিসু হায়নৈ। ইংখোল খুদিংগী হৈনৌ পাম্বী হৌনবনিনা হৈনৌ মরাও কায়, পেন্না পেন্না চানৈ। হৈনৌ য়াম্না মুনশিল্লকপা মতমদদি থুমোক থুমোক্লি পৈদুনা থম্নরিবা, অয়ুক-নুংথিল-নুমিদাং নাইদে পুথোক পুথোক্লদুনা চানৈ, মী লাকপা খুদিংগী পীজে, কৈথেলদা পুদুনা য়োন্নদে, কৈথেলদা লৈবিনবসু পংলৈ লৈতে। ঐখোয়গীদি ইংখোলনুংদতা নত্তনা সরোক বাংমদসু থুপ ফাওবা লৈপন মথক্তা পরেং শানা হৈনৌ পাম্বী ময়াম অমা। পাম্বী খুদিংমক হাউববুদি নত্তে, ফজনা পানবসু নত্তে। হাউতবা পাম্বীদি মীশি-মীনা থোকপদা য়াল্লগা সংস্কারগী শীং ওইনৈ। ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা পাম্বী ফনা য়াম্না অশিবগী সেবা ফংজখি।

অহাওবা পাম্বীদি অঙাং-নুপী অহন-লমন লোইনমক্না খঙই— ঐখোয়গী পুন্ত্রি মপান্দা হৌবা কোকঙাংবী, সরোক বাংমদা সরোক্না হেক তাইননা হৌবা কোম্পাকপী, খুড়ামচাখোয়গী খাথংবা য়েন্নখাদা হৌবা হৈনৌ অচৌবী, ক্ষেত্রিময়ুমগী শঙ্গোই মপান্দা হৌবা কোমলামানবী— অসিনচিংবা অতৈ কয়াসুনি। বাং-চাউরবা লির-লিরবা পাম্বী ঙাক্তনি, মখোঙদা মী অনীনা কোনবা থুংদবা। কনাগী মতমদা কনানা থারম্লিবা, চহী কয়া শুরবা কনাসু হায়বা ঙমদে। ঐখোয়গী ইমান্নবা য়েলাংবম অঙৌনদি হায়-- চহী কল্প অমা ফারবা পাম্বী ঙাক্তনি। অঙৌ লাইরিক তমদে, স্কুল কাদে লাইর-অনং মচা ওইবনা। অদুবু অহন-লমন মনাক্তদি তোয়না ফমই, বারী তায় বারী লীবা তমই। অহন-লমনশিংদগী তারগা 'চহী কল্প অমা ফারবা পাম্বী ঙাক্তনি' হায়দুনা ঐখোয়দা মানা অখঙবা শাবনি। তশেংবদি চহী কল্প অমা হায়বসি চহী কয়ানো হায়বা মহাক মশামক খঙদে, ঐখোয়সু খঙদে, অহন-লমনশিংসু খঙলমগদবা মানদে, অদুবু চহী কল্প অমা হায়বা বাহৈসিদি অদুম শীজিন্নৈ। শম্না হায়রবদা হায়রিবা হৈনৌ পাম্বীশিংসে চারোন-শূরোন কয়াদগী লৈরক্লবা মাল্লি। কৈরাক অশাংবা অমা মখোঙদা থাদ্রবদি মথক্তা কাদুনা হৈনৌ হেকপা ঙম্নদে, অদুনা পাম্বীশিংসিদা কাদুনা হৈনৌ হেকপসি কদাচিৎনি। অয়াম্বা মতমদা নুংশিৎ লাকপা ঙাইনৈ, নুংশিৎ খিক্তং

শিৎলকপগা ময়াম হৈনৌ মখোঙদা চেনশিন্নগদৌরিবনি, লৈথোম-লৈনাং মরক্তা ওইরবসু নম্নগদৌরিবনি, হৈনৌ লাক্লগদৌরিবনি, নাতে চাহৌদদুনা নানথুদুনা মখোঙ-মখুৎ তেক্লবসু য়াওরিবনি।

য়ুমদা হৈনৌ থুমোক থুমোক লৈরসু ঐখোয় অঙাংশিংদি পেনবা নাইদে অয়ুক ঙন্তা হৌগৎলগা মন্নি মন্নিদা হৈনৌ মখোঙদা হৈনৌ খুনগদৌরিবনি। মসিসু নুংঙাইবা অমনি। লাইতীন থেংনগনি হায়দুনা অহন-লমনশিংনা মচা-মশুশিংবু চৎহন্নোইদগী ফনা হোৎনৈ, অদুবু ঐখোয়না ঙমদুনা, লোম্নিনি খঙদে ফোংননি খঙদে, হেক্তা চেল্লি, হৈনৌ মখোঙ য়ৌবা হানবা তাম্নে।

নোংমদি মামো তোনসিং ইবানিতনি কোম্পাকপী মখোঙদা, মন্নি মন্নিদুদা হৈনৌ থিরি। লাইতীন থেংনগদ্রা হায়না কিন-কিনা হৈনৌ থিরিঙৈদুমক্তদা কদোমদগীনো খঙহৌদনা অহম্না নাহেবদৌনা করিনো অমনা মখোল হৌনা খোংলকই, লৈবাক থক্-থক্ নিকপদৌনা তৌই। ঐখোয় অনী খংপ্রেক খঙই, হকচাং পুম্বা শ্বাই লাউই। বাগা ব্বাংমগী মহাদেব চীংদোন্দা হৌরিবা ব্বাংলবা লাইওইরবা শেম্পাক পাম্বী মতোন্দগী খোংলকপা মাল্লি। শেম্পাকী মশা-মরেংদো নোংলৈ-নুংশিৎতা ফর-ফর হাই-হুমদুনা খাঙবদৌনা তৌই খোংলক্লিবদুগী শহমদা।

— করিনো খোংলিসে খঙব্রা? দেউল হায়দুনি। কনানো অমদি শোয়দ্রে। মামো তোনসিংনা হায়রকই। ঐ কপ্লাক থক্-থক্ নিকপা হৌরকই।

লৈকাইগী মরী-মতানি মামো তোনসিং, ঐঙোন্দগী খরা হল্লি, খরা পংদা-চুদানৈ, লাইরিক ফত্তে, অদুনা অয়াম্বা মতমদা স্কুল কাদে। অদুবু লাইতীনগী মরমদদি য়াম্না খঙই। মখোয়গী অহন-লমনদগী খঙবনি। দেউলনা খোংলদি মী অমা শোয়দ্রে হায়নবসিসু মখোয়দগী তারগা হায়বনি। মাগী ব্বাদো তাবদা পম্থরমদ্রে, ইথব্বায়-ইমি য়াওবোই য়াওদবোই দম্ থাদুনা চেল্লক্রে।

নুমিদাংদো তুম্বা য়াখিদে, দেউলনা খোংবদো নাকোংদা য়ৈদুনতা লৈখি, কিবনা ব্বাখল মঙল মঙল খনখি— কনানো দেউলনা লৌগদৌরিসে, মামো তোনসিংরা, ঐবুরা ! নুমিদাং অদুখক্তা নত্তে, নুমিদাং কয়ানি অকি-তুজুং ব্বাখলদুনা তুমহনখিদবা। অদুবু করিগীনো খঙদে, করম হায়না তৌরিনো খঙদে, ঐখোয় অনীমক মতাং অদু দেউলগী মখুত্তগী নাম্থোকহৌখি, ঐখোয়গী উশিল ওইনা দেউলনা কনাগী মঙকশম মেৎখিবা হায়বদুদি খঙদে।

ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা লাইতীন তীনমু-লাইমুসে য়াম্না কল্লি। ঐখোয়না উববুদি অমত্তা য়াওদে, অহন-লমন্না হায়নবনি। অশুকপা মফম খুদিং লাইতীন লৈ। ঐখোয়গী থুপতা লাইতীন লৈ, য়ুম্নাম মপাদা লৈবা খোংবান অরুবদো য়াম্না শুকই, মদুদসু তীনমু-লাইমু লৈ হায়। চিংঙাখম মপাগী সরোক মপান্দা হৌবা খোংনাং পাম্বী অচৌবা অদুদা লৈবা লাই অদুদি য়াম্না শাথী হায়নৈ, মী মকোক ওন্দুনা গ্রোং গ্রোং

ওম্বয়রক্লগা মীগী করাংদা হেক্তা লিৎলি। মানবু করাংদা লিৎপ্রদি লোইরে, মাইব-মাইবীনা কনবা শুম্বগী বা লৈতে। অদুনা অয়ুক-নুংথিলদা ওইরবসু নুমিদাংদবু ওইরবসু মফম অদু য়ৌরক্লবদি ঐখোয় করাং চপশিন্দুনা চৎলি, নুমিৎপু তাপ্ৰবদি অহন-লমন য়াওদনা অঙাং অমত্তা খোংনাং মপাদো লান্দুনা চৎপা শুমদে....... করিগুম্বা মী মকোক অদুনা করাং লিৎপ্রবদি লোইরেদো।

লাইতীনশিংদো অফবা অমত্তা য়াওদে, ফত্তবা মীনুংশি খঙদবা ঙাক্তা। মখোয়গী য়ারী তাবদা ঐখোয় তু চুংই, কিবনা থক্-থক্ নিকই। চহী নৌরিবা নুংশিরবা অঙাং কয়ানি মখোয়না, পোম্বতা ঙায়রিবা অমদি পোমশাৎনরিবা লৈরাং-লৈনুংশি কয়া পৎ থৎপগুম, থদৎতুনা পুখিবা। ইন্দোমচানা পোকপা শ্যামা চহী তরুক-তরেৎ ফারকপগী অদুবাইদা মখোয়না পুন্সি পিখম্নহনখি। ঐখোয়না 'পাখিগোল' শান্নফম অদুদা লাইওক্লবনি হায়না মাইবনা হায়। ইম্মাষ্টৌনা তাঙনা ফংজবা মচানুপা ধনঞ্জয় চহী অহুম ফারকপগী অদুবাইদা নুংশিরক্লবা মতমদা মখোয়না মমাগী মতম্বাক্তগী মুনবিখি। ইন্দোমচা ইম্মাষ্টৌ ইবোকখোয়না কয়াতা তেংথা নাওইনা কপখি, ঐখোয়সু কয়াতা নুংঙাইখিদে। তীনমু-লাইমুশিংসে তমথীবতা নত্তনা মশীংসু য়াম্নমই, মফম খুদিং প্রিক-প্রিক শৌনা লৈবদৌনা তৌই, অহনশিংনা ঙাঙনবদগী তাবনি। অহন-লমনশিংনা মাইব-মাইবী কৌদুনা ঈরাৎ-পূজা কয়া তৌই, খয়োম-চবান কয়া থাদোকই মখোয়গী পেন্নবা। শজীবু চৈরাওরমদাইদগী হৌরে ইমা-ইবেনশিংনা তীনমু-লাইমু পেন্নবা মচীঙাক থাবসি। লমদা থাংজদা ইমা-ইবেনশিংনা খুনকোক্তগী খুন্দোন ফাওবনি শরোই খাঙলিবা, তীনমু-লাইমুশিং তাল্লিবা, মখোয়না তাল্লিবা তীনমু-লাইমুশিং অদুগা ওক্লরবদি শিনি-নানি হায়দুনা অঙাং অমত্তা মপান থোকহনপোৎ নত্তে। অদুবু পেন্দে, তীনমু-লাইমুশিংদো। চৈরাওবা মমাঙগী নুমিৎতা চৈথেকপা নুমিৎনি, অহিঙদুদা চৈ থেক্কদৌরিবনি, লাক্লিবা চহীদুগী মনুংদা মখোয়না মঙক মেৎকদৌরিবসে কনা কনানো হায়বদুগী চৈ থেক্তুনা মশীং থাগদৌরিবনি। চৈ থেকপদা য়াওপ্রবদি লোইরে, চহীদুগী মনুংদা শিবা শোয়দ্রে। অদুনা চৈ থেকপদা য়াওদনবা হায়দুনা পাখং-লৈশাবীশিংনা অহিঙ য়ারেক্তুনা লিক্কোন শান্নগদৌরিবনি, তুম্লগদি তুম্লিঙেদুদা চৈ থেকপদা য়াওখিদৌরিবা।

নোংঙাল্লমদাইদা দেউলনা খোংবা তারগসু ঐবু দেউলনা লৌখিদে, ঐগী ঙক্ মেৎলখিদে। অদুবু অতোপ্পা দেউল অমননি খঙদে, ফত্তবা তীনমু-লাইশিং অদুননি খঙদে ঐবু তেমশিংখিদবদি নত্তে।

হৈনৌ পাম্বা মতমদনি। হৈনৌ ফজনা মুনবা হৌরে। কালেন ছুটি থারে। নোংমা নুমিৎনা মাঙোন ময়াই য়ৌরকপগী অদুবাইদা ইমানা য়ুম অনৌবদুগী মাঙোনদা খ্বাংদা ফি শারি, নীনি-খ্নিম্ন মতুংদা মপামদা চৎতুনা হপ্তা-তরানি লৈরুবগী বানি, অদুনা ফিদো কক্লম্নবা মিৎ-মায় পাঙবা শংদমখৈ ফিদো শারি। চেচে-চৌবী

ইবানিনা তুমিন্না শঙ্গোই মচীদা য়াল্লিবা কৈরাক অদো লৌথনবা তৌই, নাতে অমা চাহৌদদুনা কৈরাক্তো গ্রোং-গ্রাং ওম্বরকই। ইমানা মাঙ্গোন্দগী লাউরকই— কনা কনানো, করিগীনো কৈরাক লৌথগদগী তৌরিবা, তৌনু তৌনু তৌনুকো। ঐখোয়না তৌদোরিদো করিনো হায়বা ইমা খঙই। ঐখোয় অনী চেঙ্গোরক্তুনা ঙাইহাক লৈ। ঙাইহাক লৈরগা তাঞ্জা য়েংদুনা তুমিন্না অমুক চঙদুনা কৈরাক অদো থাংদোক্লুরে, অদুদগী চুমথ্রিং হৈরৌ কোম্পাকপী মখোঙদা। কৈরাক্তো চেচে-চৌবীনা পায়রগা ঐবা প্রপ-প্রপ কাখৎলি। অদুদগী মশা অমদগী মশা অমদা তাপ্ তাপ্। হৈরৌ অমুনবশিংদো হেক্ল-হেক্লগা ঐনা থাদে, চেচেনা খুল্লি, মরক মরক্তা লাউরকই— অদুদসু লৈরে, আ অদুদসু ফজবা অমা লৈরে। অসুম অসুম ঐসে হাইফেং মতোন লোমগ্রবা জাৎনি। ঐনা তৌরিদো উবদা সরোক্তগী মৈন্নামগী ইবোক খোম্বীনা লাউরকই— ইমাইপেমা, ইবুঙো নঙনা তৌরিদো করিনো, অদুক ব্বাংনা কারিবা করিগীনো, কুমথরকউ কুমথরকউ।

বাগানগী লৈরক-খুল্লক্তা মুড়ি য়োনবা চৎলুরিবনি ইবোক খোম্বী। ঐবু য়াম্না লূনা তৌই। লৈপাকপোকপা কৈথেল খুদিংগী ঐবু উবগা কৌশিল্লক্নি অদুগা মুড়ি-খোইবাক অমদি শোয়দনা পীজগনি।

ইবোক খোম্বীনা লাউরকপা অদুদগী ঐ খরা কুমথরকপগুম তৌখি। অদুদগী ঐ কমদৌগ্রবা জ্ঞান তাখিদ্রে। থোঙ্গালগী পুষ্কি মপান অদুব্বাইদা মিংকুপ অমতং জ্ঞান তাবগুম তৌখি — ঐবু ময়াম্না থাংদুনা পুবগুম তৌরি। মথং অমুক হাইফেং জ্ঞান তারকপদা ঐ য়ুমজাওগী মাঙ্গোন্দা হীগুনা লৈবগুম তৌই, ময়াম্না ঐবু কোয়শিল্লি। অদুদগী অমুক মিংকুপ অমত্তংগা শঙ্গোইদা হীগুনা লৈবগুম তৌই— মিশনগী ডাক্তর-কম্পাউণ্ডর খরা উবগুমসু তৌই। অদুগী মতুংদা নুমিৎ কয়ানি জ্ঞান তাদনা য়াম্ফক তাদুনা লৈরুবনো ঐ খঙদে।

জ্ঞান তারকপদো হগ্তামুক লৈরগনি হায়, ঐসে য়ুম অনৌবগী ইমুংদা লৈমায়দা থাবা ফম অমদা লোংখাক লোংনা হীগুনা লৈরম্মী। হকচাংসে করিমতা য়াওন-য়াতাবদি শুমদ্রে। নুংথিল খুদিংগী শুমাঙদা নংত্রেগা শঙ্গোইদা পুথোকই, আলিপুর মিশনগী ডাক্তর কোইরেং, কম্পাউণ্ডর হেলবুম, সাহেব হনুবা, মিস্ ফাঙ্ক-- মরক মরক্তা অতৈসু কনা কনানোসু য়াওই। থংনবা খুন্দা লৈবনিনা মখোয় অয়াম্ববু খঙই। মখোয়না নুমিৎ খুদিংগী লাক্লগা ঐগা অশোকপা মফম অদু চামথোক্লগা হিদাক তৌবিরৈ, ব্যাণ্ডেজ শিন্দোকপিরৈ। য়াম্না থীনা শোকপা জাৎনি, হৈনৌ মতোন্দগী ওম্বরকপদুদা হাম্না তেকখিবা মশা অমগী অতুম্বা মচীন্দা তাশিন্দুনা খুবোম মচেৎ অমা ফকখিবা ওইরমান্নে। হৌজিকসু চহী হুমফুতরা লাল্লবা ঐগী ওয়থংবো খুকউগী হেক মখাদা ফকখিবা খুবোম মচেৎ অদুগী মফম অদো কুৎশিৎ কুৎনা তেঙ্গোৎ শাদুনা লৈরি, অদুঙৈ হৈনৌদগী তাদুনা শিরুরবা মতম অদুগী ব্বারী নীংশিংহল্লি। মফম

কয়াদা ফোৎখিবনো খণ্ডদে, নুমিৎ কয়ানিনি ঐবু থাংদোক থাংজিন তৌখিবা, ইমুংদগী মাঙ্গোন্দা। ডাক্তরশিং লাক্লগনা শুমাঙদা নৎত্রেগা শঙ্গোইদা। মরমদি সাহেবশিং মাঙ্গোন কাবা য়াদে, সাহেবশিংনো মাঙ্গোন কারম্লবদি য়ুমদো মাংই, কয়ামুক মাংবগে হায়বদা য়ুমদো শীদোক্লগা মৈ থাদোকপা তাই। অঙাং উনবদা মিশনগী সাহেবশিং মাঙ্গোন্দা কারম্বগী ঐখোয়গী খুনমক্তদা য়ুম শীদোক্লগা মৈ থাদোকখিবা অঙাং ওইরিঙেদা ঐখোয় খণ্ডহৌই। কয়াতা শাথীপ্রবনো মতম অদুগী অশেং-অমাং। থবায় অমা কনববুদি অশেং-অমাংনা হেন্না লুই।

অসুম হায়না য়াওন-য়াতাবা শুমদনা ফনা কুইনা লৈরক্লবা মতুংদা নোংমদি নুমিদাং অমা ইমানা য়ুমজাও-চাকশঙদগী ঐগী চাক লৌবা চৎখ্রিঙেদা, করম হায়না তৌখিবনো খণ্ডহৌদে, ইথা-থাজদনা ঐসে ইতোমতা কাঙখৎতুনা ফম্বা ওম্লে। চাক পুরগা ইমানা হল্লকপদা ঐনা ফমদুনা লৈরম্লিবদো উবদা পুম্ণক শুকপ্রে, মঙ্গল-হারা খণ্ডখিপ্রে, মিৎকুপ অমত্তং চংগুক্লক্লবা মতুংদা ইমানা লাউরকই— ইচা ফম্বা ওম্লে, ইচা ফম্বা ওম্লে। চেনশিল্লক্কুনা ইমানা ঐবু কোনশিম্লে, ঐবু চুপ্লে ইশাদা নাম্বুবিরে-- ইচা ফরে, ইচা ফরে। ইমানা লাউবা তাবদা ময়ামসু চেনশিল্লক্কুনা য়েংলে। ইবোক্লা ঐবু কোনশিনবিরে, চুপ্লে, ইশাদা নাম্বুবিরে— ইশূ ফরে, ইশূ ফরে। ইমাগা ইবোক্কগী মিৎলুদগী খাম্বা য়াম্রবা পিরাংনা শিম্বুরকখি, হরাওবগী পিরাংনি, হায়নীংঙাই লৈতনা হরাওবগী। শিরুরবা মচা, শিরুরবা মশূ, হিংলক্কনি হায়বগী আশা লৈরুদ্রবা মচানা মশূনা হিংগৎলকপদা মমানা মবোক্লা কয়াতা হরাওবগে হায়বদুগী চেম্বুরকখিবা পিরাং। নুমিদাং অদুদা ইমাগা ইবোক্কগী মিৎলুদা হরাওবগী শিম্বুরকখিবা পিরাং, ময়াম্না হরাওনা ঐবু য়েংলবা ঐ গুসিসু শংশংনা উরি।

মতম খরা মতুংদা খুবোমগী অশোকপা অদু কংশিল্লক্লে, তাইশিল্লক্লে। অদুবু শণিগী দশা লোইহ্রিঙেদা রাহুগী দশা অমুক চোংথোরক্লে। খোঙ অনীমক তিংথোক-তিংশিন য়াদ্রে। মিশনগী ডাক্তরশিংনা কম্না হোৎনবদগী ওয়থংবা খোঙবুদি খর্‌া লৈরগা তিংথোক-তিংশিন য়ারে। অদুবু য়েৎথংবা খোঙদি ইয়ামক য়াখিদ্রে।

তাঞ্জাদুদা নুংঙাইবা পাউ অমা লাকই। বাগাগী খোঙ-খুৎ শম্বা ইপন অব্দুল বাহাবতো ময়ুমদা হল্লক্লে। চহী অনীরোম কদায়দনো মবা-মপাউ তাদমখে মাঙলুবনি। ঈ-পাউ তাদমখে মাঙলুবনি। মহাক লাক্লে তাবদা পাবোনা তংচং চৎতুনা মহাকপু কৌরুরে।

থীহুদনা ইপন অব্দুল বাহাব লাকই, চেল্লকই হায়বফাও য়াই। ঐ মাঙ্গোন্দা হীপ্লি। মাঙ্গোন্দা কাখৎলকপগা ইপন্না হংলকই— কদায় কদায় য়েংগে, কৈদৌরবা? করিমতা থৌশা-বাশাদনা মাঙ্গোন্দা কাখৎলগা ঐবু তাপ তাপ পায়দুনা য়েংবদুদা ঐনা খল্লি, কদোমদগী লাকপা বাখলনো খণ্ডদে— ও পাওন্দগীদি সাহেবনা হেন্না মাংবোইরে। সাহেবতি মাঙ্গোনফাও কাবা য়াদে, পাওলদি মাঙ্গোন কাবা য়াই। তৌবগীদি পাওলসু

ইমুংদা চঙবদি য়াদে।

খোঙগী খুংকী শরূ-শিংলীককাদো তাপ্ তাপ্ পায়দুনা য়েংলগা ইপন্না হায়রকই— মসিদি মিশনগী ডাক্তরনা কদায়দগী ঙমদৌরিবা? মিশনগী সাহেবতো লুপা লাখ অমা থানসি হায়য়ু, মখোয়নবু য়েংবা ঙম্নদি..... য়ান লাখ।

ইপনদো য়াজাওদি খরা ঙাঙই, অদুবু হৈদি হৈ। চহী অনীরোম ময়ুম থাদোক্লুনা লাপ্ন-লাপ্নবা দেশ কয়া কোয়রুবদা ইনাক-কৈরাক খুনবা অচৌ-অশাং কয়া থেংনরকখিবা, মখোয়গী মচা-মশূ নুপী-অঙাং কয়াগী মখোঙ-মখুৎ শম্বদা মখোয়না পেল্লদুনা থাগৎলকখিবা, লায়েংমন চাউনা চাউনা পীরকখিবা— ময়াম অদুগী য়ারী নুমিৎ খুদিংগী লী, লোইবা নাইদে। মরক মরক্তা লানগী য়ারীসুনি— জাপানগী প্লেন পাইরকপা, বম দ্রোপ তৌবা, বৃটিশনা কামান কাপখৎতুনা প্লেন কপখায়নবা তৌবা.....। মপাল্লমদা লৈরুবদগী ইংরাজি য়াহে অম-নী হৈরকপদু মরক মরক্তা থেৎচিন্দুনা অতাবা মীদা য়ারীদো অমুক হেন্না নুংঙাইহল্লি।

ইপন্না য়েংবদগী খরা খরা তৌদুনা খোঙ তিংথোক-তিংশিন য়ারে। চৈশূ অমা পায়হল্লগা ঐবু চৎপা তমহল্লি ইপন্না। ঐনা চৎপা তম্বগী মতৌদো উবদা ইচিন্নাওশিংনা 'হৈনা চাচা হৈনা চাচা' হায়না ফাগি তৌই, নোকই। ইপন্না অঙাংশিংদুদা থৌজিল্লিবা জাৎনি, ঐবু শাউহন্নবা হায়দুনা, ঐনা শাউরগা মখোয়বু তান্নবা হায়দুনা। ইপন্না ঐবু থৌনা হাপ্লগা লোয়ননা নাপন তৌদুনা হায়— য়ান মন্থ, থা অমগী মনুংদা ফহনবা ঙমদ্রদি ঐ অব্দুল য়াহাব নৎত্রেদনা, অব্দুল য়াহাব ঐ লৈবাক অসিদা লৈখ্ররোই।

হায়গুম্মদুনা ইপন্না থব্বায় য়াওনা হোৎনবিবদগী ঐ ফরে। খোঙ থাদুনা ফজনা চৎপা ঙম্মে। পাবোনা ইপনগী অবামন ওইনা শেন খরা পুথোক্লুনা পী। ইপন্না লৌ হায়বা য়াখিদে— নঙগী নচানা কনানো ঐগী ইচানা কনানো ! ইপনগী মচা পাথোইগা পারেলগা ঐখোয় ইমান্নবনি, লাইরিক তম্মিন্নে। স্কুলদগী পংলাপ লাপ্তবনিনা ঐখোয় মখোয়গী ময়ুমদা মরক মরক্তা চৎলি, কনাগী মচা-মশূনো হায়বা ইঙ্খাম্নসু খঙই, লুনা তৌই, অচাপোৎ পুথোক্লুনা পীজে।

ইপন্তা নত্তে লায়েংমল লৌখিদবদো। মিশনগী কাঙবুসু লৌখিদে। লিংখৎপা কুইন্দ্রিবা মিশননি, মখোয়গীদি 'অরান খুভম ফংনেনবগী লম্বী' অমদি 'প্রভু য়িশুগী অফবা য়া-পাউ' শন্দোকপনা মরূনি। গৌরিয়া কনথ্রবা মৈতৈ খুল্লকতা চঙদুনা লায়েংবিবগী খুদোং চাবা লৌদুনা প্রভু য়িশুগী মরমদা য়াহে অম-নী ঙাঙবা ফংজবা অমদি ঈশ্বরগী মফমদা তাইবংপানগী পাপ পুন্নমক কোকহনবিনবা প্রার্থনা তৌবা ফংজবা অদুনা মখোয়গীদি মতম অদুদা পেঞ্জবনি।

ঐ পূংফ ফরে হায়বা য়ারে। অদুনা স্কুল কাবগী য়াফম লাক্রে। অদুবু অঙাং ওইবগী হৌনশা থা অহম-মরি স্কুল কাবা লেপ্লুবদগী ঐ স্কুল কাও হায়বা য়াদ্রে।

পাবোনা ফুরিৎ-খোঙগ্রাও অহনবা লৈবিদুনা নুংশিবা বাহৈনা ফনা থেমই, ঐনা সুকয়ামক য়াদ্রে। নুংশিবা বাহৈনা থেম্বা য়াদ্রদি চৈনা তৌবা তারে হায়দুনা নোংমদি পাবোগী মচিংদো লাক্তুনা তপ তাবমখৈ ফুরে, অদুদগী সাইকেল মনীংদা ফমহল্লগা .ঐবু স্কুলদা থিল্লে। কপ্লি কপ্লি মায়-মিৎ পোম্বদো উবদা লম্বীদা ময়াম্না হংই— কৈদৌরে, করি অমুক তৌরে? পাবোনা ফজনবা অদুম খুমই। মচানা স্কুল কাও হায়বা য়াদে হায়বদো হায়নীংদে।

নোংমদি পাবোনা য়ুমদা লৈতবা মতমদা ঐগী নিংঙাইদো অমুক হৌরে, স্কুল চৎলরোই হায়রে। থা-কুম শুরবী ইমানা চৈ অমা পায়দুনা ঐবু তাঁম্নে স্কুল চৎননবা। ঐনা মনীংলোমগী লৌবুক্তা চেন্দুনা চীং য়ৌই, ফনা-শাংনা তান্নরম্বদগী ঙমদদুনা ইমা অদুম লৈহৌরে। অদুবু মথংগী নুমিত্তগীদি কনামতনা হায়বা তৌদনা, করি খল্লকপনো খঙদে, ঐ ইশানা খঙনা স্কুল কারে।

হপ্তা-তরানিমুক লৈরগা ইমা মমিৎ-মমায় পাঙলে। অঙাং অদো শিনা পোক্লকখিবগুম তৌই। অঙাং উম্নবা অদুদগী ইমা মশা কন্না ঙমখিদ্রে, খরা মতুংদগীদি ফমদা তাদুনা লৈদ্রে। মাইবা-মাইবী, ডাক্তর-কবিরাজ ফনা য়াম্না কৌদুনা লায়েংই, মামচৌনা লক্ষীপুরদগী ডাক্তর অচৌবা কৌথরকই। অদুবু পূম্নমক্তো অমত্তা কাম্নবা লৈখিদ্রে। হীদাক-লাংথক পূম্নমক নুংদা ঈশিং চাইবগুম থোকখ্রে। কুইনা ফমদা তাদুনা লৈরকপদগী মশম অদো জটা তারে হায়দুনা ইমাগী ফজব্রবা মশম অদো তেম্না ককথৎপিরে। ইমাগী ফজব্রবা চেঙলৌ-শক্তমদো পূংওন ওনখ্রে।

ইমাগী মতৌদো উবদা ঐ লোম্না লোম্না কপই। ইমাগী মৌপ্পা মামতোম্না হংই — কপ্পিবরা নঙবু, করিগী কপ্পিবনো?

— কৈসু তৌদেদা। হায়রগা লৈথোক্তুনা ঐনা মিৎলুদা শিম্বরল্লিবা পিরাংদো তৈথোকই।

নোংমদি নিংথমথা লোইরকপগী অদুবাইদা ওইরমাল্লে নোংঙাল্লমদাইদা ইমা লৈখিদ্রে। চেচেগা ইবানিনা জ্ঞান খরা তারবনিনা ও-খোংনা কপই। বালাগা জাহ্নবীগদি জ্ঞান পংতা তাদ্রি। ইমাগী পোৎলোইফমদা চেচে ইবানিনা কপ্পদো উরগা লৈকাইগী ইমা-ইন্দোনশিংনা ঐখোয়গী ইতৌদো য়েংবা ঙমদদুনা নুংশিনা হায়— কপ্পু কপ্পু পেম্নবা কপ্পু, নপুল্লিদা নমাবু অমুক হন্না উবা ফংলরোইদবনি, অমুক হন্না ইমা কৌবা ফংলরোইদবনি।

মদু তারগা ঐখোয় অমুক হেন্না কপনীংখি, চেচেগা ইবানি অমুক হেন্না কপখি।

৭

ও ইমা, ইমাও !
ঐসু খরা লাক্কেবা,
নোং চুই লাক্কনুও
পে তুপতুনা লাক্কেগবা
লম্বেন নাম্লি লাক্কনুও
চৈশু শুদুনা লাক্কেবা,
ঈশিং চাউই লাক্কনুও
হি তোংদুনা লাক্কেগবা...

নোংজুথাগী নুমিদাংনি, শূমাঙদা নোং চুরি, ইবোক্সা হুমাই হন্না হন্না মাঙ্গোন্দা হীপ্লিবা মশূশিং শুন্নবা নাউশুম ঈশৈ শক্লি। নাউশুম ঈশৈ তানা তানা মশূশিং খঙহৌদনা খোল্লেন তুমখুনগী মঙলান লৈবাক্তা য়ৌথিবা য়াওই। হেকহাক তুমথদবা মশূ অম-নী য়াওদবদি নত্তে। হুমাইদো হন্না হন্না ইবোক্সা মখা অমুক লৌথরকই—

ও নিদ্রা, লাক্লোগবা
ইশূগী মমিৎতা তোংলরোবা...

তুমদ্রিবা মশূশিংগী মমিং পন্দুনা নিদ্রা দেবীবু কৌই। থীন্দে নিদ্রা দেবী য়ৌরকই, হোয়, করিগুম্বদা থেঙলকপসু য়াওই। ইবোক্কী হুমাইদি লেপ্তে, অহন ওইরবা মখুদাংদো চোকথপা খঙদে।

ওল্লাংথাগী নুমিদাংদদি ঐখোয় অঙাংশিংগী তুম্ফম মাঙ্গোন্দনি। খুৎশা-লাকশাদুদা ইমুংদা তুম্বা ওম্বগী বা লৈতে, হুমাংনা জ্ জ্। ওল্লাংথা য়ৌরকত্রিঙেদগী ইবোক্সা লোইনা থৌরাং তৌদুনা থমগ্রবনি। য়ুমজাও মাঙ্গোনগী ফমেল্লোমদগী মাঙ্গোন খাইবোক হেম্না পাকপা লীফক কৈথেলদগী লৈগদৌরিবনি, ফংদ্রেগনা শীংগদৌরিবনি; মাঙ্গোন খাইবোক হেনবদো থুংনবা কাংখল শাগদৌরিবনি; পয়াগী চাউরবা হুমাই অমা, য়াংকোক্তগী খজিক্তনি তারিবা, মতম লৈরিঙেদগী শীংদুনা শাহনগদৌরিবনি।

খরা পিক্লিবা অঙাংদি ফক্তা তাবগা তুমখিবা য়াওই। খরা চাউবা ঐখোয়দি খুৎওল্লাংদুদা হেক হাক তুম্বা য়াদে, ইবোক্তা হায়গদৌরিবনি— ইবোক, বারী লীবিরো।

— করি ৱারী লীবিয়ু হায়রিনোনে?

— হনুব-হনুবী পান থাবগী ৱারী।

ইবোক্লা হমাই হন্না হন্না ৱারী লীবা হৌই— থায়-থায়না মমাংঙৈদা হনুব-হনুবী মীতে মনাও অমা পান্নমবোইরে....

হন্না হন্না তাক্লবা ৱারীদো অদুম তানীংই, অদুম নুংঙাই। লমপান থোংবো চাৎদগী লেঙমন্দুনা 'হনুবী হেক্তাক, হনুবা হেক্তাক' হায়না লাউরকপদা ঐখোয় নোকদৌরিবনি। য়োংশিংদো চৈরাক পীগদগী হনুবনা লময়ায়দা শিজিন্নদুনা লৈরগা হনুবীনা কপ্পা, মদু তারগা য়োংয়ান্না হংবো লাকপদা হনুবনা ফুক হৌগৎলগা চৈ পায়দুনা য়োংয়ামদো ফৃধরকপদা য়োংয়ামদুনা মমৈ থাঙ্গৎতুনা চেনবা, অদুদা অমুক থবায় তানা নোকদৌরিবনি। য়োংয়ান্না লমন খুম্বা লাকপা তারে হায়দুনা হনুবগা হনুবীগনা খরুং মনুংদো লোৎপদা মোই থোক্লীংবনা খাঙবা ঙমদদুনা— হনুবা, পিং..., হনুবী, পিং... অদুদগী য়ারক্তদুনা বোং লাউনা থোকপদা খরুংদো বাং লাউনা'পোকখাইরেদো, য়োং ময়ামদো খংপ্রেক খংদুনা শিবা তারে মথবায়তবু হিংলবদি হায়দুনা চেনখ্রে। মদুদা ঐখোয়না পেন্না অমুক নোকপদুদি ! ইবোক্লা ৱারী লোইশিনগদৌরিবনি, অদুদগীদি হনুব-হনুবী মতৈ মনাওদো পান চাদুনা নুংঙাইনা পানখি। হনুব-হনুবীনা নুংঙাইনা পানখিবদা ঐখোয়দসু নুংঙাইবা অমা ফাওই।

নোংমা ফাদোকসু ঐখোয়না হায়গদৌরিবনি— পেবেৎকী ৱারী লীবিয়ু ইবোক। হন্না হন্না তাক্লবা ৱারীদো অদুম নুংঙাই, অদুম তানীংই, ইনৌতা নৌদুনা অদুম লৈ। হৌদোং লম্বোইবনা পেবেৎকী মচানুপী অতোম্বীদো ফাহৌবদা থবায় কয়াতা নুংঙাইতে। অদুবু পেবেৎকী মচা অতোম্বীদুনা হৌদোং লম্বোইবগী মখুৰাক্তা মথী পিং লাউনা চিৎশিল্লন্নগা ফ্রং লাউনা পাইখিবদা কয়ামুক নুংঙাই। হৌদোং লম্বোইবনা পেবেৎ মচাগী মথীদো মরৈনা শৎ লেকশিল্লগা 'মথীনা অসুক হাউরবদি মশা চারন্নবদি কয়াতা হাউগবা' হায়রকপদা ঐখোয় কয়াতা থবায় তানা নোকচৈ।

নোংমা ফাদোকসু ঐখোয়না অদু লীবিয়ু অদা লীবিয়ু হায়ৱ্রগসু ইবোক্লা ঙসিদি কবুই কৈওইবগী ৱারী লীবিগে... ঙসিদি শন্দ্রেম্বী চাইশ্রাগী ৱারী লীবিগে... হায়দুনা লীবিগদৌরিবনি। ৱারী অশাংবা লীবা মতমদদি ঐখোয় তানা তানা অদুম তূমথখি, ইবোক্লা হমাই হন্না হন্না অদুম লীথহৌই।

অঙাংশিং অমগা অমগা মান্নদে। খরমনা উতুপ তাবদৌনা তূমই, খরমনা পংওনতা ওল্লি, মখারোমদা মকোক ওল্লম্বদুনা অবাংলোমদা লৈরম্মী, নোংপোকলোমদা লৈরম্বদুনা নোংচুপলোমদা লৈরম্মী। অসুম হায়না তৌবসিদা নুংঙাইবা থৌদোক অমা থোকখি, নুপানা নুপী ওল্লম্বগী অদুগা নুপীনা নুপা ওল্লম্বগী।

ঐখোয়গী অহন-লমন পুন্নমক হরাও-কুম্মৈ য়ান্না পামই। কাংগী মতম্নি। পাখোখোয়গী মচীন মনাও মন্নিমক নুমিৎ খুদিংগী জয়দেব চোংবা য়াওই, মৌশিংসু

য়াওদবা য়াদে। জয়দেব চোংবদা কয়ামুক থবায় য়াওবগে হায়বদা কাংলেন য়ৌরমদাইদদি মখোল শাথীনা তাবা য়াওনে। খুড়াতোনদি চহী খুদিংগী মখোল শাথীনা তাই, বা ঙাঙবা থোক্তে।

পাবোদি গরম খরা কাগল্লি। পাণ্ডব-য়াইমদো গরম কাগল্লি হায়, পাবোসু য়াইমা ওইবদুনা তৌরিবরা খণ্ডদে, নৎত্রগা অঙাং ওইরিঙৈদা কনানো মাম্মা থোকপা অমনা নুংশিদুনা কৈখোম পীথকখি হায়বদুনা তৌরিবরদি খণ্ডদে। কৈখোম থক্লুবগী মচিংনি হায় পাবোগীদো। নুমিৎ অদো পাবোগী গরম কাবা নুমিৎ থোক্লুরমান্নে— হৌজিক ফাওবা কৈদৌনা লৈরি, মীগী মমাঙ থানা মাগোপ কাগে খন্দদুনা? মৌশিং পাখৎথ্রে, চাক-ঈশিং প্রপপ্রপ লোইশিন্দুনা মচা মচাশিংদো হৌদোকপা য়াবদুনা হৌদোক্লগা য়াদবশিংনা মনঙ্গন্দা তাপ তাপ পোখৎলগা মাগোপ য়ৌরে। মাগোপ য়ৌরগা মনঙ্গন্দগী মচাশিংদো থারগা শুমগে তৌবদদি ইন্দোমচাগা ইস্নাষ্ট্ৌগা লবাই লুতোন শাৎখ্রে।

— করিনোনেহে ইচেম্মান, তৌরিসিবু? অঙাংসে নুপী ওল্লম্মে।।

— হাইমা ঐগীসুনিনেহে, নুপা ওল্লম্মে, করিনো তৌরিসিবু !

বীরেন্দ্রগা প্রিয়োগা (প্রিয়সখী) থাদা খরতনি হন্নরিবা, কুচু হাইফেৎ লৈশিনবা, শওং শাদা নোয় নোয় লাউবা অনীদো পংখেন খেন্নদে। মমা মমানা অঙাংশিংদো ঙসাই মাঙোন্দা শুম্লম্বা মফম অদুদগী অদুম পোখৎলগা পুরকপদা মল্লি মল্লিদুদা থোইনা য়েংলুবা তৌরুদে। মাগোপ য়ৌরগদি মৈঙালদুদা মফি থোংদবা মচাশিংদো উবদা অদুম পাখৎখ্রে। মমা অনীনা মচাশিংদো ওন্ননা পোখৎলকপনি হায়বদো খঙলকপদা ময়ামদো বা লাউনা নোকখ্রে। অঙাং ওন্নবগী খারীসে ইস্নাষ্টৌনা হেক হেক নীংশিংলগা থবায় তানা নোকচৈ — অতোনা ফিংবগা ঐখোয়না পাখৎপগা। অতো হায়রিসে পাবোবুনি। মতমদুদা নুপীনা মনাওনুপা নৎত্রগা মনাওনুপীদা অতো কৌনে।

পাবোনা শাউগনবসিদি ময়াম হায়নরিবনি। শাউগনবসিনা মরম ওইদুনা থৌদোক কয়ানি থোকখিবা। কাংগী মতমদা থৌদোক অমগসু থোকখি। ঐখোয় খুনগী লৈকাই মরিগী কাং মরি সরোক কারোংদা পুল্লগা চন্দ্রপুর কৈথেল অরিবা তান্না চৎকদৌরিবনি। মফম অদুদা রানীপুর, বাঁশকান্দি, খোরকান্দিগী কাংশিংগা তিল্লুগদৌরিবনি, ময়াম পুম্না খুবাক ঈশৈ মতেক অম-মমকাসু শক্লরগা আরতি কৎথিন্নরগা ময়ামদো হন্নখিদৌরিবনি। ঐখোয় খুনগী কাং মরি অদুনমুক হল্লক্লগা সরোক কারোংদা পুল্লগা খুবাক ঈশৈ অমদি আরতি কৎথিন্নখিগদৌরিবনি। অদুনা কাং চিংবসি ঙন্না ঙন্না থোক্লে।

অবাং লৈকাইগী কাংনা খরা ঙন্না থোকই। মরমদি লখী খরা ফত্তে। বাগানগী লখীনি, লৈখোম থোকই, কোঙ্গুৎ য়াম্না লৈ, কারোং য়ৌবা ফাওবদো হাইফেৎসু শাংই।

কুম অদুনা লৈখোম থোকপা খরা হেনবগুমসু তৌথি। উগী কাংখোঙশিং অদুনা লৈখোমদা চৎপদা উঙ্বা ঙমদে, কাংপোৎকী মখোঙদৌনা শিৎলি। কোঙ্গুৎতা কাংখোং তাবা খুদিংগী হাইফেৎ চাউবা কাঙদো চেপথে, তুগদগী তৌই। নাক-য়েঙ্গা লৈরিবা কোঙ্গুৎশিংদুদা অমুক পুৎথা অমুক চেপখৎ তুরোই-ঙাম্লোই কাংদো চিংবদা ময়ামদো ফনদি বানে। কাংদা তোংলিবা প্রভু জগন্নাথসু পংনুং নুংঙাইরমগনি থাজদে। কাং চিংবা হল্লকপদা ময়াম্না হংলিবদুনি, জগন্নাথনা খুম্নিবদুনি—

জগন্নাথ কদায়দা চৎলুই?

কাং তোংলুইনে।

কাং তোংবা নুংঙাইব্রা?

কোকতুম ইঙাও ঙাওই...

কোক ঙাওদনীংঙাই লৈতে। অদুবু মমিৎ কুপ্তমখৈ মমিৎ ইলাও-লাওনা অদুম তোংই। লৈখোম-লৈনাং অকুৎ-অতোং লম্বী ফত্তবদা কাং তোংবনিনা ঐখোয় অবাং লৈকাইগী জগন্নাথনা লৈকাই অতৈগী জগন্নাথদগী হেন্না মকোক ঙাওরমগদবা মান্নি।

কাংদো ঐখোয়গী থোঙ্গাল য়ৌশিল্লকপা মতাংদনি ঙাইহাক কাংদনা অমরোমদা নৎত্রে অমরোমদা চেপথদুনা তুগদগী তৌবদুদা পাবোনা লাউবদো, ফনা তোয়না লাউই — কাংদা, কাংদো নীংথিনা শেম্লৌকো। মশা ফর-ফরবা নুপাশিংনা ওয়-য়েৎ তুং-মাঙ শেম্নরিবনি, নুপীশিংনা কাংগী থৌরী পায়দুনা চিংলিবনি। পাবোনা লাউরিবদো পুং-মাঙ্গং মনিল অদুদা পংতা তারমগদবা মান্দে। কোঙ্গুৎ অচৌবা অমদা কাংগী চাকাদো পুখখিবদুদা পাবোগী মচিংদো কাংখ্রমাল্লে। চেনশিনখিদুনা মী অতৈদদি তাইনবা য়াদবনিনা মনাওনুপা অনীদুদা খূপাক্লা শেৎ শেৎ থারগা খোংবান্দা ইষ্ঠবিরে। কাকাগা খুড়াতোনগদু মফি-মরোন লৈখোম ঙাক্তা ঙায়রে। ইপষ্টৌনা লাউরকই— তৌরবনি, মাগী হৌনবী তৌরবনি, ময়াম মমাঙসিদা, মসি লাক্লবদা ঐ...। কাকাগা খুড়াতোনগদো বাদি হায়দে, শাউবনা ফি-ফি কামদুনা খোংবান্দগী কাখৎলক্লগা য়ুম্লোমদা অদুম চঙখ্রে। মখোয়গী মতৌদো উবদা নুংঙাইতে, অদুবু অমুক হেন্না নুংঙাইখিদবদি ইন্দোয়াইমগা ইন্দোচাগগী মতৌ অদুনি। মমায় লৈথোক্লুনা ঙাইহাক লৈরম্মী, অদুদগী ইকায়বদো খাঙবা ঙম্লকখ্রমাল্লে তুংথ-মাংথ য়ুমলোমদা অদুম চঙমিন্নখ্রে। ইবোকসু মখোয়গী মতুং ইন্নখ্রে।

ময়াম্না মুরুম মুরুম ঙাঙনৈ— রোতোন হায়বসিননে কয়াতা শাথীনা ফিংখ্রবা, মনাওনুপা অনীসে মতু-মচা লৈরে হায়বা খঙদবনিনে।

কাংনা লৈখোম-লৈনাং-কোঙ্গুৎ মরক অদুদা গ্রো-গ্রো খোংদুনা কারোং য়ৌরমদাইদা কাকাগা খুড়াতোনগদো মফি-মরোল হোংদোক্লুনা য়ৌরকই, খুড়াতোন্না নোকমি নোকমি মাগী হৌনবীদো, কাকাদি মায়থোঙ থোইনা হজ্জিনদ্রি। ইবোক্লা থেল্লগা

থারকপা মাল্লি।

ইবোক্লা হায়বদা ইন্দবা মচা অমত্তা য়াওদে। নৌনা লুপ্লা ওইহৌবী মমানা মখোয়বু কয়া বানা য়োক্লকখিবগে হায়বদো মখোয় কাউদে, মমাবু লাইদৌনা থঞ্জে। মখোয় মশেনসু নুংশিনে, থকশি-খাসি ঙাক্লা চৎনে, ফনা শাউনীংবা লৈরবসু ময়াম্বনা ঙাঙ্ব-চৈবদা ওনখৎতুনা খুম্বা তৌদে। ঙাইহাক শাউনরক্রবসু ঈংথবা কুইহৌদে। মথক থোংবা ময়াম্বনা হায়ব্রদি ফনা য়ানীংদবা লৈরবসু মদুগী মায়োক্তা মুক্তুনা লৈতে। হিন্দুস্থান-পাকিস্তান খায়দোক্লবা হাক্তত্তা সিলেটতগী লাঞ্জেল্লকখিবা বাংগালী রিফিউজি ইমুং অনীদা লম্বী মপানগী ফজব্রবা ইংখোল অনী পৈশা অমত্তা লৌদনা ইপঙ্খৌনা পীথোকখি, মদুদা মনাও অহম্মক য়ানীংখিদে, অদুবু ময়াম্বনা তৌথোকপ্রবা দাম্নি হায়দুনা মখোয় অহম্মক তৃমিন্না লৈখি।

ইবোকপু পোকপা ইপুধৌদো মতম অদুগী পুলিশকী জমাদার ওইরম্মী হায়। অদুবু পুলিশকী মৈশা পুলিশকী মরৈ-মরাং অদু ইবোক্তো পংয়াও য়াওরমদে; য়াম্না চমজে, মীনুংশি চাউই, থকশি-খাশি ঙাক্লা চৎপগী চৎনবী অদুমদি মচা-মশূশিংদা ইলহন্নবা কম্না হোৎনজে।

ঐখোয়গী ইমুংদো মী য়ামই, পূন্না চাবা ইমুংদা মশানা য়াম্ফম থোকপনি। করিগুম্বদা মী কুনমরি-মঙা চাবসু য়াওই, লৌ উবগী থম্বা কুলি অম-নীদো থারগা। চাক-ঈশিং থোংনবা চাকশঙদা লৈরিবা কোর্ফু-কোর্ফান-খাঙশিংদো ময়াম্না য়েংনরিবনি, মথবাক য়েনরিবনি। অদুনা চাক-ঈশিং থোংবদা হায়নরুম্বা তৌদনা মী অনীদি অদুম চঙই। লৈকাইগী মীনা হায়— নখোয়গী ইমুংদা হাউরমগদবসে হব্রাইতনি। ইরোম্বা খুৎনা লোন্দে, চাউরবা গঙ্গা-পুখম অমদা পিথ্রাই নৎত্রগা শেঞ্জেংগী গ্লাস নৎত্রগা চাইশেম্না তক্লগা লোল্লি।

অয়ুক্লীসু নুমিদাংগীসু চাক মতম চানা পূন্না চামিন্নদবা য়াদে। মী অমা বাৎপদা ইবোক্লা ঙাইদুনা লৈগদৌরিবনি। ইবোক্লা ঙাইরিবনিনা ময়ামসু ঙাইবদা হৈনরে। গৌরিয়া কনবা ইমুংনিনা চাক চাবদা ফিশেং হোংদবা য়াদে, নীংথমথা ওইরবসু ফুরিৎ লিংপা য়াদে, ফি মচা অশেংবা অমদি ইনবা য়াই। ফম্বসু অহন-নহা নাইনা ফমগদৌরিবনি। য়ুমজাওগী লময়াইদা খা-বাং ওনশিন্নদুনা পরেং অনীনি, খা-রোমগী পরেংদা য়েৎলোমদগী ইবোক্লা হৌরগা ইপঙ্খৌ... অদুদগী মথং-মনাও নাইনা মথং মথং। অবাংলোমদা অঙাংশিংগী পরেং খ্বাইগী য়েংতা তাচৌ অদুদগী মথং মথং। অহনশিং হৌগৎত্রিঙৈদা অঙাংশিং হৌগৎপা তৌহেদে হায়দুনা ঙাইগদৌরিবনি। ময়াম চাবা লোইশ্রগা মৌশিং অমুক পূন্না চামিন্নগদৌরিবনি। লৈকাইগী ময়াম্না ফাগি তৌই— ইনশাং হাউবা নুমিৎতদি নখোয় চাক্তা চারগা লেল্লমগনিদা। মৌশিংনা অদুদা নোকচরিবনি। অসুম হায়না তৌবসিনা ঐখোয়গী ইমুংদা মচিন-মনাও, মপা-মচা নুংশিনবগী চান্ন-চিন্মনা লৈমিন্নবগী মিংনা উদবা লীচিং অমা ফনা কম্না লৈরম্মী।

অয়ুক্কী অঙাংশিং চরা বানবসিবু ইবোক্কা অয়াম্বা হোৎলৈ, মমৌশিংদো নঙগী নঙগী নখৌ তৌজক্লচো হায়দুনা থাদোকপি। ঐখোয়সু ইবোক্কা চক্জিক খণ্ডদে চাকশা খণ্ডদে ইনশাং খজিক্তং তোৎলগা পীজবদো মদুনা হেন্নো হাউবোই নীংই। ঙা মতুম থুংনদবা নুমিৎতা ইবোক্কা মচেৎ মচেৎ শেৎতুনা চপ মান্নবা থুংহনগদৌরিবনি, মচেৎ মচেৎ শেৎপা য়াম্রগনা পূম্না চাক্কা তোৎশিল্লগা য়েনগদৌরিবনি। ইনশাং লৈরমদবা নৎত্রগা কালেনগী মৈশাদা পুম্নম্বা থোক্রগদি উতোঙা কাঞ্জিদা তাইনরে। থা-থা লাউবা উতোঙাদো মৈদা ফজনা লৌরগা মোরোক অকংবা কারুম কারুমদুগা ইবোক্কা কাঞ্জি তৌরগা চক্জিক্কা তোৎতুনা পীজবদুদি কয়াতা হাউগ্রে। হৌজিকসু মরক মরক্তা ইনশাং হাউত্রগা ইবোক্কী উতোঙা কাঞ্জিদো নীংশিংলি।

ইবোক্কী মপাম হিংগাৎতনি, (শিলঘাট) দুংরিপারগা থংনবতা নত্তুনা শন্নবা খুন্নি— অনীসে অমত্তনি হায়না লৌবসু য়াই। দুংরিপার অসিদনি মহারাজ চৌরজিৎকী কোনুং লৈরম্বদো। অদুঙৈ চহীতরেৎ খুন্তাকঙৈদা লাঞ্জেল্লকপা মৈতৈ নিংথৌমচা অহন্না কাছাড়গী নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্রবু তাম্বোক্রগা মচিন-মনাও অহন্না ময়াং লৈবাক য়েম্বোক্লরগা পানখিবদো— গম্ভীর সিংহনা গুমরাদা, মারজিৎনা জাফিরবোন্দা অদুগা চৌরজিৎনা দুংরিপারদা কোনুং শেমদুনা। অদুবু মতমগী খোঙলৈ তম্বা ঙমদে। মতম অমদা মৈতৈশিংনা য়ং য়ং লাউনা পাল্লম্বা মৈতৈ খুন হিংগাৎ অমদি দুংরিপার ঐখোয়না খঙলকপদা লৈরমগ্রে, বরাক্কী লৈরাইনা চাগ্রে, লাইজ ঈরোম্নুংদা ঈরাক্লহনগ্রে।

পুলিশ জমাদারগী মমোমলোই খুমুজম নিঙোল সনারৈ হায়নীংঙাই লৈতনা কেন-নৌনা য়োক্লকখিবীনি। অদুবু ময়ুম পানবদগীদি থবক্তা মৈ হৌবী হায়দো ওইখি, পুলিগী অরোইবা তাংকক ফাওবা ঙাইহাক্তা তুমিন্না ফমদুনা লৈখিদে। মমৌশিংদা থবক্কী মৈ য়াংশিন্নবা ওইনা মরক মরক্তা হায়, ঐখোয়না কয়ামুক কেন-নৌনা হৌরকপগে হায়বদুদি করিমুক হায়রুনি ! ইবুং ইউপ্পা ঐখোয় অনীতনিদো। লৈশাবী হাইফেৎ ফারকপদগীদি বরাক্তা কুমদুনা ঈরুজহনপোৎ নত্তে, পুলিশনা ঈশিং হোংগৎলগা লুজরিবনি। অদুগা নুমিদাংদনা অহুন লমনশিংদা নিংঙাই তৌশিন্নদুনা ওইনশিন্দুনা তুরেলদা কুমথগদৌরিবনি, হি তোংদুনা শান্নগদৌরিবনি, করিগুম্বদনা ঈন খোন্দুনা ঙা ফাগদৌরিবনি।

কেন-মৌনা হৌরকপী জমাদার মমোমদো য়ুম পাল্লক্লবা মতুংদা কুইনা নুংঙাইয়ু হায়না তমখিদমাল্লে। মচা মঙা, নুপা মরিগা নুপী অমগা লংশেক্লন্নগা ইপুবোকতো লৈখিদে, নৌনা লুখ্রা ওইহৌই ইবোক। অমত্তা য়াওবী মচানুপী থরো মোইনারবোনগী শরাংথেমদা থাজবনি ঐখোয়গী নোংথোম্বম কাঙবু লৈ হায়দুনা। মাসু মচা অহুম পিশক পিশক পিক্কা লংশেক্লন্নগা সংসারদগী বিদায় লৌখি। অমত্তা য়াওবী মচানুপীনা লৈখিদবদা ইবোক্কা ওনথোইনা কপখিবদো হৌজিকসু শংশংনা উরি। মপি খরা

কংশিল্লকপগা ভাইভমদনা ইমা অমুক লৈখিদে। ইকান কান্নদনা লুব-নানবদা মনেম্না য়াজবী ইন্দোনয়াইমসু পিশক পিক্লিবা মচানুপা বাবাহন লংশেক্লম্নগা ইমাগী মতুং ইনখি, অঙাং উম্নবদা।

মমৌ মরি লৈরে খরা কোমজরনি হায়না খঞ্জরম্বা লাইবক চাউবী ইবোক্তো মচানুপী, মমৌ অনী থংননা লৈখিদবদগী মমা লৈত্রবা মশূশিং শেম্নবদা, মখোয়গী খনবদা হায়নীংঙাই লৈতনা বাজখি।

চহী খুদিংগী ওইনা বাঁশকান্দিগী অকোয়বদা লৈবা পাঠশালা ময়ামগী অপুনবা শাম্ন-খোৎনবগী থৌরম অমা মধ্যবঙ্গ (মিডল ভর্নাকুলার) স্কুলনা শীন্দুনা পাঙথোকই। মসিবু কেন্দ্রগী শাম্ন-খোৎনবা হায়না খঙনৈ। মফম্না স্কুল অসিমক্কী মনাক্তা অনুবা মপান্দা সরোক্কীসু হেক তাইনবদা লৈতেম ফজনা মাম্নবা লম্পাক্তনি। মফম অদো য়াম্না চায়। হৌজিক্তি লম্পাক অদো মীশীং হেঙ্গৎলকপগী অমদি চাওখৎলকপগী চৈফূদা মশক খঙদ্রে, মাঙখ্রে।

জ্ঞান খরা খরা তারকপদগী ঐসু ইশুং ইমাম্নশিংগা লোয়ননা নুমিৎ হম্নি মরিনি পাঙথোকপা থৌরম অদো য়েংবো চৎলি। য়েংবা চৎপগী বানি, শাম্ন-খোৎনবা অদুদা য়াওরুবা নত্তে, য়াওবা ফংবগী বা লৈতে। চেপ্তোং-মাঙজোং, হাইজাম্প, হাডুডু, লমজেম্নচিংবা মশাম্নশিংদুদা ঐগুম্বা কাপমুক্তা বাংবনা য়াওরুবা ! কভি নহী, কভি নহী। মশাম্নশিংদুদা য়াওরিবশিংদুদি বাং-চাউরবা মশা-মউ ফরবা মক্রাক শাংলবা ঙাক্তনি— চাউনা চাউনা লাইরিক তম্বা কুলিমচাশিং, পাঙনমচাশিং, ময়াং(ময়াং পাঙন) মচাশিং— মখোয়না অয়াম্বনি, মৈতৈমচা খরসু য়াওদববুদি নত্তে।

ঐদি খুঙ্গংগী ইচম-চম্বা মশাম্নশিং— কাংথ্রো, পাখিগোল, গয়া (চৈতেক কোৎপী) অসিনচিংবা খরতনি শাম্নরিবা। হায়রিবশিং অসিদি কেন্দ্রগী শাম্ন-খোৎনবদা য়াওপোৎ নত্তে। হোয়, মশাম্না অতৈ খরসু ঐখোয় শাম্নে।

মতম অদুদা শঙনগী ফুটবোল নীংথিনা মশক উদ্রি। উরগসু কাওবদি ফংদ্রি। অদুবু পুংকক চাউবা নোবাপ হেক্রগা ফুটবোলনি হায়দুনা শাম্নববুদি শাম্নে। মদুদা ঐখোয় মশেন কাওশিম্নদুনা খু-খুরাই-খোঙবী শুজিম্নদুনা মহা অমনি। ক্লাশ ফোর-ফাইভ তম্নকপগী অদুবাইদা শঙনগী ফুটবোল খরা খরা শাম্নরে, শেন খায়নদুনা জিলাদগী লৈরুবা নৎত্রেগা কলকতাদগী চেনবা। অদুবু ওজা নাইদুনা তম্বদি নত্তবনিনা ঐখোয় মশেনতা কাওশিম্নদুনা খোঙ-খুৎ তেকপা, শুজিনবা, শীংলি লৈথেকপনচিংবা তোয়না থোকই। মতাং অদুদদি ইপন অব্দুল বাহাবকীদা চৎপা নত্তনা উপায় লৈতে। ইপনসু হেক-হাক য়েংলোইদৌরিবনি— হায়গদৌরিবনি অমুক হম্না বোল শাম্নররোই

হায়না ননা পায়রগা হান্না কসম চাও। না পায়দুনা ৱাশক্রবা মতুংদতা ইপন্না তাপ তাপ পায়দুনা য়েংগদৌরিবনি। ইপনদো খঙদবদি নত্তে মহাক্না মনা পায়হল্লগা কসম চাহল্লিবসি কুইনা চৎলোই হায়বা। মনা পায়হল্লগা কসম হন্না হন্না চাহনখিবসে অঙাং ফনদি য়াল্লমগনি। মদুগী মনুংদা ঐসু অমনি।

ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙেদা কাঙজেসু য়াম্না শান্নরম্মী। মৈতেতা নত্তনা পাঙনসু শান্নরম্মী। ৱান্ন য়াওবা ৱাখোল্লা কাঙজে শাবা, অদুগা ৱান্ন অকংবনা কাঙদ্রুম শাবসে ঐ য়াম্নদি হৈ, অদুবু লৌবুক্তা শান্নরমদাইদদি ঐবু কনামতনা মখোয়গী মীচংদা য়াওহন্নীংদে। মরমদি ঐসে কাঙলমদা হেক্তা চেনগল্লি, কাঙদ্রুম্না অতম্লনা পাইশিল্লক্তুনা ঐগী খুকউ-খুরাই-খুমিংতা হেক্তা পাম্লে। অদুদদি ঐ অদুম ও-খোংলে।

মতম অদুদা পাখংমচাশিংদি খুন অমগা খুন অমগা, লৈকাই অমগা লৈকাই অমগা শীংদুনা কাঙজে শান্নরম্মী। ময়াম কুম্মে ওইনা য়েংনরিবনি। শজীবু চৈরাওবগী শিলহেনবা নুমিৎ মঙানিসি থবক অমত্তা শূবা য়াদবনিনা মখল-মখাগী মশান্না কয়া শান্নদুনা অহনসু অঙাংসু মতম লেল্লি। চৈরাওরবদি কাংপাক শান্নবা য়ারে হায়দুনা কাংপাক শান্নবসু য়াওই। কাঙজে শান্নবসু চৈরাওবগী কুম্মে অমদৌনা তৌরম্মী। চহী খুদিংগী লৈকাই মরি মঙাদো অনী থোক্লা খায়দোক্লগা মপুং-মরৈ ফারবা পাখংমচাশিংনি শান্নরিবদো। হিয়াং কুম্মে য়েংবদৌনা মীনা ফিঙৌ ফৌই — নুপী অঙাং খাক্তে, হনুব-হনবী চিখদে, খুনয়াইগী লৌবুক্তুদা। চহী অমদি করি মরমগীনো খঙদে, ফজনা শান্নরম্বদগী শান্নবা লোইরমদাইদা শান্নরোইশিংদো ফুগায়নরক্লে, কাঙজেনা থোম্নদুনা কোকাই-লুকাইবা খুকউ-খুরাই শাথীনা শোকপা য়াওনরে। অহন-লমনশিংনা খাম্ব-ককা চৎনখিদ্রে। হান্নগী মলোম লৈনবদগী ফুগায়নরকপনি হায়নবসু য়াওই। চহী অদুদগী চৈরাওবদা ঐখোয়গী খুন্দা কাঙজে শীংনদুনা শান্নবা অদুম তোকখ্রে। চহী খরা মতুংদদি কাঙজে শান্নবা অসি ঐখোয় খুন্দগীতা নত্তনা খুন অতৈদগীসু মমি শামখ্রে।

অঙাং ওইরিঙেদা য়াম্না থৱায় য়াওনা শান্নবা মশান্না অমগা হায়বা তারবদি খুং শান্নবনি। খুং তুনবদা মীগী খুং মচেৎ ফকপা, তংখাই তাহনবা তান্নরিবনি। ইশা ইশানা শাজবা নৎত্রগা অহন-লমন্না শাবিবা খুং ঙাক্তনি। কৈথেলদসু খুং ফজবা ফজবা থোকই, অদুবু কনামতনা লৈরুদে। আলীপুরগী কুলিমচাশিংদি ফজ-ফজরবা খুং শাদুনা পুরকই। স্কুলদসু ওজা লাকত্রিঙৈদা খুং তুনদুনা মতম ঙাইনৈ। খুং শাবসিদি ঐসু য়াম্না হৈ, ইনাওশিং অমদি ইমান্নবশিংগী খুং ফাওবা শাবিরিবনি। খুং শাবদা খুং ওয়গী খুৎনাউবী মতোন থাঙজৌদা কংখি, একলব্যনা তেন কাপ্পা তম্বদা গুরুদক্ষিণা ওইনা খুবী ককথৎলগা কংখিবগুম। গুরুদক্ষিণা কংখিবগী দাগফম অদো হৌজিকসু লৈরি। গুরুদক্ষিণাদো কনাদা কংখিবনো হায়বদুদি খঙদে। অদুবু মতোন অনী লোঙবা

মানবা পোমথোক্তুনা লৈবা খুৎনাউবীসে উরগা ইচাশিংনা অঙাং ওইরিঙেদা হংঙি- - বাবা, 'সিদি কৈদৌবেনো? হৌজিক্তা ইশূনা হংঙি— কম্মাইনা তৌরিনো পুপু, 'সিদি?

মীওইবা হায়বসে নীংবু নীংলবদি থোকপমা হেক্তা লাকই হায়নবদো হাইফেৎ চুম্মান্নে। স্কুল ময়ামগী শান্ন-খোৎনবা অদুদা য়াওবা ফংদবগী নুংঙাইতবদো কোকপা য়াবগী পাউ অমা লাকই— কুমসি চহীদগীদি সাইকেল লমজেলগী মশান্না অমা য়াওরগনি। পাঠশালাদা তম্বগী অরোইবা চহীনি, হন্দক য়াওহৌদ্রবদি অমুক য়াওবা ফংলরোইদবা।

মতম অদো সাইকেল পংলে লৈনদ্রি। ঐখোয়গীদি মস্তক তৌবা অমা লৈ ঐঙোন্দগী খরা বাংতক তৌবা। মসিগী মমাঙদা ইংলিস রেলী অশংবা অমা লৈরম্মী হায়, কাবুল (কাবুলিবালা)দগী লুপা কুনথ্রা পীদুনা লৈবনি হায়, মদুসু থা-থাগী কিস্তিদা। মনাওনুপা অতোম্বনা লক্ষীপুরদা লাইরিক তম্বা চৎননবা হায়দুনা লৈবিখিবনি ময়াম্বশিংনা। লাইরিক তম্বা লোইরগা সাইকেল অদো কনানো অমদা অহন-লমন খঙহলমদনা য়োম্বোকখি হায়দুনা ইপম্বৌনা নুমিৎ খুদিংগী গরম তৌবদগী মদু খরা কোক্লনবা হায়দুনা মস্তক তৌবা সাইকেল অদো খুড়াতোম্না লৈরকখিবনি। মসিদনি ঐনা সাইকেল থৌবা তম্বসি। শেগ্রাক চম্লীনি, চেন-কভার য়াওদে, অদুনা য়েৎথংবা খুবোম অসি থাউথীনা নুমিৎ খুদিংগী পূংমু পূংমু। মরক মরক্তা ইপম্বৌনা সাইকেলগী মনীংলোমদা পায়রগা থুনা হৈননবা হায়দুনা তপ্না তপ্না ঈল্লম্বদগী খংইন ঈল্লকনি। মমায় চুম্বা শুমহৌদদুনা দারীদা থেংজিনবা, শম্বনদা নমশিন্দুনা খুকউ-খুরাই তৎপনা কয়ামনি। ইপম্বৌনা লাউরক্কনি — থেঙ্গাইসনু তেকচসনু, নুপামচানবু, হৈননবনি !

ঐখোয়গী শুমাঙ অশাংবদুদা লৈদুনা লৈদুনা থৌবা হৈরকপদগীদি নোংমদি থোঙ্গাল লান্না থৌনীংলক্লে। উচেক মচানা মতু খরা খরা হৌরকপগা মশা খপ-খপতুনা শান্নরম্বদগী নোংমদি মকোন্দগী ফ্রং লাউনা পাইথোরকপগুম ঐসু থোঙ্গাল লান্না থৌনীংলকপদগী ফৎখিদ্রবা লম্বী কুদ্রক-কুদ্রাক অদুদা তুবোই লাকপোই তৌদুনা নুংশাসোর থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা কারোং য়ৌরে। কারোং য়ৌবদগী পাক্কা সরোক শৃৎ নানবদুদা থৌনীংলক্লে। মতমদুদা হৱাগাড়ি পংলৈ লৈত্রি, পংচেন চেনদ্রি। বাগানগী সাহেব-ম্যানেজারশিংগী কার খরগা লোরী (বস) অমনী মরক মরক্তা চেনবদু মঙাই, ট্রক মশক উদ্রি। অদুনা কিনীংঙাই থোইনা লৈতে। ৱাখল থোইনা খনবা তৌরুদনা ঐনা খরা তোয়না চৎপা মায়কৈ পূরান বাজাররোমদা থৌরে। সিরগাংগী মসজিদ য়ৌরমদাইদা লৌবুক্তা ফৈদোম অছম-মরি লাপ্না শম্পোৎ খোইরম্বা নুপা অমা মাগী শম্পোৎ অদো থাদোক্লম্লগা প্রপ প্রপ চেনখৎলকই সরোক তান্না, খংপ্রেক খংবদৌনা হায়রকই— ইয়াল্লা, মীনা থৌবা নত্তবা সাইকেল অমা চেল্লি হায়দুনা অঙকপা ওইনা

খল্লুরে ঐদি। কনাগী মচানিবেনে নঙবু? অরাইবদি নত্তেহে নহামচা নঙসে !

নহামচা অদো খুড়াতোম্না পুদুনা চৎলি স্কুল ময়াম শান্নবদা সাইকেল লমজেল তান্নবা য়াওহনবা। অতৈ কনা কনানোসু য়াওই, অদুবু কাউথ্রে। অঙাং পংয়াম য়ামদে লমজেল তান্নবদুদা য়াওনবা চোংথোরক্রিবদো, তরুক-তরেৎলোমথক্তনি। তান্নগদৌরিবসে কন্না থৌবা তান্নবা নত্তে, তপ্না থৌবা তান্নবনি। সাইকেলগী শাবনদা কারগা থৌবা ছাত্র অম-নীসু য়াওই, শেগ্রাক চপ্পীনা অয়াম্বনি। ময়ামদুগী মরক্তা মধ্যবঙ্গদা তন্লিবা, লাইরিকসু ফবা, চহী খুদিংগী মকোক তাবা, ওজাশিংনা য়াম্না লুনা তৌবা গৌরী কৌবা হোজোন মচা অমা য়াওই। হোজোন হায়রিবসি বাংগালীশিংগী মরক্তা মীশিং য়ামখিদ্রবা কাঙলুপ মচা অমনি। মতম অদুদা বাংগালী হায়বা বাহেসে ঐখোয়গী অদুরাইদা পংচৎ চৎনদে, অর্থসু হৌজিক খঙনরিবা অসিগা মান্নরমদে। থৈরপ তৌবা বাংলা লোন ঙাঙবা বাংগালী কাঙলুপ মচা মচাশিংবু তোঙান তোঙানবা মমিংদা খঙনরম্মী– হোজোন, যোগী, ডুম, পাটনী... অসুম হায়না। সিলেটরোমদগী নৌনা লাকপা দুকান ফমদুনা কায়-কারবার তৌররিবশিংবুনা হাউদু হায়না খঙনরম্মী, করিগুম্বা মতমদনা সিলেটিয়াসু কৌই। ময়াং হায়রগা ময়াং-পাঙনতবু খঙনরম্মী। মৈতৈ-পাঙনবুনা মখোয়না মোগলাই কৌই।

মখোয়গী ওজাশিংনা লুনা তৌবা গৌরীনা সাইকেল লমজেল অসি শোয়দনা ফাস্ট তাগনি হায়বসি কন্না হায়নৈ। হায়বগুম্মদুনা ফিল্ড ময়াই চল্লকপদদি গৌরীগা ঐখোয়নীতা ঙায়হৌরে, অতৈদি লোইনা তুহৌরে। ঐখোয়নি হাইফেৎ মান্ননা তপ্না তপ্না করাং চপ্পীদা তান্নে। পম্বুংফম য়ৌরমদাইদা ময়াম্না লাউনরকই — গৌরী তুরে, গৌরী তুরে। অদুবু মহাক্কী মতুংদা ইম্নরিবা য়াম্না হৈশিংবা ওজাদুনা লাউরকই– তুদে তুদে, তৌগে তৌবনি। তশেংবদি তুগে তৌবদা মখোঙদো লৈবাক তাবগা ওজাদুনা শৎ ঈনখৎপিখিবা জাৎনি। ঐখোয়গী কাঙবুনা ফনা কন্না বাকৎলি, অদুবু মখোয়গী ওজাশিংদুনা মরূ ওইনা শীনবনিনা নম্ফুদা গৌরীবু ফাস্ট তাহনখ্রে, ঐবুনা সেকেণ্ড। সেকেণ্ড তাহনবিরবসু মনা অমা ফংবদুদা ঐ কয়াম্না হরাওখি। ইচম-চম্বা লিক্লাইগী তেঙ্গোৎ অচৌবা অমগুম্বনি মনাদো, অদুবু পুল্জিগী অহানবা ফংবা মনানি। চেজেৎ অমদা ঐগী মিং ফজনা ইরগা নপ্পা মনাদো ফনা কুইনা লৈরম্মী ঐখোয় ইমুংগী উবাক্লা শাবা থাকশা অমগী মথক্তা।

মতাং অসিরাইদা হৌজিক ফাওবা কনাদসু হায়দোকখিদবা থম্মোয়নুংদদি চৈনাখোল ওইনা মরক মরক্তা ফাওরকপা থৌদোক অমা থোকখি। খুঙ্গংগী হরাও-কুম্মৈশিংগী মবক্তা ইরোই বাইনবসিসু য়াম্না নুংঙাইবা কুম্মৈনি। লৌ-শীং লোইরবদি ইরোই বাইনহনবা হৌরকই। ঐখোয়গী ইমুংদা ইরোই বাইনবদা থবায় য়াম্না য়াওবসি কাকানি। ইরোই বাইনহনগনি তারবদি ঐখোয়গী খুনদতা নত্তনা রানীপুর,

নুংফৌলেকাই তাম্না ঐবু পুদুনা য়েংবা চৎকদৌরিবনি। ইরোই ৱাইনবসি শীংনরগা ৱাইনহনবসু য়াওই। কাকানা পাখং ওইরিঙে ঐখোয়গীসু লাবা অচৌবা অমা লৈরম্মী হায়। কাকানা মদু নোংঙানদ্রিঙেদগী পুথোক্তুনা লৈচিন থারিঙেদা লিক্লা তাবা শজীক অনৌবদো পীজনবা নুমিৎ খুদিংগী থাকই হায়। ইরোই অদু কয়ামুক ৱাংবগে হায়বদা ইরোইদুনা কুন্দুনা লৈরিঙেদা কাকানা কাখৎতুনা তোংহৌদ্রবদি কৈরাক থারগা কায় হায়। হোয় খরা হেন্না হায়জিল্লগসু অচুম্বা খরদি য়াওরম্বা য়াই। মরমদি কাকাদো পিকই, মচীন-মনাওশিংগী মনুংদা মহাক্লা খ্বাইদগী পিকই। অদুবু থবক শূবদদি শুকহন হন্দে। মহাক্লা লুনা তৌজবা ইরোই লাবদুগী লাম্বা ঐখোয়গী খুন্দা লৈরমদে হায়।

মতম অদুদা ইরোইসে জাৎ অহুম থোক্লা লৈরম্মী— বাংগোর, মৈতৈ-ইরোই অদুগা মুকশন। বাংগোর হায়বসি ময়াং লৈবাক্কীনি, মৈতৈ-ইরোই হায়বসিনা মণিপুরদগী বেপারীশিংনা পুরক্লগা য়োল্লবনি, অদুগা বাংগোরগা মৈতৈ-ইরোইগা য়ান্নদুনা পোকপদুনা মুকশন কৌই। মৈতৈ-ইরোইদি মচী শাংই, মচী অনীদো কোয়দানরদুনা য়াম্না ফজে। বাংগোরনা মচী য়াম্না শাংদ্রবসু মপাঙ্গল কল্লি, কুইনা খাঙই। কুইনা ৱাইনরক্লবদি বাংগোরনা লাকচরকই। ইরোই ৱাইনবদা অঙম্বদুনা শল্লুপ পুগদৌরিবনি, লাম্বা অতৈনা হাইজিল্লুবা য়াবা নত্তে।

নোংমদি করি খল্লুবনো খঙদে, তাচৌনে ঐখোয় অঙাং খরনে খুড়ামচাখোয়গী মুকশন লাবদো লৌবুক্তা মতোমতা শজিক চাদুনা লৈরম্বা উবদগী শল্লুপ পুরিবা ইরোইদুগা ৱাইনহনগদগী হোইদুনা পুরে। কুইনা উম্নহনদ্রিবা ইরোই লাবা অনীদো হেক উনবগা চেনশিন্নখ্রে। দং-দং হেক্তা থেঙ্গাইনৈ, অদুদগী গ্রিক-গ্রিক ঈন্নদুনা ফনা কুইনা অমনমুক ইন অমনমুক নম তৌদুনা ঈমু-নাইমু তানরে। ফনা কুইনা অদুম হায়না নম্নরম্বদগী মুকশন অদো চেল্লে। বাংগোর অদুনা তান্ন-তান্নদুনা মনীংলোমদা মচীনা লেংবদা ঈনা পূমঙাং ঙাঙলে। মুকশন অদো মশাগী কোম্থোংলোমদা চেনশিনখিবদগী অহন-লমন থোরক্তুনা চৈতুপ-লাকতুপ পায়দুনা খাম্বদগী বাংগোর অদো হন্দুনা চৎখ্রে। মুকশন লাবদো শঙ্গোন য়ৌরগা অদুম কূম্থ্রে।

নুমিৎ কয়ানিনো ইরোইদো হৌগৎপা ঙমখিদে। খরনি মতুংদা হৌগৎলকপদদি ফজনা লেপ্পা ঙমদ্রে। মমাঙগী মখোঙ অমা খুজেংগী অদুৱাইদা তেক্লম্মে। খুড়ামচানা শরন্ন শম্বা হৈবশিং কৌদুনা ৱাচপ চপতুনা হিদাক-লাংথক তৌদুনা ফনা কন্না লায়েংদুনা হোৎনখি। অদুবু ফবদি লৈখিদে। ইরোইদুনা তৌরিবা মতৌদো উরুবা খুদিংগী ঐগী থবাক্কী মিহুন অসি দং-দং চোংলকই। ঐখোয়না মরম ওইদুনা ইরোইসিনা দশাসি তারিবনিকো খল্লুবদা থৱায়সে নুংঙাইরক্তে। কয়াতা চাউরবা পাপনো ঐখোয়না লঙজরুরিবসি। অদুবু মদু কনামতদা হায়দোকপগী থৌনা লৈখিদে।

ঐতসু নত্তে, অঙাং অমত্তা ঐখোয়না থৌজিনদুনা ইরোই ঋাইনহনখিবগী ঋাদো হায়দোকখিদে।

থা কয়ামুক লায়েংবদা শুকফৎ ফৎলকত্রবদুদদি ইরোই লাবদো মমল হোংবা হৌনমখে হোংনা পাঙলদা য়োহোকখি। থবক শূবা ঙম্নরোইদবা ইরোইদো পাঙনদা য়োনবগী অর্থ কন্নিনো হায়বদো অহন-লমনশিংতা নত্তনা ঐখোয় অঙাংশিংসু খঙবা ঙমখি। খল্লুবদা ঐখোয় য়াম্না নুংঙাইখিদে।

ইরোই য়োনবগী থা খরা মতুংদা খুড়ামচাসু লৈখিদে। ইবোক অহম্না পোকচবা মচা অনীতনি— খুড়ামচা কামেশ্বরগা ইনেতোন রাসমণিগা। খুড়ামচানা লৈখিদবদো কোলেরানা নাদুনা লৈখিদবনি। মতম অদুদা কালেনবু চঙলক্লবদি কোলেরানা য়াম্না নানরম্মী। কোলেরা য়াম্না নানবগী মরমদি মরূ ওইনা ঈশিং ফত্তবা থক-চাবদগীনি। নোং খিত্তং চুথরকপগা পুখ্রি মপানগীনি খঙদে তুরেন তোর্বানগীনি খঙদে মহীক-মতাই পুন্নমক পুথরকই। মদু থক-চাবদগীদি কোলেরাগী হরাওবী হায়বদো লোইরে। অমুত্তং লাকপদা মী ফনা য়াম্না পুদুনা হনখি। কোলেরানা হায়বদি খোঙহাম লাইচৎনবু নারবদি হিংবগী আশা লৈতে। লৈকাই নৎত্রগা খুন অমদা মী অম-নীবু নাবা হৌথ্রবদি লম্মৈ চাকপদৌনা জর-জর শন্দোরকই। করিগুম্বদা লৈকাই অমদা মী অমা পোৎলোইরিঙৈদা অমমুক পুথরকপসু য়াওই। লাইনা তৌহল্লিবনি হায়দুনা মাইব-মাইবীনা চবান থাদোকই। অদুবু ফৎখিদ্রমাল্লে লাই অদো ওম্হোক্লসু, চবান-ককা চাবিপোৎ নত্তে, চাবদি-লাইরদুনা হন্নফাও য়েংবিপোৎ নত্তে।

কোলেরানা নাদুনা খুড়ামচানা পিশক পিক্লিবা মচা মঙা লংথোক্লম্নগা সংসারদগী বিদায় লৌখিবদুগা ঐখোয় অঙাং খরনা মহাক্কী ইরোই লাবদা তাহনখিবা দশাদুগা কদায়দনো, উবদি ফংদবা, মরী অমা লৈনবগুম ঐগী থম্মোয়দা মরক মল্লত্তা ফাওখি। অচৌবা পাপ অমা লঙজবগুম য়াম্না নুংঙাইখিদে।

## ৯

পাঠশালাগী অরোইবা চহীনি, কেন্দ্র পরীক্ষা থাগদৌরিবনি। নহানমখেদি ইশাগী স্কুলদা পরীক্ষা থাবনি, চেসু ঐখোয়গী ওজানা য়েংবনি। হন্দক্তি বাঁশকান্দিদা চত্তুনা মধ্যবঙ্গ স্কুলদা পরীক্ষা থারুগদৌরিবনি। ঐখোয়খক্তা নত্তে, বাঁশকান্দি পরগনা (সার্কল)দা লৈবা পাঠশালা পূন্নমক্কী তৃতীয়মান্দা তম্বা ছাত্র পূন্নমক মধ্যবঙ্গ স্কুলদা থাবা লাক্কদৌরিবনি। চেসু অতোপ্পা স্কুলগী ওজানা য়েংগদৌরিবনি। পরগনা অতৈদসু অসুম হায়না পাঠশালা পূন্নমক্কী ছাত্রশিং মফম অমত্তদা লাক্তুনা পরীক্ষা থানরে। মসিবু কেন্দ্র পরীক্ষা হায়না খঙনৈ। হায়রিবা পরীক্ষাসে অরুবা পরীক্ষানি হায়না লৌনৈ, ছাত্র অয়াম্বনা কিনৈ, অহন-লমনশিংসু থবায় বানৈ। তশেংনমকসু পরীক্ষাসে লানবা ঙমদদুনা পুল্লিদা লাইরিক অমুক মখা তাবা ঙমখিদবা অঙাং কোঙ্গাই অমনি।

অহন ওইরবা অজ্ঞানা লম্বী লমখাংদা ঐখোয়গী অহন-লমনশিং থেংনবদা হায় — অঙাংদো লাইরিক কম্না পাহল্লু, কেন্দ্র পরীক্ষাদা মকোক ওইরক্তবা য়াদেকো। স্কুলগী পরীক্ষা খুদিংদা মকোক তাদুনা লাক্লিবা ছাত্রনি, ওজানা খঙই কেন্দ্র পরীক্ষাদসু খরা হোৎনরবদি মকোক তারকপা য়াই। মকোক তারক্লবদি স্কুলগী মায়নি, ওজাগীসু মায়নি। ঐখোয় অহন-লমনসু মায় অদো ওইনীংই। অদুবু মখোয়না মায় ওইনীংলিবা ছাত্র অদুদি থোইনা থৌশা-বাশাবা তৌদে, পরীক্ষা পূন্নমক মাঙোন্দা হামু হামু ওইনা তৌই।

মতাং অসিবাইদনি ভোটকী ঈরাং অমা ইখঙ-খঙহৌদনা লাকখিবদো। করিগী ভোটনো খঙদে, ভোটকী অর্থসু খঙদে। কোন্না খঙলকপনি, হায়রিবা ভোট অসি আসাম লেজিস্লেটিভ এসেমব্লিগী মীখলনি। খুন শীনবা থুংনা, থংনরিবা খুন অতৈদসু ভোটকী ফুম নোম্লকই। পাখং মচাশিং অমদি হাইফেৎ মীয়ায় চল্লবশিং ফাওবা য়াওনা, লম্বীদা লমজাউদা লাউর-লাউরদুনা চৎলি— ইনক্লাব জিন্দাবাদ, কমিউনিস্ট পার্টি জিন্দাবাদ, ইরাবত বাবুকে ভোট দাও (ইরাবত বাবুদা ভোট পীয়ু), লণ্ঠন মার্কা বাক্সে ভোট দাও (লেমতোন য়েকপা উপুদা ভোট পীয়ু), কংগ্রেস লিগ কমিউনিস্ট এক হও (কংগ্রেস লিগ কমিউনিস্ট অমত্তা ওইয়ু)। মতম অদো নীংতম-মঙাল খরা

খরা হন্দোরকপা মতাংনি। অদুবু মুস্লিম লিগনা লৈবাক অসি থুগাইরগা পাকিস্তান শেম্নবা দাবী কম্না তৌরকপদগী অচৌবা পার্টিশিংগী মনুংদা মোত শাথীনা খেন্নরকপতা নত্তনা হিন্দু-মুস্লিম মরক্তা তাথী-য়েংথীনবগী অকনবা নোংঙ্লে নুংশিৎ অমা লাকপা হৌরকখি। মদুদগী নাম্থোক্লবনি পার্টিশিং মোত অমত্তা ওইনা পুনশিলু হায়না লাউনরিবদো। মরক মরক্তসু লাউবা বারগা ঈশৈ শক্তুনা চৎলি ময়াম— চাষী দেতো লাল সেলাম, তোর লাল নিশানরে... (অঙাংবা ফিরালসে নঙগীনি লৌমী, তৌসি 'লাল সেলাম')। মতম অদো মাইক্রোফোন উদ্রি। কেরোসিন টিন্না শারেদৌনা কোনবা 'চুংগা' পায়দুনা লাউনরিবনি। ঐখোয়গী খুন্দতা নত্তে, থংনরিবা খুনশিংদসুনি। ঐখোয়গী খুন্না খরা হেন্না চাউবনিনা ঐখোয়গী খুন্দনা মী পুনবসি খরা হেন্না মপুং ফায়, খুন অতৈগী মীসু লাকই। সরোক কারোংদা ময়াম পুম্লে, পোস্টার ময়াম থেৎলি— শ্লোগান য়াওবা লালতেন য়েকপা অঙৌবা চেবাংদা অঙাংবা মুক্না ছাপা তৌবা পোস্টার ময়াম। চাউরবা খোংনাং পাম্বী অদুগী মথক্তসু পোস্টারশিংদো থেৎলি, ফিরাল অঙাংবসু পাইহল্লি বাংনা খোংনাং মশাদা।

ঐগুম্বা পুংকক চাউরবা নুপামচাশিংসু তুমিন্না লৈতে, অহনশিংগী মতৌ তমদুনা শ্লোগান লাউর-লাউরদুনা চৎলি স্কুল কারকপদসু স্কুল কুম্নকপদসু। ঐনা থবায় য়াওবা খরমুক হেঞ্জিল্লি। পাবোগী ফৈজোম অমনবদো শেগাইরগা অঙাংবা রং শঙজিল্লগা ফিরাল মচা মচা শাই, মচেৎ খরনা পাবোগী ফুরিৎ তুনবা কোন্দা টুপী অঙাংবা তুই। ঐগী ইতুং ইনবা অঙাংশিংগা টুপী অঙাংবদো উপশিল্লগা ফিরাল অঙাংবদো পায়দুনা লম্বীদা লাউদুনা চৎলি— ইনক্লাব জিন্দাবাদ....।

ইরাবতনা ভোট লেপ্পদো শিলচর কন্‌স্টিটুয়েন্সিদনি— মতম অদুগী শিলচর সাব-দিভিজন্না কোনবা চাউরবা মীখলগী কেন্দ্রনি। সিলেট জেলদগী থোরক্লগা চহী অনীরোম খক্তংনি ইরাবতনা কমিউনিস্ট পার্টি অমদি কৃষকসভাগী লুচিংবা অমা ওইনা সুরমা ভেলিগী লৌমী-শিন্মী মরক্তা থবক তৌরকখিবা। অদুবু মীখলদা ইরাবতকী ঈহৌ ফজনা লৈখি, মরূ ওইনা লৌমীনা মশীং য়াম্বা মৈতৈশিংগী খুনশিংদা।

হায়রিবা ভোট অসিগী চহী খরা মমাঙদা তৌখিবা মীখল অমদসু মৈতৈশিং হাইফেৎ ফজনা পুনখি অমদি অমত্তা ওইনা মীখল অদুগী মীরেপ অরুণবাবুদা ভোট পীখি। মদুগী মরম অমবুদি লৈখিদবদি নত্তে।

কুনগুবা চহীচা হৌরকপগী অদুবাইদা কাছাড়গী নোংপোকলোমদা লৈবা বালাধন চা-বাগানগী ম্যানেজরবু তমথীনা হাৎতোক্লমলগা শেনথুম ফিরোল লুট তৌদুনা পুখিবগী থৌদোক অমা থোকখি। অঙৌবা সাহেব হাৎপা ঙম্বসি মৈতৈমচা নত্তনা অতৈনা ঙম্লোই হায়বসি সরকারনা চেৎনা থাজরম্মী। মীহাৎ-মীপুন লুটপাত

তৌবসি মতম অদুদা মৈতৈমচাশিংনা অয়াম্বা তৌরম্মী। হন্দক্কী বালাধনগী থৌদোক অসিসু মৈতৈমচানা শোয়দনা তৌবা ওইরমগনি হায়বসিদা থোইনা চিংনেনীংঙাই লৈরমদে। অদুনা মমাঙ থাবা থৌদোক-বাথোক্তা রেকোর্ড লৈখিবা মী খরা থানানা ফাগৎখি। অদুবু ফনা ফু-চৈবা তৌদুনসু থানানা মখোয়গী মফমদগী করিগুম্বা লংলা লংজিন অমত্তা ফংবা ঙমখিদে। মৈতৈমচাশিংবু ওৎপমখৈ ওৎলগা সরকারনা জয়পুর-কামরাঙ্গা-লালাংদগী হৌরগা পালারবোন্দ-রাণীপুর-বাঁশকান্দি ফাওবগী পরীংসিদা তারিবা মৈতৈ খুন তরামরিগী য়ুমথোং খুদিং অমত্তা চিখদনা পিউনিটিভ ফাইন হায়বদি য়ুমথোং খুদিং জরিমানা তৌখি। ফাইন অসি পীবা ঙমদবা লাইরবা ইমুং কয়াগীনা মপোৎ-মচৈ ক্রুক তৌখি।

মৈতৈশিংবু শাথীনা ওৎপি-নৈরিবসি উবদা শিলচরগী ফাওরবা উকিল কামিনীকুমার চন্দনা বাঁশকান্দিগী লাইরিক-লাইশু খরা হৈবা, লৈবাক্কীসু খরা মচীন চৎপা থোকচোম তাম্রধ্বজ সিংহবু কৌদুনা হায়— মরাল লৈজদবা মৈতৈশিংবু শাথীনা ওৎপিরে, চিংনদুনা ফারিবা মীওইশিং অসিসু ফাঁসি তৌবিখিবা য়াই। ঐ খঙই, মৈতৈশিং মরাল লৈতে হায়বা। অদুনা নখোয়গী কেস অসি ঐনা থেংনগনি, পৈশা অমত্তা লৌজরোই।

পৈশা অমত্তা লৌদনা কামিনীকুমারনা মৈতৈগী কেস অসি থেংনখি। মতম কুইনা কেস অসি চথরিঙৈদা নোংমা কুলাউরা রেল জংসনদা কাবুল অনীখক য়াম্না চিংননিংঙাই ওইবা মওংদা পুলিশনা ফাখি। মপোৎ-মচৈ চেক তৌবদা মখোয়দগী শেনথুম ময়াম অমগা ঈ তৈবা ফিরোল খরগা থেংনখি। পুলিশনা চপখায়দুনা হংবেদা বালাধন চা-বাগানগী সাহেব হাৎলগা লুট তৌবদো মখোয়ননি হায়দোরক্লে। অশেংবা মীহাৎপা অমদি লুট তৌবশিং ফারবনিনা হান্না ফারুবা মৈতৈমচাশিংদো থাদোরক্লে। পিউনিটিভ টেক্স ওইনা লৌখৎখিবা শেনফম অদো কামিনীবাবুনা থিদোকপিরে। শেনফম অসি মৈতৈশিংদা হন্দোকপিস্রদি অরেম্বদা মাঙদুনা তোকখিবা তারে হায়দুনা মৈতৈশিংগা তান্নদুনা কামিনীবাবুনা মৈতৈমচানা ক্লাশ সেভেনদগী টেন ফাওবা লাইরিক তম্বদা স্কোলারশিপ পীননবা 'মণিপুরী ট্রস্ট ফণ্ড' হায়বা অমা শেম্লে। হায়রিবা ট্রস্ট ফণ্ড অসিদগী স্কোলারশিপ ফংদুনা তুংদা কাছাড়গী মৈতৈ, মৈতৈপাঙল অমদি বিষ্ণুপ্রিয়া মচা কয়া লাইরিক তমখি।

কামিনীকুমার চন্দনা মৈতৈশিংগীদমক তৌবিখিবা অদুগী তৌবিমল খঙবা ওইনা মহাক্কী মচানুপা অরুণকুমার চন্দনা ভোট লেপ্পা মতমদা থোইনা হায়নরুবা তৌদনা মৈতৈ পুন্নমক্লা হণুনা মাঙোন্দা ভোট পীদুনা কাহনখি। হায়রিবা অরুণবাবু অসি ইরাবতকী মরূপনি। সিলেট জেলদা রাজনীতি বন্দী ওইনা মখোয় অনী লৈমিন্নখি। তৌবগীদি মসিগী মমাঙদগীসু মখোয় অনী খঙনরকই।

অরুণবাবু লৈখিদ্রবা মতুংদা লাকপনি হন্দক্কী ভোট অসি। মতাং অসিদনি কাছাড়গী মৈতৈশিংনা অমদি কমিউনিষ্ট পার্টিনা ইরাবতপু ভোট লেপহন্নবা খন্নরকখিবসি। মৈতৈদি লাইরবা লৌমীনা অয়াম্বনি, লৌমী-শিন্মীশিংগী ফিভম ফগৎনবা ঈহৌ শাগৎলিবা ইরাবতনা মীয়ামগী পুক্নিং লায়না চিংশিনবা ঙমখি। অদুনা ইরাবতনা ভোট লেপ্নদা মৈতৈ খুন অয়াম্বনা শিব-নাবা খঙদনা নোমখি। তৌবগীদি কমিউনিস্ট য়াদবা মীওই খরবুদি য়াওখিদবা নত্তে, মখোয় অদো অয়াম্বদি লৌয়াম চাবশিংনি। কমিউনিস্টনা পাল্লবদি মখোয়গী লৌ মুনবিখিনি হায়বগী অকিবা অমা মখোয়দা য়াম্না কন্না লৈখি। কমিউনিস্টশিংগী খোল্লাও, 'লাঙ্গল যার জমি তার' (লাঙ্গোল পায়বনা লৌবুক্কী মপুনি) হায়বসিনা মখোয়গী নাকোংদা শীংজানা য়েবদৌনা তৌখি।

ইরাবতকা কন্না লাম্বা তৌনখিবসি কংগ্রেসকী মীরেপ সতীন্দ্রমোহন দেবনি, মহাক্কী মার্কানা কৈনি। মীওই অনীখকসু লাম্বা তৌনবদা য়াওখি— নিতাইচান্দ পাটনী অমদি নন্দকিশোর সিংহ, মখোয় অনীগী মার্কানা য়োৎপাক অমদি পেনি। নন্দকিশোর সিংহ বিষ্ণুপ্রিয়ানি। বিষ্ণুপ্রিয়া খরনা প্রচার তৌখি— ইরাবত বাবুদি মণিপুরদগীনি, ভোট লোইরবা মতুংদা কাছাড়দা অসুম লৈথখিদ্রা লৈথরোইদ্রা হায়বসি হায়বা ঙমদে, কাছাড়গী মৈতৈমচা ওইরন্নবদি ঐখোয়সু মঙোন্দা ভোট পীগদবনি। মৈতৈমচাশিংগী মরক্তসু অসুম হায়না খনবা য়াওখিদবা নত্তে। মীখল অদুদা মৈতৈমচা অমসু লেপকনি হায়না তৌরম্মী, বিন্নাকান্দিগী শাগৎপম গৌরো সিংহ। মৈতৈময়াম্না হায়বদগী সিঙ্গেরবোন্দদা ফম্বা মীফম অমদা ইরাবতপু শৌগৎপা ওইনা মহাক মীরেপ ওইবা তোকখি।

ঐখোয়গী ইমুংদা ভোটকী দমক য়াম্না থবায় য়াওনা চেন-চোংদুনা তৌখিবসি ইপঙ্খৌগা খুড়াতোনগা তাচৌগনি। নোংমদি ভোট নকশিল্লক্রবা অদুবাইদা ইপঙ্খৌগী মতুং ইন্দুনা চন্দ্রপুর কৈথেলদা চৎলি। কুম্মৈ অমনি, ফিরালগা ফিরালগা চুংগাগা চুংগাগা ওনশিন্দুনা লাউনবদো। ঐখোয় লাপ্তক্লা কুম্মৈ অদো য়েংই। পাঙন অমনা ইপঙ্খৌগী মনাক্তা চঙশিল্লক্রগা হায়রে,— পংলোউ লাউনবনি পংহায় হায়নবনিদা তাদো, ঐখোয়গীনা মুকব্বির আলি শোয়দনা কাগনি, নামওর আলিদি থাজদে, নখোয়গীনা ইরাবত। মহাক্কী বাদো তাবদা ঐ হায়নীংঙাই লৈতনা হরাওখি, ইপঙ্খৌসু হরাওখি।

মতম অদুদা হিন্দুগা মুস্লিমগা ভোট তিন্নরমদে। হিন্দুগীনা তোঙানবা মীহৎ খল্লি, মুস্লিমগীনা তোঙানবা অমা। ভোট থাদবসু মীপুম খুদিংমক থাদবা য়ারমদে। চৌকিদারী টেক্স হায়দুনা অমা লৈরম্মী, মদু থীবা ইমুংগী মপুং ফারবা মীওইশিংতনা ভোট থাদবা য়ারম্মী। চা-বাগানগী শিন্মীশিং ভোট পীবগী অধিকার লৈরমদে।

ভোট থাদনবগী নুমিৎ অদু ঐখোয় অঙাং খরসু অহন-সমনশিংগী মতুং ইন্দুনা চৎলি ভোট থাদফম বাঁশকান্দি মধ্যবঙ্গ স্কুলদা। ভোট থাদফমদা থবক শীন্দোক-শীনজিন তৌরিবা সরকারী কর্মচারী খরনা মীচং-মীখায় নাইনা থবক চত্থরকপদা ইপঙ্গৌ অমদি অহন খরনা ফুগে হায়না চঙশিল্লি। ময়াম্না খামবদগী ফুবমক্তি ফুখিদে। কংগ্রেসকী মীরেপ সতীবাবুদি ইনাক য়াম্না খুনবা মীনি, লোম্না লোম্না শেন য়েল্লি হায়না তাখি, ভোট নুমিৎতনা ইফোং ফোংনা গাড়িনা ভোট থাদবা লাকপা মীশিংবু হোন্দোক-হোজিন তৌই। মখোয়গী গাড়িদা তোংদুনা লাকপগীদমক নুপা অমনা মাগী নুপীবু ময়াম মমাঙদা চৈব-থাংবতা নত্তনা ফুগে হায়না তৌই। কংগ্রেসকী ক্যাম্পতা অরাকপা খুদিংমকপু অথুম-অহাও পীজ-পীথক তৌই, কমিউনিস্টকী ক্যাম্পতনা খরা মকোক ওইনা চেল্লি-চোংলিবশিংনা মরম্নাই ফুরিৎ খাউদগী পৈশা পুথোক্তুনা কোমলা লৈরগা মশুং অমমম য়েল্লি।

ভোট লোইখিবগী ফম্না কুইরবা মতুং ফাওবা ঐগী নুংঙাইহৌদবা, নীংঙমহৌদবা অমদি লৈখি। ভোট নকশিল্লক্রবা মতমদা ময়াম ৱা-ৱা লাউনরকখি - - ইরাবত লাক্কদৌরি, ঐখোয়গী খুন্দা ইরাবত লাক্কদৌরি। ইরাবতপু উনীংবনা ময়াম নোংগৌবীনা নোং ঙাইবগুম ঙাইনখি, ঐসু লাঙতক্লনা ঙাইখি। নুমিৎ অদো পাউ লাকখি, নুমিদাং ওইনা ইরাবত লাক্কনি, ইপন হৈতোনগীদা (হেমন্ত) লেক্কনি। ইপনদো কৃষকসভাগী লোকেল সেক্রেটারীনি, ঐখোয়গী খুন্দা মহাক্না খ্বাইদগী হেম্না লাইরিক হৈ, মোহোরিসু ওইরি। ইরাবত লাক্কদবা নুমিৎ অদো ঐ হরাওমনখিদুনা খরা হেম্না চেন-চোংদুনা লাউ-খোংবা তৌখিমাল্লে, নিদ্রাদেবীনা ঐবু পোত্থাহন্নীংদুনা নুমিদাং ঙন্তনা মতম্বাক্তা শুম্বিখি। নোংঙাল্লগা মখারেকাইদা ইপনখোয়গীদা চৎপা মতমদদি ইরাবত লৈরমদ্রে, ঙন্তা হৌগৎতুনা কদায়দনো খোঙশাল্লম্মে। ঐ কয়াতা নুংঙাইখিদে, কয়াতা নীংঙমহৌখিদে।

হায়না হায়না ভোটকী পর্ব অদু লোইখ্রে, ঐগী পাঠশালাগী অরোইবা পরীক্ষাসু হায়দোক্লে। নুংঙাইবা পাউনি, অদুবু অৱাবা অমগা লোয়ননা লাকখি, কুমগী নোংনা নোংলৈ-নুংশিৎ লোয়নরকপগুম। পাশতি তৌরে, অদুবু মখা তমথবসিদি কদায়দা? খ্বাইদগী অনকপদা হায়বা তারদি মাইল অনীরোম লাপ্পা বাঁশকান্দি মধ্যবঙ্গ স্কুলনি। মসিদা তম্লিবসি বিষয় পুন্নমক বাংলাদনি। মতম অমদদি মধ্যবঙ্গ তম্বসি য়াম্না পাম্নরম্মী, মসি পাশ তৌরগা পাটুৱারী, আমিন, কানুংগো ওইবা য়াই। মদুগীদমক লম-তু ওনবা হৈননবা পরিমিতি হায়বা বিষয় অমা মধ্যবঙ্গদা তম্লম্মী। মধ্যবঙ্গ লোইরগা নোর্মাল তম্বসু য়াই, মসিদনা বাংলাগা সংস্কৃতকা। নোর্মাল পাশ তৌরবদি হাইস্কুল ফাওবা বাংলা অমদি সংস্কৃত তম্বিবা য়াই, মীনা সম্মান য়াম্না

তৌই। ঐখোয় খুনগী ইপু লৈরেনগী ময়াম্বা ঙারিয়াম্বম জন্মেজয় নোর্মাল পাশনি, চূড়াচান্দ মহারাজনা কৌখৎতুনা মণিপুরদা করিনো ফম অচৌবা অমা পীখি। ঐখোয়দি মশক উহৌদে, বারী ওইনা তাবনি। লাইরিক হৈবা নুপাদো মখোঙ খরা শোয়বনা চৎপদা খরা ঙ্গায়, অদুনা মহারাজনা মঙোন্দা শগোল অমা পী হায়। শগোল অদুনা কয়ামুক শিংবগে হায়বদা মপুনা ওফিস কারমদাই ওইবগা মাঙোনগী দারি মপান তান্না লাকই, মপুবু মথক্তা তম্না কাখৎহন্নগা ওফিস তান্না থিল্লি, হন্নকপদসু অদুম হায়না দারি মপান্দা লেপ্লগা মপুবু কুমথহল্লি হায়। মতম অদুদা কাছাড় অমদি সিলেটতগী মণিপুরদা কৌখৎতুনা থবক তৌখিবশিং অম্নাম্বদি মধ্যবঙ্গ নৎত্রগা নোর্মাল পাশ ঙাক্তনি।

অদুবু মতমগী য়াওল লাকখ্রে। মধ্যবঙ্গ তম্বগী মহুৎতা মাইনার অমদি হাইস্কুল তম্বনা হেন্না পাম্নরক্লে ইংরাজী হৈননবা। ইংরাজী তম্লগা মাংই, ইপা-ইপু নোরোক তাগনি হায়বা অকিবা ৱাখলদো থাদোক্লরক্লে। ইংরাজী তম্লগা থবক ফংবগী লম্বী হেন্না পাক-চাওই হায়বা খঙনরক্লে। অদুবু কদায়দনো তমগদবসি? খনবদা অৱাবা অমনি। তম্বা তারবদি শিলচর নত্রগা লক্ষীপুরদা তাই। শিলচর ঐখোয়গীদগী মাইল তরা হেন্না লাপই, লম্বীদা বরাক লানবা তাই বেরেঙ্গা খেৱাদা। লাপ্পনিনা নুমিৎ খুদিংগী চখোক চৎশিন তৌদুনা লাইরিক তম্বা হায়বসি অরায়বা নত্তে, মতমদুদা গাড়ি-নুংলিসু মরাং কায়না লৈত্রি। অদুনা হোস্টেলদা নৎত্রগা য়ুম ভারা লৌদুনা লৈবা তাই। মদুসু অরায়বা নত্তে। অদুনা লক্ষীপুরদা তম্বনা খরদি শাফে। লক্ষীপুরসু থোইনা নকপদি নত্তে, মাইল তরুক হেন্না লাপ্লিবনি, নোংজু পাছাদা লম্বী লৈখোম হোমই, সাইকেল তোংবা য়াদে, চন্দ্রপুরদা খেৱাসু লাল্লিবনি। অদুবু উপায় লৈতে, লক্ষীপুরদা মতায়। ঐখোয়গী অদুৱাইদা লৈবা খুন অহুম মরিগী খুৎনা থেকপা য়াবা ছাত্র খরদুগী অয়াম্বদি লক্ষীপুরদা তম্নখিবা ঙাক্তনি। ঐখোয়গী খুড়াতোনসু লক্ষীপুরদা তমখি, তৌবগীদি চহী খরতনি। লক্ষীপুর আর্ল স্কুল মতম অদুদা হাইস্কুল ওইদ্রি, এম ই (মিডল ইংলিস) স্কুল ওইরি, মাইনার ফাওবতনি তম্বা য়ারল্লিবা। লক্ষীপুরদা চহী খরতং তম্নল্লগা খুড়াতোন সোনাইদা নিত্যগোপাল হাইস্কুলদা তমখি। সোনাইদা তম্বগী খুদোং চাবনা ইলাপ লাপ্তুনা চান্দপুরদা ইবোক্কী মপামদা লৈরগা তম্বনি। ইবোক্কী মপামদো হিংগাৎতা লৈরম্বদগী তুরেলগী ঈচেলনা লৈরাই নীংখায়খিবদগী লৈবা য়াদদুনা চান্দপুরদা হোংখিবনি। ইবোক্কী মবুংদো পণ্ডায় ওই, লৈপাক্লা হাইফেৎ খঙনবা ইমুংনি। অদুবু মফমদুদা নুংঙাইনা লৈরগা লাইরিক তম্বদো খুড়াতোন পংকুই কুইনা ঙমখিদে। মতমদুদা চাউন-চাউনা লাইরিক তম্নবনিনা পাখং ফাবনা হাজিল্লক্তুনা য়ুম পানবগী ঈথক-ইরাং য়ৌরক্তুনা চহী খরতং তম্নল্লগা খুড়াতোন লাইরিক্কী লামায় খুমজিনখি।

হৌজিক হৌজিকমক ঐখোয়গী তাচৌ লক্ষীপুরদা তম্নি, মধ্যবঙ্গ পাশ তৌরগনি। অয়াম্বা মতমদা মমান্নবা মরী-মণ্ডাগা সাইকেলদা চৎলি। ঐসু ৱারসু ৱানা তাচৌগী সাইকেল মনীংদা নপ্লগা চৎপা য়াবনি। অদুবু মদু য়াদবা অমা লৈরম্মী। তাচৌখোয়গী ক্লাশনা পুং তরামখায়দগী হৌহি অদুগা ঐনা তমগদৌরিবা মখাগী ক্লাসনা অয়ুক পুং তরুক মখায়দগী।

করিনো তৌগদবা খনফম থোক্তনা লৈরিঙেদা নোংমা নুমিদাংৱাই মমশিল্লক্রবা মতমদা মামচৌ লাকই। শিলচরদা চৎলুবদগী হল্লকপদা থেংখিদুনা চঙলকপনি। মরক মরক্তা অসুম হায়না থেঙলবদি, ঐখোয়গীদা চংঙক্তুনা লেক্রে। থেঙন-মন্না চৎপসি লম্বী-লমদাং ফত্তবনিনা হংগোইনরম্মী। নুংফৌ লৈকাইগা তোলেনখুনগা তাইনবদা লৈরিবা শম্ফম মতেক অদু য়াম্না শোঙই, নুমিৎ তাথ্রদি তম্নে, ভূত-প্রেত থোকই হায়নৈ, শা-কৈসু থোকই। মামচৌনা মরক মরক্তা ঐখোয়গীদা লাক্তুনা লেক্রবগী মরূ ওইবা মরমদি মদুনি।

হিদাক থকপা পাম্বা মামচৌনি। থুংলবগা মফি-মরোল হোংদোক্তমখে মাঙোন্দা থারিবা ফক অদুদা ফমথরগা হিদাক হান্না কৌই। ইপন্থৌনা মাগী হিদাকপুদো লাল্লগা মনাক্তা ফমথে। ইপন্থৌগা মামচৌগদি হিদাকপু তিম্নে। পাবোগদি তিন্নদে, মচন লৌবা মশেন ওইবদুদা ওইরমাম্লে। পাবোসু মনাক্তা ফক অমদা ফমথে।

ৱারী য়াম্না শাংথদ্রিঙেদা ইপন্থৌনা য়াম্না শম্না হৌদোকই,— ইশেন লাকপা য়াম্না নুংঙাইরে। অদো, কুঞ্জমোহনগী লাইরিক তম্বসি করম হায়না তৌসি হায়বা?

হিদাকপুদো শাংনা চিংলগা মামচৌনা খুল্লকই— ঐ মদুগীসু অয়াম্বা লাকপনি, ইবাই। কদায়দা তমগনি, লক্ষীপুরদা তম্বা তারেদনা, ঐখোয়গীদা লৈরগা তম্বা তারেদনা। মামচৌদো হান্নৈনা খন্দুনা লাকপা মাল্লি।

পাবোদা ওনশিল্লক্রগা হায়রকই— অঙাংনরা কনানো অমনা নোংমা হেক থিনবিরক্রো। মিংদি ঐনা থোকপা নোংম নীনিসিদা চনশিনবিরগে। ৱাদো মখা অমুক তাদনা লোইশিনখি।

মামচৌ মতম অদুদা লক্ষীপুর আর্ল হাইস্কুলদা সেকেণ্ড মাস্টর ওইরি, হেড মাস্টরগী হেক ঙমথং।

১০

লক্ষীপুর আর্ল হাইস্কুলদা ঐ মিং চল্লে ক্লাশ থ্রিদা। লৈবনা তোলেনখুনদা ইমাগী মপাম মামচৌখোয়গীদা। লক্ষীপুরগা তোলেনখুনগা লাপ্পরিবসি মাইল অহুমলোমনি — হায়বদি কিলোমিটার মরিমখায়রোম। লম্বীসু ফত্তে, নোংজু পাম্বাদা লৈখোম থোকই, ঈকংথাদনা উফুল হৌই। খোঙনা চৎলিবনি, খোঙদা খোঙউপ য়াওদে, ঐতগী বা নত্তে, ইমান্নবা অতৈগীসুনি। মতম অদুদা স্কুল কাবদা খোঙউপ তোংবা ছাত্র পংয়াও য়াওরমদে, সুকয়াওবু য়াওরমদে হায়বা য়াই।

তোলেনখুনগা সাপরমৈনাগা তাইনবা লম্বী মতেক অদো ময়াম হায়নরিবনি, য়াম্না শাথীগ্রবা। মচীন তুম্বা মচী লোঙবা নুংপাক-নুংজাউনা খুরক হাঙদনা থাই, মতেক অদু চৎপদা শৌ শাদুনা লৈরিবা নুং মচীন অতুম্বশিং অদুনা খোঙপাক্তা থিনবদুদি লুতোন শাৎলি, অয়ো ইমা হায়দবা নোংমতা য়াওদে। মতেক অদো খরসু শোঙই, লম্বীগী খারোম থংবদা পাঙনগী চাউরবা শোঙলবা মংনি, বাংল-বাংলবা উপাল-বাপাল ময়াম অমা হৌই, উপালশিং অদুগী মশা-মরেংদা ময়াং শেকপী ময়াম অমা য়াল্ল-য়াল্লদুনা মনীং তম্না শাম্নে, মখোয়গী স্বর্গরাজ্যনি,— উতোল-বাতোল অদো মখোয়তনা পুংলাং লাঙই পুমনিল নিল্লি, শক্লিংবা ঈশৈ শকই মখোলশিংদো দীর্ঘদা, শানীংবা জগোই শাই মশা খপ্প-খপ্পদুনা উশা অমদগী উশা অমদা কোয়পাই পাইদুনা। মফম অদো খরা হংগোইনৈ, নুমিৎ তাম্রদি মী অম-নীতকা চৎনদে। অনীশুবা লাঙ্গাওদা বর্মারোমদগী লাঙ্গেল্লকপশিংগী কেম্প অমা মফম অসিবাইদা লৈরম্মী। মদুদা শিখি-নাখিবশিং অদুগী কপ্প-লাউনবা তেংথা-নাওইবা খোঞ্জেল হৌজিকসু চিক্লবা অহিঙ নোংয়াইদা তায় হায়নৈ।

অয়ুক্কী ক্লাশনিনা গুন্তা হৌগৎলগা চরা খরা বাল্লগা স্কুল কায়। তোলেনখুনগী ইমান্নবা খরগা সিঙ্গেরবোন্দগী ইমান্নবা খরগা ঙাইথোক-ঙাইশিন তৌদুনা চৎপনিনা খরা গুন্তা থোক্তবা য়াদে। সিঙ্গেরবোন্দগী কাঙবুদো নাউরেম মপাগী খেব্বাদা বরাক লাল্লগা লাকদৌরিবনি, মখোয়না হাল্লগনা ঐখোয়বু ঙাইগদৌরিবনি, ঐখোয়না হাল্লগনা মখোয়বু ঙাইগদৌরিবা। ময়াম বারী-বাতাই শাম্নদুনা, ফাগি-জুগাই তৌনদুনা চৎপনিনা থোইনা অবাবা খণ্ডদে। ময়াম অদুনা ঐবু থোইদোক্লা লুনা লোয়নবি। অতোপ্পা

অরাপ্পা খুনদগী লাকপনি হায়দুনা তৌরম্বসু য়াই, অদুগী মথক্তা সেকেণ্ড মাস্টর কালাচান্দ বাবুগী মচননুপীগী মচানি হায়না তৌরম্বসু য়াই।

মামচৌ মতম অদুগী কাছাড়দা মৈতৈ অমসুং মৈতৈ-পাঙলগী মনুংদা বিএ মশীং থীবদা তরা শুনা লৈত্রিঙেগী বিএনি। বিএনি হায়রদি ময়ামা য়েংনবা মতাংনি, মীনা ব্যবহার তৌনবা মতম্নি, মশক খণ্ডব্রবসু মমিং-মথাদি অরাপ্পদা ফাওবা খঙনবা মতম্নি। অদুবু মতীক চাবা থবক্তি ফংবা য়ারম্মী, সরকারগী লোইশঙশিংসু পংচাউ চাউরমদে, পংয়াম য়াম্নমদে, স্কুলসু পংলে লৈরমদে। অদুনা অনীশুবা লাঞ্জাও মমাঙদা ইম্ফালগী চুড়াচান্দ হাইস্কুলদা ওজা ওইরম্মী, মদুসু মমাম্নবা চিংঙাখম পিশক্লা কৌথোক্লুনা ওইবনি হায়। মামচৌতা নত্তে মমাচৌগী থৌমু নাউমু রামনগরগী ইরুংবম চন্দ্রসিংসু লাঞ্জাও মমাঙদা মণিপুরদা থবক তৌরম্মী। মহাক মতম অদুগী বিএ ওনার্সনি। মখোয় অনীমক লাঞ্জাও হৌরকপগী অদুবাইদা কাছাড়দা ময়ুম ময়ুমদা হল্লকখি। আর্ল এম ই স্কুলনা হাইস্কুল ওইরকপগা তাঞ্জা চান্নরুদুনা মামচৌনা স্কুল অসিদা সেকেণ্ড মাস্টর ওইখি, অদুগা ইরুংবম চন্দ্রসিংনা ডেপুটি কমিশনারগী ওফিসতা ক্লার্ক ওইনা চঙখি।

ইম্ফালদা লৈরিঙেদা মামচৌ মোইরাংখোমগী হুইদ্রোম নিঙোল থম্বালতোম্বী লৌদুনা য়ুম পাল্লম্মী। হুইদ্রোমগী ইমুংনা মহাকপু য়াম্না লুনা তৌই হায়, মহাক লৈননবা মখোয়গী ইংখোল মনুংদা য়ুম ফাওবা শাবিখি। লাপ্লেল্লকপদা নুপী অমদি মচা অনী, নুপী অমগা নুপা অমগা, পুদুনা লাকখি মামচৌ। মণিপুরগী চৎনবীগা কাছাড় চৎনবীগা খরা খেন্নরবসু ইনেদো অহন-লমন য়ানবা কম্না হোৎনজখি। অদুবু অতৈ লোইনমকপু য়াহনবা গুম্লগসু ইপুবোকপুদি য়াহনবা ঙমখিদে। মচানুপানা মণিপুরগী নুপী লৌবা ইপুবোক্লা সুকয়া য়াখিদে। মচানুপাবু অমুক মণিপুরদা পুদুনা চৎখিনি হায়বগী চিংনবা অমা ইপুবোক্তা লৈবনরা খঙদে। মচা অনী লৈরবনিনা ইনেদো হৈনরবসু হৈনদ্রবসু কাছাড়দা লৈনবা কম্না হোৎনজখি। অদুবু ইপুবোক্লা ঙমদুনা নমদুনা হাদুনা মচাগা মমৌগদো খাইনহনখি। ইনেদো মচা অনী পুদুনা মপাম লমদমদা হনখি।

খরা লৈরগা ইপুবোক্লা বাঁশকান্দিগী অহোংশাংবম নিঙোল অমা হায়ন-শীংনদুনা মামচৌবু লুহোংবিখি। ইনেচৌবী অমুরৈদো ঐখোয়দদি অনৌবা ওইনা থোকখিদে। মরমদি ইনেচৌবীগী মবুং অহম্না ঐখোয়গী ইবোক অহম্না পোকপা ইনেতোন লৌই। অদুনা অঙাং ওইরিঙেদগী ঐখোয় বাঁশকান্দিগী অহোংশাংবমদা তোয়না চৎলকই, দেব-কর্মদা, তর্পোনগী উৎসোব চাবদা, য়াউশঙগী ভিক্ষা নিবদা। অদুনা ইনেচৌবীবু লৈশারিঙেদগী খঙলকই।

ইপুবোকসে মীওং অমনি হায়নৈ। মামচৌতা নত্তে, মামতোনবুসু ইপুবোক্লা নুপী অনী শুহনখি। মামতোন্না পামজবা মহাক্কা নুংশিনজবা নুপী অমা লৌনবা

তৌজে, ইপুবোক্লা মদু য়ারোই হায়দুনা শিখাং খাঙখি। মচানুপানা পাম্ব-পামদবা নুপী অমা হায়ন-শীংনদুনা মচানুপাবু লুহোংবিখি। খরা লৈরগদি মচানুপানা মহাক্কী হান্নগী নুংশিনজবা নুপী অদো চেল্লকখি। ইপুবোক্লা নুপী অদো য়ুমদা খক পুশিলহনখিদে। নুঙাইতবদি নুপী অনীমক তোল্লেনখুনগীনি, লৈকাই অমত্তগীনি।

ইপুবোক্লা শাথীবসে কয়ামুক শাথীবগে হায়বদা থংনবা কোল্লুপতা লৈবা ঙাঙোম কাঙবুগা ফাওবা মহাক্কা য়ানদবা মতাংদদি 'আনি' তৌনরিবনি, দেব-কর্মদা চঙনম্রিবনি, বার্তোন কন্নরিবনি। ঙাঙোম কাঙবুসে অরাপ্পা নত্তে অতোপ্পা নত্তে, মহাক্কা লৌবা ঐখোয়গী ইমা পোকপা ইবোক্তু কোল্লুপ অসিগী ঙাঙোম নিঙোলনি। ইবোক অদো মশক মতৌ ফজবতা নত্তনা মবুক মপাউসু য়াম্না তপ্পি হায়, উল্লকপসু য়াম্না উল্লকই হায়, ঐখোয়দি খঙহৌদে, ঐখোয়না জ্ঞান তারকপদা ইবোক্তু লৈরমদ্রে।

ইপুবোক্তু মহাক্লা নীংখিবদা হাও নাতংপদৌনা হোংদবগী মতীক থবক-ইনখাংদি কম্না শূই। ময়াম্বগী মথক্তা বা অমত্তা হায়বা শুমজদবা ইপুতোনসু ময়াম্বগী মতুং ইন্দুনা থবক কন্না শূই। লৌ-শিং উবতা নত্তে, চু থাই, চু শুমই, চাউখ্রবা ইংখোল সরোক মপান্দগীনা বরাক মপান য়ৌনা ফার্লোংমুক শাংবদো কুম্বী-কালেন নাইদনা ইনশাংনাপী কোইরিবনি। তৌবগীদি মতেং পাংনবা মী অমনীদি অয়াম্বা মতমদা থম্লই। থবক ইনখাং কন্না শূবসিনা ওইবা তাই চাব-শেৎপদা মরাঙ কায়বতা নত্তনা মচানুপাবু লাপথ্রবা সিলেটতা থাদুনা বিএ ফাওবা তমহনবা ঙমখিবদো। সিলেট মুরারীচান্দ কোলেজতগীনি মামচৌনা বিএ পাশ তৌরকখিবদো। মতম অদুদা লক্ষীপুরদা হাইস্কুল লৈত্রি, শিলচরদা কোলেজ মশক উদ্রি। মামচৌনা হাইস্কুল তম্বদুসু শিলচরদনি, গোবর্ণমেন্ট স্কুলদা, য়ুমদা লৈরগা তম্বা নত্তে, শিলচরদা লৈরগনি। অদুনা চহী কয়ানি ইপুবোক্লা থা-থা খুদিংগী মচানুপানা লাইরিক তম্বগীদমক য়ামদ্রবদা লুপা নিপান নিপান্নি থাখিবা। মতম অদুদা থা-থাগী লুপা নিপান নিপান থাবা হায়বসে অরায়বা ওইখিদে, লোইনমক ফৌদা তাইনরিবনি।

ইপুবোক্তা নত্তে, মামচৌসু থবক কন্না শূই, ওজা ওইরি তোলোব চারি-কা হায়দুনা ঙাইহাক্তা পোথাদুনা লৈবগী বা লৈতে, থবক অদুম কম্না শূই। স্কুল চৎত্রিঙেদা লৌবুক ঙাইহাক কুপ্পমগনি, ইংখোলগী শম্বল য়েংলমগনি, অদুদগী রেলি সাইকেল অশংবদো তোংদুনা স্কুল কাখিনি। নোংমতা থেঙনা স্কুল কাদে, নোংমতা চমোৎ চমোৎনা চৎপা উদে, ঙৌরোক ঙৌবা ফৈজোম পুংয়াৎ অদো মতু তেক্তে, তোংলিবা খোঙউপ পম্প-সু অদু লংত্রিক লংই। নুমিদাং অয়াম্বা মতমদা থেংলপ থেংলপ হল্লকই, অদুনা মামচৌগা ঐগা অয়াম্বা মতমদা থেংনদে। মরমদি মামচৌনা হল্লকপা মতমদা ঐ নিদ্রাদেবীগী মতম্বাক্তা নুংঙাইনা মঙ মঙবা হৌরে। নোংঙাল্লমদাইদা মরক মরক্তা মিৎকপ থোক্লকপদা উই লানতেন থাঙৎলগা মামচৌনা খবর পারি। ঙাইহাক খবর পারম্নগা মন্নি মন্নিদা থবক শূবা খোকখি হিদাকপু চিংল-চিংলদুনা, হিদাকতি

য়াম্না পামই, য়াম্না থকই। মামচৌনা য়ুমদা লৈবা মতমদদি ঐ স্কুলদা, ঐনা স্কুলদগী হল্লকপা মতমদনা মামচৌনা স্কুলদা। অদুনা মামচৌগা ঐগসে অয়াম্বা মতমদা উম্নদে হায়বা য়াই। মামচৌ লৈতবনিনা ঐবু লাইব্রিক পাউ হায়বসি হায়বিনবা লৈতে হায়বা য়াই। ইপুবোক্না মরক মরক্তা হায়রবসু নুংথিলদি অয়াম্বা মতমদা ইমান্নবশিংগা শান্নবা থোকই, নংত্রেগা হয়াও-কুম্মৈ য়েংঙি। মতমদুগী হয়াওকুম্মৈসে কুংঙিদো— য়াউশঙ, শজিবু চৈরাওবা, লিকোন শান্নবা, কাং শান্নবা, কাং চিংবা... মথং মথং। কাছাড়দদি য়াউশঙদসু চৈরাওবদসু কৃষ্ণজন্ম থৌরানীজন্মদসু লিকোন শান্নে। লিকোন শান্নবদা য়াওরুদ্রবসু য়েংবদি নুংঙাই। লিকোন শান্নবা মফম খুদিংগী গ্রামোফোন থোংই, অনৌ অনৌবা ঈশৈ তায়, ঈশৈ তাবদো য়াম্না নুংঙাই— মৈতৈরোলসু বাংলাসু। মতম অদুদা গ্রামোফোন থোরকপা কুইগ্রি, মৈতৈরোলগী রেকোর্দসু থোক্রুকপা কুইগ্রি।

মামচৌগা ঐগা উম্নবসে ছুটি নুমিৎ খক্তদনি হায়বা য়াই। নুমিৎ অসিমদি ঐ লাইরিক পাদবা য়াদ্রে। ইংখোলগী থবক ওাইহাক শূরুরগা কাখৎলক্তুনা হিদাকপূ চিংনা চিংনা হায়রক্কনি— পাউ, লাউনা পাউ ঐ তাগে। লোইবগা বাহং হংলক্কদৌরিবনি। খজিক্তং শোয়বদা লাউরক্কদৌরিবনি। অদুবু অদুম হায়না ওাইহাক বাংলা খণ্ডদে ইংরাজি খণ্ডদে মৈতৈরোলদা হন্দোক্তুনা মচা খায়না তাকপিবদুনা ঐঙোন্দা য়াম্না কান্নখি। ভাব তাদনা চীনফা পুরম্বা নংত্রেগা পুনবা তৌরম্বশিংদো ইরাই-লাইথোরকখি।

মামচৌখোয়গী চাউখ্রবা ইংখোল অদো মতম মতমগী মনা-মশীং ইনশাং নাপীনা হাঙদে— কোবি, হঙ্গাম, আলু, শগোল হবাই, মাইরোংবী, পান, পালুকাবী, সেবোৎ, মাইরেন, মোরোক... হাইফেৎ শুনা থাই। বরাক খোঙবান্নিনা লৈহাও য়াম্না ফৈ, থারু থারুবা খুদিং ফত্তবা অমত্তা য়াওদে। মোরোক লোকপা পাম্বাদা পাকখ্রবা শুমাঙদো পুংথুং থুংই, ঙংশং ঙাঙবা মোরোক ময়াম ফৌবদো অরাপ্পদগী য়েংবদা অঙাংবা ফিরাংজি ফিদা শন্দোক্তুনা লৈবা মাল্লি। মাইরেনগী বাদি হায়দুনা কান্নদে, মাইরেন থম্ফম লৈতে, কোং অমা তোঙান্না লৈবদো পিক থল্লি।

ইংখোলদগী মরাঙ কাইনা থোকপনিনা মামচৌখোয়গী ইমুংদো শগোল হবাই থোংবগা মাইরেন থোংবগা য়াম্না তোয়না চায়। ঐদি অনীমকসি হৈনদে। য়ুমদদি অনীমকসি সুকচা চাদে। ঐনা হৈনবা অমদি মামচৌখোয়গীদা য়াম্না তোয়না চাখি-- লাইথরোই থোংবা। মদু ইনেশিংনসু পাম্বগা চানরুদুনা খরা হেঙ্গিনখি, খরা তোয়না চাখি। কবুই নুপীশিংনা লাইথরোই য়োনবা লাকপা খুদিং ঐনা পামই হায়দুনা ইনেখোয়না লৈগদৌরিবনি, মখোয় লাকখ্রগনা ইনেচৌবীগা ঐগা খেবা লান্দুনা সিঙ্গেরবোন্দ কৈথেলদগী লৈরুদৌরিবনি। থরোই চামনখিদুনা ঐ মতাং অমদা পুক কন্না য়েকখি, খোঙ পংহামতা হামদুনা অবাবা নংবসু য়াওখি।

ইনে অনীনা ঐবু অদুম লুনা তৌই। অদুবু ইমাগী মনাওনুপী ইতোন-তোনবী ইন্দোচা রাসোগা ইপুতোনগী মচানুপী অতোনবী ইন্দোচা তোম্বীগা মখোয় অনীনা

লুনা তৌবদুগদি মান্নদে, খরা থেন্নবদো অদুম ফাওই। ইন্দোচা অনীনা লুনা তৌমনগ্রদুনা ঐসে কেথোকপা য়াওরকই, করিগুম্বা মতাংদা নাতে চাদনা ওইনবা য়াওরকই। ইন্দোচা রাসোনা ঐসে তোঙাল্লা তুমহনদে, মাগী ফমুংদা ঐবু তুমহল্লি, নিংথমথাদা ফৈজুপ হাইদোক্লগ্নগা ফৈজুপ চিংখৎপি, কালেনদনা হমাং শৌরন্নগা হমাই হমবি।

অদুবু করিগীনো খঙদে কালেন ছুটিদা য়ুমদা লাক্কুনা লৈবদগীদি ছুটি লোইরমদাইদা ইবোক্কা পাবোগদা হায়রে, ঐ মামচৌখোয়দা লৈরক্লোই। ইবোক্লা হংই, করিগীনো? পাবোনসু হংই, কৈদৌরে? ঐ খুমদে, খুমফম খঙদে। ইবোক্কা পাবোগদো মখা তাখিদে। পাবোদি হান্নদগীসু ঐবু মামচৌখোয়গীদা লৈবসে থোইনা য়ানীংখিদবনি। ইবোক্কীসু ইপূবোক্কী মফমদা য়ারৌবা অমা লৈরম্মী।

ইমা লৈখিদ্রবা মতুংদা ইবোক্লা ইপূবোক্তা ইন্দোচা রাসোবু পীবিরো হায়জরুই, মরক মরক্তা মশূ মরি ফাওবা পুদুনা নোংম-নীনি লৈরুই। মশূশিং উরগা মীনুংশি থরা পোক্কদ্রা খন্দুনা হায়জরুই— নশূ মরিসে অতোপ্পা লমলানবা অমনা য়োকপবুদি মন্দোমচানা মমা শক্কুনা য়োকপনা ফগদ্রা খন্দুনা হায়জবনি, ইউপ্পানা অমুক্তদি য়াখল তৌবিয়ু। অদুবু ইপূবোকতি লেঙদবা উপালদৌনা মচী লেঙখিদে। অতে পুন্নমক্লা য়ারবসু ইপূবোক্লা সুকয়া য়াখিদে।

মামচৌখোয়দা লৈররোইদবনিনা তাচৌগী সাইকেল মনীংদা নপ্তুনা ফিরোল লাইরিক-লাইশু লৌরুনবা চৎলে। হান্নবুদি খঙহনগ্রবনি। নুংথিলনিনা মামচৌ লৈরমদে, স্কুলদা চৎখিবা ওইরমালে। ঐনা ইমুংদা চঙদুনা উপুদগী ফিরোল লাইরিক-লাইশু লৌথোক্লিঙেদা ইন্দোচা রাসো চঙলকই, হায়রকই— করিগীনোনে ইবুঙো নঙনা ঐখোয়গীদা লৈনীংদ্রিবসিবু? ঐ খুমদে। ইন্দোচানা মখা তারকই— ঐখোয়না নঙবু লুনা তৌদবরনে? ঐ খুমদে, খুমফম খঙদে।

মাঙোন্দা ফমেনদা ফমদুনা হিদাকপু চিংলিবা ইপূবোক্তা খুরুম্মি। ইপূবোক্লা তপ্পা তপ্পা হায়রকই— ফরে ফরে, নঙনা লৈনীংদ্রবনিনা কমদৌনি ! মখা তারকখিদে, মিৎলুদা লাইজ ঈহৌরকখিবনরা খঙদে। ইপূবোক্লা মরক মরক্তা মচানুপী নীংশিংলক্লগা মপি তৈথোকপা ঐ উখি। মরক মরক্তা থোঙ্গালদা থোক্লগা সরোক মপান্দা ফন্নগা অবাং ওন্দুনা লৈচিন-নোংফাই থাংদবা নুমিৎতা ঐখোয়গী মমাঙ চীংগী চীংদোন্দা থাব্রাংননা হৌবা বাংলবা শেম্পাক পাম্বী অনীদো উরগা ইপূবোক্লা মতোমতা শোল্লি- - আদা হৌরিবা শেম্পাক পাম্বী অনীসিগী মপাদনি ঐগী ইচানুপীনা লৈরম্বলো, শেম্পাক পাম্বী নখোয়দি লৈরি, ঐগী ইচানুপীদি লৈখিদ্রেদো। ইপূবোক্কী মিৎলু অনীদা মপি তরং তরং শিঙ্করকপদো ঐ ফনা তোয়না থেংনখি। ঙসি অমুক ঐনা ইপূবোক্কী পিরাং অদো শিঙ্কহনবা থোকলুরমাক্লে। ঐ নুংঙাইখিদে।

ইন্দোচা অনীনা থোঙ্গাল ফাওবা থিন্দোরকই, সাইকেলদা কাখৎলমদাইদা হায়রকই— চৎলো চৎলো, মরক মরক্তা লাকউকো। খঙই, মপি নৌবী ইন্দোচা অনীদো ঐবু য়েংনা য়েংনা মপি তৈথোকহৌরি হায়বা।

মামচৌখোয়গীদা লৈরয়োইদবনিনা করিনো তৌগদৌরিবা, করম হায়ননো স্কুল কাগদৌরিবসে ! অহন-সমনশিং খন্নে, ইবোক্কা পাবোগা থোইদোক্না বাজে। নোংমদি তাচৌনা পাউ অমা পুরকই, লক্ষীপুর বাজারদা সাইকেল মেকার ওইরিবা অমনা সাইকেল অনেম্বা 'বাইশ' অমা য়োল্লি হায়রকই। নুংঙাইবা পাউনি। পাবোনে তাচৌনে ঐনে মদু য়েংবা চৎলি। সাইকেলদো অহনবনি, ঐবু বাজার মনুংদা থৌদুনা য়েংহল্লি। অদুবু অহনশিংগী মফমদা সাইকেলদো নেমজরগসু ঐঙোন্দদি অদুম বাংনা থোক্লে। ঐনা খোঙনেৎ লাম্ব ফংবোই-ফংদবোই থৌবদো উবদা পাবো খনফম থোক্তে, হায়ফম খঙদে। অসুম হায়না থৌরগা করম হায়ননো অসুক লাপশ্রবা লম নুমিৎ খুদিংগী চথোক-চৎশিন তৌগদৌরিবা? অঙাং মশা শোক্কনি, ধাতু নুংশিং থুংগনি। ঙাইহাক খন্নরবা মতুংদা সাইকেল মেকার খুড়া য়াইমনা হায়রকই,— তোকপিরো সাইকেল লৈবগী বাফমসে। তাদখোয়না য়াবিরবদি ঐ বা অমা হায়জগে। অঙাংসি ঐখোয়গীদা লৈবদি কমদৌই?

বারী পংশাং শাংনা শানদ্রে, বাফমদুদা পাবোসু হরাও হরাও য়ারে। য়ুমদা হল্লক্লগা ইবোকখোয়দা বারীদো হৌদোক্লুবদা ময়ামসু য়ারে।

পোৎশংবম খুড়া য়াইমখোয়গী য়ুমদো স্কুলগী হেক মনীংদনি। মী য়াম্না চাদে। মচেগা মবাইগা মহাক্কা মখোয় অহমতনি। চহী য়ামজরবসু খুড়া য়াইমা নুপী থিদ্রি। মবাইদো মহাক্কী সাইকেল কারখানাগী মমাঙ ওইরপ্না মচী অমদা য়াংনা কোল্লিক ফোৎপগী থবক তৌই, কেরোসিন টিন্না থাউমৈ মুখু (পোদোন) শাই, লালতেন য়াদবা শেমই। মহাক লোন ফনা য়াম্না হৈবদৌনা তৌই। ফুলরতোলগী মারশিংগা মহাক্কা হাঙনবদো তাবা য়াম্না নুংঙাই; মৈতৈরোলগা মান্নবসু ফনা য়াম্না য়াওই,—

— আনা থুম পেরো।

— সিকি পঙা পেরো।

মৈতৈরোলগা কয়াতা মান্নশ্রবা ! মখোয়না ঙাঙনবদো তাগদগী ঐ থৌওইনা ইপনদুগী মনাক্তা তোয়না ফমই।

খুড়া য়াইমখোয়গী ইংখোলদুদা অতোপ্পা য়ুম অমদা মচননুপীগা মশেম্নুপাগা লৈ। মখোয়গীদি অঙাং অম-নীসু লৈ। মশেম্নুপাদো বাজারদা দোর্জি শুই। ইংখোন্নুংদুদা লৈবা নুপা অহম্মক ফোঙ ফোঙ শাবা পৈশা থোকপনিনা ঙাদি তোয়না চায়। অদুবু মখোয়গী ইনশাং অদু চাক্লনি খনবদা ঐ চাক-কা চানীংদে, পৃথম মপান্দা ফম্বগা

পূকসে মথক মখা ওল্লকই। খুড়ায়াইমগী মবাইসু মশেনসু মণিপুরগী মৈতৈ নুপানি। অদুনা হীংগা তিলহৌগা ইনশাং খুদিংগী থাকই, ঙা থোংবদনা খরা হেল্লি। মদুদনি ঐনা পূক মথক-মখা ওল্লিবসে। ঐখোয়গী য়ুমদদি হীংসু তিলহৌসু মাংই হায়দুনা চাখুম চঙবা য়াদে, চঙহন্দে। তোলেনখুন্দা মামচৌখোয়দসু অদু মঙাই। অদুবু ইনশাং হৈনদে হায়দুনা কদায়দা চেল্লুগনি। য়ুমহোং তোয়রগা লাইরা তাল্লি, কৈ কিদুনা চেল্লগা শওম ওক্লে হায়বদো থোক্লোই হায়বা লৈতে।

নৌনা লাকপনিনা খঙন-চান্নবা ইমান্নবা পংলে লৈতে। মরূপ-মপাং পংলে লৈতবনিনা স্কুলদগী হল্লক্লগা নুংথিলসে মতম লেনবা য়ায়। অদুনা অয়াম্বা মতমদা বাজাররোমদা চৎলি, অমগী দুকান্দা ঙাইহাক ফম অমগী মতৌ খরা য়েং... অসি নত্তনা উপায় লৈতে। বাজার মনুংদদি য়েংববু হৈরবদি কুম্মৈগী কুম্মৈ ঙাক্তনি। বাজারদা লৈবা অঙাওবা অঙাওবী লক্লবদুসু কুম্মৈ অমনি। অঙাংশিংনা, করিগুম্বা মতমদা চোঙম চাদবা অহনশিংফাও য়াওনা, লক্লবদা মখোয়না অকামপেৎ থাংনা চৈরম্বদগী উপায় লৈরক্তদুনা চৈতুপ-লাংতুপ পায়দুনা তান্নরকপদা ময়াম বা-বা লাউনা চেনবদুদা নুংঙাইজবা কাঙবুসু লৈরিবনি। কদায়দগী লাক্লিবনো খঙদে অঙাওব-অঙাওবীশিংদো। কোমলাগী পাম্বাদা কোমলাদা হয়িং তোংবা হানবা তান্নদুনা পৈশা থানবা কাঙবুগী মতৌ য়েংদুনা মতম লেনবসু মনুংঙাই অমনি। কোমলা মপৈ মপৈনি পৈরিবা লম্বী মপান্দা, য়োন্নবা পুখৎলক্লিবা, মমলসু হোংঙই। অদুবু লৈবিনবা মীদি খ্বাৎলি, অদুনা পথ-পুমথরক্তুনা বরাক্তা হৈদোকপা য়াওই। কিহোম পাম্বা, চিনার পাম্বাদসু অদুমঙাই, মপৈ মপৈনি পৈররিবা।

ময়ামগা মান্নদবা লক্ষীপুর বাজারগী থোইদোকপা শক্তম অমা লৈজে—কৈথেলদা হূই য়োনবা। পাঠশালাগী ভূগোলদা থেংনখি, কাউদনবা হন্না হন্না পাখি-- 'বরাক তুরেলগী মপান্দা লৈবা লল্লোন-ইতিক্কী মফম অমনি লক্ষীপুর। মফম অসিদা থানা অমসুং ডাকঘর লৈ। থোইদোক্না পনবা য়াবদি, মফম অসিগী কৈথেলদা হূই য়োল্লি।' নহানমখৈনা লাইরিক্তা পাবনি, হন্দক্তি মিৎনা খোঙনা উরে লক্ষীপুরগী থোইদোকপা শক্তাকসে।

শগোলশেন নুম্মিৎ খুদিংগী চয়োলগী ওইনা য়াম্না চাউনা কৈথেল কায়, লাপ্ল-লাপ্লবা মফমদগী লৈব-য়োনবা কয়ানি লাক্লিবা লক্ষীপুর কৈথেলদা। লাপ্লবা চীংলোন কয়া লান্দুনা ওইনামলোংদগী ফাওবা চীংমী কয়ানি লাক্লিবা মখোয়গী লশিং, মোরোক, থোইদিং, শিং, য়াইঙং... পুদুনা, শম শিক শিক থন্না। মখোয়না পুন্না পুন্না থাদোক্লরিবা পোৎচৈশিংদো লৈরিবনা বাংগালী মহাজনশিংনি, মখোয়সি মৈতৈশিংনো হাউদু হায়রগা খঙনৈ। পোৎচৈশিংদো ঙনবদা মহাজনশিংনা সেরফালাদা চালাক তৌরিবদো উবদা ঐখোয় নুংঙাইতে, অদুবু অদুম য়েংবা নত্তনা উপায় লৈতে,

ইচম-চমজবা চীংদগী লাকপা পোৎচৈ য়োল্লরিবশিং অদুদি খঙজপোৎ নত্তে। চীংদগী তারকপশিং অসিনি থুম, ফিরোলনচিংবগী মথক্তা হূই ময়াম অমা লৈররিবসি। হূই য়োল্লিবনা তম্পাক্তা লৈবা কবুইশিংনি। খুঙ্গং কয়াদগী খোম্নুরগা মখোয়না হূইগং থাংদুনা চিংল-চিংলদুনা পুখৎলকই — অঙাও অফৈ কয়াসু য়াওদবা নত্তে। কালীমাই মমাঙগী লম্পাক মচাদুদনি হূই য়োনফমদো। শগোলশেন নুমিৎকী অহিঙ নোংয়াই মতুং ফাওবা পুংনিল নিল্লি মফম অদো মরাইবক থীরবা শকখঙনদবা হূইয়ামদুনা মখোয় মশেন চিকথায়নগদগী ঙমজবী থাদুনা খোংনেবদুদা।

কালীমাইগী অদুবাইদা লৈবা দুকান অমদা ঐ তোয়না চঙই। দুকান অদু অজ্ঞা মণিহারগী লাইরিক্কী দুকান্নি। তম্নবা লাইরিক্তি য়াওদে, কমিউনিস্ট পার্টিগী লাইরিক ঙাক্তনি। শিংপা খঙদে শিত্তবা খঙদে, অজ্ঞা মণিহার ঙন্তা চাক চাথোক্লগা মহাক্কী দুকান হাংই অদুগা নুমিদাং ফনা থেংলফাও লৈ। দুকান অসিদনি কমিউনিস্ট পার্টিগী ইচম-চম্বা কর্মীদগী হৌদুনা লুচিংবশিং ফাওবা নুমিৎ খুদিংগী ফম্নরিবসি। দুকান অসিদনি কমিউনিস্ট লুচিংবা পোৎশংবম খুড়া গৌরহরিগা খঙনখিবসি। মহাক্না ঐবু নুংশিনা তৌই, হায়— নুমিৎ খুদিংগী লাকউ, নঙনা পানীংবা লাইরিক পারো লাউ। লাইরিকশিংদো বাংলা ঙাক্তনি, ক্লাশ থ্রি তম্লিবা ঐনা খঙবগী ব্রা লৈতে। অদুবু পায়দুনা য়েংই, লামায় অমনি ফাক্তুনা য়েংলগা অমুক থমজিনখি। লাইরিকশিং অদুদগী হেন্না ঐবু দুকানদুদা চিংশিনখিবদি মফমদুদা ময়াম্না ঙাঙন-শরুবা ব্রাফম কয়াদুননি।

থাংজ খুদিংগী তাচৌগী সাইকেল মনীং নপ্তুনা য়ুমদা লাকই। শোয়ব-লাকপা য়াপোৎ নত্তে, তাচৌদা ইবোক্কী অকনবা য়াথংনি। নিংথৌকাবা অমুক সাইকেল মনীংদা নপ্তুনা লক্ষীপুর হনবা। ঐখোয়গী ক্লাশ অদো অয়ুক তৌবনিনা নিংথৌকাবসিদি ঐ ক্লাশ য়াওদ্রে। অসুম হায়না তৌবসিদা লাইরিক্কা ঐগা পংশম শন্নরমদে। অয়ুক হৌগৎপগা চরা খরা ব্রাল্লগা স্কুল কাবা, হল্লক্লগা চাক্লেন চারগা বাজারদা, নুমিদাং লাইরিক পুথোকপগা তুম্নিংবনা হাল্লকই।

অসুম হায়না ক্লাশকী লাইরিক্কা থোইনা শন্নবা তৌদনা মতমদো হৌখি, চহীগী পরীক্ষা য়ৌশিল্লকখি। পরীক্ষা থাবদো ঐ মথোং-মরম খঙখিদে। পরীক্ষা লোইরমদাইদা তাচৌনা পাউদো পুরকই, বাঁশকান্দিদা এম ই স্কুল অমা কুমশিদগী লিংখৎলগনি, ঐ য়ুমদা লৈরগা তম্বা য়াররনি। পাউদো তাবদা ঐ হায়ফম খঙদনা নুংঙাইখি।

১১

নৌনা লিংখৎপা বাঁশকান্দি এম ই স্কুলদা ঐ মিং চল্লে ক্লাশ ফোরদা। ১৯৪৭ হৌরকপগী অদুবাইদনি। য়াম্না বানা লিংখৎপা স্কুলনি অকোয়বদা লৈরিবা খুনশিংনা শেন খরা খরা খায়গৎনদুনা। মশাগী লম লৈজপোৎ নৎত্রি। মধ্যবঙ্গ স্কুলগী কম্পাউণ্ডদা শাবনি স্কুল শঙদো কম্পাউণ্ডগী নোংপোকলোমদা অনুবা মপান তপ নপ্না। মথক জিংঘনবুদি কুপ্নি শঙদো, অদুবু বারান্দা য়াওদে, ফক্লাংনা মাউবী-বাগী ফোপ্না খায়, মনুংদা পার্টিশন অমত্তা য়াওদে, লৈমায় উফুম্না ব্রংব্রং হৌই। মশাগী লৌরী-ইংখোল ফাওবা লৈজব্রিবা লাইরবা ইমুং অমনা নোংমা নৎত্রগা নোংমদি ফুরা-দলান শারকখিগনি হায়না মঙ মঙবগুম্বনি স্কুল শঙগী মতৌদো। ওজাসু অহুম শুনা হাপ্না ঙমখ্রি, ক্লাশতি অহুম্নি—থ্রি ফোর ফাইভ। অদুনা মধ্যবঙ্গগী ওজাশিংসু ঐখোয়বু তাকপিরে, ক্লাশ শীন্দোক-শীঞ্জিন তৌদুনা। নৌনা লিংখৎপা লাইরবা স্কুল ওইরবসু ঐঙোন্দদি নুংঙাইজবা অমা ফাওখি ইয়ুমদা ইটিম্নাউশিংগা লৈমিন্নবদৌনা। চহী অমা লক্ষীপুর আর্ল হাইস্কুলদা তম্বদো ইহে হৈনখিদে, খঙন-চান্নবা পংলে লৈতবা অদুনা ওইরমাল্লে, মীগী ময়ুমদা লৈবদৌনা তৌখি।

অনকপদা মাইনার স্কুল অমা লিংখৎলবনিনা নহানমখৈ লক্ষীপুরদা নৎত্রগা শিলচর চত্তুনা লাইরিক তম্বা ঙমদনা লৈরম্বশিংদো মিং চল্লরে। অদুনা হাইফেৎ চাউরবা, পাখংমচা হাইফেৎ ফারবা কয়া ঐখোয়গা তম্মিন্নরে। মখোয় অয়াম্বদি ফৈজোম শেৎলি, ঐখোয় চহী নৌরিবা অঙাংশিংনা হাফ-পেন্ট। খরা চাউরবা অঙাংশিংদি মতম অদুদা ফৈজোম শেৎলি, মৈতৈসু পাঙলসু। ফৈজোম শেৎপদো য়াম্না হৈনা য়াম্না ফজনা শেৎলি। জালালনা ফৈজোম শেৎপদুদি কয়ামুক পকচৈ, মশকসু মৈতৈমচা মাল্লি, খঙদবা মীনা মাবু মৈতৈমচা ওইরবোই খল্লি। ওজাশিংসু লোইনা ফৈজোম শেৎলি, মৈতৈ পাঙল ময়াং খায়দনা। মতমদুদা ফৈজোম শেৎপসি য়াম্না লেন্না য়াম্না পান্নলা শেৎনরম্মী। স্কুলদতা নত্তনা লুহোং-খোঙদোংবদা লৈবাক মীয়াম তিনবদা মৈতৈতা নত্তনা পাঙলসু ময়াংসু লোইনা ফৈজোম শেৎনরম্মী। লোংপেন্ট অমসুং পায়জামাগী যুগ লাকত্রি।

স্কুলশঙদো ফৎচন্দ্রবসু নৌরিবনিনা, মৌ অনৌবীনা মরম য়াম্না ওকপগুম, ওজাশিংদো য়াম্না থবায় য়াওনা তাকপি। ছাত্রসু পংয়াম য়ামদে। করিগুম্বা মতমদা ওজা লাক্তবদগী নৎত্রগা করিগুম্বা মরম অমদগী ক্লাশ হাঙদুনা লৈরবদি অনকপদা লৈবা লাইরিক-লাইশু খরা খরা হৈবশিংনো লাক্তুনা ক্লাশ লৌরে। মখোয়শিং অদুগী মনুংদা খরা তোয়না লাকখিবসি মানুওর আলি পাটুবারিনি। মহাক্তি অয়াম্বা মতমদা লুঙ্গি শেৎলি, মকোইসু থাকই। স্কুল মনাক্তা ময়ুম লৈবনিনা ক্লাশ লৌরসু লৌগ্রসু থবকপু শংলবদি মধ্যবঙ্গী হেড পণ্ডিতকী কাদা মহাক হেক্তা ফমদুনা লৈরে। ক্লাশ লৌবিনবা ওজা লৈত্রগা মহাক্না হেক্তা চঙশিল্লকই।

চঙলক্লগা ছাত্রশিংদা অম-মমতা তৌদুনা হংঙদৌরিবনি—নঙ করি খুনদগীনো? কনাগী মচানো?

পাউখুম তাবগা মহাক্না অমুক হায়রক্কদৌরিবনি—ইমাইপেমা। তুমি তো আমার নাতিরে, নঙদি ঐগী ইশূনিদনা, নঙগী ইপুবোক আমার বোড়ো ভাইনিনে। অমদমুক হংগনি— তুমার পাবো .............. ভালো ওইরেবরা? মৈতৈরোলগা বাংলাগা য়াম্ননা মহাক্না ঙাঙবদো তাবদা য়াম্না নুংঙাই। ঙাইহাক্তদা ঐখোয়সে মচা-মশূতা মচা-মশূ ওইনা মনাক্তা চিংশিন্দুনা লম্লানবা ওইহন্দে।

ক্লাশকী পারাবুদি মহাক্না থোইনা তাকপিদে, মহাক্না তাকপিবদি—চিঠি করম হায়না ইগনি, কলিকাতাগুম্বা অরাপ্পা মফমদগী পোৎচৈ লাইরিক-লাইশুনচিংবা করম হায়না চেনগনি, ডাকঘরগী মানি-ওর্ডার 'ফোরোম' করম হায়না মেনশিনগনি অসিনচিংবনি। মরক মরক্তা নুংঙাই-নুংঙাইবা বারীসু লী, লাইরিক্তা য়াওবা অমদি মহাক মশানা থেংনরকখিবা বারী। মরক মরক্তা ফাগি থেৎচিল্লি, তাবদা নুংঙাইহল্লি, ঐখোয়বু নোকহল্লি। মহাক্না লীখিবা বারী অমদি হৌজিক ফাওবা কাউদ্রি।

মচানুপাগী মনাক্তা থামুক কোয়রুবগী বারীনি। মচানুপাদো ঢাকাদরা কদায়দনো অচৌবা ইঞ্জিনিয়ার অমা ওইরি হায়, বিলাত্তসু মতম খরা ট্রেনিং চৎলুবা বিলাত ফেরৎনি। খোঙচৎ অদুদা ট্রেন তোংবগী অবা-নুংঙাই, মী মখল মখল থেংনরকপগী বারী, জাহাজ তোংদুনা তুরেল লানবগী বারী—বারী জাৎ জাৎনি। জাহাজ তোংবগী মতেক অদো হৌজিকসু নীংশিংলি।

গোবালন্দদা তুরেল অচৌবা অমা লাল্লি জাহাজ তোংদুনা। পাকথ্রবা তুরেলনি লাল্লিবদো, মমিংনা পদ্মা, য়াম্না পাকথ্রবা। নখোয় পদ্মা তুরেলগী মমিং তারব্রা? পদ্মাগী ইলিশাদি খঙঙিদনা। অদো, ইলিশা অহাওবা য়াম্না ফাবা তুরেল পদ্মা হায়বদো অদুনি। মতম কুইনা চঙথ্রে তুরেলদো লানবদা, হেক-হাক লোইদে। নুমিদাং-বাইরম নমাজগী মতম ওইরক্তুনা নমাজ শোনবা ফম্মি ফি অমা থারগা নুমিৎলোমদা ওনশিন্দুনা। নখোয় খঙঙিদনা ঐখোয় মুসলমানশিংদি নোংচুপ ওন্দুনা নমাজ শোল্লি

হায়বা অদো, ঐসু নোংচুপ ওন্দুনা ফমথরগা শোল্লিবনি। অদুবু ঙাইহাক মিং উইশিল্লগা মিং পাঙথোরকপদদি নুমিৎতো মাঙদা লৈরমদ্রে, কোয়য়েং য়েংবদা নুমিৎতো তুংলোমদা লৈরম্লে। ফুক হৌগৎলগা থারিবা ফিদো শৎ লৌথোক্লগা নুমিৎলোমদা অমুক ওনশিল্লে। হন্দকমুকসু মিং পাঙথোরকপদা নুমিৎতো লৈরমদ্রে। কোয়য়েং য়েংবদা নাকল্লোমদা লৈরম্লে। ঐসু অমুক লৈথোক্তবা য়াদবনিনা লৈথোক্লে। অসুম হায়না নুমিৎকা ঐগা জাহাজ অদুদা ঙাইহাক্তং লৈথোক-লৈশিন তৌমিন্নবদুদি....। ঐখোয়ময়াম পুক্নি পায়দুনা নোকই।

অসুম হায়না ওজা ওইদ্রগসু মরক মরক্তা ক্লাশতা চঙলক্নুনা লাইরিক তাকপিখিবা, ঋারী লীবিখিবা মীওই কয়ানি। মখোয় পুন্নমকপু লোইনা নীংশিংবদি থোকত্রে। চহী হুমফুরোমগী থারবা অকাওবগী লৈচিন্না কুপশিনগ্রে। নীংশিংবা থোকত্রবসু মখোয় পুন্নমক্কী মফমদা ঐগীসু চহী ঋায়শিল্লক্লবা মতাং অসিদা ইকোক অসি নোঞ্জরি।

য়ুমদসুনি, মরক মরক্তা খুড়াতোন্না হংবদো হৌজিকসু নীংশিংলি—পোরা কদায় য়ৌরে? মীনা হেলহনবা য়াদেকো।

স্কুল কাবা হৌরকপগী অদুঋাইদা অয়ুক শঙ্গোম শুন্না শুন্না খুড়াতোন্না হংখিবদো হৌজিকসু কাউদ্রি—ইংলিশকী অহানবা পোরাদো ফারব্রা? য়েংগে হায়য়ু।

খুড়াতোন্না শুন্নিবা শঙ্গোমদো পাত্র অমদা য়ানা য়ানা ঐনা খুমখি—গেট আপ বিজু, গেট আপ বিমু, গেট আপ গেট আপ গেট আপ।

খুড়াতোন্না হংলকখি—গেট আপ গেট আপ হায়রিসে করি হায়রিনো?

অসুন্না স্কুলদসু য়ুমদসু ময়ান্না খরা খরা তাকপি-তিকপিবদুনা ওইরমান্নে লাইরিক্কী পারাশিংনা ঐঙোন্দা থোইনা অরাবা পোৎলুম ওইনা থোকহনখিদে। অদুবু য়ুমদা লৈদুনা লাইরিক তম্বদা অঋাৎপা অমনা মরক মরক্তা ঐবু নুংঙাইতবদি থোকহনখি।

লক্ষীপুরদা তন্নিঙৈদা ইবোক্না হাপ্তা খুদিংগী পৈশা মথায় অমা সিকি অমা অদুম পী, মীগী ময়ুমদা লৈবনিনা চানীংবা পোৎ লৈদুনা চাজনবা হায়দুনা। তোলেনখুন্দা লৈরিঙৈদা ইন্দোচা রাসোনসু মরক মরক্তা পী। অদুগীসু মথক্তা ইবোক্কী শেঙ্গাও অঙাঙনদুদগী ঐনা তুমিন তুমিন্না খরা খরা লৌথোকই। ঐনা শেঙ্গাওদগী পৈশা লৌথোকপদো ইবোকত্তি খঙদে। নোংফাদোক্কাদি খঙলম্বা য়াই, অদুবু ঐঙোন্দা নোংমেতা ঙাঙদে। তাচৌদদি য়ান্না ঙাঙই, তাচৌনা লৌথোকপদুদি হেক্তা খঙমান্নে। খঙবগী মরমদি তাচৌনা লৌথোকপদো পৈশা য়ান্না য়ান্না লৌথোকই, ইবোক্কী হিসাবতা পৈশা চাউনা চেন্নে। মসি তাচৌ নত্তনদি ক্নামতনা তৌরম্লোই হায়বসি ইবোক্না খঙই। খরা হৈন-শিংনা খজিক খজিক্তং হুবা ঐনা ইবোক্কী মফমদা সাধু, খরা

খুৎ চাউবা তাচৌনা তাকু।

বাঁশকান্দিদা তমঙেদগীদি ইবোক্লা হপ্তা খুদিংগী চাকথা পীরম্বদো তোকশ্রে, নোংফাদোক ঐনা হায়ক্লরগা পীবা নত্তনা। য়ুমদা লৈরে হায়দুনা তৌবা ওইরিদ্রদি খণ্ডদে। ঐগী ইরন্নাই খরবুদি লৈতবা নত্তে, ইরন্নাই খরা খরা থোক্লবা অদুম তৌই। বাগানগী কৈথেলদা মরক মরক্তা খুনুমচা য়োল্লুবগী পৈশা খরদি মফংই, মরী-মতাশিংনা লাকপদা য়াম্নসু য়ামদ্রসু পৈশা খরা অদুম পীরম্বা য়াওই। অদুবু মদুশিং অদুদি ফংবগা উতোংদা হেক্তা থাদখি। উতোংদা পৈশা থাদনবীসে ঐখোয় অঙাং পুন্নমক তৌরম্মী। ইচে অনীগীসু মশা মশাগী উতোং লৈজে। উতোং হায়রিসে ইমুংদা য়ুংবা বাগী য়ুম্বীদা মখুন মচা অমা হুৎতোক্লগা পৈশা থাদবা য়ানবা শেম্বনি। হয়েং দুর্গাপূজাগী মতমদা উতোংশিংদো থুগাইনগদৌরিবনি। পৈশা য়াম্না য়াম্না লৈনরম্বসু য়াওই। ইচে অনীগীনা খ্বাইদগী য়াম্নই। মখোয়গীদি লৈপাকপোকপা খুদিংগী বাগান কৈথেলদা চেংক্রুপ-মোনশাউবী— আলু মনা য়োনবগী পৈশা, লৌবুক্তগী ফৌ-চরোং খুল্লগা য়োনবগী পৈশাসু— অমত্তা খরচ তৌথোক্তনা উতোংদা লোইনা থাদে।

অসুন্না ইবোক্লা চাং নাইনা পীরম্বা পৈশা, অদুগী মথক্তা ঐনা মরক মরক্তা হৈন-শিংনা ইবোক্কী শেঙ্গাও চপ্লগী পৈশা লেপখিবদগী ঐগী ফুরিৎখাউ অয়াম্বা মতমদা ইরুম-লূমদ্রে, করিগুম্বা মতমদি পূমহাঙ হাঙবসু য়াওরে। অসোমদদি স্কুলগী হাফ থাবা মতমদা ইমান্নবশিংগা অচাপোৎ চামিন্ননীংই। নুমিৎ খুদিংগী মখোয়তনা পৈশা পুথোকপদো নুংঙাইতে, ঐসু পুথোকপা তাবনি। কালেনগী শারবা নুংশাদা সোদাপানি নুমিৎ খুদিংগী থক্লীংই। সোদাপানিনা হাউবসিদি, য়াক্তক য়াক্তক থুমতক থুমতক। শংবানবা লিক্লি মনুংদগী নুংশিংকা লোয়ননা কামথোরকপা কোঙ্গোন অদো য়েংবা য়াম্না নুংঙাই, মদুনা খৌরাংবা অমুক হেন্না পোকহল্লি।

নোংমদি কালেনগী শারবা নুংশাদা ঈশিং য়াম্না খৌরাংলে, ঐতা নত্তে ইমান্নবা অনীসু। সোদাপানি য়াম্না থক্লীংলিবনি, অদুবু নুমিৎতো করম্বা ফত্তবা লাইনা তন্নকখিবনো খণ্ডদে, ঐখোয় অহম্মক ফুরিৎখাউদা পৈশা য়াওনরকখিদে। করি তৌনি? বাজার মনুংগী বাংগালী ইমান্নবা অমদা হায়রে—নখোয়গীদা ঈশিং খরা থক্কে। ইমান্নবদুনা—কৈদৌগে, লাউ লাউ হায়দুনা মনীংলোমদা চঙলক্লবা কৌশিল্লে। মনীংলোমদা চঙলক্লবা হায়রিদুগী মরম লৈ। মরমদুদি ঐখোয়না মখোয়গীদা ঈশিং থক্কদৌরিবসে কনা উহন্দনা লোম্না থক্কদৌরিবনি হায়বসে মহাক খঙই।

ইমান্নবদুনা হায়বদগী ঐখোয় মখোয়গী মনীংলোমদগী চঙলে। থোঙজিন মরুমদা ইমান্নবা অমনা শেম্নদুনা লৈহৌরিবনি, কনাগুম্বনা উখি-লাকখিব্রা হায়দুনা য়েংবা। অহন-লমনশিংনা করিগুম্বা উখি-লাকখিবা থোক্লবদি লোইরে। হাউদু ময়ুমদা

ঈশিং থক্রে হায়দুনা চাউরবা ৱাথোক ওইগদৌরিবনি, 'আনি'গী মচাক ফাওবা ওইগদৌরিবনি। ঈশিং খজিক্তং থকপদো পুক্লিং লৈতানা থকপা ঙমখিদে—শৌবিং শৌবিং, কিথি-কিরুম, ইপা পাখৎপগুম তৌখি। পুন্সিগী অহানবা ওইনা মসিনা বাংগালী ইমুংদা ঈশিং থকপনি। অতোপ্পা জাতকী ইমুংদা অহানবা ওইনা ঈশিং থকপদো চাউরবা পাপ অমা লগুজবদৌনা ঐঙোন্দা ফাওখি। পিশক-পিকঙেদগী অহন-লমনশিংনা অশেং-অমাং ঙাক্লবা হায়দুনা 'জাত তাগনি, নপা-নপ্ নোরোক তাগনি' হায়না কিহল্লকখিবদো ঐগী লৃ-তোংদা ফজনা চঙদুনা লৈরম্বা ওইরমাস্লে। অদুবু অঙকপনি হায়বা তাই, নুমিৎ অদো ঐ জাত তাখিদে। নোরোক্কী ৱাদি খঙদে। নোরোক হায়দো শিরগা তাগদবনি হায়নৈ। হৌজিকফাওদি শিগ্রিবনিনা নোরোক (নরক) তাগ্রি, হয়েং শিরগা তাগদ্র-তারোইদ্রদি খঙদে, অদুবু তাগনি হায়বদি থাজদে।

মতম অদুগী অশেং-অমাংগী ৱাসে অঙকপনি। খল্লুরগা নোকসু নোক্লীংই, নুংসু নুংঙাইতে। অতোপ্পা জাতকী ইমুংদা ঈশিং থকপদি লায়রদুনা অতোপ্পা জাতকী মীগা শোক্ল-শন্নবদা মাংঙি হায়দুনা ঈরুজদুনা ফি তুমথোক্লরম্লিবনি। ঐখোয়গী ইবোকতো কৈথেল কুম্লক্লগা নোংমতা মফি-মরোল তুমথোক্তনা ঈরু-মায়থজদনা ইমুং চঙখিদে। নিংথমথাগী তরৎ-তরৎ চিংশিনবা নুমিদাংদসু অদুমঙাই। তৌবগীদি মমৌশিংনা ঈরুজনবা ঈশিং হান্নবা শাহন্দুনা থমই। মতাংদো কেক্রুদগী সাবোন্না শিল্লকপা মতমনি ফি শূবগীসু হকচাং নোইবগীসু। অদুবু ইমুংদা সাবোন পুশিনবদি য়ারমদে মাংঙি হায়দুনা, শঙ্গোইগী উরা-ৱারাদা থেৎতুনা থম্নরম্মী। মরমদি সাবোন শাবদা শরূ-ঙারূ য়াওই হায়না থাজনরম্মী, হায়নীংঙাই লৈতনা মাঙপ্রবা শরূ-ঙারূ।

য়ুম্নামগী মাময়াইমা গোপীনা ঐখোয়গীদা কোয়রকপা মতমদা ঐনা মরক মরক্তা হংই—ঈরুজবা মতমদা ঐখোয়গীদা লৈবা কুলিনা পুখ্রিদগী বালটিন্না শোক্কৎলগা ঈরুজে, পুখ্রিগী ঈশিং মখোয়না শোকই, করিগুম্বা মতমদা পুখ্রিগী ঈশিংদা মখোয় কুমথবসু য়াওই, অদুবু পুখ্রিগী ঈশিংসে মাংলে হায়দুনা কনানসু হায়নদে, অদুগা পুখ্রিদগী ইচেখোয় ইন্নাষ্টৌখোয়না শোক্লক্তুনা থম্বা ঈশিংদো কুলিনা শোক্লুরদি মাংলে হায়দুনা হৈদোক্লিবসি করিগীনো?

মাময়াইমদো য়াম্না তপচৈ, ময়াম্বদৌনা উরাউ থৌরাওদে, অঙাং ওইরিঙৈদা ব্যাকরণ তম্লকই হায়, অদুবু ময়াম্বদৌনা লৈবাক্কা পণ্ডিতনি হায়না খঙনদে। মহাক্কা লাইরিক্কা শন্নবা হায়ববু মেরাগী লাইরিক তাবদা, কনাগুম্বগী কর্ম-জর্মগা মরী লৈনবা থৌরমদা ঙাইহাক লাইরিক থীরুবা হায়রুবা অদুতা মঙায়রে।

ঐনা হংলিবা ৱাহংদুগী পাউখুম পীফম খঙদে মাময়াইমদো। নুংঙাইবমা য়াওদুনা ঐনা তংহং হংজিল্লি—শনগা হুইগা অনীমক য়ুমদা লোইবা কান্নবা শানি। অমনা শঙ্গোম পীজে, অমনা য়ুম শঙই। অদুবু শনদি মাংদে, হুইদি শাথীনা মাংই।

হুই শোক্রুরবদি ঈরুজদবা য়াদে। করিগীনো মসিবু? খুম্ফম খঙদদুনা মাময়াইমনা চৈরক্কদৌরিবনি—মসিগী অঙাংসে মরৈ হেক্তা তৌরকপা, মসি খৃস্টান ওনবরা অপোকপা চঙবরা কৈনোমদি তৌদোরি। নুংশিদদুনা হায়রিববুদি নত্তে, নুংশিদুনা হায়রিবনি। ঐসু খৃস্টান ওনগে নৎত্রগা অপোকপা চঙগে হায়না তৌবা নত্তে। মৈতৈগী নাতে চাদবা চৎনবী কয়াগী মতাংদা ৱাহং কয়ানা ঐগী ৱাখলদা মরেং মরেং চৎলরিবদো মদুগী অম-নীখক মথি ফোংলকপগী ৱাতনি।

ইচে অনী পুংকক চাউরক্রে, লাইমিং লৌবা মতম য়ৌরক্রে। নুপামচাদি থেঙনা লাইমিং লৌবদা কায়দে, মখোয়দি স্কুল কাদুনা লাইরিক-লাইশু তম্লিবনিনা অশেং-অমাংসু মথোং মরম খঙদে। নুপীমচাদি মতম চানা লাইমিং লৌদবা য়াদে। ইচে অনীনা লাইমিং লৌবদু হৌজিকসু নীংশিংলি। নোংমা মমাঙদা ইবোক্না কৈথেলদগী য়েরুম খরা লৈবিরকই। লাইমিং লৌগ্রদি মপুন্সিদা অমুক হন্না য়েরুম চাবা য়াররোইদবনিনা মশূ অনীদো পুন্সিগী অরোইবা ওইনা য়েরুম পীজগদৌরিবা। য়েরুমশিং অদো ইমুংদা পুশিন্দে, মাঙোন্দা ৱাইরা চেঙলা য়াউবা থুমোক অমদা হাপচিল্লগা অহিঙদো থমই। নোংঙাল্লগা শঙোইদা য়েরুমশিংদো ফৃৎলগা চাক্কা তোৎতুনা ইচে অনীবু পুন্সিগী অরোইবা ওইনা য়েরুম পীজখি। নুমিৎ অদুদগী ইচে অনীগা ঐখোয়গা পূন্না চরা ৱানমিন্নখিদ্রে। নহানমখৈ ইচে অনীদো ঈরুজদ্রবসু চা লোনবা য়ারম্মী, লাইমিং লৌবদগীদি ঈরুজদনা চা লোনবা য়াখিদ্রে, ময়াদা করিমত্তা তাবসু য়াখিদ্রে। দীক্ষা পীরিবা গুরুনা মনাকোংদা হরিনাম কাম্বিবা অমদি গুরুগী খুয়া-ঈশিংগী মচুম থকপা নুমিৎতগী ইচে অনীদো ঐখোয়গা মান্নদবগুম তৌখ্রে। ঐ নুংঙাইখিদে, অদুবু ফোঙদোকপদি ঙমখিদে।

অনীগুবা লাঙ্গাও মতুংগী চহী খরদুদি পোৎচৈ ফংনদদুনা লৈবাক মীয়াম য়াম্না ৱানখি। কৈথেলদা কেরোসিন ফংখিদে, ফিরোল ফংখিদে, ফি শানবা লং ফাওবা ফংনখিদে। কলিকাতা নৎত্রগা ঢাকাদগী ফিরোল লৈরুরগা য়োনবদা কাম্নৈ হায়দুনা পাবোগা লৈকাইগী নাউরেম মামো নিংথৌগা ঢাকাদা ফিরোল লৈবা চৎলুই। হপ্তা-তরানিরোম মতুংদা মখোয় অনী ফিরোলনা উপূ অম-মম পিক পিক থম্না পুরগা হল্লকখি। অদুবু মশা অনীদুদি লোইরক্রে, কংশিল্লকপনা য়েংবা য়াদ্রে, ফমদা পোপ তাদুনা নাবা তারে হায়নখি। কয়াদা শাথীগ্রবা গৌরিয়ানো। মখোয় অনীমক ট্রেনদা হঙৎ-হন্দা খরনি চৎপদো ময়াদা করিমতা তারক্তে হায়। ট্রেন মনুংদা হাও-ময়াংশিংদুগা শম্লনা করম হায়না চাগদৌরিবনো থক্কদৌরিবনো। ঢাকাদা হুন্নি-মরিনি লৈবদুসু বুড়িগঙ্গা তুরেলদা খাঙ য়ৌবা ফাওবা কুমথরগা য়ুমদগী পুরকপা চেম্পাকতো চোৎহল্লগা চিনি অঙাংবগা তোৎতুনা চারগা লেল্লকই হায়। কয়াতা শাথীগ্রবা অশেং-অমাংগী থাজবীনো।

ঢাকাদগী পাবোনা করি করি ফিরোল লৈরকথিবা নীংশিংবা থোকল্লে। অদুবু ইচে অনীগী শংবানবা শাল অনীথক লৈবিরকপদুদি হৌজিকসু নীংশিংলি। মতম অদুদা শংবানবা শাল অসি লৈশাবীশিংনা য়াম্না পাম্লনা ইম্নে, হরাওকুম্মেদা শংবানবা শাল অমা ইনজবা ঙম্লবদি লৈশাবীদো মমায় থামুক পাকই। লৈশাবীমচা হাইফেং ফারক্লবী ইচে অনীসু শংবানবা শাল অম-মম ফংবদা হরাওজবনা মরাঙ হৌখি। অদুবু পাবোগা মামো নিংথৌগদি অমুক হন্না ঢাকা চংথিল্লে, মথোয় অনীগী ফিরোল লম্লোনবগী ইতিহাসসু অদুবাইদা অদুম থুপচিনখ্রে।

১২

ক্লাশ ফাইভ তম্নকপা অদুবাইদনি। নোংমা ইংলিশকী ওজা অজা স্নাহল রাজকুমারনা হায়—নখোয় ইংলিশ হৈগে হায়রবদি ডিক্সনারি অমা নয়ুমদা থম্মু, ইংলিশ টু বেঙ্গোলি। অদুদগী ঐঙোন্দা ওনশিল্লক্লগা অপান্নবা মখা তাথরকই—নঙদি অমা লৈবা য়াইনা, নখোয়দি ইনাক খুল্লি, মমল লুপা মঙারোমতনি সুবল মিত্রগী ডিক্সনারিদো।

ইমায়সে ইচপম্মুক ঙাঙখি। ময়াম মমাঙদা ঐবু ইনাক খুনবা ইমুংগী মচানি হায়না ওজানা থাগৎলকপদুদা ইকাইবোই করিবোই তৌদুনা ঐ য়ান্না হৈনখিদে। তশেংনা হায়রবদা, ঐখোয়গী ইমুংদো মতমদুদা ইনাক খুনবা ইমুং অমনি হায়বদুমক্তি নৎত্রে। হোয়, মতম অমদা চাব-থকপা মরাঙ কায়বা ইমুং অমবুদি ওইরম্মী। মদুগী অবা-নুংঙাই মমি-শামি ওইনা ঐখোয় খরা উহৌই, খরা থেংনহৌই। হৌজিক্তি মদু নৎত্রে। মপান্দগী মীনা য়েংবদবুদি ইংখোল-শংবল য়ুম্বান-কৈবান হান্নগী অদুম হায়না অদুম উবা, নুংঙাইরি হায়না অদুম খনবা। অদুবু অদুঙৈগী শামুদো ইরোইদগীসু হেন্না কঙশিনখ্রে হায়বদুদি মখোয় উদে। ঐখোয়গী ফিভমদো করিদগী করম হায়না শোকচিল্লকখিবনো হায়বা ঐখোয় খঙদে, অদুবু ফিভম অদুনা ঐখোয়গী অহন-লমনশিংদা য়ান্না মথবায় নুংঙাইতবা অমা ফাওহল্লি হায়বদুদি ঐখোয় খরা খরা ভাব তাই।

নোংমা ফৌগুখোঙদা কনানো অমনা দেঙ্গি নেৎলি, শুমন্দা ইবোক্লা ফৌ খোন্নি, ফৌ খোন্না খোন্না ইবোক্কী মিৎলু অনী পিরাংনা থুক্কাৎলকখি। দৃশ্য অদো ঐ হৌজিকফাও শংশংনা উরি। শুমন্দা খোমলিবা চেঙ অঙাঙবদো মীনা উখিনি খঙখিনি হায়দুনা ইবোক্লা কয়াতা মিপাইজখিবা, মীনা উখিদনবা খঙখিদনবা কয়াতা কন্না লোৎশিন্নবা হোৎনখিবা।

চেঙ অঙাঙ্‌বসি আউগী চেঙনি। থবান-লাংবন্দা লোকপা অঙনফৌ মখল অমনি, মসিবু আউ নৎত্রগা মুরালী হায়নসু কৌনে। মতম অদুদা অঙনফৌ মখল অসিখক্তা লৈরম্মী। মসিগী চেঙ ঙাঙ্‌ই, চাকসু ঙাঙ্‌ই— মণিপুর তম্পাক্কী চাহাওদৌনা তৌই। আউগী চাকতো থিদোরকপদা অরংবা অমা কায়, ফোং ফোং শারিঙৈদা

চারদি য়াম্না হাউগদবা মাল্লি। অঙাং ওইরিঙেদা মীগী য়ুমদা মচু অঙাঙ্বা লংত্রিক লংবা ফোঙ-ফোঙ শাবা চাকতো উরগা য়াম্না চানীংখি। অদুবু ফংখিদে। মরমদি আউগী চাক চাবদি পোইনুদা লোকপা ফৌনা চাবা কোম্নদবা ইমুংনা পোইনু য়ৌদ্রিফাওবগী থা খরদো লেম্নবা চাবনি। ঐখোয়গীদি কোম্নবনিনা আউ চাবগী বা লৈতে, য়ুমগী খোর্চা-পর্চা অয়াম্বা কোংকী ফৌদা তাইনরবসু চাবদি অদুম কোম্নরম্মী, করিগুম্বা মতমদা ফৌ অরিবা ফনা কুইনা চাবসু য়াওখি। ফৌনৌ চাবা হায়ববু গোবর্ধন পূজাগী মতমদা অহানবা লোকপনা চনৌ তংবা অদুমগুাই। চনৌদি খরা মচিঞ্জাক চাবা ইমুংশিংনো চাউনা চাউনা তংনরম্মী, কৈরোই-লৈকাই বারি-সম্বন্ধীশিং লোইনা বার্তোন তৌনরম্মী, ঙানা মরূ ওইবা মথেল ওইনরগসু মথেল-মকোই অতৈসু য়াওরম্মী। ঐখোয়গীসু চহী খুদিংগী চনৌ চাউনা চাউনা তংলম্মী।

অদুবু হায়নৈ, লাইরবা মপান শাবরা ইনাক খুনবা মউ লিংবরা। মতমগী খোঙলৈনা ঙরাংগী ইনাক খুল্লম্বদুনা ঙসিগী লাইরবা ওইরকপা য়াওই, ঙরাংগী লাইরবদুনা ঙসিগী ইনাক খুনবা ওইবা য়াওদবা নত্তে। ঐখোয়গী ইমুংসু মতমগী খোঙলৈদগী নাহোকপা ঙমখিদে। অঙাং মচা ওইরিঙেদা য়াম্না চানীংখিবা চাক অঙাংবদো ঐখোয়গীদসু থুংলখি। মদু থুংলবদনি ইবোকী মিৎলু অনী পিরাংনো থুম্নাংলকখিবদো, মদু থুংলবদনি মীনা উখি-খঙখিনি হায়দুনা ইবোক্লা ইপা পাখংনা লোৎশিন্নবা হোৎনখিবদো।

ঐখোয়গী ফিভমদো অদুম হায়না শোকচিল্লকনি হায়বসি কনাসু নোংমতা খল্লুদে, করম হায়না শোকচিল্লক্লিবনো হায়বদো কনাসু খঙদে। ওইরম্বা য়াই লৌউ-শীংউগী পোখোক্লা অমরোমদা বাৎশিল্লকপা অদুগা অমরোমদনা চাবি-থকপিনবনা মশীং হেন্সৎলকপা, লোয়ননা খোর্চা-পর্চাসু হেন্সৎলকপা।

ইং ১৯৪৬ তা ঈশিং শাথীনা চাউখি, বাগাথিংবী পাথোক্তুনা ঈচাউগী ঈশিংনা ঐখোয়গী ইংখোল মনুংদা চঙলক্তুনা শূমাঙ মতোন্দা তপ্ তপ্ য়ৈরখি। ঐখোয়না খঙলকপদগী অদুক চাউবা ঈচাউ অমুক্তা থেংনখিদ্রি। ময়াম্না ঙাঙনরকখি, মণিপুরগী পন নমখায়রে হায়য়ে, মণিপুরগী ডিসিনা কাছাড়গী ডিসিদা তেলি তৌদুনা খঙহল্লকপ্রে, অদুননি য়াম্না শাথীনা ঈচাও থোক্লিবা। ঈচাউ অদুনা লম্বী-থোং কয়া থদথখি, লৌ-শীং য়াম্না মাঙহনখি। কুম অদো ফৌথোক য়াম্না হন্থখি। মসিগী মতুংদা ইং ১৯৪৮দা হাইফেৎ চাউবা ঈচাও অমগমুক লাকখি। বাগাথিংবী হাইফেৎ-লাকফেৎ পাথোক্লম্লগা ঈমায় হনখি। চহী অদুদসু ময়াম্না ঙাঙনখি, মণিপুরগী পন নমখায়রে, মণিপুরগী ডিসিনা কাছাড়গী ডিসিদা তেলি তৌরক্লে। খনখি, মণিপুরগী পনদুবু কয়াম চাউবা জাৎলো, হেক নমখায়বগা কাছাড় পুম্বা ঈশিংনা তাউথহল্লিসিবু। কুম অদো খুন অতৈগী লৌ-শীং মাঙহল্লম্লবসু ঐখোয়গী অদুবাইদদি থোইনা মাঙহল্লমদে। অদুবু

ঈচাউ লোইশ্রবা মতুংদা লৌদা তারকপা তীনদুদি করিমুক হায়রক্লগনি, ঈচাউনা হাৎলম্বদুগা থোইনা খেন্নখিদে। অনৌবা ফৌনা পুন্নমক তীন্না পিক থনখি। লৌমী পুন্নমক মকোক্তা মখুৎ হাপনখি। তীলহাৎ হীদাক শীজিন্নবগী জ্ঞান মতমদুদা লৈত্রি, লৌউ-শীংউ লোয়শঙ মমিংতগী ওইনা লৈরম্মী, মখোয়সু অসিগুম্বা মতাংদা করি থোইদোকপা থৌরাং পায়খৎলমদে। ফৌ লোকত্রবদা লৌমীশিংগী অবাবসি করি অমুক হায়রক্লগনি। ঐখোয়গী ইমুংসু অবাবদো নংখি।

খজিক্তং শাফবনা, ঐখোয়গী অহন-লমনশিং থবক কন্না শূই, হান্নদগীসু অদুম শূরকই। লৌ-শীং উবতা নত্তনা মহাদেব চীংদা চীং থুংনা কিহোম থাই, ঐখোয়সু ওক্লবা চায়, মীঙোন্দসু পীজে, য়োনসু য়োল্লি। মনীংগী চাউরবা চীংদুম অনীদা চু থাই, করিগুম্বদা মমাঙগী লম্পাক্তসু। লৌ-শীং লোইবগা চু শুমই। চু শুম্বা হৌরবদি ঐখোয় অঙাংশিং হরাওই। অয়ুক চু য়ানবা মতমদা চুফমদা চৎতুনা চু চায়, নুংথিল চুহিং থকই, করিগুম্বদা কোলু চিংলিবা শন নৎত্রগা ইরোই হোইবসু য়াওই। কোলুদা চু ইনশিনবসু য়াওই— অদুবু মসিদি য়ারিমখৈ তৌহন্দে খুৎশা চপখিনি হায়দুনা। অয়ুক ঙত্তা হৌগৎলগা চিনি লোক্লমদাইদা অমুক চু শুমফমদা য়ৌগদৌরিবনি চুহীদা উরি-হৱাই অমদি উ-মংগ্রা লেংশিল্লগা থাদখিবদো লৌখৎনবা অদুগা চিনি-কোচি লৌবা নংননবা। অথুম্বশিংদো চামন্দুনা পূক য়েকপফাও য়াওনরিবনি। অদুবু হনবগী ক্লদি লৈতে।

চহী অমদি চিনি য়ান্না লোকই। অহন-লমনশিং হরাওজে, শেনফম অমা খঙনা ফংলগনি। অদুবু নীংবগা নীংবা থুংবগা অনীসে কদায়দনো কারন চৎনবা য়াওই। চহী অদো চিনিগী মমল ইহাই হাইগৎখিদে, মমল হাইগৎপা ঙাইরিঙৈদা চিনি টিনশিংদো ককচেং কোকচাউবীশিংগী বাত্ত-পাদবা স্বর্গলোক ওইরকখি, চিনি টিন খরদি শৌদোরক্তুনা মহী লাঙবা হৌরকখি। পুংমাঙ মাঙগদগী শরুকপুদি খরা ফংহৌবনা ফরে হায়দুনা চিনিগী কারবার তৌবা মহাজন কৌদুনা পীনীংবা খরা পীরকউ হায়দুনা য়োম্বোকখি। চহী অদুদগী ঐখোয়গী ইমুংদা চু শুম্বগী থবক খংহন হনবগুম তৌখি। অহন-লমনশিংনা হায়নবা তাখি, মসিগী থবক অসি তৌহৈবা থবক নত্তে, চু শুম্বা নত্তে, মী শুম্বনি।

ইপম্বৌনা মরক মরক্তা হায়—য়ুমসিদা থবক বানা শূরকখিবসে নখোয় কাকাগা ঐগতনি, নপাগা নখুড়াতোনগদি অবাবা ইয়াও য়াওরকপোৎ নত্তে। পাবোগা খুড়াতোনগসু য়াজে। থবক শূবদা অবাবা খঙদে ইপম্বৌদি। মহাক্কী থৌশূ উরগা ময়ান্না মহাকপু ট্রেক্টর থোল্লি। নীংতম্নবা মতুং ইকুই কুইদনা ঐখোয়গী অদুবাইদা অহানবা ওইনা ট্রেক্টর লাকখি, মদুগী মমাঙদা ট্রেক্টর হায়বদো করিনো খঙবপোৎ নত্তে, উবপোৎ নত্তে। বাঁশকান্দিদা এগ্রিকালচরগী ওফিস মচা অমা হাংদোকপগা

লোয়ননা ওফিসার অদুনা ট্রেক্টর অদো পুরকখিবনি। অবায়মন খরদং লৌরগা লৌবুক-ইংখোল খোইহল্লি। বাঁশকান্দিগী লৌফম ফনা য়াম্না খোইদোক্লবা মতুংদা ঐখোয়গীদা ইপষ্লৌনা হায়নদুনা পুরকখি। ঐখোয়গীগা ইবোক অহনখোয়গী লৌফমগা লোইনা খোইদোকহনখি। ট্রেক্টরনা ঙাইহাক্তদা গ্র-গ্র তৌদুনা পাক্লবা লৌবুকশিং খোয়গাইবদো ময়াম্না কুম্মৈ ওইনা য়েংনখি। অদুবু ঐখোয়গী খুন্দা অতৈ কনামতনা ট্রেক্টরনা লৌবুক খোইগে হায়বা খনখিদে। মরমদি, মতমদুদা খুনগী হাইফেৎ জ্ঞান লৈবা মী ফাওবনা হায়নখি, লৌ খোইবদা ট্রেক্টরগী থাউ তারকপা অদুনা লৌ শোকহনগনি, ট্রেক্টরনা লৈবাক মথক মখা ওষ্লোকপদগী হার চেনবা লৈমায়না লৈনুংদা লৈথ্রনি, হার চেন্দবা লৈনুংগী লৈবাক্লা মথক্তা লৈরনি, অদুনা হার ফংদদুনা লৌ ফরোই। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু ট্রেক্টরগী থৌশূ অদো ময়াম্না থাগৎনখি। মতাং অদুদগীনি ময়াম্না ইপষ্লৌবু ট্রেক্টর থোনখিবদো, ইপষ্লৌগী লৌ-ইংখোল শূবগী খুৎশূ অদু উবদা।

ইপষ্লৌনা হায়—নপাদিনে পাখং হাইফেৎ ফারকপদগী চহী খুদিংগী লৌবুক্কী থবক কনখৎলকপগা মণিপুর চৎলুনি হায়দুনা হেক্তা চৎখি, দোর্জি তম্লি, পালা তম্লি হায়দুনা হেক-হাক হল্লক্লোইদৌরিবনি, হল্লকপদনা মরূপ-মপাং অম-নী লোয়নরক্কনি।

ঐখোয়না খঙলকপদদি পাবো মণিপুরদা পংচৎ চৎত্রে, মরী-মতাগী লুহোং-খোংদোংবা অমদি অশি-অনা নত্তনা, লৌবুকসু অদুম কুম্মি, অশংবা মতমদা দোর্জি শূই, পালাসু য়াওই। পালা তম্বদি তোক্তে, করিগুম্বা মতাংদা ওজা চাক থাক্তুনা তম্বসু য়াওই, অদুবু পাবোগী খোঞ্জেলদো ঈশৈ শকউ হায়বা তম্লক্তবনা দুহারদগী হেনখিদে, মদুসু ঐখোয় অদুবাইগী খুন খরগী মনুংদা। লৈকাইদা লাইরিক তাবগী নাম-সংকীর্তন শকপা, অশি-অনা থোকপদা মনশিক্ষা অমদি প্রার্থনা শকপা অসিনচিংবদি পাবোগী শরুক্নি। শিনফম হাইফেৎ শুই পাবো, অদুবু করিগুম্বা অখন্নবা শিনফম অমদা য়াম্না ফজনা হৈরে হায়বদুদি নত্তে। মাইবসু শাই, লৈকাইদা কনানো অমা করিনোমা তৌরকপদা পাবোবু কৌরক্কনি। ঙা ফানবা নিপা-ঈন শাবদগী হৌনা য়ুমকৈ শেমজিনবা অসিসু পাবোগী শরুক্নি। ইমানা লৈখিদবা মতুং ফনা কুইনফাও ইপূবোক্লা হেক হেক পাউ থারকই—য়ুম্বী মখোঙ খরা শিন্দোক্লো হায়য়ু, য়ুমথক্কী ই-সু শিন্দবা য়াদ্রে। চৎনীংদ-চৎনীংদা পাবো চৎকদৌরিবনি।

কাকাদি মী পিক্তক তৌই। পিকচবগী ঋাতনি, থবক শূবদদি ইপষ্লৌগী মতুং অদুম ফজনা ইল্লি। মচিন-মনাও মরিগী মনুংদা মতোমতনি লাইরিক ময়েক চৎহ্লৌদবা। ঈংন-তপ্পা হিংবা পামজবা মীনি, অঙাং মচাদৌনা ইচম চমজে। অদুবু আতরবালা লাকপদি য়াদে, আতর খরদং ওইর্বসু লৈহৌগদৌরিবনি, দিলবহারগী চে মচেৎ অম-নীতং ওইরবসু। আতরদুনা কোকতৈ থাউদা মচুম অম-নী য়ানশিনগদৌরিবনি, দিলবহারগী চে অদুনা উপূ মনুংদা ফি মরক্তা থমগদৌরিবনি,

ফিরোলশিংদো মনম নুংশিনবা। চাব-থকপদদি য়াম্না ৱাপেথলি, মাইৱেন চাদে, খোংদুম চাদে, শগোল হৱাই চাদে। কাকাগী মতৌ তমদুনা ঐসু হায়রিবশিংসে ফনা কুইনা চান্নমদে।

খুড়াতোনদি লৌবুক সুক্কুম কুম্নক্তে হায়বা য়াই, মনাওনুপা অতোনবা ওইবগী কেথোকচবদো ময়াম্বশিংদগী চপ-চানা ফংখি। লাইরিক তম্বা লোইরগা চাকরী থিবা কোয়চৎ চৎতুনা হোৎনখি, মরূ ওইনা অনকপদা লৈবা চা-বাগানশিংদা। চাকরী ফংখিদে। মতমদুদা চা-বাগানগী ম্যানেজারশিং বিলাতগী লাকপা অঙৌবা সাহেব ওাক্তনি, অদুগা বাবু, হায়বদি কিরানী ওইবশিংনা সিলেটতগী কারকপা বাঙ্গালী ওাক্তনি, লাইরিক-লাইশু পংহে হৈবা নত্তে, ক্লাশ ফাইভ-সিক্স ফাওবতং তম্লকপনা অয়াম্বনি। বাঙ্গালী বাবুশিংসিনা চক্রব্যূহ শাদুনা বাবুগী থবক্তা অতোপ্পা কাওলুপকী মী চঙহন্দনবা হোৎনৈ, চাকরী থিবা লাকপশিংগা সাহেব-ম্যানেজার সুকউ উন্নহন্দে।

চাকরী থিবদা মায়থীরবা খুড়াতোন কারবার তৌবদা তাখি। অনীশুবা লাঞ্জাও মনুংদা চেম্পাক্কী কারবারদা হাইফেৎ মমায় চুমখি। চেম্পাক-শুবীশিংসু শেন্দোংগী বারীনা পোথানীংঙাই ওইখি। চেম্পাক্তি করিমুক হায়রুনি, চাবা য়াবা চেম্পাক নত্তে, কাবক কাবক শুরগা শূমনদগী হেক্তা শোনবা চেম্পাক্নি, চেঙদগী হৎতং লৈথবা। মীনা চানবা নত্তে, শগোল পীজনবনি হায়না ময়াম্না হায়নৈ। শেন্দোংগী ময়াইনা লৈকাইগী য়ুমথোঙ খুদিং নোংঙাল্লমদাইদগী হৌনা চেম্পাক শুবগী দং-দং-দং-দং মথোলনা পূমনিল নিনখি চহী খরদো।

চেম্পাক্কী কারবার শিথরক্লবা মতুংদা চেঙগী পর্ব অমুক হৌরকখি। লান মতুং ফনা কুইনফাও পর্ব অসি চথখি। কারবারদো নুংঙাইবনিনা চেঙ য়াম্না য়াম্না পুখৎলক্লবা হায়দুনা চেঙদাইবীশিংদা হাওলাৎ (এডভান্স) ফাওবা পীবা য়াওখি। চেঙ ৱানফম অনী-হুম থম্লম্মী। ছুটি নুমিত্তদি খুড়াতোম্না ঐবু মতেঙ পাংবা ওইনা য়াওহল্লি। ঐনা খাতা কলম পায়, খুড়াতোম্না সেরফালা। খুড়াতোনগী মখুৎ য়াম্না শিংই, চেঙ তাপ পায়বগা চেঙদো ঈশিং থাকপরা থাক্তবরা হায়বদো হেক্তা খঙই। হায়রক্নি— ইতৈমগী চেঙসে ঈশিং শাথীনা থাক্লক্নে, লৌবা ঙম্নরোই। চেনবা য়াদবনিনা চেঙদাইবীদুনা খুম্নক্নি—সত্য, ইপা-ইপূ নোরোক তাগে, য়াম্না থাক্লকপা নত্তে, খজিক্তনি। লৌনীংদ-লৌনীংদা দোর খরা হুম্বনা পীরগা চেঙদো লৌগদৌরিবনি। চেঙদা ঈশিং থাকপিরক্কনু হায়না খুড়াতোম্না ফনা হায়জৈ, অদুবু চেঙদা ঈশিং অদুম থাক্লকই, সেরফালাদা ওনবদা লুম্বা খরা হেন্নগা শেন্দোং খরা হেম্না ফংনবা হায়দুনা। ঈশিং থাক্লকপা চেঙশিংদো কুইনা পৈদুনা থম্বা য়াদে, কুইনা বোরাদা হাপ্তনা থম্নবদি মৈ হৌবদৌনা ফোঙ-ফোঙ শাগৎলকই। অমুকথকতি শিলচরগী মহাজনগা মমল য়ানদবদগী ঐথোয়গী শঙোই অচৌবদো পিক থম্না চেঙগী বোরা ময়াম মরোন

মরোন পৈদুনা লৈখি। থামুক লৈরগা হোৎলসু হোৎনা তাইদবা য়ারক্তদুনা চেঙশিংদো গাড়িদা মথং মথং হাপকৎলকপদা মখা থৎবা বোরাগী মরোল অদুদি মৈ হৌনা শাবতা নত্তনা চাক চাকা কাবদৌনা মুশিন মুশিন মুনা মপাক মপাক লৈরম্মী। মদুগী খেপফম অদো ঐখোয় শাথীনা মাঙখি হায়।

য়াম্না শাথীনা মাঙখিবা খেপফম অমগসু ঐ খল্লা খরা খঙহৌই। চেঙ ফংনদ্রে, চেঙগী ভাও হাইগৎকদৌরে হায়বা নিংফুং নিংফুং তাবদগী খুড়াতোম্না য়ুমগী শনা-লিকোন ফাওবা বন্ধান থমদুনা চেঙ ফনা য়াম্না ৱানশিনখি। বাগানগী ম্যানেজরনা শিন্মীশিংগী রেশন পীনবা চেঙ ৱাৎলক্তুনা মী থারকখি। খুড়াতোম্না চেঙ লৈতে হায়না খুমখি। হপ্তামুক মতুংদা খুড়াতোম্না শিলচরদা থানবা হায়দুনা চেঙ বোরাশিংদো শনগাড়ি অনী-হুমদা হাপকৎলগা নোংঙাল্লমদাইদা পুনবা তৌবদা সরোক কারোং য়ৌরমদাইদা বাগানগী ম্যানেজারগী গাড়ি লাক্তুনা মমাঙদা থৎলখি,—কনাগী চেঙনো? ঐনা চেঙ ৱানগে হায়বদদি চেঙ লৈতে হায়রক্লগা হৌজিক্না কদায়দগীনো? ঐগী পার্মিসন য়াওদনা বাগানগী লম্বীদা পোৎ পুদুনা চৎপা য়াব্রা? হল্লু হৌজিকমক, চেঙ পুন্নমক ঐগী গুদামদা থম্মুচো। দ্যাম ব্লাডি....।

সাহেবনা পাল্লিঙৈ মতমনি, মখোয়না হায়প্রদি লোইরে, মখোয়গী চীঙুক্তা খুম্বা য়াবা নত্তে। খেপফম অদো বাগানগী ম্যানেজারনা ওৎপা য়াবা ওৎখি, বিল ফনা কুইনা নমদুনা থমখি, চেঙগী মমলসু মতুং মনাও অমুক হন্না তৌদনবা পারা তম্বিবগী মওংদা তাথবা য়াবমখৈ তাথনা পীরকখি। কনাদা ৱাকৎলুনি, ৱাকৎফম লৈখিদে। বাগানগী ম্যানেজার অঙৌবা সাহেবকী মথক্তবু, মতম অদুদা! খেপফম অদুমসু খুড়াতোনগী চেঙগী কারবারদো শাথীনা শোকখি।

সংস্কৃত শাস্ত্রনা অদুঙৈ হায়রম্মী হায়—বাণিজ্যে বসতি লক্ষ্মী, লল্লোন-ইতিক্তা লক্ষ্মী লৈ। অদুবু লক্ষ্মীনা বাস তৌরি হায়বা মফমসে য়াম্না চাউনা চাউনা লল্লোন-ইতিক তৌবা মফমদতা ওইরমাল্লে। পিক্না পিক্না চেঙগী কারবার তৌজবা খুড়াতোনগী মনাক্তা লক্ষ্মী ইমাইবেম্মনা লৈরবদি লায়রদুনা নোংমতা লাকপা উখিদে। অদুবু ইমাইবেম্মগী মৌপ্পা গণেশকী শাদোং উত্তিনদি য়াম্না লাকখি মখোয়গী মরোই-মনাও থোকপা উচিগা লোয়ননা। মখোয়না চেঙ পিক থনবা বোরাশিংদো চিকখাইরগা ওরো ওরো তাহনখি, লৈবাক্তা মখুন ময়াম অমা হুৎপগী লৈচ্রেং মরক্তা চাইখাইরগা চেঙগা লৈচ্রেংগা একাকার ওইহনখি। মখোয় লাক্লবদা ফনা য়াম্না ৱাখি।

লক্ষ্মী ইমাইবেম্মনা চাল্লসু চান্দ্রবসু কারবারদি লেপ্পা য়াদবনিনা অদুম চখখি। খুড়াতোনগী চেঙ ৱানফমদা খাতা-কোলোম পায়বদো ঐসু খুৎলোইরকখি। নুমিদাংৱাইরম চেঙ ৱানবা লোইরগা চেঙশিংদো বোরাদা হানজিল্দুনা মচিন ফোৎচিমিন্নবা লোইরগা খুড়াতোম্না অয়েম্বা পৈশাশিংগী শেজাওদো সাইকেল মনীংদা

হাপচিল্লগা ঐবু হান্না চৎলম্মো হায়দুনা থারক্কদৌরিবনি। লক্ষীপুরদা লাইব্রিক তম্লিঙেদদি মরক মরক্তা ইবোক্কী শেঙ্গাওদগী মখায় অমা সিকি অমা লোন্না লোন্না লৌথোকখি। অদুবু পৈশা মশীংসু থীদবা খুড়াতোনগী অদুক চাউবা শেঙ্গাও অদুদগীদি ঐ নোংমত্তা পৈশা অমা ফাওবা লৌথোকখিদে, লৌথোক্কেসু খনখিদে।

য়ুম য়ৌরগা পৈশাগী শেঙ্গাওদো ইন্দোচাদা পীশিনবগা ইন্দোচানা হংলক্কদৌরিবনি—নোয় খুড়াতোনদি কদায়দা লৈহৌরি?

থবক লোইরফাও খুড়াতোন্না লৈথহৌবসিনি ইন্দোচাগী অশাউবী। হয়েংখেদি নঙগা হনমিন্নরকউ, হনমিন্নসি হায়যু—ইন্দোচাগী পাউতাক্কি। অদুবু পাউতাক অদু ঐনা করম হায়না খুড়াতোন্দা হায়রুগনি, হায়বা ঙমখিদে।

নোংমদি খুড়াতোন্না জিলাদা চৎলুরগা হল্লকপদা ঐনা স্কুলদগী হল্লকপগা চানরুদুনা লম্বীদা থেংনৈ। অজ্ঞা মদনখোয়গী থোঙ্গাল য়ৌরকপগা খুড়াতোন্না সাইকেলদো ঐঙোন্দা শিন্নরগা হায়রকই—সে, সাইকেলসে পুদুনা নঙ চৎখ্রো। হায়রগা সাইকেল মমাঙদা য়াল্লিবা থাউ অদো লৌথরগা মদু পায়দুনা খুড়াতোন অদুম চঙহৌরে। থাউদুদা য়াওরিবা থাউ মনম নুংশিবা, হকচাং সাবোন লক্স, পাউদরগী কেপ—অতৈসু করি করিনো, পোৎ-চৈশিংদো মীনা তপ্পা ওইরমান্নে খন্দুনা ঐসু সাইকেলদো থৌদুনা য়ুমদা লাকই।

য়ুম য়ৌরগা ইমুংদা সাইকেল হেক ঈনশিনবগা ইন্দোচানা হংলকই—নোয় খুড়াতোনদি?

- বাসুহোয়গী থোঙ্গালদা চঙহৌরে, ঐনা ইচম চম্না খুমই। পাউখুম অদুনা ইন্দোচাবু শাথীনা খোয়শাউনহল্লে হায়বদো ঐ ভাব তাই।

বাসু হায়রিসে ঐখোয়গী ইমান্নবনি, অজ্ঞা মদনগী মচানুপা অহন্নি। লৈবাক্পা শকখঙবা ব্রাহ্মন-পণ্ডিতনি অজ্ঞা মদন। নহা ওইরিঙৈদা কাশীদরা বৃন্দাবনদরা শাস্ত্র তম্লুই হায়, হিন্দী অমদি ব্রজবলী মমারোলদৌনা ঙাঙবা ঙমই। অদুনা গৌরলীলাদা রৌখালদা মুণি শাবদা লৈবাক্পা মমিং শোন্নে, লাপ্ল-লাপ্লবা মফমদগী ফাওবা মুণি শাবগী বার্তোন ফংঙি। মণিপুরদসু শাগৈ-নাতৈ মরী-মতা য়ান্না লৈ। অদুনা মরী-মখোঙ থিরক্লুনা ওইরমান্নে লাঞ্জেল্লকপা ইমুং অমা মখোয়গীদা মখোয়গী য়ুমগা তপ নপ্পনা য়ুম মচা অমা শারগা শাইদাংদুনা লৈরম্মী। লান লোইপ্রবা মতুং চহী মঙা-তরুক লোম ফাওবা ইমুং অদো মণিপুরদা হনখিদে। মতৈ-মনাওতনি, মচা পোক্কে, নুপা অদো সুনারী শুই, নুপী অদো ঙৌরোক ঙৌরদুনা মশক ফজে। হায়রিবা নুপী অসিনি ইন্দোচাগী অশাউবী ওইরিবা, প্রোক প্রোক চাকপী ওইরিবা। মণিপুর নুপীনি, অরায়বা নত্তে, মহৈ তৌশিন্দুনা খুড়াতোনসে উরু-রু লৈদুনা থমথ্রে, অসিনি ইন্দোচানা থাজরিবা। ইন্দোচাসু থথা নত্তে, মাইব-মাইবী কৌদুনা মণিপুর নুপীনা

লৈশিনবা মরৈ অদো লৌথোক্লবা কল্লা হোৎনখি। অদুনা মহে য়াম্দুনা ওইরিগন্ত্রা নথক্রগা মতৈ-মনাও অদুগী বনবাস মতম লোইরদুনা ওইরিগদ্রা মখোয় নোংমদি কাছাড় থাদোক্রগা মরৈবাক মণিপুরদা হনখি।

ইন্দোচাগী মথবায় প্রোক প্রোক চাকপদো ফবগুম তৌখি। অদুবু কুইহৌদে, থা-মুক মতুংদা খুড়াতোন মণিপুর চংকনি হায়দুনা চংখি। ইন্দোচা লবাই ঈশিং থাদেতা ঙায়খি।

- নোয় খুড়াতোনদো চিঠি থারকত্রা, পাউ হায়রকত্রা?

- তরানিমুক্তা ঙায়রিদা কদায়দগী চিঠিনো, করিগী পাউনো?

- মখোয় মণিপুরগী মীশিংদো য়াম্না ফত্তে হায়নৈ, কৈসু নত্তবগীসু মীসে হেক্তা হাৎলি হায়।

ইন্দোচাগী লাইমন তোয়না তোয়না হৌরকখি।

## ১৩

চহী চুপ্পা হরাও-কুম্মে বাত্তবা খুন্নি, থংনবা মৈতে খুনশিংগা চাংদম্নবদা ঐখোয়গী খুন্না হেল্লি, খুঙ্গাও ওইবদুনসু ওইবা তাই। লাইরৈ-অনং ফনা য়াম্না লৈরিবনি, অদুবু মদুনা হরাও-কুম্মেগী ঈথক-ইপোম হম্থহনবগী বা লৈতে। জগোই রাস, গৌরলীলা, রৌখাল, খুবাক ঈশৈ, বাসোক, লীলা-ফালা, লাইহরাওবা, শজীবু চৈরাওবা, য়াউশঙ, লিক্কোন শান্নবা, থাবল চোংবা, কাং শান্নবা, কাং চিংবা, ঝুলোন...... মথং মথং মরী মরী।

ঐখোয়গী খুন্দা জগোই রাস খ্বাইদগী হেন্না কৎপসি মাইস্নামগী ইপূ খোমদোন মতৈ-মনাওনি। ইপূ-ইবেন অনীদো মচা অমত্তা পোকচদে। শাগেগী মচাশিং অমগী মচা ময়াম মরক্তগী নুপী ঙাক্তা খল্লগা মখোয় অনীনা য়োকই, অদুগা থাজ-য়োঙ্গদ্রিফাও মথং মনাও নাইনা চহী হেক খুদিংগী জগোই মকোক চিংহল্লি। থাজ-য়োঙ্গবসু মখোয় অনীনা তৌই। চোঙলম চাদবা পাখং মচাশিংনা ফাগি তৌনে— ভীমনা চারগা শকুনিনা ফায়, খুড়া কাহ্নাইনা পোক্লগা ইপূ খোমদোন্না য়োকই। ইহ-জনম অসিদা মমিৎতা মচা অমত্তা উহনবিদ্রবসু হয়েংমুক্কী মপোক্তদি ইবুঙো মানা শোয়দনা কৃপা তৌবিগনি হায়বগী অচেৎপা থাজবা অমগা লোয়ননা ইপূ-ইবেন অনীনা চহী হেক খুদিংগী জগোই কৎচরিবনি। নোংঙাল্লমদাইদা জগোই রাস লোইশিল্লকপগী আরতি কৎপদা ইপূ-ইবেন অনীনা মমিৎতগী মপি ঝর-ঝর শিঙ্খনা ইবুঙো ইবেম্মা অনীগী যুগোল মূর্তি মমাঙদা কপচবদো উরগা নোংদম্বা মাগী থম্মোয় থোৎলোইদবগী বা লৈতে।

জগোই রাস কৎপদা য়ুম্নামগী মাময়াইমা গোপীগা ইনেয়াইমা বিবিগসু পংতা তাদে। মখোয় অনীগীদি মচা পোক্তবা নত্তে, অদুবু নুপী ঙাক্তনি, নুপা অমত্তা য়াওদে। মচানুপা য়াওদনদি হয়েং শিরগা পুং হায়বা নরক অদুদগী কনানা উদ্ধার তৌবিগনি? মদুগীদমক্তনি চহী হেক খুদিংগী জগোই রাস কৎতুনা মতৈ-মনাওনা ইবুঙো মাগী মফমদা হম্না হম্না প্রার্থনা তৌজখিবা। অদুবু হন্দক্কী মপোক ইহ-জনম অসিদদি বিধি-বিধাতা মানা মখোয় অনীগী হায়জবদো থুংহনবিখিদে।

মেরা বায়ুংবগা বাফুকপগা অনীসিদি জগোই রাস অমা নৎত্রগা অমদি অদুম লৈরে। ঐখোয়গী ইচে অনীদো জগোই মকোক চিংবদি অমুক্তা ফংজখিদে, অদুবু

জগোই য়াওবদি চহী খুদিংগী ফংখি। চেচেচৌবীদি মখোল ফৈ, জগোই শাবসু পকচৈ, অদুনা জগোই মথং চৎপগী খুদোং চাবা ফনা য়াম্না ফংখি। ইচে অনীনা জগোই য়াওবা নুমিৎ অদুদি লোইরে— অনকপদগীসু অরাম্বদগীসু মরী-মতাশিং ঙম্না ঙম্না লাক্লগদৌরিবনি, থরমদি অয়ুক্না লাকপা য়াওনরিবনি, লেপ্না লাকপা নত্তে, সনাগী লিক-কোন ময়াম অমা পুদুনা লাকদৌরিবনি। জগোই থোরকপদা ইচে অনীনা শিব-চাবা লিক-কোন অদুদি করি অমুক হায়রুনি—মঙক তেকথৈ, খুৎশা লুমথৈ। মকোক চিংবীদগীনা খোমদোন থংলিবী—মখোয় পুম্নমকসুনি। মখোয়গীসু মরী-মতা শাগে-নাতে বাত্তে হায়বদো তাক্লিবনি।

জগোই রাস শাম্নবা নুমিদাং অদুদি লাগাও শোয়দ্রে, মণিপুরদা দেবালি শাম্নবা হায়রিসে। অনীসে তৎন-থানবা য়াদবদৌনা তৌরকই, অদুবু মরীদি সুকলে লৈনপোৎ নত্তে। জগোই রাস তৌনি হায়রদি ময়াংমচাসু পাঙনমচাসু হরাওই। মখোয়গীদি জগোই য়েংবা নত্তে, জুবার শাম্নবা ফংলনি 'সিনি। জুবার মফমদা তিনবসি মখোয়না হেল্লি। থানাগী পুলিশশিংসু হরাওই, মখোয়সু লাগাওগী থোলা খুদিংদগী দক্ষিণা চাউনা চাউনা ফংগদৌরিবনি। পীদ-লাক্ত য়াপোৎ নত্তে।

লাগাও মফমশিংদা অঙ্যাংশিংসু ফনা য়াম্না চিৎচা চিৎচা লিৎশিন্দুনা অদুম য়াওশিল্লি। ঐসু মরক মরক্তা লাইবক চাং য়েংবা য়াওখি। অদুবু নোংমদি ইকায়বা অমা য়াম্না শাথীনা নংখি। লালাংগী ইন্দোচা লৌবা খুড়া অমগী থোলাদা মী য়াম্না তিনবদুদা ঐসু মায়থোঙ হাইফেৎ উহন্দনবা তৌরগা খোঙগ্রাউ খাউদা য়াওবা অনা অমা পুথোক্লগা কোক হেক থারুই— ঝগাদরা মুগাদরা হায়বদুদি কাউখ্রে। অদুক য়াম্না চিনগ্রবা মরক অদুদা খুড়াগী জুবার শাম্নবগী থৌরবা মিৎতুনা ঐবু উগ্রমাল্লে, ঐগী আনাদো তাপ পায়খৎলগা হংলকই— কনাগীনো অসি। উপায় লৈতদুনা ঐসু খুম্লে ঐগীনি। খুড়ানা ঐগী পৈশাদো লৌখৎলগা সিকি অমগা হাপচিল্লগা নুংশিনা লাউরকই—চো চো, 'সিদা অঙাং য়াওবা য়াদে। সিকিদো থাদরম্লগা ঐগী অনাদুমতং পায়রগা ঐ অদুম চেল্লক্লে। নুমিদাং অদুদা ঐ ইকায়মনগ্রদুনা জগোই য়েংবকা চঙখিদে।

ঐখোয়গী ইমুংদি জগোই রাস কৎতে, জগোই রাস কৎত্রবসু খুবাক ঈশৈদি চহী খুদিংগী লিংখৎলি—কাংদা, ঝুলোনদা। খুবাক ঈশৈ তম্বিনবা ওজা লাপ্না থিরুদে। ঐখোয়গা হেক য়ুম্নোম্ননা ক্ষেত্রিময়ুম ইনে লৈশাবী লৈ, (বাহেংবমদা ময়ুম পাল্লগসু মপামদা লৈবনিনা ক্ষেত্রিময়ুম হায়না অদুম খঙলৈ)। অদুগা বাগা বাংমদা ঙারিয়াম্বম ইনে ব্রজমণিসু লৈ। মাসু ঐখোয় খুনগী থোকচোম নিঙোলনি। খুবাক ঈশৈ তম্বিবসি মখোয় অনীদা অয়াম্বা মতমদা তাই। করিগুম্বদা জগোই রাসকী সুত্রসু ফমই ইনে অনীসি।

জগোই রাস তম্বিবদি অরাপ্পদগী ওজা থিরুই। তৌরাং লৈকাইগী তৌরাংবম থোইবীসু মরম মরক্তা তম্বি। ইনেয়াইমা বিবিগী মচেনি। মশক-মতৌ ফজে, ময়াং লৈবাক্তদা নত্তনা চীংলোন মাপন লাম্না সনালৈপাক মণিপুর য়ৌনা মমিং চৎলি। মহাক্কা জিরিগী চীংথাংখোম্বীগা পুন্না সূত্র ফম্নবদি জগোইদো লোইরে, তাঙনা থোক্তবা কুম্মে অমনি।

গৌরলীলা, শঞ্জেনবনচিংবদি তোয়না শান্নদে। বাসোকীদি মতম লৈতে। বাসোকসু জগোই রাসতৌনা নোং ঙাল্লমদাই ফাওবা শক্লরম্মী। বাসোক্তা পাখংমচাশিংনা শেন থাবা খুৎথাসু বাসোকী কুম্মে মথেল অমনি। হৌজিকফাও কাউট্রি বাঁশকান্দিদা ইনেতোনখোয়গী জগমোহনদা সিঙ্গেরবোন্দগী থম্বালম্না অমদি অমুম্না মচীন-মনাওনা শকপা বাসোক্তা ঈনখৎলক্লিবা পাখং মচাশিংনা ঙাওশিন্নখিবদো। মচীন-মনাওদো ঈশেসু ফৈ, মশক-মতৌসু ফজে, মচেনা ঙৌই, অদুবু কুলৈ কুচু লময়ৌবী অমুম্নানা মতৌ লৈবা হেল্লি, রাশি লৈ। পাখংমচাশিংদো শেন অসুম থানরম্বদগী ফুরিৎ খাউ খালি ওইবা য়াওনরমাম্লে, মাগোপ ময়াইদা চঙশিল্লক্লগা মখুদাংদা শিবা ঘড়ী লৌথোক্তুনা বাসোক শকপীগী খুদাংদা শিবিরম্মী। অহন-লমনশিংনা লাউরকই—শেন থাবা ফজনা থাওকো। অতোপ্পা পাখং অমমুক চঙশিল্লকই, মখুত্তা শিরিবা খুদোপতো লৌথোক্লগা ঈশৈ শকপীদা শিজিনবিরম্মী। ভালো লাউবদো হৌরকপদদি ফজ-ফজনা লাউনরম্মী, খরা থেঙজিল্লক্লদুনা তৌমাম্লে, লোন-লি খরসু হাপচিল্লক্লে। অহন-লমনশিং তুমিন্না লৈবা য়ারকত্রমাম্লে লাউরকই— ইবুঙোখোয় ভালো লাউবা চুম্না চুম্না লাউ। তাগদবশিং অদুনা তাদ্রবনিনা পুংলাও। পাখংমচাশিংদো ঙাওশিন্নবদা হিদাম্নবদৌনা তৌরকই। ভালোনেহে থবায়লাকপী হায়না লাউরম্লগা পাখংমচা অমনা সাইকেল অহনবা অমা মাগোপ ময়াইদা ঈনশিল্লকই। পাখংমচা অমনমুক মাগোপ ময়াইদা চঙশিল্লকই, মশাদা লিংৎলিবা ফুরিৎতো শৎ লৌথোক্লগা ঈশৈ শকপীগী মরেংবান্দা য়ানশিনবিরম্মী। অহন-লমনশিং ফম্বা য়ারকত্রমাম্লে লাউরকই—লোইশিম্লো লোইশিম্লো, ঈশৈ লোইশিম্লো, মচোম্পাক আক-পাক নাইরকত্রে।

জগোই রাসতি তম্বা মতমদা মরক মরক্তা য়েংই, শান্নবা নুমিৎতদি হৌবদগীনা লোইবা ফাওবা য়েংই। খুবাক ঈশেসু অদু মগাই, তম্বদসু মাগোপতা শকপা মতমদসু হঞ্জিন হঞ্জিন অদুম য়েংই। অদুনা জগোই রাসকী ঈশে হৌবদগী লোইবা ফাওবা হাইফেৎ ফায়, খুবাক ঈশেগীসু। খোঞ্জেলসে ফত্তবনিনা ঈশে ফায় হায়দুমগাই শকপদি য়াদে ইশানা ফনা পামজরবসু।

গৌরলীলা অমদি রৌখালগুম্বদি পংশান শান্নদে। গুমাঙলীলাসু পংতৌ তৌদে ঐখোয়না য়ান্না অঙাং ওইরিঙেদা। কাছাড়দা লীলা পার্টি পংলৈ লৈতবা অদুনসু ওইবা

তাই। ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা শুমাং লীলা অহানবা উবসি মোইরাং পর্বনি, মণিপুরদগী লাকপা পার্টি অমনা শান্নরবনি। অনীশুবা লাঙ্জাও মনুংদা ওইরমান্নে। পুন্দিদা অহানবা ওইনা উবা লীলা ওইদুনা ওইরমান্নে য়াম্না নুংঙাইখি, মতাং খরদি হৌজিকফাও শংশংনা উরি। কাও ফাবগী মতাংনি। নোংবান্না কাওদো ইরাই-লাইনা ফাবা য়াগদৌবোই খন্দুনা নাপলগা লোয়ননা চঙশিনখিবদা কাওনা মঙোন্দা ওনশিল্লক্লুনা তান্নবদা নোংবান্না মাঙোপ ময়াইদু থুংনো কোয়রে-লৈদুনা চেনবদো, অদুগা চেন্না চেন্না লাউবদো—নোংবান ঐগী য়াইবী থবায় লৌখিবা তারে, কনা কনা লৈবগে ঐবু অমুক্তদি কনবিয়ু হায়না লাউবদো হৌজিকসু শংশংনা উরি। অদুগা লাইরমচা পিতৎ-পাতৎপা খম্বনা ঙাইহাক কাওগা ঈম্নরগা অদুঙৈগী ৱারী নীংশিংহন্দুনা হায়জবদা কাওনা তেথরক্লুনা ফাহনখিবদো, মদুদা কয়াতা নুংঙাইখিবা।

মতাং অমনা ইবুধৌ থাংজিংগী লাইবুংদা অমুদোন নোংয়াইগা মজাইবেম্মা থোইবীগা অনীনা জগোই শান্নমিন্নবদুনি। — ইবুধৌ থাংজিংগী লাইমাঙদা জগোই কৎমিন্নববু অদুক লাপ্না লেপমিন্নরিবদি করিগী, পারী নোংয়াই চঙশিল্লু, খজিক্তংগা খজিক্তংগা, অদুগা মজাইবেম্মসু খজিক্তংগা চঙশিল্লু, খজিক্তংগা খজিক্তংগা.....। মখোয় অনীনা ইকায় ইকায়না তপ্না তপ্না নকশিন্নরকপদা ভাবোক ময়াম্না থবায় তানা নোকপদুদি। অদুদগী নোংথোল মশামকসু হরাও মথোই কাদুনা জগোই শাগৎলকপদো—

ফজেদা নীংথিদা,
শাগৎলুদা সনাহল,
ইচাগা ইমৌগা.....।

অঙাং ওইরিঙৈদা য়াম্না তোয়না য়েংখিবদি বাংলাগী নাটকনি। মসিবু যাত্রাসু কৌই। মৈতৈগী শুমাঙ লীলাগা হাইফেৎ মান্নে। চহী খুদিংগী চা-বাগানদা দুর্গাপূজাদা নুমিৎ ছম্নি, কালীপূজাদা নোংমা—মসিদি শোয়দনা নাটক তৌই। মরক মরক্তা কলকাতাদগী যাত্রা পার্টি লাকপসু য়াওই, মখোয়না শান্নবা লীলাদি য়াম্না নুংঙাই। মণিপুরগী লীলা পার্টিনা শান্নবা লীলানা কাছাড়গী লীলা পার্টিনা শান্নবদগী হেন্না নুংঙাইবগুম্বনি। থংনবা খুন্দা লৈবনিনা বাগানদা তৌবা নাটকশিংদো অমত্তা চিংখদনা হৌবদগী লোইবফাও য়েংই। ঐখোয় অঙাংশিংতা নত্তে, থবায় য়াওবা অহনশিংসুনি। ঐখোয়না মিৎ কুপ্তমখৈ নুংঙাইনা য়েংবদি লান শোক্লবগী মতাংনি, লান শোক্লবা তোয়না য়াওস্রবদি লীলাদো পংনুং নুংঙাইতে। নাটক য়েংলুবগী নোংঙানবদা ঐখোয় ইচিন্নাও ঙাক্তা উতেক্ল-বাতেক্লা শাবা থাঙ-তেন পায়দুনা লান শোক্লগদৌরিবনি। লান ঙাইহাক শোক্লরগা অমা নৎত্রগদি অমদি চেনবা নৎত্রগা শিবা তাবনি। অদুবু চেনবা নৎত্রগা শিবা হায়বসি কনাসু পান্নদবনিনা ফনা কুইনা লানদো অদুম চখৈ।—

চেপ্লোনেহে নৎত্রগা শিরোনেহে হায়ব-কাদো তারসু তাপোৎ নত্তে।

ক্লাশ ফোর-ফাইভ তম্লকপগী অদুবাইদা ঐখোয়গী থংনবা খুন রানীপুরদা শুমাঙ লীলা অমা উৎলে, রামায়ণগী বারীনি, উধারবোন্দগী কাঙবুনা শাম্নরবনি। য়াম্না নুংঙাইখি। মদু উরুবদগী ঐখোয় অঙাংশিংসু লীলা শাম্নসি হায়দুনা খম্নরে। অদুবু লাইরিক্তি লৈতে, লাইরিক য়াওদনা লীলা কন্নম্না তমগনি? কনামতনা হায়দ্রগসু ঐ ইতোমতনা লীলা ইগে খল্লে। বাগানগী কৈথেলদা রামায়ণগী তাংকক তাংকক্কী ওইনা ইবা নাটক মচা মচা য়োল্লি, সিকি সিকি পীদুনা খরা লৈরে। অবাংপা তাংককশিং অদুনা কলকাতাদগী চেল্লে। নুংঙাই-নুংঙাইগদবা তাংককশিংদো খল্লগা মৈতেরোলদা হন্দোক্লে, চপ চানা হন্দোকপা হায়বদুমক্তি নত্তে, ঐনা খণ্ডজ-হৈজবা মৈতৈরোলদা হাইফেৎ শক্লোন হোংহনবগী বাতনি, ককথোক-ককশিন হাপতোক-হাপচিন ইনীং তৌনা তৌরে। বাগানগী নাটক য়েংবদা ঐখোয়না য়াম্না নুংঙাইখিবদি লান শোক্লবগী মতাংনি। অদুনা ঐসু ঐগী লীলাদা লান শোক্লবগী মতাংসি য়ারিমখে হাপচিল্লে। অদুবু ঐগী মৈতৈরোলদি করিমুক হায়রুনি, হৌজিক নীংশিংলুরগা পূক্নিং অসি নুংশি। মতাং অমদি হৌজিকফাও নীংশিংলি, লঙ্কাগী নিংথৌ রাবণনা রামচন্দ্রদা হায়রিবনি—সাইরোং পায়খৎলু, লান তৌনসি। মাঙ্গোন্দা ফমদুনা লীলা তম্বা য়েংলিবী লৈকাইগী ইনেশিং অমনা চুমথোকপিরকই—সাইরোং হায়গদবা নত্তে লীরুংতেন হায়গদবনি। মসিনি মতমদুদা ঐগী মৈতৈরোলগী থাক।

লীলা তম্বদো য়ুম্নামগী ইনে জয়ন্তীখোয়গী শুমাঙদা তমই। ইমুং অদো অঙাং অপিকপা লৈতে, খরা চিকই। অদুবু লীলা তম্বা য়েংবা লাকপদি মাঙ্গোন অদো হাইফেৎ থল্লি, ইমা-ইবেম্না অয়াম্বনি। নুমিদাংগী চাক-ঈশিং চাবা লোইবগা হেক্তা লাক্লে, য়ৌরকপগা কা শায়বগা খায়বগা লেপ্তে, হিদাক থকপশিংনা হিদাকপূদা প্রোক প্রোক। ভাবোক্কী খুৎতিনদো উবদা ঐখোয় হরাওই, লীলাসে মায়দি পাক্লনি। হনুমান শাবা মাইস্নাম মোহন্না ময়া হিগৎতুনা ফন্-ফন্ চোংদুনা হেক থোরকপগা মাগী মতৌদুদা ময়াম বা নোকই, হায়রকপা য়াওই—মমাঙ চীংদা লৈবা শল্লুপ পুবা য়োংজাউদো অদুমক হেক মাল্লি। অতৈমক নৎত্রবসু হনুমান শাবসিমদি ফজনা পাল্লনি খল্লি।

ঐখোয় মশেন তুমিন্না হায়নৈ, লীলা ফোঙবা নুমিৎততি লঙ্কা মৈ থাবগী মতাং উৎপদা হনুমানগী ফিনা শাবা মমৈদো কেরোসিন খরা চোৎহল্লগা মৈ চাকহনবা তাই। বা তাবদা মোহন হরাওই— ঐ তৌবিগেনে কৈসু লৈতবা থবক্তুবু। অদুবু লীলা ফোঙলমদাই নুমিৎ খজিক্তং ঙায়শিল্লরুবদা নোংমদি মোহনদো লাকখিদ্রে। পাউ লৌবদা কম্না নারে হায়বা তারে। মাইবনা লাইওরুবনি হায়, উরুম লৈকাইগী লম্বী মপান্দা হৌবা লাইওইরবা খোঙনাং পাম্বী মথক্তা লৈবা ফৎথিদ্রবা লাইমুদুগা ওরুবনি।

নীনি-খুম্নি লৈরগদি মোহন অদুম লৈখিদ্রে। পাউ তাবদা কয়াতা নুংঙাইখিদে। হনুমান শাবদুনা লৈখিদ্রবদা ঐখোয়গী লীলাদুসু অদুম থুপচিনখ্রে।

মতম খরা মতুংদা ঐখোয়গী খুনদা থৌদোক অমা থোকখি— কাংগী মতমদনি। অয়ুক, নুমিৎনা মাঙোন ময়াই য়ৌরকপগী অদুবাইদা ঐখোয় অঙাংশিং মাগী মাগী শঙোনদগী শন থাদোক্লগা পুল্লপ হোইদুনা পুরগা মনীংগী চীংদুম অমদা হোইজিল্লম্মী, ঙাইহাক লৈরগা শন-ফালা শেনবগী পালি তাবা মীদুনা ময়ামদো শেনগদৌরিবনি। ঐখোয়না শনশিংদো থাদোক্লম্লগা ফৈদোম মণ্ডা-তরুকলোম চৎপতা ঙায়রি, শনশিংদো বো বো খোংদুনা চীংথক্তগী চেম্বুরকই। অনকপদা শম্পোৎ খোইরিবশিংনা লাউনরকই—শা লৈরে, শা লৈরে।

ঐখোয় ময়াম খংলেপ লেপতুনা য়েংই। মহৈ মহৈ শম্পোৎ খোইবা তোক্তুনা চীংদুমদো কোয়শিনবা হৌই। খরমনা লাউরকই—হূই কৌরকউ, হূই কৌরকউ।

ঐখোয় অঙাংশিং ঙাঙনৈ—ঐখোয়গী অসোমদবু চেনশিল্লক্লবদি লৈখোম্না মমায়-মমিৎতা হেক্তা চাইশিল্লগা লোইরে, লৈখোম্না থোমজিন্দুনা মমিৎ উদ্রবদি কৈসে লায়না ফাবা নৎত্রগা হাৎপা য়ানি। কয়াতা নুংঙাইশ্রবা ৰাখলনো। ঐখোয়দা য়াওরিবা খুৎলাই হায়ববু খুৎতা পায়রিবা শাচৈ অম-মম অদুতনি।

কৈ ফাবগী লৌশিংসে ঐখোয়না পুথোকপা নত্তে। পাঠশালা তম্লিঙৈদা লাইরিক্তা য়াওবা ৰারী অমদগী ফংবনি। ৰারীদো অসুম্ননি।

খুঙ্গং অমদা কৈ অমনা শন হেক হেক হাৎতুনা চারম্মী। খুঙ্গাশিংনা কৈসে করম্না ফাসিগে নৎত্রগা হাৎসিগে খন্নরম্মী। কাইনথংদা উপায় অমা পুথোক্লে। খন্নবা মতুংইম্না কৈনা শোক্তুনা শিরবা শন অমগী মনাক্তা অকোয়বদো উনা-ৰানা ময়াম অমা চাইথোক্তুনা থম্লে, অদুগা উনা-ৰানাশিংদো থৈবোং মনপ তপ-তানা তৈশিল্লে। কৈদুনা খঙদদুনা শনদো চাগে লাকপদা থৈবোং মনপ্না মখোঙ মরিমক পুংনপ নপখ্রে, মদু তৈথোক্লবা তৌবদা মমায়, মমিৎ পুন্নমক উনা-ৰানানা পুংনপ নপশিনখিদুনা কৈদো মমিৎ উদ্রে। তাঙ্গা চারে খন্দুনা খুঙ্গাশিংনা চেনশিল্লক্তুনা উতুপ-ৰাতুপ্না থাদুনা কৈদো হাৎলে।

লাইরিক্তা পাখিবা ৰারীদুনা ঐখোয়দা কৈ ফাবগী লৌশিং পীবতা নত্তনা ঈচং-থৌনাসু পীখি। অদুবু ঙাইহাক মতুংদা চীং কোয়শিন্দুনা কৈ তাল্লিবা ময়ামদুনা 'কৈ চেম্বুখ্রে, কৈ চেম্বুখ্রে' হায়দুনা লাউরকপগা লোয়ননা কৈদুনা চেম্বুরকপা উবদা ঐখোয় কৈগী মমায়দা লৈখোম চাইশিনবগী ৰা-ককা নীংশিংখিদ্রে। 'চাচা আপন প্রাণ বাচা' চাচা নথবায়তা হিংনবা হোৎনৌ— ঐখোয়সু ইশা ইশাতগী থবায় হিংলগা লোইরে হায়দুনা খুদক্তা নামৈ থাঙ্গৎতুনা য়ুম য়ৌনবা চেল্লে। কৈদুনা ঐখোয়রোমদা চেনশিল্লক্লম্লদি ঐখোয় য়ুম য়ৌবা নংবগী ৰা লৈতে। কপ্পাক থক্ থক্ নিকখিদুনা

লৈখোম মরক্তুদা চেনবদুদি করিমুক হায়নি, মঙদা শামুনা তান্নবদা চেনবদুমঙাই, খোঙসে লূমথখিবগুম ত্তৌই।

ঐখোয়না য়ুম য়ৌবগী ঙাইহাক মতুংদা কুলিমচা অহম কৈনা শোক্লে হায়দুনা ঈনা পূংতৈ তৈদুনা পুখৎলক্লে। পাখং ফারবা ঙাক্তনি, ঐখোয়গী কোল্লুপতা লৌ-শীং উবগী তেংবাংবা ওইনা লৈবনি, মখোয় অহন্না কপ্পদুদি চান্নবা য়েংহৈখিদ্রে, শিত-শিন্নদবা মাল্লি।

লৈকাইগী মাঙোপতা কাংগী উৎসোব থোংলি অজ্ঞা নবদ্বীপ। অজ্ঞাদো মশা-মউ কৈ, মপাঙ্গল মথৌনাসু। কৈগী পাউ তাবদা উৎসোব থোংব-ককা খোয়জংখিদ্রে—এরা, কৈদুবু কয়াম চাউরদুনা, খুৎচাবী চৈ অমা পায়রগা মফম চানা হেক থোম্বদা অদুম লোইগদবদুবু,—অদুঙৈ ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা অহন-লমনশিংনা থাঙ-তা উতুপ-বাতুপতনা মহাদেব চীংথক্তা কৈ হাৎখিবদুদি। মহাদেব চীংথক্তা কৈ হাৎখি হায়বসি বারী নত্তে, তশেংনা থোকখিবনি।

উৎসোব চাবা হেক লোইবগা খুৎ তৈথোকপোই-তৈথোক্তবোই মহাক্কী খুৎচাবী চৈ অমা পায়রগা অজ্ঞা নবদ্বীপ লৌবুকলোমদা কুমথখি। অদুবু কুইহৌদে, ময়াম লাউনরকখি—বামোন নবদ্বীপ কৈনা শোক্লে, নবদ্বীপ কৈনা শোক্লে। মশা পুম্বা ঈনা পূংতৈ তৈরবা অজ্ঞা নবদ্বীপ মী মরি-মঙানা পুখৎলকখি—ময়াম্না ঙাঙনরকখি—শা-কৈদা নাপন তৌবা য়াপোৎ নত্তে।

চাক-ঈশিং লোইবগা ইপম্থৌ বাগানগী ম্যানেজার সাহেবতা কৈগী পাউ পীবা চৎখি। চৈরক অসিদা থংনবা মৈতৈ-পাঙল খুন বাগাদগী শিকার হৈবা মখোয় অম-নীসু নোংমৈ পায়দুনা থুংলরে। ইপম্থৌসু সাহেবকী কারদা তোংদুনা সাহেবকা লাকমিন্নরে। থুংলবগা মখোয় অনীমক কৈ লৈরিবা চীংদুম অদোমদা পাংখ্রে। ঐখোয় ময়াম মহাদেব চীংথক্তা লেপতুনা কুম্মৈ য়েংলি।

পংকুই কুইহৌদে, নোংমৈ মখোল অমা তায়। ময়াম্না হায়নৈ—পাল্লম্মনি পাল্লম্মনি, সাহেবনা কাপ্পনি। ঙাইহাক লৈরগদি ঈখেনো মশা পুম্বা জ্ জ্ শিম্বনা ইপম্থৌদো পাবোনা মনঙ্গন্দা পোদুনা পুখৎলক্লে। ফিভম অদু য়ৌরফাওবদা ইপম্থৌগী মরিংজেল-মথৌনা হন্দে—থোরাইমচা, কৈদুসু শাথীনা শোক্লমগনি, মনঙ্গন্দা ফমথরগা ঐসু থাঙজৌনা চোপ চোপ হেক্তা য়াম্বনিনে।

নুমিৎ অদো ইপম্থৌনা খ্বাইদগী হেন্না শোকখি। ময়াম্না হায়নরকখি—কৈবাউ পুবা মীনা কৈদৌদসু শা তানবা য়াওরোইদবনি, শানা অতম্বনা মাবুতনি শীংনরক্কদৌরিবা।

আলিপুর মিশনগী ডাক্তরশিং লাক্তুনা অশোকপশিংদো লায়েংলখি, মখোয় নুমিৎ খুদিংগী লাকখি। কুলিমচা অহমদুদি পংকুই কুইদনা ফরকখি। ইপম্থৌগা অজ্ঞা

নবদ্বীপকদি ফনা কুইনা ফমদা তাদুনা লৈখি। অদুগা ইপম্বৌদি খুকউদা শাথীনা শোকপা মরম্না পুন্সি চুপ্পা মখোঙ নামা শেক-শেকতুনা চৎখি।

নুমিৎ অদুদা কৈদো হাৎপা নৎত্রগা ফাবা ঙমখিদ্রগসু খুঞ্জাশিংনা কৈদো চঙনা ফাবা নৎত্রগা হাৎনবা লাং শাদুনা হোৎনবদি তোকখিদে।

করি বাখলদগীনো খঙদে থৌদোক অসি ঐনা বারী ওইনা ইগে খল্লকখি, নুমিদাং কয়া চে-কলম পায়দুনা মতেক মতেক ইখি, তৌবতবু মৈতেরোলদা নত্তে বাংলাদনি। মৈতেরোলদা লাইরিক তমদবনিনা মৈতেরোল ইবা হৈতে। মতমদুদা কাছাড়দা মৈতেরোলনা লাইরিক তম্বগী বাখলসে লৈরমদে, খুদোং চাবসু লৈরমদে। বাংলাদি স্কুলদা তম্বতা নত্তনা অঙাংশিংগী দমক্তা ইবা আউট-বুক কয়াসু পারে। অদুনা ঐনা খঙজবা থাক অদুদা বাংলাদি খুৎলোয়না ইবা ঙম্লে। মৈতেরোলদি ঐঙোন্দগী ফনা লাপ্না লৈরম্মী।

ছাপা ময়েক্তা মৈতেরোল ইহান-হান্না পাখিবসি আলিপুর মিশনগী পাদ্রিশিংনা মরক মরক্তা ঐখোয়বু পাউ হায়দুনা পীরকপা লিফলেট মচা মচাশিং অদুনা ওইবা তাই—'প্রভু যিশুগী অফবা বা-পাউ', 'অরান খুভম ফংননবগী লম্বী' অদুগা নিউ টেস্টামেন্টকী মণিপুরী শায়োন 'অনৌবা বা লেপ্নবা'। পানীং-পানীংদা পানবা হোৎনখি, অদুবু অঙকপা লোন্দা-পুদাদুনা ওইরমাল্লে করিমতা ভাব-মেন তাবা ঙমখিদে। মতাং অসিবাইদা ওইবা তাই, পাবোনা মণিপুরদগী মৈতেরোলগী লাইরিক অনীথক পুরকখিবদো, অমনা ওক্রম ইবোমচা সিংহনা ইবা 'লাইয়েং লাইরিক' অদুগা অমনা মুতুম ঝুলন সিংহগী 'বিজয় পঞ্চালী'। অহানবগীসিনা পাবোনা মাইবা শাবদা মতেঙ য়াম্না পাংখি। আনোক য়াওদ্রবদি পাবোনা ময়েক অকুপ্পদো পাবা ঙমদবনিনা ঐবু য়াম্না তোয়না পাহল্লি, ঐসু মার-মারদুনা পাননবা হোৎনখি। অদুবু লাইরিক অনীসিনা মৈতেরোল ইবদদি ঐবু মতেঙ পাংবা ঙমখিদে।

মতম অদুগী ঐনা ইবা মৈতেরোলগী নমুনা অমতং উরবদি ঐগী মৈতেরোল ইবগী থাক অসি ফজনা খঙবা ঙমগনি। পাবোনা মখুৎ ফজদে হায়দুনা মরক মরক্তা ঐবু চিঠি ইহল্লি। পাবোনা বারোলদো হায়, ঐনা ই—

শ্রীহরি

পরমপূজনীয়,

শ্রীযুক্ত মাইবুঙগী মাফমদা শতকোটিরক হান্না খুরামজখিবনি।

মারমদি কারি থইদকপা..........

শ্রীগোবিন্দগী থাউজালদাগী মাইবুঙহোয় কারি থইদকপা তউরিরোই খাল্লি। আইখোইসু কালীমাই ইমা ইবেমাগী কৃপাদাগী কারি

থইদোকপা তউদে। ইতি—

শ্রীরতন সিংহ

ঠিকানা—

শ্রীযুক্ত মাইবাম ইবুঙহাল সিংহ

সাং হিয়াংথাং, পোং আং ইম্ফাল

মণিপুর, আসাম

মণিপুর ইরগা অমুক আসাম হায়না ইবসিগী রহস্য ঐঙোন্দা মতম কুইনা পোমাই হাংবা ঙমদনা লৈখি। মণিপুর অসিবু মতম অদুদা আসামগী মনুং চল্লমব্রা?

চহী কয়ামুক মতুংদা খণ্ডলকখিবনি, মসিগী মরম অমদি লৈরম্মী। মণিপুরগী পোস্টেল মেইল-সার্ভিস অসি আসাম সার্কলগী মনুংদা লৈরম্মী। অদুনা 'মণিপুর, আসাম' হায়না ইনরম্বনি হায়।

১৪

অনীশুবা লাঞ্জাও লোইশ্রবা মতুং ফনা কুইনা ফাওবা লাঞ্জাওগী চৈনাখোল হৃহৃখিদে, অহোইনদুম হেঙ্গৎলকপদৌনা তৌখি। চৈরত্তুদা ১৯৪৭কী আগস্ট ১৫ লাকখি— ভারত স্বাধীন ওইবা নুমিৎ। নুমিৎ অদো স্কুল ছুটি ওইরবসু ঐখোয় লোইনা স্কুল কাখি নীংখা তম্বগী হরাও নুংঙাই ফোঙদোকপগী অচম্বা থৌরমদা য়াওবা। অথুম-অহাও য়েন্দুনা ঐখোয় অঙাং মযামবু পীজখি, ওঝাশিংসু চাখি, মফম অদুদা তিল্লখিবা মীশিংসু। ওঝাশিংগী মরক্তগী, কনা কনানো কাউখ্রে, মখোয় অম-নী অদুগা তিল্লখিবশিং অদুগী মরক্তগী অম-নীসু বক্তৃতা তৌখি, ফজ-ফজবা বাহে কয়া হায়খি। চহী চনিরোম ইংরেজগী মখা পোন্দুনা লৈরম্বদগী ঐখোয় ভাবতবাসী পুন্নমক ঙসিদগী নীংখাতম্বা ফংলে। অসুক কুইবা ঐখোয়বু নমথদুনা থম্নম্বা, ঐখোয়বু ওৎতুনা নৈদুনা শুমদুনা চারম্বা সাম্রাজ্যবাদী বৃটিশকী নুমিৎ ভারত্তগী তাগ্রে। হৌজিক ঐখোয় ইশাবু ইশানা শাসন তৌজরগনি। চাহোংলগনি ঙাহোংলগনি, লাইর-অনং কোক্লগনি, ভারতকী নুংঙাই য়াইফববা নুমিৎ অদো থোবক্রে। বক্তৃতা লোইবা খুদিংগী অহন লমন্না তৌবদো উরগা ঐখোয় অঙাং ময়ামসু খুবাক প্রোক প্রোক খুখি। স্বাধীনতা হায়বদুগী অর্থ নীংথিনা খঙবোই খঙদবোই ঐখোয়সু হবাওখি, নুংঙাইখি। ভারতকী নুংঙাই য়াইফবা নুমিৎ হায়বদো হয়েংদগী থোরক্লদবোই খনখি।

অদুবু থোরকখিদে, নুংঙাই-য়াইফবা নুমিৎ হায়বদো, ফনা কুইবফাও লাকপা লৈখিদে। মদুগী মহৎতা নোংম নোংমগী অবা-অনং হেঙ্গৎলকপশুম তৌখি। পোৎচৈগী মমল নোংম নোংমগী হেঙ্গৎলকখি, শেৎন-চানবা ফিরোল ফংবা বাবকখি, নুমিদাং থাউমে থান্নবা কেরোসিন ফংজিল্লকখিদে। মীয়াম্না ঙাঙনবা হৌরকখি— অসিরা স্বাধীন হায়বদুবু! মহারানীনা পানবদুনা হেন্না নুংঙাই। মহারানী ভিক্তোরিয়াদো শিখিবা কুইরে হায়বসি মীচম প্রজানা খঙদে, বৃটিশকী অরোইবা নুমিৎ ফাওবদো মহারানীনা পাল্লম্বনি হায়না খল্লি। লাইরিক লাইশু হৈতবা মীচম প্রজাশিং অসুক্কী মতীক লৈবাক্কী ঈ-পাউ খঙলমদে, অসুক্কী মতীক মখোয়বু অমম্বা তাইবং অমদা থম্বিরম্মী।

পোৎচৈ বাৎপগী, ফংদবগী অবাবা মগুক কন্না হায়গৎলকখি, মমলগী বাদি কান্নদে, মৈনি। ফিরোল ফংদবগী চৈথেং য়াম্না কনখি, অদুবু কাগুলুপ অতৈগা য়েংনরুবদা মৈতৈদনা চৈথেং অসি খরা বাৎপগুম তৌখি। মদুগী মরমদি মৈতৈগী য়ুমথোঙ খুদিংদা নুপীশিংনা ফি শাই, ইমুং মনুংগী শীজিন্নবসু কৈথেলদা য়োন্নবসু। অবাবদি লং ফংদে, লং লৈগে হায়বা ফংদে। করি মরমগীনো খঙদে। সরকারনা ফিভম অসি লাকশিন্নবা, ফিশাবীশিংদা লং খরতং ওইরসু ফংহন্নবা লংগী মমল কন্ট্রোল তৌই, রেশোন সিস্টেম হৌদোকই। অদুবু রেশোনগী এজেন্ট ওইরিবশিংনা মমিংতগী ওইনা লং খরতং য়েঙ্কোক্লগা অয়াম্বা শরুকতি ব্ল্যাকমার্কেটতা থাদোকখি। মতাং অসিবাইদনি রেশোন হায়বা বাহৈসিগা ব্ল্যাকমার্কেট হায়বা বাহৈসিগা মচীন মনাওদৌনা ময়াম্না তোয়না পন্নরকখিবদো।

ঐখোয়গী অদুবাইদা খুন খরদুগী রেশোন এজেন্ট ঐখোয় খুনগী অমনা ওই। লাইরিক খরা হৈ, মবুক মপাউসু ফৈ, মহাক্না এজেন্ট ওইবদো খরা ফগনি হায়না ময়াম খন্নখি। অদুবু মীওইবগী ফত্তবা শাজৎ হায়বসি হৌদোংনা ঙারৌ লাক্কদগী তাঞ্জা লুমদুনা লৈবগুম তাঞ্জামতং ফংলবদি হায়দুনা ঙাইদুনা লৈবা জাৎ ওইরমান্লে। অহানবদদি থবক খরা ফজনা তৌবম্বগুম তৌখি, অদুদগী কদোমদগী নুংশিৎনো অমা শিংলকপগুম তৌখি। মতম খরা মতুংদা নুপাদো মফি-মরোল নানখৎলকখি, চুরুপ অহাওবা থকৎলকখি, রেলি সাইকেল অশংবা তোংখৎলকখি, লৌশীংসু খরা লেপশিন্নকখি, লৌবুক কুম্মা ফাওবদা খোঙউপ থাদোরকখিদে। কুইহৌদে, নোংমদি বা-বা লাউনরকখি,—লং বাগুল ময়াম অমা গাড়িদা হাপচিন্নগা কদায়দনো পুনবা তৌবদা থানানা লম্বীদা ফারে হায়য়ে। লোংগুপ তানবদা লোংগুপ্পা উপ্পবা ঙাগুম মহাক নাম্থোকপা য়াখিদ্রে। নুমিৎ কয়ানিরোম পুলিশ লোকাপ অমদি হাজৎতা লৈখি নুপাদো। ফাদোক তাদনবা কোয়চেন চেন্দুনা হোৎনবদা পুলিশ অমদি উকিলগী শেন হুনবদা লেপখৎচরুবা লনথুমদো থন্নাথক্কী লাইজগুম পুংতাক তাকখি। মহাক্কী দশাদো উবদা ঐখোয় য়াম্না নুংঙাইখিদে। অদুবু মী খরনদি হায়নখি, য়াম্না চানীংলবদি লেক্সুনা তোকপনি। খরনমুক হায়খি, নিজ কর্মফল হায়দুনি—মানা মানা তৌবা মানা মানা ফংবা। মহাকপু নুংশিবা মী খরনমুক হায়খি, ঐখোয় খুনসিদা মাবু কন্নকপা খরা লৈ, মীগী অফবা উবা ঙমদবা, মখোয়না খুদোম্বী থিনজিন্দুনা তৌরিবনি।

লং মরাং কায়না ফংদ্রবসু মৈতৈশিং অয়াম্বদি লশিংদগী লং নাইদুনা মাগী মাগী ইমুং মনুংগী শেৎন-চানবা ফিরোল শাখি। কৈথেলদসু য়োনখি। ঐখোয়গীদি পাবোনা মরক মরক্তা পাতিছড়া বাগানগী কৈথেলদগী লশিং বোরা অম-মম লৈরুই। মাইল তরেৎ-নিপান্নোম লাপ্পা হপ্তাগী ওইনা কাবা পাতিছড়া বাগানগী কৈথেলদা চীংমীশিংনা লশিং, য়াইঙং, মোরোক অতেকপা, পানা-নচিংবা য়াম্না য়োন্নে হায়।

পাতিছড়াদগী মরক মরক্তা লাই-থরোইসু পুরকই, লৈরকপা নত্তে, হল্লকপদা লম্বী মপান ওইদুনা লোকতা চেনবা ঈশিং ইচেল মচাদগী কুমথদুনা খুল্লকপনি। পাতিছড়াগী লাই-থরোইদো য়াম্না হাওই, থরোই অতৈগা মাম্নদবগুম তৌই। হোয়, পাবোনা মরূ ওইনা লৈরকপদি লশিংনি, লশিং অঙৌবা মরক মরক্তা লশিং অঙাংবসু য়াল্লকই। লশিং অঙাংবদু তোঙাম্না খন্দোক্লগা মদুগী লংতনা খ্বাঙদা কুংনা য়েদুনা ফনেক নথত্রগা ঐখোয় অঙাংশিংনা শেৎনবা খোঙগ্রাউগী ফি শাই। খাকিগী খোঙগ্রাউ শেৎলম্বদগী লশিং অঙাংবনা শাবা ফিগী খোঙগ্রাউ ঐখোয় ফনা কুইনা শেৎখি।

ফি ফংদবগী অমদি লং ফংদবগী অবাবা খরমখৈ থেংনবা ঙমখ্রগসু কেরোসিন ফংদবগী অবাবা থেংনবদি ঐখোয়দা লায়না থোকখিদে। মতম অদুগী কেরোসিনদি অঙৌবা নত্তে, অঙাংবনি, মৈঙাল থোইনা থোক্তে, তেংগালিসু য়াম্না কায়। অদুবু অদুগুম্বা কেরোসিন অদুসু ফংদবা হায়বসে শাথীরবা অবাবা অমনি, মরূ ওইনা লাইরিক তম্বা অঙাং লৈবা ইমুংগীদমক্তদি। রেশোনগী দুকান্দগী মরক মরক্তা পবামুক করিমুক ফংবদুনা নুমিদাং মুখু অনীগুনা থানবা কোন্নদে। ঐখোয়গী ইমুংদদি মীসু য়ুমসু য়াম্বনিনা অবাবা অমনি। ইপহৌনমা মাঙোন্দা মৈ অমা থান্দবা য়াদে, মৈ মম্বদা লাউরক্লদৌরিবনি। মরক মরক্তা ঐখোয় খরা খরা চাউরবা ছাত্রশিংগী লাইরিক পাননবা কন্ট্রোলগী কেরোসিন পবা অম-মম স্কুলদা য়েল্লি। অদুবু মদুনা কোন্নবদি রায়। অদুনা ঐখোয় মরি— ঐনে বালানে বাবাহন্নে বীরেন্দ্রনে ঐখোয়গী টেবল অচৌবদুগী ময়াইদা মুখু অমা থাল্লগা ইকোয় কোয়শিন্না ফম্নগা নুমিদাং লাইরিক পামিম্নে। তাচৌদি ঐখোয় মরিনা লাউনা লাউনা লাইরিক পাবদুদা মাগী এলজব্রাগী ফোর্মুলাশিংদো চীনফা পুবা ঙমদে হায়দুনা তোঙাম্না পাই। টেবল ময়াইগী মুখুদা হাবা কংখ্রগা হাপনিংঙাই লৈরকত্রবা মতমদা মোমবতিনা শিল্লি। মোমবতিনা চাক্তুনা তুমখ্রবদা ঐখোয় লৌশিং অমা পুথোকই— নেসেসিটি ইজ দি মাদর ওফ ইনভেনসন হায়বদো চুম্বা তাই। মোমবতি মথীশিংদো খোমজিল্লগা কোথি মচা অমদা নথত্রগা তেংগোৎপী অমদা হাপচিল্লগা ময়াইদা চোক মতেক অমনা দোশি ওইনা খিল্লগা মৈ থাল্লি, মৈঙালদুদা ঐখোয় লাইরিক পাই। মদুসু ফনা কাম্নে, ফনা কুইনা চৎলি।

কেরোসিন ফংনদবগী মতাং অসিদা অরানবা পাম্বনা শেন তানবগী লৌশিংসু থোরকখি। ওইজ-ওইথক তানবগী পাম্বে থিবদা করি করিগুম্বা মতাংদা অচুম-অরান অফ-ফত্তগী বাখল মাঙখিবসু য়াওই। ঐখোয়গী খুন্দমক থোকখিবনি। নুপা অমনা কেরোসিন টিন খরা লোম্না লৌরুদুনা লৈরে হায়দুনা নুমিদাং অমা কনা কনা লৈহৌগগে হায়দুনা তুমিম্না পাউ চেল্লি। কেরোসিন টিন অমা ফংবা হায়বসি অরায়বা নত্তে, অদুনা লুপা তরানিথোইদা কেরোসিন টিন লোইনমক নুমিদাং অদুদা লৈনখি। মথংগী নুমিৎতা কেরোসিন টিনদো মমায় থুগাইরুবদদি কেরোসিন অমত্তা য়াওরমদ্রে,

কেরোসিনগী মহৎতা ঈশিং ভাক্তা ওইরম্লে। কেরোসিননি হায়দুনা য়োল্লকখিবা নুপা অদুগী ময়ুমদা চৎতুনা থিরুবদদি নুপা অদো থিবা ফংদ্রে। অহিঙ অদুমক্তদা ময়ুম থাদোক্তুনা কদায়দনো চেনখ্রে। নুপা অদু চহী ফনা কুইনা ময়ুমদা হজিল্লকখিদে।

মতাং অসি রাজনীতিগীসু য়াম্না চরাংনবা মতাংনি। কমিউনিস্ট পার্টি অমদি মসিগী লৌমীলুপ কৃষক সভাগী লমজিং মখাদা তেভাগা আন্দোলন কন্না শাগৎলকপা তাঙ্গানি। লৌমীশিংনা দাবী তৌরকখি— লৌবুক্কী ফৌথোক্কী শরুক অহুমগী শরুক অনীদি লৌমীনা ফংগদবনি, লৌবুনা শরুক অমা। অসুক কুইবসি লৌমীশিংনা মখোয়গী হুমাংমল চপচানা ফংদনা লাক্রি, লৌবুক্কী পোথোক অয়াম্বা লৌবুশিংনা লৌদুনা লাক্রি। লৌবুক্তা নোংজু-নুংশাদা লৈখোম-লৈনাং তিম্ফা-কাকফে মরক্তা হুমাং জৃ-জৃ শিন্থুনা শরু-শয়াং তেকপমখে থবক শূরিবনা লৌমীশিংনি। মপাঙ্গলতা নত্তে লৌমীশিংনা পুথোক্লিবসি। লৌ উবদা চঙবা শন-ইরোই, মরু-মরাং অসিনচিংবসু লৌমীশিংনা পুথোক্লিবনি। অদুনা লৌমীশিংনা পোথোক্কী শরুক অহুমগী অনী ফংফম থোকই হায়বসিদা হেন্না দাবী তৌবগী বা য়াওদে। লৌমীশিংগী দাবী অসি ফংফম থোকপা দাবীনি, অচুম্বা দাবীনি। দাবীগা মরী লৈননা লৌমীশিংগী অকনবা ঈহৌ শাগৎলকখি। মসিবু তেভাগা আন্দোলন হায়না খঙনখি। তেভাগা আন্দোলনগী মৈরী কন্না চাকখৎলকখি। আন্দোলনগী মৈ চুবা হৌবদি তেলেঙ্গানাদনি, মফম অদুদগী মথং মথং লম্মে চাকপদৌনা শন্দোরক্তুনা নোংপোক ভারতকী মফম কয়া য়ৌরকখি।

চৈরকসিদা ১৯৪৮গী ফেব্রুবারিদা ভারত কমিউনিষ্ট পার্টিগী অনীশুবা কংগ্রেস কলকতাদা ফমখি। মীফম অদুদা ফোঙদোক্লখি, ভারতনা নৌনা ফংলিবা নীংতম্বসি লৌমী-শিন্মী অমসুং লাইর-অনংশিংগী দমক্তদি অর্থ থোকদ্রে, মসিদি টাটা-বিরলাগুম্বা শেঙ্গাও পায়বা ক্যাপেটেলিস্টশিংগী মরন-মথুম হেন্না হেন্না পৈশিনবা য়াননবা মখলগী নীংতম্বনি। লৌমী-শিন্মী লাইর-অনংশিংগীদমক্তদি হায়রিবা নীংতম্বসি নমথাক্লি—ইয়ে অজাদী ঝুটা হৈ। মীফম অদুনা বারেপ লৌখি— লৌমী-শিন্মী লাইর-অনংশিংগী মুক্তিগীদমক খুৎলাই পায়দুনা বিপ্লব তৌবা তাই— খুৎলাই পায়বা লালহৌ, তেলেঙ্গানাগী লৌমীশিংনা হৌরিবা খুৎলাই পাইবা লালহৌসি অচুম্বা খোঙথাংনি, তেলেঙ্গানাগী লম্বীনা অচুম্বা লম্বীনি।

কলকাতা কংগ্রেসকী বারেপসে হেক লাউথোরকপগা থীনথবা তৌদনা ভারত সরকারনা কমিউনিস্ট পার্টি অসি আইম্না য়াদবা সংস্থান ওইরে হায়না লাউথোরকখি। লাউথোরকপগা লোয়ননা কমিউনিষ্ট লুচিংবশিং ফাব-পুনবা হৌরকখি। অদুগুম্বা ফাব-পুনবা অদুদগী নাম্থোক্লনবা পার্টি অসিগী পোরোম-শারেংদগী হৌদুনা ভামু-ঙক্রা ফাওবা অণ্ডারগ্রাউন্দ চঙখি। মীরোং লিশিং লিশিং কয়াদুগী মরক্তগী অনী-অহুমদি ঐখোয়গীদা লৈরখি। পংকুই কুইনা লৈতে, নুমিৎ খরনি কাঙবু অমা লৈরম্লগা

মখোয়দো কদায়দনো অমুক চৎখি, অদুদগী কাঙবু অমমুক লাকই।

নোংমদি ওলাংথাগী নুংথিলনি। হমাংনা জ্-জ্ শিঙনা স্কুলদগী হল্লকপগা লাইরিক-লাইশু থমজিল্লমদুনা ঈরুজথোক্লুগে হায়দুনা পুথ্রিরোমদা চৎলি। পুথ্রি মপান হেক য়ৌবগা ঐ হাইফেৎ ঙকচানে। মাঙদা ঈরুমায়থজফমদা ঈরুজরিবসি ক্নানো। লৈশাবীসু মাল্লি মৌনহাসু মাল্লি, মশা-মঙ ফৈ, ঙৌরোক ঙৌই, য়েংবদা নুংঙাই, ফনেক শেৎলি, অদুবু মৈতে নুপীদি মান্দে, মৈতে নুপী নত্তে। ঙাইহাক ঙকচানরুরবা মতুং ভাব তারকই, নুপী অমগসু থুংলরমাল্লে। খল্লি, লৈশাবী নৎত্রগা মৌনহা অমনা কমিউনিস্টকী লালহৌদা য়াওদুনা কোয়রোৎ লোৎতুনা করিগীদমক্তা অসুম হায়না অৱা-অনা খাঙলিবনো।

নহানমখেদি নুপা ঙাক্তনি লৈররিবদো। নুপী হায়ববু মৈতে নুপী মৌয়াংথাং অমখক্তংদি য়াওই। মহাক্তংদি মরক মরক্তা শ্বাই মাঙলুরগসু অমুক ফুং হেক্তা ফাওদোরকই। মখোয়গী মমিং-মথা ঐখোয় খঙদে, হংসু হংলুদে, হংলুবগী কান্নরোইসু খঙই। হংত-হংলুরগা মমিং অমা হায়রক্কনি, অশেংবা মমিংদুদি হায়রক্রোই, হায়রক্কনি অরোৎপা মমিং অমা। ঐখোয়গী থাইনগী য়ুমজাওদুগা ইপৱৌগীনি হায়দুনা ফমেল্লোমদা শাবা য়ুমদুগা অনীগী কারক্তা খাজিল্লগা শেম্বা কাদুদা মখোয়গী তুম্ফম-চাফম্নি, মখোয়গী ওফিসনি, অচেৎপা মিটিং তৌফম্নি। নুপীশিংদি ইচেখোয়গা ইচেখোয়গী ফমুংদা তুমিন্নে।

মসি পুন্নমকসি রানীপুরগী ঙারিয়াম্বম ইবাই নারান্না শীল্লকলিবনি। ইবাই নারান ঐখোয় অদুবাইগী কমিউনিস্ট লুচিংবনি, ঙাঙব-শকপা য়াম্না ফৈ, কুচু ঙৌরদুনা মশক মতৌসু ফজে। য়াম্না নহা ওইনা কমিউনিস্ট আন্দোলনদা য়াওরকখি। তশেংবদি ইরাবতনা মাবু দীক্ষা পীরম্বনি হায়বা য়াই। ঙাঙব-শকপা লৈবতা নত্তনা মথৌনা মরিংজেনসু ফৈ। নোংমা ঐখোয়গী মনীং চীংগী চীংগোন্দা লৈবা চু শুম্ফমদা অয়ুক অমা লাকই। ৱারী শান-শানা মহাক্না হায়রকই, ঐদি সুকফা ফাহল্লোই, ঐবু ফাগে তৌবা পুলিশতুদি থাংসিনা থিন্দুনা হাৎতোক্লমগনি হায়রগা মখুৎতা পায়রিবা খুদুপমুক শাংবা থাঙদো উৎলকই।

ঐখোয়গীদা লৈররিবা মীশিংদো, মৈতে নুপী অদুতং নত্তনা, লোইনমক বাংগালীনি। অদুনা ঐঙোন্দা ইকায়বা অমদি নুংঙাইতবা অমা ফাওখি—— মখোয়বু ঐখোয়না চারিবা সৌথ্রি থোংবা, লফু ইরোম্বা, চকেম অপোম্বা, শগোল হৱাই-উতি অসিনচিংবসিবু হৈনরিগদ্রা। অদুবু মখোয় মবুক্তি থন্না থন্না চাখি, হাউব হাউতবগী হৈনব-হৈনদবগী ৱা লৈতবগুম তৌখি। লানফমদবু ক্নানা হাউব-হাউতবা হৈনব-হৈনদবা থিগদৌরিবা।

মীরোৎশিংদো ঐখোয়গীদতা নত্তনা ঐখোয় খুনগী য়ুম অমনীদসু লৈ। মরক মরক্তা মখোয়না মী খোম্লগা, মরূ ওইনা নহারোলশিং খোম্লগা মিটিং তৌই,

কমিউনিজমগী মরমদা বা ঙাঙই, করিগীদমক্তা খুৎলাই পায়দুনা বিপ্লব তৌগদৌরিবনো হায়বনচিংবা ময়ামদা খঙহন্নবা লাক্লে। মখোয়না হায়বা বাশিংদো তারগা ঐখোয়দা অচেৎপা থাজবা অমা পোক্লকই— কুইররোইদমাক্লে বিপ্লব হায়বদো, কমিউনিজম হায়বদো লাক্লনি, লাইর-ইনাকখুনবগী খেন্নবা লৈররোই। মরক মরক্তা নুমিদাং ঐখোয়গী শূমাঙদা খুনগী পাখং মচাশিং খোম্নগা সিফাইগী প্যারেড তম্বিবদৌনা তম্বি, মখোয় লোইনা লালহৌগী লাম্মী ওইগদৌরিবনি। নুপীমচাশিংদনা ঈশৈ তম্বি, বিপ্লবকী ঈশৈ— হাইগৎসি বাংলা ফিরালসে ভাঙলবা লাইরবশিংগী ঈনা..., হে সামালো হে সামালো হে সামালো ধান হো (চেকশিল্লু-হে চেকশিল্লু-হৈ চেকশিল্লু-হৈ ফৌদো)...। মৈতৈরোন্দা খরা বাংলাদা খরা। মরক মরক্তা পাখং লৈশাবী লিক্লোন শান্নবদসু ঈশৈশিং ইচেখোয়না শকপা য়াওই, পাখমেচাশিংগী মরক্তগী কনাগুম্বনা অদু শকউ অদা শকউ হায়বসু য়াওরক্ই।

অসুম হায়না বিপ্লবকী ঈরাং কন্না হৌরকপা মতাংসিদা নোংমদি পাউ অমা লাকই— জালোক্তলাদা পুলিশকী নোংমৈগুলিদা মী মঙা তরুক শিরে। মখোয়গী মনুংদা ইকুই কুইদনা মাসমারা নিঙোল অমা লুহোংখিবা খোইরোম গৌরহরি য়াওরি। মাসমারা নিংঙোল অদো ঐ মশক খঙই। ঐঙোন্দগী খরা হন্নগসু তোলেনখুন্দা ইপুবোকখোয়গা য়ুমলোম্নবদা মখোয়গীসু মরী-মতা লৈবনা শকখঙনখি, করি করিগুম্বদা বরাক্কী তোর্বান্দা নাম্বুবীনচিংবা শান্নমিন্নখি। পাউদো তাবদা ওম্থোক্লা নুংঙাইখিদে। নুমিৎ অদুদা পুলিশকী গুলিদা শহীদ ওইখিবা অতৈদি— য়াইখোম ইমাচাউবী দেবী, উশম জয়কুমার, থোকচোম গৌরসিং অমদি সনাতোন বাউরীনি।

কাছাড়দা তেভাগা আন্দোলনগী মৈ হৌবা মতম্লি। জমিদারনা লৌমীদগী লৌ শৎপা য়ারোই, ফৌথোক্কী শরূক অহুমগী শরূক অনী লৌমীনা ফংগদবনি, লৌবুনা শরূক অমা অসিনচিংবগী দাবী কনখৎলকখি। দাবী অসিনা মাঙদা থম্নগা লৌবুক্তা কুমদুনা লৌ থাউরুই। জমিদারনা পুলিশ পুরক্লুনা মখোয় তানখাইনবা হোৎনখি, তানখাইবা ইয়ামক য়াদ্রবদা পুলিশনা নোংমৈ কাপখি।

থৌদোক অদো থোকপগী নোংনীনি মতুংদা ঐখোয়গী খুন্দা পুলিসনা অহিঙদা লান্দারখি। মীরোৎশিংদুদি হান্নবা পাউ তাবনরা করিননো খঙদে অমত্তা ফংখিদে। মখোয়গী মহুৎতা মীরোৎ থম্মি হায়দুনা মথারৈকাইগী ইপন হৈতোন, মাইস্নামগী খুড়া কৃষ্ণধন অমদি কমিউনিস্ট পাউখোম্লোই নহা ওইরিবা মাইস্নাম বীরচন্দ্র ফাদুনা পুখি। অহিঙদুমক্তদা রানীপুরগী ইবাই নারানগী অপোকপা ঙারিয়াম্বম কাক্তসু ফাখি। ঐখোয় ইমুংগীদি কনামতা ফাওবা ফাখিদে, ঐখোয়গী ইমুংদা পুলিশ চঙসু চঙলমদে— করিগীনো ময়াম ঙরুখি।

## ১৫

ক্লাশ ফাইভ সিক্স তম্লিঙে অদুবাইদনি। হেডমাস্টর সুনাহর আলিগা চন্দ্রপুরগী তজরুপ আলিগা মখোয় অনী কলকাতাদা নুমিৎ খরনি কোয়বা চৎলুই। তজরুপ ইমাগ্নবা ওইরবসু ক্লাসতি ঐনা অমা হেল্লি। হেডমাস্টরদো তজস্মিলখোয়গা মরী মতা থোক্নে, অদুনা মখোয়গীদা লৈ, ময়ুমদি কদায়দনো অরাপ্পা খুন অমদনি।

কলকাতা কোয়রুবদগী হল্লকরুগা মখোয় অনীনা লীখিবা ৱারী অদুদি করিমুক হায়রুনি, লোইবা নাইখিদে, নুংঙাইবগী নুংঙাইবা ঙাক্তা ফজবগী ফজবা ঙাক্তা। হেডমাস্টরদগী তজরুপনা খরা হেল্লি। লম্বীদা নুমিৎ কয়ানিনো ট্রেন তোংবদা মী মখল মখল উম্নবগী ৱারী, কলকাতা উবদা ঙকপা, ৱাংল-ৱাংলবা ফুরা দলান, মীনা চিক্ল-চায়নবা ঙমদবা লম্বীথোং, ট্রাক বস টেক্সি, মীনা চিংবা রিক্সা, হাওরা থোং, ভিক্তোরিয়া মেমোরিয়েল, ফজ-ফজবা পোৎচৈ য়োনবা চাউর-চাউরবা ফজ-ফজরবা দুকান পরেং লম্বীগী নাকয়েক্তা... লোইবা নাইদে ময়ামদো উরকপগী ৱারী।

তজরুপনা লী— নোংমেদি মামুগা ঐগা ফিরোল খরা লৈরুসি হায়দুনা দুকান অমদা চঙখি। থোঙজিন্দুদা লৈশাবীরা মৌনহারা খঙদে, মশক মতৌ ফজগ্রবী শাড়ি নাম্না শেৎপী নুপী অমনা মখুৎ জুর তৌদুনা ঐখোয়বু ওকই। ঐখোয়সু খুৎ লোম্নদুনা মহাক্না নমস্কার তৌরিবদো ওকই। ঙাইহাক ফিরোল অমনী য়েংলগা থোক্লকপদা ঙসাইগী নুপীদো মাগী মফমদুদা অদুম মখুৎ লোম্নদুনা লেপ্তুনা লৈরম্মী, কনাগী দণ্ডিনো মহাক্না অসুম লেপ্তুনা লৈরিসিবু, ওয়েক্লা ৱারম্মনিদা খল্লকই। মসিদি মতা অমনি হায়দুনা ঐখোয় অনী মনাক্তা চঙশিন্দুনা য়েংঙুই অদুগদি কয়াতা ইকায়খ্রে, নুপীদো থবায় পান্দবী ওইরম্লে, অশাবা মূর্তি। ঐখোয় অনী কয়াতা ইকায়খ্রে, মপান্দা থোররুগা নোকসু নোকই। হয়েং য়ুমদা ঐখোয় অনীনা হল্লগা মীঙোন্দা তমথোক্লনুসিকো হায়নৈ।

মখোয় অনীনা লীবা ৱারীশিংদো তার-তারগা থবায়সে নুংঙাইরক্তে। ইমাগ্নবনা কলকাতা য়ৌরুরবা, কলকাতা কোয়রুরবা। অদুগা ঐনা কলকাতাদি লায়রদুনা জিলা ফাওবা চৎলুদ্রি, জিলা মশক উদ্রি। ইতোমতা পূক্লিংসে নুংশিরকই।

হোয়, কলকাতাগী ফুরা দলান, হাওরা থোং, ভিক্তোরিয়া মেমোরিয়েল অসিনচিংববুদি উথ্রে বায়স্কোপকী উপু মনুংদা। উপুদো ছায়াবাজিসু হায়নৈ। মরক মরক্তা ক্রোং ক্রোং য়েদুনা মকোক্তা ছায়াবাজিগী উপু থোংদুনা লাকপা দেশবালী নুপা অদুদা পৈশা অঙাংবী অম-মম পীরগা মাগী উপু মনুংদুদা য়েংবদো— কলকাতা সহর দেখো, দিল্লী সহর দেখো, বুম্বাই সহর দেখো...। য়েংবগী পেনবা নাইখিদে, মহাক্না লাকপা খুদিংগী পৈশা অঙাংবী অম-মম পীরগা অহনসু অঙাংসু উপুগী মীহুৎথোঙ মচাদুদা খুৎ অনীনা মিৎ খল্লগা য়েংবদো।

নোংমদি ঐখোয় ইমাম্নবা খরা জিলা চৎলুসি হায়না লেপ্নরে। জিলা হায়রিসে শিলচরনি। মতমদুদা খুঙ্গংদা শিলচরবু জিলা হায়বনা হেন্না চৎনৈ, শিলচর পংহায় হায়নদে। জিলা হায়না খঙনখিবসি কাছাড় জিলাগী সদর স্টেসন ওইবদুদা অদুম চৎনখিবা জাৎনি। কাছাড়দতা নত্তনা মণিপুরদসু শিলচরবু জিলা হায়না খঙনরম্মী। মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা সাহেবশিংগা শিলচরদা উনদুনা দরবার তৌখিবদো জিলা দরবার হায়না খঙনরিবদুনি, শিলচর দরবার হায়নদে।

নুমিৎতো নোংমাইজিং ওইরমান্নে, স্কুল ছুটিনি। ঐখোয় মরি মঙা ওক্তানা চাক চখোম অম-মম চানরগা সাইকেল অনীহমদা জিলা পাংলে। বাগাতারাপুরগী আহম্মদনা ঐখোয়গী লিদারনি হায়বা য়াই। মহাক্না ঐখোয় ময়ামদগী ঋাং-চাউবা হেল্লি, লম্মিৎ-তুম্মিৎসু মহাক্না হেন্না খঙই, মহাক্তি জিলাদসু চৎলুরে হায়। ঐদি জিলা পাংবা লম্বীদা খোরগাম্দিদগী হেল্লুগ্রি।

ঐনা খঙবা খোরগান্দি (খোরোইকান্দি) লাম্থোক্নুনা খরা চৎলগা তুরেল মথক্তা শাবা থোং অমা লান্নে। আহম্মদনা হায়রকই,— বাদ্রিতুরেলনি, বরাক্কী য়েংলোমদা লৈবা তুরেল মশাশিংগী মমিং অঙাং ওইরিঙৈদা চীনফা পুখিবদো, জিরি চিরি বাদ্রি মধুরা জাতিঙ্গা...। মদুগী বাদ্রিদুনি। খরা চৎলগা বেরেঙ্গা খেবা য়ৌরে। মফমসিদা বরাক লানগদৌরিবনি।

আহম্মদনা হায়রকই— জুরিন্দা আসোম ঋাংমদা লৈরি। ঐখোয় মপান ইপান থোক্তোকহৌরসি। মতাং অসিদদি লিংজেন মান্নবদা হায়নরিবদুনি।

মপান থোক্লা থোক্লা ভুবন্নরা হেমাঙ্গনরা কনানো অমনা থিক থিক নোক্লকই।

- কৈদৌরে, কৈদৌরে?

- কৈনোমা নীংশিংলকপা, মনীং লৈকাইগী মাইস্নাম হনুবগী ঋারীদো। ঋারীদো ঐখোয়সু তাম্গ্রে। খংনীং নীংশিংলকপদা ঐখোয় ময়াম অমুক পুন্না ফাক ফাক নোকমিন্নে।

থাইনগী অহন লমনশিংসে ওষ্থোক্লা চোঙলমদি চাখিদ্রবা য়াওবা জাৎ ওইরে। মাইস্নামগী অহনদো য়াম্নসু ফিংই হায়। মোকদ্দমা অমগীদমক কাছারী কাগদৌরিবনি

জিলাদা। মতমদুদা গাড়ি-নুংলি পংলৈ লৈত্রি, পংচেন চেনখ্রি। গুন্ডা খোঙশান্দবা য়াদে, হোরেন পেগুদানা মমিং কৌরকপদা 'হাজির' হায়হৌরবদি মোকদ্দমাদো মায়থীগদৌরিবা। নিংথম থাগী নুমিৎনি। অদুনা গুন্ডা হৌগৎলগা ঈরু মায়থজদুনা নংবোই নংদবোই চাক ঈশিং চখোম অমা চারগা কাবুলদগী লৈবা ওভারকোট অমনবদো খোক লিংথশিল্লগা পুং তরা মমাগুদা জিলা য়ৌনবা মমাম্নবা অমগা মখোয় অনী প্রপ প্রপ খোয়ক্লে। বেরেঙ্গা য়ৌরগা মপান থোক্কে হায়দুনা হেক ফমথরুবদদি মাইস্নামগী অহনদো খাই লাউখ্রে, লাউরকই— থোরাইমচা, ওয়্ছোকপা হায়দুনি, হাথু হাথু থোক্লকপদা ঐবু মনুংদো ফি অমত্তা থোংলমখ্রে।

অহন অনীদো থবায় তানা নোকমিম্নে হায়। জিলা য়ৌরগা দুকান অমদা চগুদুনা ফৈজোম অমা লৈরগা মদু শেৎতুনা কাছারী কায় হায়। বারীসে ফনা কুইনা ঐখোয়গী খুন্দা চারোন গুরোন ফাওবা লীনখি, লীবা খুদিং ময়াম থবায় তানা বা-বা নোকমিম্নে।

জুরিন্দা থুংলরে। বস অমগা শনগাড়ি অমগা হান্না কাখৎহনখ্রে। জুরিন্দাদো হাইফেৎ ফজনা লুপখে, গাড়ি অনীদো ফনদি লুম্বমাল্লে। ঐখোয়সু লোইনা কাখৎলে। চন্দ্রপুর খেবাদা অমদি তোলেনখুন খেবাদা বরাক ফন্না য়ান্না লাম্ছোক-লানশিন তৌখ্রে, অদুবু জুরিন্দাদা অমুক্তা লানখ্রি। গুসিদি পুলিগী অহানবা ওইনা জুরিন্দা তোংবসিদা নুংঙাইবা অমা ফাওরকই। তোংলিবা জুরিন্দাসিসু ইচম চম্বা মীনা হোনবা জুরিন্দা নত্তে, ইঞ্জিন্না হোনবা জুরিন্দানি। মনুংঙাই অমনি জাহাজ তোংবদৌনা।

বেরেঙ্গা খেবাদগী পুংখায়মুক চৎলগা হাইফেৎ মোৎপা মনম কনপ্রবা মফম অমা য়ৌরে। আহম্মদনা হায়রকই— 'সিবাইসি চামড়াগুদাম হায়দুনি, 'সিবাইদগী টাউন হৌরে।

চামড়াগুদামনিনা নমথীফম থোকই। বাঁশকান্দি পুরানা বাজার য়ৌরমদাইদসু চামড়াগুদাম অমা লৈরম্মী, শউন অখোকপা ময়াম নুংশাদা ফৌবগী নমথীপ্রবা মনম্না মপাদো ফাওবা য়াদে। নাতোন মেল্লগা চেনবোই লাকপোই মপাদো লাম্ছোক্লরিবনি। ভারতবর্ষনা নীংখা তম্বদা লৈবাক অনী থোকপদগী পংকুই কুইরমদনা পুরানা বাজার মনাক্কী চামড়াগুদামদু খণ্ডহৌদনা মাগুখি, নোংপোক পাকিস্তানদা হোংখ্রে হায়নৈ। মরমদি চামড়াগুদামদুদা থবক তৌরম্বা মীশিংদো ঐখোয়দুবাইগী মী অমত্তা য়াওদে, মখা লমগী মী গুাক্তনি।

শিলচর শহরগী খাইদগী মরূ ওইবা অমসুং ময়োলসু ওইবা সেন্ট্রেল রোড য়ৌরগা ময়ামদো করি করিনো খরদি চাখিসি হায়দুনা 'ফরিদপুর মিস্টান্ন ভাণ্ডার' হায়না মমিং চাউনা থাবা অথুম-অহাও য়োনবা দুকান অমদা চগুলে। ঐখোয়বু উবদা নুগা অমা প্রপ প্রপ থোক্লকই, হরাও-হরাওনা ঐখোয়বু কৌশিল্লি লাউ লাউ, মী অতে

য়াওরিব্রা। মহাকপু উবদা ঐখোয় হয়াওই।

অহাঙবা টেবল অমদা কোয়শিন্না থাবা চৌকিশিংদুদা ঐখোয়বু ফমহল্লগা হংলকই— করি করি চাগগে?

নুপাসে ঐখোয়গা ফজনা খঙনৈ। ঐখোয় খুনগী কারোংদা লৈরিবা দুকানদুদা চহী অমরোম লৈরম্মী, ঐখোয়গী ইমান্নবা সুশীলগী ময়াম্বশিং থোকই। ঐখোয় ময়ান্না খল্লি, মহাক্তি ওম্বোক্লা চাউনা অথুম-অহাওগী দুকান ফম্নম্মেদা।

ঐখোয়না অদু অদা হায়না খন্নরিঙৈদা মহাক্লা হায়রকই— ফরে ফরে ঐনা থোকপা পুথোরক্লগে।

হায়রম্লগা মনুংদা চঙখিদুনা প্লেট অম-মমদা রসগুল্লা, লালমোহন, সিঙ্গারা... অতৈসু করি করিনো অমনীগা হাপ্তুনা পুথোরক্রে। অথুম অহাওদো চাবা লোইরমদাইদা ফোং ফোং শারিবা চা কপ অম-মমগা পুথোরক্লে। থংনবা টেবলশিংদা মীসু থক্লরি হায়দুনা চা অশাবদো ঙাইঙমদমখৈ থাঙ্গৎতুনা চুপ্লুবদদি ইস্ করিনুংগীনো হায়দো য়ৌই, য়োৎশিনবসু ঙমদা ওথোকপসু য়াদা। লৈ পোক্তুনা নুমিৎ নীনি ছুম্নি চাক ইনশাং মহাও খঙখিদে।

- পৈশা কয়া থোক্রে? সুশীলগী ময়াম্বদুদা ঐখোয়না হংঙি।

- য়ারে য়ারে, পীরম্মনু। নখোয়না নোংফাদোক লাকপবু। পৈশা লৌহৌদ্রে। ঐখোয়নসু নমদুনা পীরম্বা তৌরুদ্রে। খল্লি, অসুক চাউবা দুকানগী মপু ওইরিবদবু, খঙন-চান্নবা ঐখোয়না নোংফাদোক লাকপদা মহাকসু ইজ্জৎ তৌফম থোকইনা।

মতম খরগী মতুংদা অশেংবদো খঙলকখি, সুশীলগী ময়াম্বদো ফরিদপুর মিস্টান্ন ভাণ্ডারগী মপু নত্তে, মাদি দুকানদুদা য়াওবা ইচম চম্বা কর্মচারীনি, পোৎ-চৈ য়োনবা য়াওবনি। মদু খঙবদগী থবায়সে নুংঙাইরকখিদে। ঐখোয়বু খঙন-চান্নবনি হায়দুনা হয়াও-হয়াওনা পীজ-পীথক তৌবদা মহাক্লা তোলোব খরতং ফংজবদুদগী ফনা য়ান্না ককথংলমগনি, য়ামদ্রবদা নুমিৎ মরি মঙানিগী তোলোপতি কক্লমগনি, খল্লুবদা ঐখোয় নুংঙাইরক্তে। লাইরেন্না মগুণ ঙাকপদা লফুৎ কাদুনা শি হায়নবদো মঙোন্দা থোক্লমগনি।

অথুম-অহাওগী দুকানদুদগী থোরক্লগা আহম্মদনা তাক্লকই— মাঙদা উরিবসিনি ওরিয়েন্টেল সিনেমা হায়দো। মখোয়গীসিদি হিন্দী তৌরিমান্নে। ময়েক চাউনা থারিবসে য়েংঙু, 'অদ্য রজনী'। অদ্য রজনী হায়রিদো ফিল্মগী মমিং ওইরবোই খল্লি। কয়াতা পঙপ্রবনো ঐখোয়না পঙলিবদো ! অদ্য রজনীগী অর্থ ফাওবা হেক খঙদবা।

খরা চৎলগা আহম্মদনা হায়রকই— কলাবতী টোকিজ য়ৌরে, অসিনি। মখোয়গীসিদি বাংলা তৌরিমান্নে। মসি য়েংলসি।

ঐণ্ডোন্দা মতম কুইনদগী চম্মন্নদুনা লৈরকপা পোৎশক অমা খণ্ডনীংদুনা আহম্মদতা হংখি— ওরিয়েন্টলদনা সিনেমা, কলাবতীদনা টোকিজ, সিনেমাগা টোকিজগা করি খেন্নবগে?

চহী অহুম মরিরোম মমাওদা তোলেনখুনদা লৈরিঙৈদা ইন্দোচা অনীনা শঙ্গোইদা ফি শানা শানা ঐণ্ডোন্দা হংখি— নঙবু সিনেমা-কা হায়বদো য়েংজরব্রা?

ঐনা খুমখি— য়েংদ্রি। টোকিজদি য়েংলে।

পিক্লিঙৈদা ঐখোয়গী খুনগা থংননা লৈবা চা-বাগিচাগী সাহেবনা পুরক্নুনা কুলি ময়ামগা লোয়ননা লম্পাক্তা ফমদুনা য়েংখি ফিজং অমদা থোরকপা মমিগী কুম্মেদো। মরোল মরী করিমতা খণ্ডবনিনা করিমতা ভাব তাখিদে। অদুবু নুংঙাইনা য়েংখি। অহন লমম্না মদুবু টোকিজনি হায়নখি।

ঐগী পাউখুমদো তারগা ইন্দোচা অনীনা থবায় তানা নোকখি।

আহম্মদসু নোকফেৎ তৌরকই— অদু ফাওবা খণ্ডদ্রিবোরে?

ঐগা ক্লাশ মান্নরবসু আহম্মদ চহীদদি ঐণ্ডোন্দগী মথক্কি। অদুনা ওইরিগদ্রা সংসারগী ঈ-পাউ অমদি জ্ঞান ঐণ্ডোন্দগী মানা খরা হেন্না লৈবগুম তৌই। মহাক্তি আউটবুক য়ান্না পাই, বাংলাগী আউটবুক। ঐবু আউটবুক পাবা হৈনহনখিবসে মহাক্কনি হায়বা য়াই। ঐখোয়না তম্লিবা এম ই স্কুলসি লিংখৎপা কুইদ্রিবনিনা আউটবুক পংলে লৈতে। মহাক্তি মধ্যবঙ্গ তম্লকপনিনা মধ্যবঙ্গ স্কুল লাইব্রেরীদগী লাইরিক ৱায়র-ৱায়রগা পাই। মহাক্না পাবদা নুংঙাইবা লাইরিক্তো ঐবুসু পাহল্লি। অদুম হায়না মহাক্না পাহনখিবা লাইরিকশিং অদুগী মনুংদা খরদি হৌজিকসু নীংশিংলি— বাংলাদা শন্না হন্দোকপা ড্যানিয়েল ডিফোগী 'রোবিন্সন ক্রুশো', অহানবা লাঞ্জাওদা চিঠি পুথোক-পুশিন তৌদুনা চাউরবা থৌদাং লৌখিবা খুনু অমগী ৱারী 'কমাণ্ডার কবুতর', সর্কাস পার্টি অমনা মমাগী অমত্তা পোকচবা মচানুপাদো ফাদুনা পুবিখিবদগী মমা-মচা কায়নবগী নুংশিপ্রবা ৱারী 'মায়ের ডাক' (ইমানা কৌবা), অফাওবা মীথোই মীহেন কয়াগী পুন্সিৱারী য়াওবা লাইরিক 'নতুন যুগের নতুন মানুষ' (অনৌবা যুগকী অনৌবা মীওই)... অসিনচিংবা। অকোনবগী লাইরিক অসিদা য়াওবা লেনিন, স্তালিন, সান ইয়াৎসেন, হিটলার, কামাল অতাতুর্ক, ডিভ্যালেরা-নচিংবা মীথোই মীহেনশিংগী পুন্সি ৱারী পারুবদগী ঐখোয়সু সমাজগী অফবা থবক খরা তৌনীংবগী ৱাখল পোক্লকখি।

ৱাখল অসিনা মাঙজিন থাদুনা ঐখোয় খুনগী ইমান্নবা খরা পুল্লগা অহানবা ওইনা ক্লব অমা লিংখৎলি। ক্লব অসিগী মরু ওইবা থৌদাংদি সমাজগী অফ-ফত্তা হীরম কয়া নৈনবা অমদি হীরম অদুদা থবক পায়খৎপগী মথৌ তারগা থবক পায়খৎপা অসিনি। সমাজদা 'আনি' তৌনরিবসে ফবরা-ফত্তবরা, ফৎত্রবদি করম হায়না মুখৎকনি; নুপীনা লাইরিক তমদবদগী সমাজ চাওখৎপা ঙমদ্রিবনি, অদুনা

নুপীবু লাইরিক তমহন্নবা করি তৌবা তাই; থাবল চোংবা অমদি লিক্নোন শান্নবদা ছাত্রশিং য়াওরোইদবনি... অসিনচিংবা হীরম কয়াদা ঐখোয় মরক মরক্তা নৈনে অমদি মরৈ য়েংথনে। করিগুম্বা মতাংদা ঐখোয়না নৈনরিবা বাফমদো অহনশিংদসু তাহল্লি। মতাং অমদা কাং শান্নবগী বাফম লাকখি। কাং শান্নবদা মতম য়াম্না মাঙহল্লি অদুনা ছাত্রশিংনা কাং শান্নবদা য়াওরোইদবনি হায়বা কাঙবু অমা, বাফম অসি য়ানীংদবা কাঙবু অমা চোংথোরকখি। য়ানীংদবা কাঙবুদা ঐসুনি। ঐনা য়ানীংদবগী মরমদি ঐসে কাং শান্নবা য়াম্না পামই, ঐখক্তা নত্তনা ঐখোয়গী ইচিন্নাও পুন্নমকসু। ঐখোয়গী অহন-লমনশিংসু কাং শান্নবা য়াম্না পামই। কাং শান্নবদা উংখিদুনা হয়েং লিংগদবা লৌহোন কোয়বকাও কাউরিবনি।

কাং শান্নবা হায়রিসে মণিপুরদা শান্নরিবা খুৎশান্না অসি নত্তে। মণিপুরগী কাংদগী ময়াং লৈবাক্কী কাংনো পাকপদসু হেল্লি, শাংবদসু হেল্লি। ময়াং লৈবাক্কী কাংদি থেংগু, ইরোই মচী নৎত্রগা শামু ময়ানা শাই— কাংগী শরুক অনীনি, অনীদো নাশিখোং হৎলগা শীংচেপ থাদুনা লেঙদনবা লংনা থাংজি তাদুনা কন্না পুনশিল্লি। কাং শান্নবগী কাংলোনসু খেন্নে, চেকফে কাপ্পগী মওংসু মান্নদে। মণিপুরগী কাং মশান্নদি ঈংন-তম্না লিরি-খোইরীনা শান্নে, পাঞ্জলসু য়াম্না লৌনবা ওন্নদে। ময়াংলৈবাক্কীদি য়াম্না লাগুনা শান্নে, লাঙজৈ অমদি লাঙজৈ মথংদা ফল্লিবশিংনা চেকফে কন্না তানখৎলকই অদুগা মতাই ফল্লিবা অনীনা লমথা শোয়দনবা হোৎনৈ, ঙাইহাক্তদা পাঞ্জল চনী-চহুম ইরাই লাইনা লৌবা ওমই। কাংখুৎ অমনা কাপখ্রদি কাংখুৎ অমনমুক কাপ্পা ফংবা বায়, নোং খোংথ্রিমখৈ থানদে হায়বা য়াই। খুন মশেন লৈকাই লৈকাই খায়দোক্লদুনা শান্নবতা নত্তনা অরাপ অরাপ্পা খুনগা চাক থাক্লদুনা শান্নবসু য়াওই। ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙেদা শিলেটকী ভানুগাছগা ঐখোয়গী খুনগা শীংনদুনা শান্নবা য়াওখি, ঐখোয় খঙহৌই।

লৌউ-শীংউ ইমুং ওইরগসু ঐখোয় অয়াম্বা মতমদা শান্ন-খোৎনদুনা মতম লেপ্লকই। অহন-লমনশিংনা ঐখোয়বু লৌউ-শীংউ থবক্তা পংয়াও য়াওহল্লক্তে। লৌবুক্তা নোংফাদোক চা থিনবা চৎপদা লাঙোল পায়গে তৌবদা পায়রুন্নু পায়রুন্নু নখোঙ-নখুৎ শোক্তনি হায়দুনা পায়হল্লক্তে। লৌ খাওবা য়াওগে তৌবদা থাঙোলনা নখুৎ শোক্তনি হায়দুনা য়াওহল্লক্তে। নোংফাদোক ইংখোল্লুংদা ইনশাং-নাপী থাননবা শম্না শম্পোৎ খোইবদা অহনশিংনা হীদাক থক্লিঙৈগী তাঞ্জা য়েংদুনা লাঙোল পায়রুব-কাদি য়াওখি। মদু উবদা অঙকপা থৌদোক অমগুম্না লৈকাইগী মীশিংনা লাউরকপা য়াওখি—হৈমা, শম্পোৎ খোইবা হৈনেহে! কদায়দগী হৈরুরিবনো?

শন-ইরোই শেনবদি মরক মরক্তা য়াওরকই। শন-ইরোই শেনবগী থোইদোকপা নুংঙাইবা অমা লৈ। চীংদা পানবা হৈ-রা— পুংদোন, নোবাপ, পাঞ্জামিন্নচিংবা ময়াম

ফমদুনা চামিন্নবা অদুগা ঐখোয়দগী খরা ইথক ওইবা পাখংমচাশিংনা তৌবা গপ তাবা। কনাগী লৈকাইগী পাখং-লৈশাবীগী নুংশি-নুংওনগী ৱারীদগী হৌদুনা ভুবোন ৱারুনী খুরুম্বা চৎপদা চীং কাবগী অৱাবা, নারান্দো বাবা খুরুম্বা চৎপদা মীখুনগী লৈশাবী লক্লকবদা ফূনগদগী তৌবা, য়াওশঙগী লিক্কোনদা লৈশাবীনা ক্বা লাম্নকপদা ফুতানী তৌদুনা প্রেক প্রেক লাউবা মঙা চৎপীগী নোট অদো শৎ শৎ মশীং থীদুনা তরাখক শেংগাদা থাদবা... জাৎ জাৎকী ৱারীনি। মখোয়গী ৱারীদো তানা তানা ঐখোয়সু য়াম্না থুনা পাখং ফানীংলকখি।

শন শেনবদগীদি ইরোই শেনবনা হেন্না নুংঙাই। ইরোই শেল্লুচো হায়রদি ঐখোয় হরাও হরাওনা য়াই। মরমদি ইরোই শেনবদদি ইরোই তোংবা ফংই, ইরোই তোংবগী নুংঙাইবা অমা লৈ। অদুবু ইরোই তোংবা নীংথিনা হৈত্রগদি খুদোং থীনিংঙাইনি, ইরোই মথক্তগী ওন্থরকপসু য়াই। নোংমদি অদুগুম্বা খুদোং থীবা অমা থোকখি, হৌজিকফাও কাউদ্রি।

য়াচংলমদাই ওইরক্তুনা ঐখোয় য়ুমদা হল্লসি হায়দুনা মাগী মাগী ইরোই মথক্তা কাখৎনদুনা চীংথক্তগী চীংখাদা কূমথরকই। অঙম্বদা কূমথরকপনিনা ইরোইশিংদো হাইফেৎ কন্না চেন্থরকই। ইরোইগী মমৈ কন্না পায়দুনা চেকশিন্না তোংত্রবদি ওন্থনীংঙাইনি। মথং মথং কূমথনখিদুনা ঐসু উচিম্নাচিন্না চীংখাগী লম্পাক য়ৌরক্লে। ঐগী হেক মথংদা বীরেন্দ্র কূমথরকই, খুড়াতোম্না পোকপা ইনাও বীরেন্দ্র। মাদি মশাদো খরা নোয়-পেল্লি, অদুনা খরা হকই। ইরোইদুনা ঙাকপা ঙমদদুনা খরা কন্না চেন্থরকপ্রমাল্লে, চীংখা য়ৌরমদাইদা মখুৎতগী ইরোই মমৈদো নাম্থোক্তুনা বীরেন্দ্র ইরোইগী মমাঙদা ওন্থদুনা তাপ্রে। ঐখোয় পাখংনৈ, ঙসিদি বীরেন্দ্র লোইরেদনা, শিবা তারে। ইরোইদুনা খরা ভাব তাবা হায়গদ্রা, মমাঙদা ওন্থদুনা তারিবা মীদো শোক্তনবা হায়দুনা মহাক্না অমুক্তং চাউকানদৌনা কানববু, বীরেন্দ্রদো মখোঙনা নেৎপদি নেৎহৌদ্রে, অদুবু মখোঙনা মখজাইদা খরদি খেৎখ্রে। বীরেন্দ্রগী মখজাই অদো ঈনা পূংঙাং ঙাঙখ্রে।

ঐখোয় চান্নবা কিখ্রে। চেঙ লৈবগী বীরেন্দ্র হিংহৌবনি। শিবগা চঙবগা খেন্নরিবসে শন্না মফে অমত্তংনি হায়বদো চুম্বোই। নুমিৎ অদুদগী ঐখোয় ইরোই তোংদুনা চীংথক্তগী চীংখা কূমথরকপা তৌখিদ্রে।

১৬

নোংমা অয়ুক, নুমিৎনা মাঙ্গোন ময়ায় য়ৌরকপগী অদুবাইদা গৌরী, ঐগী ইমান্নবা চন্দ্রপুরগী গৌরীপ্রসন্ন দেব, তফিং তফিং লাকই অদুগা হায়রে— পরীক্ষা হায়দোক্লে, নঙ তারব্রা?

- তাখ্রিনে।

- তাখ্রিবা। নঙ ফাস্ট দিভিজনদা পাশ তৌরে। হেডমাস্টরনা হায়রকপনি।

- নঙদি?

- ঐদি সেকেন্দ দিভিজনদা।

হায়রগা গৌরী মমায় হাইফেৎ হঞ্জিনবগুম তৌই। মানা মমায় মকশিনবদো উবদা ঐঙোন্দসু হাইফেৎ নুংঙাইতবা অমা ফাওরকই। মাসু ফাস্ট দিভিজনদা পাশ তৌগনি হায়না কন্না আশা তৌজবনি, ওজাশিংনসু আশা তৌবনি। লাইরিক ফত্তবা নত্তে, চহী অহুমসে পরীক্ষা খুদিংগী ঐখোয় অনী ফাস্ট সেকেন্দতা তাদুনা লাকপনি, ঐনা ফাস্ট মানা সেকেন্দ।

ক্লাসতা ঐনা ফাস্ট তাজরবসু গৌরীনা ঐঙোন্দগী হীরম কয়াদা হেনবা খরা লৈ। মাদি মশা য়াম্না নাল্লি, মফি-মরোল ফজনা ইস্ত্রি তকই, শেৎলি চারিবা ফুরিৎ খোঙথ্রাউ অদো মপোপ কায়খিনি মতাগুম ফু-ফু কামদুনা হোৎনৈ। মশা নানবগী মতীক খুৎইসু য়াম্না ফজে, ছাপা ময়েক মাল্লি। মাগী খুৎই উরগা ঐখোয় ময়াম কন্নক্লে।

ঐগীদি খুৎই ফজদে, য়াম্না থী। হৌজিকসু নীংশিংলি, নোংমা স্কুলদগী হমাং জ্-জ্ শিন্থনা হল্লকপদা লম্বীদা তুংলোমদগী বাংগালী নুপা অমনা প্রপ প্রপ তানথৎলক্লগা ঐঙোন্দা নুংশিনা হংই— নমিং করি কৌই, করি স্কুলদা তম্মি, করি ক্লাসতা তম্মি? ঐগী পাউখুম তারবা মতুংদা মহাক্না অমুক হায়রকই— নঙগী খাতাশিংদো অমুক্তা য়েংগেনে। হায়রগা লম্বী মপান্দা হৈনৌ মখোঙগী উরুমদা চঙশিল্লগা ঐগী খাতাশিংদো য়েংলকই অদুগা হায়রকই— খুৎইসিদি অসুক য়াম্না থীরিবা করিগীনো? লাইরিক ফবা হায়বসিদি খুৎইসু ফজগদবনি। য়েংঙু, রাহৈশিংসে

অমগা অমগা চাং মান্নবা লাপ্পগদবনি, ময়েকশিংসিসু চাং মান্নবা চাউহনগদবনি অদুগা য়ুংবা খণ্ডদে পৈবা খণ্ডদে চপ মান্নবা য়ুংহনগদবনি নত্রগা পৈহনগদবনি, য়াম্না পৈবসু ফজ্জদবনি। নুপাদো ওজা ওইরিগদ্রা করি ওইরিগদবা খণ্ডদে। মহাক্না মথৌ অমা ওইনা মথবায় য়াওনা ওম্বোক্না নুংশিনা খুৎইগী মতাংদা থৱদং তাকপিরম্বদো ঐ গুসিসু কাউদ্রি। অদুবু গৌরীগী খুৎইদো য়ৌনা ফজ্জনবা ঐনা ফনা কন্না লাক্লদুনসু ঐ মাগী মনাক য়ৌবা ঙমখিদে।

মশা নানবদা অমদি খুৎই ফজ্জবদতা নত্তে গৌরীনা ঐঙোন্দগী হেল্লিবসি। তম্নবা লাইরিক্তা য়াওদবা ঈ-পাউ অমদি বারী-বাখোংসু মাদি য়াম্না খঙই। মানা হায়বদগী তাখিবা ওইরমাল্লে, কবি মাইকেল মধুসূদন দত্তনা নোংচুপলোমগী ফিজেৎ-চাকচা লোনচৎ-শাজৎসে কয়ামুক পামজবগে হায়বদা মহাক্কী মফি-মরোল ফাওবা প্যারিসতা থারগা শূহল্লি। সিনেমাগী ম্যাগাজিনদা য়াওবা ফোটো উরগা গৌরীদি ইরায়-লাইনা হায়বা ঙমই, মসিনা অশোককুমারনি, মসিনা কানন দেবীনি। ঐদি অশোককুমারগী ফোটো উরগা মশক খঙবদি লাইরদুনা মমিং ফাওবা তাদ্রি। কানন দেবীগী মমিংবুদি তারে, মাগী ঈশৈসু তারে— অজ্ঞা নবদ্বীপকী কোল ঈশৈদা, হায়বদি গ্রামফোনদা। মতমদুদা গ্রামফোনসে কোল-ঈশৈ হায়নসু কৌনরম্মী। ঐখোয়গী খুন তরুক-তরেৎনা কোনবা অদুবাইদা গ্রামফোন লোইবসে অজ্ঞানা ইহান হাল্লি। গ্রামফোনসে মহাক্না কয়ামুক পামজবগে হায়বদা মরৌ-মশিং ইজরা (বন্ধান) থম্নগা গ্রামফোন লৈরিবনি। অজ্ঞানা অরু-অনান অকে-অমৌ অমদি নুপী মশক ফজবী পাম্বসিসু ময়াম বারীনরিবনি। মহাক্না হায়বদগী তাবনি, মশক্কে মতৌনে খোঞ্জেলনে কানন দেবীগুম্বদি লৈতে। খুল্লক লৈরক্কী পাখৎ মচাশিংসু হায়নৈ, অশোককুমারনা চন্দ্রশেখর অদুগা কানন দেবীনা শৈবলিনী শাবদুদি করিমুক হায়গনি, ওম্বোক্না পকচত্রে অনীদো। অসিগুম্বগী মতাংদদি ঐদি হাইফেৎ শোখনা লৈরকই।

গৌরীনা পুরকপা পরীক্ষাগী পাউ তাবদগী ঐখোয়গী ইমুং-মনুং লোইনমক হরাওনরে, কৈরোই লৈকাইসু হরাওবদা য়াওই। চহীদুদা, হায়বদি ইং কুমজা ১৯৫০দা ঐখোয়গী খুনদা মাইনার পরীক্ষা থাবসে ঐ ইতোমতা ওইরমাল্লে। মাইনার পরীক্ষা হায়রিসে এম ই স্কুলগী অরোইবা পরীক্ষানি। পরীক্ষাসে আসামগী মনুংদা লৈবা এম ই স্কুল পুন্নমক্কী ওইনা শিক্ষা বিভাগনা পুন্না চহী খুদিংগী পাঙথোকই, ইউনিভর্সিটিনা ম্যাট্রিক পরীক্ষা পুন্না পাঙথোকপগুন্না। পরীক্ষাগী সেন্টরসু সব-দিভিজন অমদা অম-মমতনি। ঐখোয়গীনা শিলচরদা। মতম অমা লৈরম্মী মাইনার পাশ তৌরদি টেলিগ্রাম পাবা হৈরে হায়দুনা ইজ্জৎ তৌনবা। ঙারিয়াম্বম ইপূ লৈরেননা মরক মরক্তা ফাগিওই করিওই হায়— য়ারেদনা মাইনার পাশ তৌরদি য়ারে, তেলি পাবা ঙম্লনি, মৈতৈ মচানা লাইরিক য়াম্না তম্মুদুনা কৈদৌননি চাকরীসু ফংলোইদবদা, উরেদনা মেট্রিক্না

মে-মে লাউরিবসে, আই এনা আয় লৈত্রে, বি এনা ব্রে ব্রে লাউরে, এম এনা মে-মে খোংলে, লোনা পুংলোই লোইরে। হায়রিবদো তারগা ময়াম বা-বা নোকই। অদুবু ইপু লৈরেনগী ফাগিদুদা অচুম্বা খরদি য়াওদবা নত্তে।

অমবু ওইরসু অমবু ওইরসু মাইনার পাশ তৌবগী নুংঙাইবদুগী খরনি মতুংদা অবাবা অমা মথি ফোংলক্রে, খৌরাংনা ঙাইনবা নোংগা লোয়ননা নোং থাক্লকপদৌনা। কদায়দনো হৌজিক মথা তমথগদৌরিবসে? চহী মরিরোম মমাঙদা অসিগুম্বা বাহং অমনা ঐখোয়গী অহন-লমনশিংবু বাহনখি। হন্দকসু অমুক মদুগা চপ মান্নবা বাহং অমনা ঐখোয়গী অহন-লমনশিংগী মাঙদা লেপ্লরে। সহরদগী খরা লাপ্পা লৈবা খুঙ্গংগী দশা অসি অসিনি। খনবমখৈ খন্নরগা শিলচরদা নৎত্রগা লক্ষীপুরদা তম্বদা মতাই, অনীসিদগী হেন্না নকপা মফমদা হাইস্কুল লৈতে।

বাফম অমদি নিংফুং নিংফুং ঙাঙনবা হৌরকই— এম ই স্কুল অসি হাইস্কুল ওন্ননি, কুমশিদগী ক্লাস সেভেন হাংলনি। অদুবু চয়েৎনবা অমা থোক্লক্লে, স্কুল শঙ শাবগী মতাংদা মোত অনী য়েৎখাইনরক্লে। হৌজিক এম ই স্কুল লৈরিবা মফম অসি মধ্যবঙ্গ স্কুলগী ওইবতা নত্তনা জাগাসু পিকই, হাইস্কুল শাবা য়ারোই। অদুনা কাঙবু অমনা রানীপুররোমদা হাইস্কুল অসি শানীংই, অদুগা কাঙবু অমনা ডাকঘর মনাক্তা হান্না ডাকবাংলা লৈরম্বা মফমদা পুনীংই। অহানবগী কাঙবু অসি হিন্দুনা মশীং খরা হেল্লি, অনীশুবা কাঙবু অসিনা মুসলমান্না। হিন্দু-মুস্লিমগী মচু কন্না শঙদ্রবসু মোত অনীসে হেক-হাক শন্দাইনবগী মওং উদে।

অসুম্না খন্নরিঙৈদা নোংমা রানীপুরগী ঙারিয়াম্বম ইবাই নবদ্বীপ লাক্কুনা শিলচর গোভমেন্ট স্কুলদা তম্নবা তৌসি হায়না হৌররে। মহাকসু শিলচর গোভমেন্ট হায়বদি গবর্নমেন্ট স্কুলদা তম্লিবনি, ক্লাশ নাইনদা। এম ই পরীক্ষা থাবদা ঐ মহাক্কী গেস্ট ওইনা গোভমেন্ট স্কুলগী হোস্টেলদা লৈরগা পরীক্ষা থাখি। অঙাং ওইরিঙৈদগী মহাক ছাত্র ফনা হৌরকখি হায়নৈ, এম ভি পরীক্ষাদা হায়বদি মধ্যবঙ্গগী অরোইবা পরীক্ষাদা মহাক আসাম পুম্বগী ওইনা মশক নাইনা পাশ তৌরকখিঁ। লাইরিক পামনদুনা মমিৎ শোকখিবনি হায়নৈ, মহাক্কী চোশমাগী মিংশেন অদো খুৎথা অমনি।

শিলচর গোভমেন্ট স্কুল আসামগী খ্বাইদগী ফবা স্কুল খরগী মনুংদা অমনি। মসিদা সিট ফংবা য়াম্না বায়। মরমদি মায়কৈ পুম্নমক্তগী অফ-অফবা ছাত্রশিং মিং চনগদগী থোমজিল্লকই। ঐগী লাইবক ফবা হায়গদ্রা, স্কুল অসিগী ক্লাশ সিল্লতা সেক্সন অহম লৈরম্বদো ক্লাশ সেভেনদা সেক্সন অনীদা শুপচিল্লগনি হায়না তৌরম্বদো য়াদদুনা সেক্সন অহম অদুম লৈরে। অদুনা ঐগী পরীক্ষাগী চে-চাং য়েংলগা ঐগী মিং চনবদো উচিম্নাচিম্না য়াবিরে। হোস্টেলগী সিটসু অদুম ফংলে।

হোস্টেল অনীনি— হিন্দু হোস্টেল অমদি মুস্লিম হোস্টেল। অনীসি য়াম্না

নল্লনা লৈমিন্নে, খোংবান মচা অমখক্তনা খায়দোকই, তুরেল মচা অমনা হিন্দুস্থান পাকিস্তান খায়দোকপা অদুম হায়না। অদুক নল্লনা লৈমিন্নরসু অমগী হোস্টেলদা অমনা পংচঙ চঙনদে, করিগীনো খঙদে। স্কুলদদি ক্লাশ অমত্তদা ফান অমত্তদা ফমিন্নবা য়াওই।

ছাত্র মশিংদি হিন্দু হোস্টেলদনা য়াম্না হেল্লি। সিলেট রোমদগী লাকপা ছাত্র অমসুং সিলেটরোমদগী হৌরকখিবা হৌজিক্লা কাছাড়গী চা-বাগানশিংদা বাবু ওইদুনা লৈরিবা মখোয়গী মচা-মশুনা অয়াম্বনি। হিন্দুস্থান-পাকিস্তান খায়দোকপদগী সিলেটরোমগী হিন্দু মচাশিং শিলচরদা লাক্তুনা লাইরিক তম্বা কম্না হেঙ্গৎলকখিবা মতাংনি। হিন্দু হোস্টেল অসিদা মেস অনী লৈ, অমনা বাংগালীশিংগী অদুগা অমনা মণিপুরীশিংগীনি। মণিপুরী হায়বসিদা মৈতৈসু বিষ্ণুপ্রিয়াসু পুন্নে। মেস অনীমক্কী থোং-থাক্লবা তোঙান তোঙানবা ঠাকুর অম-মম পী সরকারগী বেতোনদা। বাংগালী মেসকীদি ছাত্র য়াম্বনিনা ইনশাং শেন্নবা অমসুং কোল্লিক ফেঙদোক-চামথোক্লবা মী অনী অহম অমগসু পী। ঐখোয়দি ইশা ইশানা কোল্লিক ফেঙজে। মেস অনীমকসিদা য়াওদবা ছাত্র খরসু লৈ। মখোয়সি নৌনা লাকপা বাংগালীশিংনো খরা হন্থনা য়েংবা খুঙ্গংদগী লাকপা বাংগালী লৌমীমচাশিংনি। মখোয়দি ময়ুম ময়ুমদগী চেঙ-চাক পুরক্লগা মখোয় মশেন শিন্দোক শিঞ্জিন নাইনা থোং-থাক তৌদুনা চামিন্নবা কাঙবুনি, মখোয়দি মশীং পংয়াম য়ামদে, মী মরি মঙারোমতনি।

মণিপুরী মেসতসু ছাত্র পংয়াম য়ামদে, তরাদগীনা তরামরি মঙারোমতনি, মতম মতমগী মতুং ইন্না মশীং খেন্নে। ঐখোয়সু খুঙ্গংদগী লাকপা লৌমী মচানা অয়াম্বনিনা য়ুম য়ুমদগী চেং-চাক পুনরকই। থা অমদা চেঙ কাথি তরাগা (হৌজিক্কী কিলো কুনমুক) লুপা তরাগনা কোন্নবা হোৎনৈ। মসিদা অয়ুক অমদি নুংথিল চা অম-মমতং থক্লবা শিল্লুরবদি ইনশাংদা চৈফু কন্নে, হন্নাই অমগা আলু ভাজাগা অমেৎপা অমগদা লোইরে। ঙা থোংবদি কালেনদা নোংগৌবীনা নোং ঙাইবদুমঙাই। করিগুম্বা মতমদা শেন কোন্নদদুনা চা থক্ররোইসি হায়দুনা চাগী থৌরাং তোকপসু য়াওই। লাইরবা লৌমী মচানা অয়াম্বনিনা চা থকত্রসু য়াই হায়বা য়াওনরকই। অদুবু থাজিন্নক্রিমখৈ হন্নোই হায়বা হৌগৎলক্লিবা শাগী চাকথাউনদি য়ারক্তে, ঝারৌরকই। অদুনা ঐখোয় খরদি য়ুমদগী চেম্পাক পুরক্লগা থমই, মদু ঈশিংদা তিংথোক্তুনা পোপহন্নগা চিনিগা তোৎতুনা চায়।

অদুঙৈ মামচৌনা ১৯২৬তা মেট্রিক পাশ তৌরগা সিলেটকী এম সি কোলেজদা ইন্টর্মিডিয়েট সাইন্স অমসুং বি এ তম্লিঙৈদা থা-থাগী লুপা নিপান্না কোন্নবা শীল্লি হায়। ওহ্মোক্লা ঝারমগ্রনি থল্লি। করিমতা চারম্লোইদবা মাল্লি। অদুবু ইপুবোক্লা চহী মরি মঙারোমদো থা-থাগী লুপা নিপান থানবা হোৎনবদা কয়াম্না

বাখিবগে হায়বদুদি ময়ামগী বারী মচাক ওইনখি। ইপুবোক্লা খুনকোক্তগী খুনদোন ফাওবা লাউর-লাউরদুনা চৎলি হায়— লৈকাই লৈকাইশা, ইচাগী শেন থানবা ফৌ তাইগদৌরি, কনা কনা বানগে হায়বা বাক্লো লাউ। ফৌ-চেঙ মরাঙ কায়নবা মতমনিনা করি করিগুম্বদা ফৌ বানগে হায়বা কনামতা লাক্তবসু য়াওই। অদুগুম্বা মতাং অদুদদি মকোক্তা মখুৎ হাগ্লা নত্তনা ইপুবোক্কী উপায় লৈখিদে।

অদুঙৈ ইপুবোক্লা থা-থাদা মচাগী লুপা নিপান থাবদা বাখিবদুগা চহী কুনমরি মঙারোম মতুংদা চেঙ কাথি তরাগা লুপা তরাগা থানবা হোৎনবদা ঐখোয়গী অহন-লমন্না বাবদুগা চাংদম্নবদা পংখেন খেম্নরক্লোই। অদুবু য়ুমদা চাবা চাক ইনশাংগা মেসতা চাবা চাক ইনশাংগা খেম্নবদুদি ঐঙোন্দা কম্না ফাওগৎলকই। য়ুমদদি হৱাই চাবসে নোং-ফাদোক্লি। মেসতদি অয়ুক করি ইনশাং— হৱাই, নুমিদাং করি ইনশাং— হৱাই। কপ্পীংবমা য়াওরকই। নোংমদি, নুমিদাং অমা ঐ করি খল্লুবদগীনো খঙদে পূক্লিংসে য়াম্না নুংশিরুরমাক্লে, ঐ চাম্ননা কপ্লে। ময়াম্না চাক চারুরসি হৌরে, ঐনা চাররোই হায়দুনা য়াদে। ময়াম্না খেম্বদা ঐ ইয়ামক য়াদ্রে। হিক হিক তৌদুনা ঐ কপ্তুনা লৈরে।

ঐখোয়গী চাক থোংবা নুপা রাজকুমার-দা লাকই, ঐবু থৈন্লে— কুঞ্জবাবু কৈদৌরগে, চাক চাদবদি ফত্তে, চাক চারুরসি, নঙনা চাদ্রদি ঐসু চাররোই।

রাজকুমার-দানা ঐবু য়াম্না লুনা তৌই। মমিং রাজকুমার কৌজরবসু নিংথেম-মচা নত্তে, বামোনসু নত্তে, বিষ্ণুপ্রিয়ানি। মৈতৈরোল থোক্তে, মীনা ঙাঙবদা খরা খরদি খঙই। মুরংনরদুনা মশা-মঙ য়াম্না ফৈ। অসুম খেম্নম্বদগী য়ারকত্রদুনা ঐবু শুপকোন কোনশিল্লগা চাকশঙ তাম্না পুরে, চাকচা ফান্দা ঐবু ফমহল্লে। অদুবু ঐদি ঐগী ফিভমদুদগী করিমতা হোংবা লৈখিদ্রে। ঐ অমুক ঐগী ফমুংদা লাক্তুনা কপ্পরে। হোস্টেলগী ছাত্র ময়াম খঙনরক্তুনা করি তৌনবা য়াওরবগে হায়দুনা ইনাক্তা চঙলক্তুনা য়েংলরে। পাউদো সুপারিন্টেন্দেন্টসু তারমাক্লে, মতৈ-মনাও লাক্তুনা হংলরে। অদুদগী ঐবু কৌদুনা মাগী কাদা পুশিম্লে, হংলকই— কৈদৌরে?

ঐ খুমদে। হিক্লা হিক্লা অদুম কপ্লি।

করি খল্লকপনো খঙদে হায়রকই— গৌর লৈব্রা? গৌরদো কৌরকউ।

গৌর হায়রিসে রানীপুরগী ঙারিয়াম্বম ইবাই গৌরচন্দ্রনি। মহাক্লা চঙলকপগা সুপারিন্টেন্দেন্টনা হায়রকই— সে মাবু খরা পুবিখো সে, নঙগী হোটেলদুদা চামিন্নরুচো, হয়েংদগী মাসু নঙগা হোটেলদুদা চামিন্ননবা হায়নবিয়ু।

ইবাই গৌরচন্দ্রদি মেসতা চাদে, মহাক মতোমতনি মেসতা চাদবসে। চাব-থকপা মরাঙ কায়বা ইমুংগী মচা ওইবনা খরা কেন-মৌনা লৈ। লাইরিকসু ফৈ। মাবু পোকপা মাম্ম প্রিয়ধ্বজ ঐখোয়গী অদুবাইগী লাইরিক হৈবদা অমনি, লৈবাক্কী পঞ্চায়

কুইনা ওইরম্মী, ডিস্ট্রিক্ট জজ কোর্টকী জুরি মেম্বরসু ওইরম্মী।

কোর্ট কম্পাউন্দদা চাউর-চাউরবা হৈনৌ পাম্বী মরাম অমা হৌরম্মী। হৌজিক্তি লোইনা য়াম্বুৎখ্রে। হৈনৌ পাম্বীশিং অদুগী মরুমদা পাকখনওই করিওই তৌবা শঙ মচা মচাদা চাগী স্টোল মচা মচা খরা লৈরম্মী। ময়ামদুগী মনুংদা মৈতৈগী স্টোল অমা য়াওরম্মী, মালুগ্রামগী ঐখোয়গী ইমান্নবা হরিকুমারগী ময়াম্বনা ফমই। হায়রিবা স্টোল অসিদা কোর্ট-কাছারীদা থবক তৌবশিং অমসুং কোর্ট-কাছারীদা থবক লৈদুনা লাকপশিং, মৈতৈসু বিষ্ণুপ্রিয়াসু, লোইনা চা থক্লরে। গৌরিয়া কনগ্রবা মৈতৈসু বিষ্ণুপ্রিয়াসু বাংগালী হিন্দুগী স্টোলদা চা পংথক থক্লদে, মুসলমানগী স্টোলদদি নৈব নৈব চ— সুকচঙবু চঙনদে। হায়রিবা মৈতৈগী স্টোল অসিদনি ইবাই গৌরচন্দ্রনা চাক চারিবসে।

সুপারিন্টেন্দেন্টনা হায়বদগী ইবাই গৌরচন্দ্রনা ঐবু মৈতৈগী স্টোল অদুদা পুবিরে। নুমিদাংদো উকাবী থোংলম্মী। পুক লাম্লবনিনা কয়াসু হাউখ্রে। নুমিৎ অদুদগী থা অনীহল্লোম স্টোলদুদা ঐ চাক চারম্মী। মতম খরগী মতুংদা অয়ুক্কী নুমিদাংগী চৎথোক-চৎশিন ঙাইথোক-ঙাইশিন্দা মতম মাঙবদো ঐ হৈনরকখ্রে। অদুগীসু মথক্তা নোং-নুংশিৎ তৌবা নুমিদাংদদি অমুক্কা হেন্না খুদোং চারকখ্রে। অদুনা ঐ উচিদমুক হঞ্জিল্লগে খল্লে, ইহনফমদা হঞ্জিল্লে ইতেফমদা তেশিল্লে।

হোস্টেলদা লৈবগী অবা-নুংঙাই মরক্তা কান্নবা অমা হায়বা তারদি মী মখল মখলগা লৈমিন্নবসিনি। লাইরবা লৌমীগী মচাশিংসু য়াওই, ইনাক খুনবা জমিদার নৎত্রগা ওফিসার অচৌবগী মচামশূশিংসু য়াওই। খরনা লাইরিক কন্না পাই, খরনা লাইরিক ইথৌ থৌশাদে, খরনা শেন কোন্না শীজিন্নদুনা কেথোক-মৌথোক্না লৈ, খরনা চেকশিনবমখৈ চেকশিন্না। চা-বাগানগী ম্যানেজার অমগী মতোমতা পোকপা মচানুপা অমদি মাবু শেন্নবা ওজা ওই করি ওই মী অমসু লোয়নরকই। অদুঙৈগী নিংথৌ মচামশূশিংগী শায়োন ম্যানেজার মপারীদো ক্লাশ অমদা হঞ্জিন হঞ্জিন লৈবদগী চহী খরা মতুংদা কদায়দনো অদুম চৎখ্রে।

মৈতৈমচাশিংগী মনুংদা শেন কোন্না শীজিন্নবসে ইবাই গৌরচন্দ্রনি, শেন খ্বাইদগী চেকশিনবনা খোরোইকান্দিগী হেমাঙ্গ-দানি। মখোয় অনীমক ঐঙোন্দগী ক্লাস অমা হেল্লি। হেমাঙ্গদাদি য়াম্না চমই, লিক লুকুন থাদে, ফৈজোম নান্না শেৎলি। হোস্টেলদা ফৈজোম শেৎপসি মৈতৈ মচাশিংগী মনুংদা মহাক মতোমতনি। মহাক্কী খোইদোকপা অমনা মহাক কবিনি, ঐখোয়না খঙফাত্তবা মৈতৈরোলগী বাহে-বাতা শীজিন্নদুনা শৈরেং ই, খরা হেন্না মৈতৈ ওইশিল্লি। তন্নবা লাইরিক্তা কবি সত্যেন্দ্রনাথ দত্তগী শৈরেং অমা য়াওই, বাংলা লৈবাক অমদি বাংগালীশিংবু লৈশি-লৈথোনবা শৈরেংনি, য়ান্না ফজে। শৈরেং অদো অসুম হায়না হৌই—

মুক্ত বেণীর গঙ্গা যেথায় মুক্তি বিতরে রঙ্গে
আমরা বাংগালী বাস করি সেই তীর্থ বরদ বঙ্গে।

হেমাঙ্গ-দানা পাবা মতমদা অনীশুবা পরেং অসি খরা শেমদোক্লগা অসুম হায়না পাগদৌরিবনি—

মুক্ত বেণীর গঙ্গা যেথায় মুক্তি বিতরে রঙ্গে
*তোমরা বাংগালী বাস কর সেই তীর্থ* বরদ বঙ্গে।

*তীর্থদুদনি লৈরিবা বাংগালী ঐখোয়না* হায়বসি হায়নীংখিদ্রদুনা শেমদোক্লগা পারিবনি *তীর্থদুদনি লৈরিবা বাংগালী নখোয়না।*

মৈতৈরোলদা শৈরেং ইবসি ইবাই নবদ্বীপসু ই। মহাক্কা হেমাঙ্গ-দাগা মৈতৈরোলগী লাইরিক অমদি স্কুল-কোলেজগী মেগাজিন মরক মরক্তা পাই, কদায়দগী পুরক্লিবনোদি খঙদে। ইবাই নবদ্বীপতি মৈতৈরোল পাবা য়াম্না হৈ, সুর-ছন্দগা লোয়ননা পাই। কবি হিজম অঙাংহলগী *শিঙঙেল ইন্দু* পানা পানা মতোমতা মপি তৈথোকই। হোস্টেলদতা নঙনা হরিকুমারখোয়গী চা-স্টোলদা ফম্নগা মী অতৈবুসু তাহল্লগা পাই। মতমদুদা মৈতৈরোলগী লাইরিক উবসি থাশিগী থানি হায়বদা হায়মনবা থোক্লবসু য়াম্না তাঙনা নোংমা ফাদোক থোকপা থানি হায়বদা হায়মনবা থোক্রোই।

মখোয়গা লৈমিন্নবদগী ঐঙোন্দসু শৈরেং ইবগী লায়না চোংশিল্লকখি। ঐঙোন্দদি মৈতৈরোলদসু বাংলাদসু। মতাংসিদা নিশা অমগসু ঐঙোন্দা চোংশিল্লকখি— নুমিদাংবাইরম খুদিংগী অরুণচন্দ্র গ্রন্থগারদা চৎপগী লায়না। পাব্লিক লাইব্রেরী অসি ঐখোয়গী হোস্টেলদগী পংলাপ লাপ্তুনা সদরঘাট মনাক্তা লৈ। মতমদুদা সদরঘাটতা থোং শাবগী মমি তমদ্রি।

অরুণচন্দ গ্রন্থাগারদা নুমিৎ খুদিংগী খবর-কাগজ, মেগাজিন অমদি লাইরিক পৈশা অমত্তা তিংদনা পাবদগী ঐঙোন্দা বাখল অমা পোক্লকখি— ঐখোয়গী খুনদসু লাইব্রেরী অমা লিংবা য়াইনা। বাংলা লাইরিক্তি স্কুল লাইব্রেরী অমদি অরুণচন্দ গ্রন্থাগারগুম্বদগী পাবা ফংই, লাইরিক য়োনবা দুকানদগীসু লৈরগা পাবা য়াই। মৈতৈরোলগী লাইরিক পাবগী খুদোং চাবদি ইরৈ লৈতে। অদুনা ইমান্নবা খরগা তান্নরে, ঐখোয়গী খুন্দা লাইব্রেরী অমা লিংখৎলসি। ময়াম য়ানরে, মমিংসু থোল্লে *নহা লাইরিকশঙ।* ভুবনখোয়গীদা আলমারি মচা অমা খিনদুনা লাইরিক থম্বা হৌরে। ভুবনখোয়গী ময়ুম খল্লুবগী মরম লৈতবা নত্তে। মখোয়গীদি মী য়ামদে, মমা-মচাতনি। করিগুম্বা মতমদা নৌনা লুপ্রা ওইরবী মশক-মতৌদা লাম্বা লৈতবী লাইবক চাউবী মচেদো মচানুপী অপিশক অমগা মরক মরক্তা লৈরে। অদুনা য়াম্না চিকই মখোয়গী ইমুংদো, লাইব্রেরী ওইনা শীজিন্নবদা ওঘোক্লা মফম চাপ্রে।

থা-থাগী পৈশা খরা খরা খায়নদুনা ঐখোয় অহানবদা শিলচরদগী বাংলা লাইরিক লৈবা হৌরে, মরু ওইনা বঙ্কিমচন্দ্র অমদি শরৎচন্দ্রগী লাইরিকশিং। মৈতৈরোলগী লাইরিক্তি শিলচরদা লৈবা ফংদবনিনা ইম্ফালদগী চেন্নে, ও কে বুক স্টোরদগী। অহানবদা খরা খরা তৌদুনা চেন্নখ্বদগী ও কে বুক স্টোরনা ঐখোয়বু থাজবদগী নুংশিবা অমসু য়াওরমান্নে। মৈতৈরোলগী অনৌবা লাইরিকপু ফোঙলবদি ভি পিদা হেক্তা থাবিরকই। ঐখোয়সু মখোয়গী থাজবদো মাঙহন্দনবা ভি পি লৌথোকপা ঙম্লনবা যেশা উপায় তৌদুনা হোৎনৈ। অসুম হায়না স্কুলগী ছাত্র ওইনা ওইনা নহা লাইরিকশঙগী মপান্দগী বাংলা অমদি মণিপুরী সাহিত্যগা খরা খরা শকখঙ মায়খঙনবগী খুদোং চাবদো ফংখি।

চহী অমনীগী মনুংদা নহা লাইরিকশঙগী মমিং ঐখোয়গী অদুবাইদতা নত্তনা খুন অতৈনসু খঙনরকখি। অনকপা খুনশিংদা লৈবা লাইরিক পানীংবা মীওইশিংনা, মৈতৈসু পাঙলসু লাইরিকশঙ অসিদগী লাইরিক বায়দুনা পানবা য়াওরকখি। মদুদা ঐখোয়গী নুংঙাইজবা অমদি চাউথোকচবদুদি করি অমুক হায়রুনি।

মতাং অসিবাইদা নুংঙাইবা থৌদোক অমা থোকখি। নোংমা কোম্বোরেকাইগী য়ুম্নামগী খুড়া নন্দকুমার মশামক সাইকেল তোংদুনা লাক্লগা শরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী শ্রীকান্ত প্রথম পর্ব বায়রখি। খুড়া নন্দকুমার মীনা মশক খঙনবা মীনি, মতমদুদা মহাক লক্ষীপুরদা সব-রেজিস্ট্রার ওইরি, অদুনা মহাকপু মৈতৈনসু ময়াংনসু নন্দকুমার হাকিম হায়রগা খঙনৈ। অদুগুম্বা মীশক অমনা মাইল মরি-মঙারোম লাপ্পদগী মশামক্লা লাক্কুনা লাইরিক বায়রবদা ঐখোয় য়াম্না নুংঙাইখি।

মতম খরা লৈরগা খুড়া নন্দকুমার অমুক লাকখি, মরাল লৈরবা মী অমদৌনা হায়রখি— ঐ য়াম্না ইকায়রে, নখোয়দগী বায়বা লাইরিকতো মাঙগ্রে, কনানা লৌখ্রবা খঙদে, থিবা ফংদ্রে। লাইরিক্কী মমল কয়ানো, ঐ পীরম্লগে।

ঐখোয়না হায়— লুপা অনীখক্তা ওইরমান্নে।

লুপা অনীমখায়খক পুথোক্লগা খুড়া নন্দকুমারনা হায়রকখি— সে লাইরিক্কী মমল, অদুগা মখায় অসিনা লাইরিক মাঙহনখিবগী ফাইন।

ঐখোয়না ফাইনদো লৌজরোই হায়, অদুবু মহাক্লা য়াদদুনা নমদুনা পীরমখি। চৎলমদাইদা হায়রম্মী— লাইব্রেরী অসি ফজনা চালাইয়ুকো।

মহাক্লা চৎপ্রগা ঐখোয় মশেন ফাগি তৌনদুনা নোকমিমৈ, হাকিমবু ফাইন তৌবা ঙম্বসে ঐখোয় মঙাইরেনে।

১৭

ইমা লৈতবা মতুং যনা কুইনা ফাওবা পাবো নুপী থিখিদে, নুপী থিবগী বাখল লৈতবগুম লৈরকখি। ইবোকখোয় ইপশ্বৌখোয়নবুদি নুপী অমা থিজিনবিনবা কন্না হোৎনরকখিবনি—নুপী য়াওদনা করম হায়না য়ুম পানগদৌরিবনো, করম হায়না মচাশিং য়োক্কদৌরিবনো? মচিন-মনাও নোংমা নৎত্রগা নোংমদি তোঙান চানগদৌরিবনি। নুপী য়াওদনা করম হায়না তোঙান পীজগদৌরিবনো? ইবোক অহন ওইশিল্লক্রে, তাইবং পুন্সিনি তম্বা ঙমদে— ঙসি শিনি পাউজেন্দে হয়েং শিনি পাউতাক্তে। অদুনা মমিৎ উইশিনদ্রিঙেদা মচা মরিমক তোঙান্না পীজরগা খরা নে-না তানা লৈনীংলক্রে।

মরূ ওইনা ইবোক্কা হোৎনবদগী নোংমদি পাবো কন্যা কৎতুনা নুপী অমা পুরক্রে। দোলুগাউদগীনি, কোষ্টৌজম নিঙোলনি, ময়ুম অমুক পাল্লুরে হায়, মরাইবক থীবদগী হায়গদ্রা ঙস্ত্র খাইনরক্তুনা মপামদা হল্লকখিবীনি।

মতাংদো ঐনা ক্লাশ সেভেন তম্বা হৌগৎলকপগী অদুবাইদা ওইরমাগ্লে। অহন-লমনগীদি মখোয়গী তৌফম থোকপা তৌরে, অদুবু মদুনা ঐখোয়দদি অবা-নুংশি য়াম্নবা হায়ফম খঙদবা খনফম থোক্তবা অমা ওইনা থোকলরে। পুক্লিংসে নুংশিরকই।

নোংম-নীনি লৈরগা অয়ুক অমা মখারৈকাইদা ইমাম্নবা খরা উম্নরুরগা হল্লকপদা মাইস্নামগী ইবোক খোম্বী থেংনৈ, ঐবু য়াম্না লুনা তৌজবীনি ইবোক্তো, হংলকই—নমাদো যব্রা? ইমা হায়না কৌব্রা নঙবু? কমদৌনি নরাইবক্কীনি, ইমা হায়না কৌকো।

—হোয়। ঐনা ওইদবা হায়জিল্লি।

—অদুনিদনা ইশূসিদি। হায়রগা মিৎলুদা থূমহৎলক্লিবা পিরাংদো ফিজীনা তৈথোক্তুনা লৈহৌই।

ময়াম্নদি 'ইমা কৌগদবনি, ইমা কৌকো' হায়না তাকপি। খঙই, নুংশিদুনা তাকপিরিবনি। অদুবু করিগীনো খঙদে, ইমা হায়না কৌগে ঙমদে, কৌনীংদে। থম্মোয়না য়াদবনিনা কৌগে তৌবদা লৈতোনসে ফাজিনবগুম তৌই। ঐবু পোকপী ইমা অদুমক্তি নত্তবনিনা ইমা শাররিবী মঙোন্দা ইমা হায়না কৌবসে ঐঙোন্দা য়াম্না বানা থোকখি।

নোংমদি মাঙোন্দা ফি ইস্ত্রি তক্লিঙেদা নৌনা লাকপী ইমাদুনা মপাম চৎলুগে ঐবু খরা থিনবিয়ু হায়। খোঙনা চৎকদৌরিবনি, বরাক ঈবাংসু লানগদৌরিবনি। মদু খল্লুবদগীরা নথ্রেগা অতে করি বাখলদগীনো ঐনা খুমই—ঐ ঙম্লোই, থবক লৈ।

থবক করিসু লৈবপোৎ নত্তে, হেক্তা হায়জিল্লিবনি।

মতম ফনা কুইনফাও ঐগী ইন্নালদো ঐ খঙখিদে। খঙলকপা মতমদদি ঐ ইতোমতা নুংঙাইরকখিদে। ফরসু ফথ্রবসু ইবোকখোয়না পুশিল্লকখিবনি য়ুম পুবা ঙম্লনবা হায়দুনা। ঐখোয়বু তাথী-তাওইনা তৌবসু নত্তে, নুংশিনা অদুম তৌই। মখুৎ-মশাসু হৈ। ঐনা হোস্টেলদা পুননবা মোম্পাক-ফিদক শাবি, কাংখল শাবি, ফুরিৎ-খোঙগ্রাউ তুনবা ফি শাবি। মতম অদো দুকান্দা মিলগী ফিরোল ফংবা য়াম্না বাবা মতমনি, মমলসু তাঙই। অসুম্না তৌরকপদগীদি তপ্না তপ্না নুংঙাইতবগী ওমচাক্লবা মৈচাক্তো খরা খরা ঈংথরকখি।

অসোমদা ইবোক্তি মাগী মথৌ পাঙথোক্কদগী তাঞ্জা ঙাইদুনা লৈরম্বোইদনা। নুমিৎ নীনি-হ্নি ছুটি লৈ হায়দুনা ঐনা য়ুমদা লাকপদদি ঐখোয়গী ইমুংদা শাথীনা অওনবা অমা লৈরম্লে। ইবোক্তা মচা মরিমক তোঙান পীজরম্লে। তৌরম্লিবা মতৌদুদা ঐ য়াম্না নুংঙাইখিদে। ঐখোয় ময়াম পুন্না য়ুমজাউগী লময়ায়দা চাক চামিন্নবদো ফংদ্রে, অমুক হন্না চাবা ফংলরোই খল্লুবদা পুক্লিংসে হায়ফম খঙদনা নুংশিরকখি।

ইপম্পৌগা পাবোগনা মনাওনুপা অতোম্বগী খল্লুবদা বায়, নুংঙাইতে। মরমদি য়ুম-কৈ পানবগী খঙফম থোকপা হৈফম থোকপা খরদো খুড়াতোন্দা য়াওদে। পাবোনা হায়—পয়া পঁরে অমফাও পুনবা হৈতবা নঙনা করম হায়না নয়ুম পানগদৌরিবনো? করিসু লৈতবা থবক অমগীসু ময়াম্বশিংদা তাই।

মচাশিং তোঙাম্না পীজথোকপ্রগা ইবোকসু নুংঙাইজবপোৎতি নত্তে। অদুনা চাকশঙ খুদিং চঙদুনা য়েংই—করি চারি, করি ইনশাং থোংলি। মরক মরক্তা ফৌকোং খুদিংমক কাদুনা য়েংই, কনাগী কোৎকী ফৌ ময়েং কয়াম তাগ্রে। ময়েং খরা হেন্না তাখিবা য়াওরম্লগদি ময়েং থোইনা তাদ্রিবা কোৎতুদগী ফৌ কোৎলগা হাপচিনগদৌরিবনি। ফৌ কোৎলিবা কোৎ অদুগী মমৌনুপীনা মুরুম মুরুম শোনবোই করিবোই তৌদুনা মচু পৈথোক্লিবদো ইবোক তাশিন্নপোৎ নত্তে, উশিন্নপোৎ নত্তে।

তোঙান চানবদগী ঐখোয়গী ইমুংগী ফিভম খরা খরা অসুম শোকচিল্লকপদৌনা তৌরকখি। অঙাং ওইরবসু ফিভম অদো ঐ খঙবা ঙমখি। থা খুদিংগী হোস্টেলদা লৈবগী লুপা তরাগা চেঙ কাথি তরাগা পীবদো অন্নায়বা ওইনা থোকখিদে। ইচিম্নাও অতেগী খোৰ্চাসু লৈরিবনি। অদুনা ঐগী পোকেট খরচকী পৈশা খরা হায়গদবদো ঐঙোন্দা য়াম্না বানা থোকখি।

মণিপুরী ট্রাস্ট ফণ্ডগী স্কোলারশিপ ফংগদ্রা খল্লম্বনি, ময়াম্না শোয়দনা ফংগনি হায়বদগী ঐসু আশা য়াম্না তৌরম্বনি। অদুবু ফংদ্রে। শিলচর গোভমেন্ট স্কুলদা হাম্নদগী তম্নকপা ছাত্র অমনা ফংখ্রে। স্কোলারশিপ অসি ক্লাশ সিক্স পরীক্ষাদা খ্বাইদগী মার্ক হেন্না ফংবা আসামদা লৈবা মণিপুরী মচাদা পীবনি। মণিপুরী হায়বসিদা মৈতৈসু য়াওই, বিষ্ণুপ্রীয়াসু য়াওই, মৈতৈ পাঙলসু য়াওই। ঐনা আসাম পুম্বগী এম ই পরীক্ষাদা ফাস্ট ডিভিজনদা পাশ তৌজরবসু গোভমেন্ট স্কুলদা হাম্নদগী তম্নকপা ছাত্র অদুনা ঐঙোন্দগী মার্ক হেন্না ফংদুনা স্কোলারশিপ অদু ফংখি। মহাক্নীদি মশাগী স্কুলদা মশাগী স্কুলনা লৌবা পরীক্ষানি খুদোং চাবা খরা হেন্না ফংখি, অদুনা মহাক্না, মরাইবক চুমখিবনি হায়না ঐগী পূক্লিং থেমজিনবিবা কনা কনাগুম্বসু য়াওই।

ঐগী খজিক্তং মতেঙ হায়ববু ঐঙোন্দা স্কুলনা ফ্রি স্টুডেন্টশিপ পীবিখি। মদুনা য়ুমগী পোৎলুম পংয়াম য়াম্না হন্থহনবদি নত্তে। অদুনা ঐ ইশাগী পোকেট খরচকী খরমখৈদি পুথোকপা ওন্ননবা ছুটিগী মতমদা পৈশা খরতং ওইরবসু তাম্ননবা হোৎনজে। পাবোনা দোর্জি খরা খরা শূরকপনিনা ঐসু শিনফম অসি খরা খরদি হৈ। ফিরোল তাইবা, লৌখাং ফুরিৎ তূবা, অঙাংগী ফুরিৎ-খোঙগ্রাউ তূবা অসিনচিংবদগী পৈশা খরা খরা তাম্ননবা হোৎনৈ। হমাই শাদুনসু পৈশা খরা খরা থোক্লবা হোৎনৈ। কাছাড়গী নুংশানি, শাগ্রবা। থা মঙা-তরুকলোমদি হমাই থাবা য়াবপোৎ নত্তে। মতমদুদা ইলেকট্রিকসু খুঙ্গংদা য়ৌরকপোৎ নৎত্রি। অদুনা ওলাংথাগী মৈশা থেংনবা হায়বসি হমাই নত্তনা উপায় লৈতে। ঐনা শাবা হমাই ময়াম্না য়াম্না পাম্লে, অখঙবা মীনা ঐঙোন্দা শীংলবসু য়াওই। ঐ ইশানা পয়া শিদুনা মচু মচুগী লৈরোং থোকহন্দুনা হমাই শাই। মপান খোপ্নবা লীদি ইপম্থৌনা শিবি, লী শিবা ঐ হৈতে। বাজারদা থোকপা হমাইদি বাজারীনি চেকশিন্দে, নোংনীনি লৈরগা হেক্তা শেগাইরকই। ঐনা শাবা হমাইদি য়াম্না চেকশিল্লি, কুইনা চৎলি, ফসু ফজে হায়দুনা ময়াম্না থাগৎপি। মদুদা ঐনা হরাওজদুনা ঐগী লৈজবী বিদ্যা থাদুনা হমাই শাবদুদি......!

চহী অমদা শাংল-শাংলবা ছুটি অহুম্নি—কালেন ছুটি, দুর্গাপূজাগী ছুটি অদুগা চহীগী পরীক্ষা লোইরগা মথংগী ক্লাশ হৌদ্রিফাওবা ছুটি—ছুটিশিং অসি থা অম-মমরোম্নি। ছুটিশিং অসি অয়াম্বদি শাম্ন-খোৎনবা অমদি হরাউকুম্মৈদা হৌখিবা খঙহৌদে। হরাওকুম্মৈ মরক অসিদনি ঐনা ফিরোল তূরিবা, হমাই শারিবা।

চহীগী পরীক্ষা লোইরগা অনৌবা ক্লাশসু নীংথিনা তৌদ্রিঙৈ মরক অসিদা সরস্বতী পূজা লাকপদৌনা তৌই। সরস্বতী পূজাসে মরক মরক্তা ঐখোয়গী খুঙ্গং ময়াম পুম্না চাউন-চাউনা পাঙথোকপসু য়াওই। মসিদা লাইরিক তম্নিবা ছাত্রশিংবুদি তম্বা তোক্লবা পাখংমচাশিংনা হেন্না থৱায় য়াওই। তৌবগীসু মখোয় য়াওদনা হরাও-কুম্মৈ তৌবা ওম্বপোৎ নত্তে। থংনবা খুন রানীপুরগী ছাত্রমচাশিং অমদি পাখংমচাশিংসু

ঐখোয়গী খুন্দা য়াওরে।

চহী অমদি সরোক কারোংগী লমজাও মপান্দা লৈবা লৌবুক, মরক মরক্তা লাইহরাওফমসু ওইবা মফম অদুদা মাগোপ চাউনা খল্লগা নুমিৎ ছন্নিরোম সরস্বতী পূজা তৌখি। মাগোপ শাননবা চা-বাগানদগী মাউবী-বা ওক্লনবা পুরকখি, মথক কুপ্পনবা ত্রিপালসু। বাগানগী ঠেলাগাড়িনা পোৎচৈশিংদো থিল্লকখি। পোৎচৈ বায়বদা মপুং ওইনা দায় লৌখিবনা বাগানদা ইলেকট্রিসিয়ান ওইবা বিজলীবাবুনি। মমিংদো কাউখ্রে, গোপেন্দ্র হায়মাগ্রে, ময়াম্না মাবু বিজলীবাবু হায়না অদুম খঙনৈ। বিজলীবাবু বিষ্ণুপ্রিয়ানি, ঐখোয়গী অনকপা অদুবাইগী নত্তে, ঐখোয়না মমিং অমুক্তসু তাখিদ্রিবা ত্রিপুরাগী কৈলাসহরদগীনি। বিষ্ণুপ্রিয়া ওইরবসু বিজলীবাবু মৈতৈরোল থোকই, মৈতৈরোলগা বাংলাগা য়ানশিল্লগা মানা থোকপা কাম চালাইবা অদুম ওমই। মাগী নুপীদি মৈতৈরোল থোক্তে মৈতৈরোল খঙদে, অদুবু মৈতৈ খুল্লক্তা হরাওকুম্মে য়েংবা নৎত্রগা চুন্না অসুম লাকপা মতমদা ফনেক ময়েক নাইবা শেৎতুনা লাকই, মরাইবক্তা সিন্দুরদি নমই। মতৈ-মনাওমক হরাও-কুম্মে য়াম্না পামজে, বিজলীবাবুদি মসিগী মথক্তা খুৎঙাও অমনি। খুবাক-ঈশৈদা বাসোক্তা পৈশা খুৎথা অমনি। পৈশা থাবদা কোন্নদদুনা নুপীগী সনা-লিক্কোন ফাওবা বন্ধান থল্লিবনি।

চহীদুগী সরস্বতী পূজাদো হরাওকুম্মেনা ঈরাং মতা অমা ওইখি। বাসোকসু শকখি, শূমাঙলীলাসু তৌখি। কাউবা য়াদবা থৌদোক অমনি। শূমাঙলীলাগী কাঙবুদো হৌজিক ফাওবা কাউদ্রি, দোলুগাউগী কাঙবুনি। লীলাদো নুংঙাইমনখিদ্রদুনা লোইনীং-লোইফাত্তনা লোইশিনহনবা তাখি। পাখংমচাশিংতা নত্তনা খুনগী অহন-লমনশিং ফাওবা মৈ হৌনা শাউনখি— মসিবু লীলানি হায়না উৎলরিবসিবু ঐখোয় খুনবু উশিত্তবগী বারা? ওসিদি দক্ষিণা পৈশা অমতা পীরোই—অহন অমনা শাউনা হায়রকখি। দক্ষিণা পীদবা য়ারোই হায়না কন্না তকশিল্লদি নপোৎ-নচৈ লোইনা মুনগনি। শাউরবা অহন অদুগী বাদুনা পাখংমচাশিংদা মথৌ শঙবদৌনা থোকখ্রে। লীলা পার্টিগী ঝাল, ধুলোক্রচিংবা মুনগদগী কন্না ঈন্ন-খোৎনবা য়াওনরক্লে। ফিভম অদো মওং চাররোই হায়বা খঙলমাক্লে লীলা কাঙবুদো মফি-মরোল য়োমশিন্দুনা তুমিন্না অদুম থোকখ্রে।

থৌদোক অদুগী মতুংদা সরস্বতী পূজা চাউনা তৌবসি মতম খরা কাংলুরে, অদুবু চহী অনী-অহুম্লোম মতুংদা অমুক মথি ফোংলকখি। হন্দক্তি মীখুন্দগী লীলা পার্টি কৌররোইসি, ঐখোয়না হেক্তা তৌরসি হায়না লেপ্পরে। মতাংসু কয়াতা চান্নরে।

পোইনুগী লৌরোক পম্বা লোইনীং-লোইমাঙ য়ৌরক্লবদি মণিপুররোমদগী বাসোক-শকপীদগী হৌরদুনা লীলা-ফালাগী কাঙবুসু য়াম্না লাকই। লৌবাইদগী লাক্লবসু হংলুরবদি ইম্ফালদগীনি হেক্তা হায়। ইম্ফালদগীনি হায়রদি খরা হেন্না ব্যবহার

তৌগদবোই খনমাগ্রে। লান মতুং চহী মরি-মঙারোম লৈরগা ওইরমাগ্রে ড্রামা পার্টি অনী-হুমসুময়াং লৈবাক্তা খোঙদারকখিবদো। অহানবদদি মখোয় লীলা ফজ্জ-ফজনা উৎখি, ভাবোকশিং পেনবা নাইখিদে, শাবী-শানৌ কয়াদি মিৎলু-পিরাং শিহ্নবনা মশিঞ্জাং ওইজখি। মখোয়না উৎপা লীলাশিংগী মনুংদা য়াইরিপোক থম্বালনু, থাবল্লে, শরৎ-পূর্ণিমা, উসমান-থম্বাল, মাইনু পেমচানচিংবা লীলা কয়ানা কাছাড় শীনবা থুংনা ঈথক-ঈরাং হৌহনখি।

মাইনু পেমচাদি তুংদা লক্ষীপুরগী কাঙবুনা শুমাঙ লীলা ওইনা শান্নদুনা খুন কয়াদা লৈকাই কয়াদা উৎখি। ঐখোয়গী খুনদসু উৎলখি। মাইনু পেমচাগী অহানবা সিনগী ঈশেদো তাবদা খংপ্রেক খংনা নুংঙাইবা অমা ফাওখি। গ্রামফোন রেকোর্ডতা হন্না হন্না তাদুনসু অদুম ইনৌতা নৌদুনা লৈরবা ঈশেনি—'খোইমু চখোকউনে নুংশিদেনে, লাকপিনু পামজদেনে খোইমু....।'

কাছাড়দা খোঙদারকখিবা ড্রামা পার্টিশিং অদুগী মনুংদা এক্টর্স ইউনিয়ন হায়বা অমা য়াওরকখি। কদায় কদায়দনো ড্রামা কয়া উৎলুরবা মতুংদা মৈতৈগী হৌনবী তিন্নবা য়াদবা লাইমন্দুনা মখোয় নারকখি, কাঙবুদো অনী থোক্লা চিংখায়রকখি। মচেৎ অমনা মণিপুরদা হনখি, মচেৎ অমনা কাছাড়দা লৈথদুনা কাছাড়গী লীলা-ড্রামা পামজবা মীওই খরগা তিন্নদুনা ড্রামা কয়া শান্নদুনা লৈখি। মদুসু পংকুই কুইবদি য়াখিদে।

মতাংদুদনি ঐখোয়গী মকোক চিংবশিংনা সরস্বতী পূজাদা উৎনবা ড্রামা অমা শান্নবা ঐখোয় খন্নরি, খরা য়াওবিয়ু হায়না মণিপুরগী মচেৎ তাহৌরবা কাঙবুদুদা হৌরুবদো। মখোয়সু হরাও হরাও য়াবিরকখি। মখোয়গী মরক্তা লৈশাবী অমগা মৌনহা অমগা য়াওরকখি, নুপানা অহম—লৈশাবীদুগী মবুং অনী, অতোপ্পা নুপাদুনা মৌনহা অদুগী করি থোক্লবা কাউগ্রে। লৈশাবীদুগী মমিং অরুণা কৌই, কুচু মরুংনরসু মশক-মতৌ ফজে রাশি লৈ। চহী খরা মতুংদা অরুণা জগোই শাবদা মমিং চৎখি, মণিপুরদতা নত্তনা মণিপুরগী বাংমদা ভারতকী মফম কয়াদা জগোই উৎতুনা ভাবোক্কী থম্মোয় শুম্নাৎখি।

লীলাদি ঐখোয়গী অদুবাইদা অমুক্তা শান্নদ্রিবা সোরোখাইবম ললিতকী 'অরেপ্পা মরূপ' শান্নসি হায়দুনা লেপ্পরে। কন্নানা করি শাখিবা হায়বদুদি হৌজিক নীংশিংবদা ইথোক থোকত্রে। অদুবু ঐনা প্রতাপ শাখিবদুদি নীংশিংলি, অদুগা মাইস্নামগী তাদো মানসিংনা প্রতাপপু য়ান্না তাথী-তাওইনা তৌবা লমচৎ ফত্তবা চন্দ্রসিং শাখিবদুগা। মসি কাউদবগী মরমদি লীলা শান্নবা নুমিৎ অদো ঐগী য়ান্না চাউরবা দশা অমা চৎখি।

লাই লাৎফম অমদি লীলা শান্নফমদো রানীপুরগী ইবাই গৌরচন্দ্রখোয়গীদা ওইখি। মখোয়গী জগমোহনগী নাকল অমদা ফম্বাক হাদুনা ড্রামাগী স্টেজ শাখি। স্টেজগী মমায়দো জিংঘনা ফুট মখায়মুক বাংখৎনা খাজিনখি। লীলাগী সিন অমদা

চন্দ্রনা প্রতাপপু ফু-চৈদুনা কম্না ঈল্লকখি। কম্না ঈনমনম্নদুনা ঐ স্টেজ মমাঙদা খজিক্তং ম্নাংনা খাগৎলিবা জিংঘদা কোকসি দং য়েশিন্দুনা তুখি। লীলাগী মতাংদুমদি পানখি, অদুবু খজিক্তং হেঞ্জিল্লম্লবদি কোকসি জিংঘ মপান্দা য়াংলমগনি। অদুম্না তৌরম্লবদি ঐগী ইহ-লীলাসু নুমিৎ অদুদা অদুম সমাপ্তি ওইরমগনি।

লীলাগী অহানবা দৃশ্য অদুসু কাউদ্রি। ক্লাশ রুমনি, ওজানা ছাত্রশিংদা হংই—উদ্ভিদ কদায়বু কৌই?

ছাত্র অমনা খুমই—মফম অমদগী মফম অমদা চখোক চৎশিন তৌবা ঙমদবা থবায়দি পানবা অদুগুম্বা পোৎশকপু উদ্ভিদ কৌই, ওঝা।

—খুদম অমত্তা হায়য়ু।

—খুদমদি ঐখোয়গী ইপুবোক। ঐখোয় ইপুবোকতো হিংলি, অদুবু চখোক-চৎশিন তৌবদি ঙমদ্রে।

ভাবোক ময়ামদো বা লাউনা নোকই। ঐখোয় ময়ামসু হরাওই ভাবোকশিংনা থবায় তানা নোকপদো উবদা।

অঙাং ওইরিঙেদগী হৌনা ঐ লীলা-ফালাদা থবায় য়াওরকখি, লীলা কৃম্নীংলকখি। অদুবু খুদোং চাবদি ফংলকখিদে। ঐখোয়না পুংকক চাউরকপা অদুবাইদা ঐখোয়গী খুন্দা 'হরিশ্চন্দ্র' লীলা শাম্নবা পার্টি অমা লিংখৎলি। ইপম্বৌনা মকোক্কি, মহাত্মা হরিশ্চন্দ্র শাই, লীলাসু মরূ ওইনা মহাত্মা তম্বি। লীলা অসি চহী খরা মমাঙদা মণিপুরদগী লাকপা পার্টি অমনা অহানবা শাম্নরম্বনি হায়। লান মমাঙগী বানি। পার্টি অদুগী মকোক অদো কাছাড়দা লৈথহৌদুনা ঐখোয়দুবাইগী মী খোম্লগা লীলা তম্বিরম্মী হায়। মতম কুইনা লেপ্পুরবা মতুংদা মী অনৌবা খরমুক হাপচিন্দুনা লীলাদো হিংগৎহনবনি। মহারাজ হরিশ্চন্দ্রগী মচানুপা রুহিতাশ্ব শাবদো খরা শোল্লি, পার্ট চিনফা পুবা হৈতে। মী খরনা ঐবু রুহিতাশ্ব শাহন্নীংখি। অদুবু পাবোগা ইপম্বৌগনা য়াখিদে—অঙাং লাইরিক তম্বা কায়গনি হায়খি। মদুগী নুংঙাইহৌদবা অমা ঐঙোন্দা ফুমদুনা লৈরকখি। হন্দক্তি সরস্বতী পূজাগী নামাদা শাম্নবা লীলানিনা ইপম্বৌগা পাবোগদো বা ভাঙখিদ্রে।

অরেপ্পা মরূপ শাম্নখিবা কুম অদুগী মতুংদা ঐখোয়গী অদুবাইদা সরস্বতী পূজা তৌবসে পংয়োও য়াওখিদ্রে। ঐসু ঐখোয়গী খুন্দা সরস্বতী পূজা য়াওখিদ্রে, শিলচরদা অদুম য়াওরে।

শিলচরগী পূজাসু মনুংঙাই অমনি। লাইফম য়ামই, স্কুল কোলেজদসু, লৈকাই লৈকাইদসু। ঐখোয়গী হোস্টেলদসু লাইফম অমনি। কুম্মৈ-কিয়োংবুদি পংতৌ তৌদে, অচাথক্তি য়াম্না তৌই। বার্তোন নম্বদা ফজনা তানে, বাহে-বাতা লৈশি-লৈখোন ফজবা, সাহিত্যগী মণ্ডপ চেনবা—অদুগা লোয়নলা চে অমদি খুৎনমসু।

শিলচরগী পূজাদা কাউবা শুমদবা চহী অমা য়াওখি। পূজাগী নোংমা মমাঙগী অহিঙ থেংলবা ফাওবদা লৈ হূরানবা চৎনৈ, মৈতৈগী য়াউশঙ নোংমা মমাঙগী নুমিদাংদা পোৎচৈ হূরানবা চৎপা অদুম হায়না। চহীদো য়াম্না শাথীনা ঈংখি। নোংঙাম্নমদাই ফাওবা ঈংশ্রবা অহিঙদুদা লৈ হূরানবনি হায়দুনা উন চাদুনা লৈবদুদদি হকচাংসে খুৎঈং অমা ওইনা ঈংখি। নুমিৎ নীনি-হম্নি নুংশা ফনা য়াইদুনসু হকচাংসে শাগৎপা শুমখিদে, তৌবগীদি নিংথম থাগী নুংশানি। নোংম-নীনিদো ঐ ফনা য়াম্না বানা লেনখি।

# ১৮

অহন-লমনশিংনা তাকপি—অফবা সঙ্গ তৌ, ফত্তবা সঙ্গ তৌগনুকো। মচা-মশূশিংবু ফহন্নীংদুনা পীবা লাইরাগুম চুমশ্রবা পাউতাক্লি। খুদম ওইনা হায়নরিবদুনি— উগা তিন্নবদগী য়োপী তাউরি। হায়রিবসে মীপুম খুদিংমক থেংনরমগনি, মশা মশাগী পুল্সিদসু থোক্লমগনি। ঐগীসু পুল্সিদা কয়ারক থোকখি।

অঙাং ওইরিঙেগী থৌদোক্তো কাউদ্রি।

নুমিৎ অদো স্কুল ছুটি ওইরমাল্লে। ঐখোয় মরি-মঙা হৌনদুনা বরাক্তা ঈরু-মায়থজবা চৎলি। ঈকংথাগী তুরেলনা ঈচেল পিকশিল্লক্লবা মবুক তপথরক্লবা মতমনি। মতমসিদদি হোস্টেলগী পাক্কা চনবা কুহাগী ঈশিং আ-পাতাল য়ৌখি, চিংখৎপা ব্লায়, ঈশিংসু ফত্তে। অদুনা হোস্টেলগী ছাত্র অয়াম্বা বরাক্তা ঈরু-মায়থজবা চৎনৈ।

হোস্টেলদগী বরাক পংলাপ লাপ্তে। হোস্টেলগা স্কুলগসু নক্লে, মরক্তা লম্বী অমখক্তনি খল্লিবসে—সদরঘাটতগীনা জানিগঞ্জ তাবা সরোক। স্কুলগী শঙশাংশিংনা লৈরিবনা বরাক মপান তপ নপ্পনি।

বরাক তম্পাক্কী ইহান হানবা হাইস্কুল অসিনা তুরেলগী তোর্বানসিদা তপ নপ্পা লৈরক্লিবসি চহী ফনা য়াম্লক্লে। চহী কয়া অসিদা নোংজুথাগী লাক্ল-ফানবা য়াদবা বরাক্কী ঈচেলনা মফম কয়াদা তোর্বানগী লৈরাই তৌখায়দুনা খুঙ্গং কয়া লৌবুক-লমহাং কয়া ঈরোম্নুংদা লাকশিনবিগ্রে, ঈরোম্নুংদা তাকহনব্রে। অদুবু স্কুল অসিগী লৈরাইদি, করিগীনো খঙদে, শোকপিদ্রি। লৈরাইসিদা চাউর-চাউরবা নুংজাউ ময়াম অমা মরোন-মরোন পৈদুনা লৈরাইসি ঙাক-শেন্দুনা লৈরিবসিনসু ওইবদি য়াই। অকন-অরীং শীংনবা য়াদবা মফমনি খঙদুনা ওইরমাল্লে নুংজাউশিং অসিদা ঙাইহাক ঙাথু-থেংথুদুনা শান্নরল্লগা কল্লবা তুরেলগী ঈচেলদো অদুম চৎখি। লৈরাইসি ঙাক-শেন্নবা কনানা করম্বা কালদা নুংজাউশিংসে পৈরম্লিবনো খঙদে, মহৌশাদগী লৈরক্লিব্রা-হায়বদুসু খঙদে। ঐখোয় অঙাংগী কোক্লা খনবদা লাম্ব ফংদে।

নুংজাউশিং অসিগী মৈহৌরোলগী পোমায় হাংবা ঙমদ্রগসু ঐখোয় অঙাংশিংগী নুংঙাইজবা অমদি লৈজে— নুংজাউশিং অসিগী মরক্তা নুংজাউ অমদগী

নুংজাউ অমদা চোং-ফন্দুনা শান্নজবা। শ্বাই শ্বাই লাউবা মশান্ননি। খজিক্তং খুজিন-খুনাহ্নোকপদা খোঙ-খুৎ তেকপা য়ান্নিবনি, কোক্কাই-সুক্কাইবা য়ান্নিবনি। অদুবু অদু য়ৌনা ঐখোয় থক খল্লুদে। ঙাইহাক অসুম হায়না শান্নরম্লগা নৎত্রগা খোয়থুম্নরবা নিংথমথাগী নুংশাদো ঙাইহাক য়াইরম্লগা ফন্‌ফন্ চোংথনগদৌরিবনি ঈশিংদা, অদুদগী ঈরূপতুনা ঈরোইদুনা শান্নগদৌরিবনি। বরাক্কী ঈচেলনা মবুক তপথরকপা মতমদদি ঐখোয় নোংমেদা অহম-মরিরক ঈরোইদুনা লাম্ণোক-লানশিন শান্নে।

করি করিগুম্বা নুমিৎতা অরাপ্পা খুঙ্গংদগী য়েনশাং-নাপী পুদুনা কৈথেল কারকপশিংনো তোর্বান্দা মখোয়গী হি পুন্দুনা থম্নম্বশিং অদুদগী অমা লৌথোক্লগা হোন্দুনা শান্নবসু য়াওই। নোংফাদোক হিবুনা থেংনদুনা মদুদা শাউবদুদি... করিমুক হায়রুনি লোইরে। অদুবু শনদা ফনা ফুদুনা তাহ্নোক্লগসু তাঙ্গা ফংবদা শম্বল হেক্তা নমখায়দুনা ইংখোল মনুংদা চঙবা অদুম হায়না ঐখোয়সু হিবুনা ফনা শাউদুনা চৈ-থাংলবসু তাঙ্গাবু ফংলবদি হেক্তা হোন্দোক্তুনা শান্নে।

নুমিৎ অদো নুপা অমনা মাগী হিদো তোর্বান্দা পুল্লম্বতা ঙায়রি, হি পুল্লম্লিবা উচুক্তো ফুক্তৎলগা ঐখোয়না হোন্দোরক্লে। হিবুদো কৈথেল কাবা লাকপনিনা পুং অম-নীদি হল্লকখিরোই হায়বা খঙই। অদুনা ঐখোয় মরি-মঙা নুংঙাইনা মথকলোমদা হোঙ্গৎলে। কিলোমিটর মুক হোঙ্গৎলগা রোংপুর মাইকৈরোমদা তুরেলগী তোর্বান্দা লাপ্পপ তৌনা হামেং খরা শজিক চাদুনা লৈবা উই, অনকপদা মী-পোং অমত্তা উদে। ইমান্নবশিং অদুনা হিদো তোর্বান্দা হোঙ্গিন্নবা তৌই। ঐ অহানবদা ভাব তারমদে। হিদো তোর্বান হেক য়ৌবগা মখোয় অহম শংশং কুমথখ্রে। তপ্না তপ্না মতৌ ইমান-মান্দনা অসুম কাখৎপ্রগা হামেংশিংনা শজিক চারিবা অদুবাই য়ৌখ্রে, অদুদগী হামেং অমা, হাতম ওইরিগদ্রা লামচা ওইরিগদ্রা, মখোয় অহম্না কোয়শিল্লগা তাপ ফাদুনা পুরক্লে। হামেংদো ফনা মে-মে খোংঙৈ, অদুবু অনকপদা মী-পোং অমত্তা লৈতবনিনা মানা খোংজরিবদো কনামতনা তাবিদ্রে, মাবু কনবিনবা কনামতা চোংথোরকদ্রে। ঐগী থবায়-মিঙ্গল দংদং চোংবা হৌরকই, কপ্লাক থক্‌থক্ নিকখৎলকই। মপূনা থেংনরবদি ঙসি ঐখোয় লোইরেদো।

হিদো মখা পাংনা প্রপ প্রপ হোম্বরকই। ঐগী হকচাংসে পাঙ্গল য়াওখিদ্রে, ইচোক চোকথখ্রে। হামেং মচাদো ঙাইহাক ফ্রংফ্রং চোংদুনা মে-মে খোংলম্মী। অদুদগী করি তৌগ্রবনো খঙদে, তুমিন লৈগ্রে। মঙক লৈথেকপিখ্রমাল্লে। ওহ্ ওহ্নোকপনিদা, মরাইবক থীরবা জীব মচাদো। ঐসু জীব হত্যা তৌবদা য়াওরবা। অঙাং ওইরিঙৈদা লাইরিক্তা থেংনখি—জীব হত্যা মহাপাপনি। ঐসে জীব হাৎপগী চাউরবা পাপ লঙজরবকো!

হিদো ময়াম চঙদুনা কন্না হোল্লি, অদুবু ইচেন চেন্দবগুম তৌই। ওয়রোমগী

তোর্বান্দা থবক শূরিবা নথত্রগা ইরুমায়থজরিবশিংদুনা ঐখোয়বু মুম্না মুম্না য়েংলকপগুম তৌই। মদুনা ঐখোয়বু নুংশা থীবা হেঙ্গৎহল্লি। ঐখোয়না তৌরিবদো খণ্ডদুনবু য়েংলক্লিব্রা নথত্রগা করিনো ফত্তবা থবক অমদি তৌরে হায়দুনা চিংনদুনা য়েংলক্লিব্রা! নিংথমথাগী অয়ুক অদুদা ঐখোয় হমাং অনপ্পী কাংই।

নুমিদাং বাংগালী ইমাম্নবশিংদুনা হামেংদো থোংদুনা হাউনা চাখি। অদুগা ঐনা অহিঙ চুপ্পা তুম্বা য়াখিদে। হামেং চাবসু য়াওদবা, হামেং চাদবা ঐনা হামেং হুরানবা য়াওরুরিবা ! কৈদৌনবা য়াওরিবা? হামেং মপূনা থেংনরম্বা থোক্লো কোক্কাই-লুকাইবা য়ারিবনি। অদু ওইরবদি ইস্, ঐ লোইরে। অহন-লমনশিংনা খণ্ডলক্কনি। করিনো মখোয়না খনগদৌরিবা—ইচাদি ইশূদি লাইরিক তম্মুচো হায়দুনা থাম্রগা হামেং হুরানবা য়াওরম্লবা। ময়ামগী মমাঙদা ঐবু ইমায়সে উৎপা ঙমগদ্রা? ঐনা হায়বা মখোয়না থাজগদ্রা? ঐসে অহন-লমনশিংনদি লাইরিক কৈ, লমহেন-তুহেন্দে হায়না খণ্ডজরিবনি অদুগা ঐনা....।

থৌদোক অসিগী মতুংদা ওইরমাল্লে বাংগালীমচাশিংনা হেডমাস্টর মহসিন আলি বড়ভুইয়াগী ফজ্জথ্রবা মামেং লাবা অমসু ফাদুনা লোইশিনবিখিবদো।

মহসিন আলিগী মশাগী ময়ুম ওইরমাল্লে মুস্লিম হোস্টেলগা তাইননা উকিল পট্টিরোমদা লৈ। নুমিদাংদা মশাগী য়ুমদা লৈরবসু অয়ুক-নুংথিলদি স্কুলগী কম্পাউন্দা লৈবা সরকারগী ক্বাটারদা লৈ। অদুনা য়ুম অমদগী অমদা চথোক-চৎশিনগী তাঞ্জা য়েংদুনা হোস্টেলদসু মরক মরক্তা চঙলকই। স্কাউট মাস্টর কুইনা ওইরকপা মরম্না থকশি-খাসি ঙাকপা য়াম্না পামজে। হেডমাস্টর ওইরফাওবদা স্কাউট মাস্টর ওইবা তোকখিদে। স্কাউটকী প্যারেডতা মহাক মশামক্তা লেংবা ঈশৈ শকহন্দুনা মশামক য়াওগদৌরিবনি, খাকি ফুরিৎ খাকিগী হাফপেন্ট শেত্তুনা টাই অঙাংবা পুন্দুনা। খরা করেম-কথাইনবা উশিং-থৌওইদবা ছাত্রশিংনা মহাক্কী ঈশৈদো শেমদোক্লগা শকই—'আগে চলে মহসিন আলি লেফ্‌ট রাইট কইয়া'...(মাঙদা চৎলি মহসিন আলি লেফ্‌ট রাইট হায়না)।

মহসিন আলিনা হেডমাস্টর ওইবগা হোস্টেলদা নিয়ম খরা হৌদোরকখি। নুমিদাং পুং তরা হেক তাবগা লাইরিক পাবা লোইশিনদুনা থাউমে মুথৎতুনা তুমগদবনি, অদুগা অয়ুক পুং মরিদা হৌগৎকদবনি। মসিনা, মহাক্না হায়, নশা ফহনগনি নকোকসু ফহনগনি। নিয়ম অসি ঙাকপ্রা ঙাক্তব্রা হায়বদো মশানা মরক মরক্তা তুমিন্না য়েংবা লাক্কদৌরিবনি। নিয়ম অসি কৈ-ফত্তে হায়বগী ৱাখল ইতৌ তৌদনা মসিবু য়ানিংদবা কাঙবু অমা চোংথোরকই, মখোয়গী মশীংনবু হেঙ্গৎলকই। অনৌবা করিগুম্বা অমা হৌদোকপদা মসি অয়াম্বা মতমদা থোকই। অদুবু হেডমাস্টরগী

মথক্তা শাউনীংবা অমদি য়ানীংদবদো হকথেংননা ফোংদোকপদি ঙমখিদে। অদুনা নোংমদি মহাক্কী ফজরবা হামেংদুনা হোস্টেল মনীংগী মী চিকপা মফমদুদা, মচিঙ্গাক চাবা লাকপনি খঙদে মশুং-মমান্নবী খরা লৈবদুদা কোয়বা লাকপনি খঙদে, লাকপদুদা ফারগা অদুম হন্নহনখিদ্রে। থিঙেল তাইনবা ঙমদ্রগা নাশিখোঙদা তাইনবিদ্রে।

হাইফেৎ লাকফেৎ ভাব তাবা জাৎনি হেডমাস্টরদো। ঐখোয়দা হংঙি— উহৌব্রা খঙহৌব্রা?

উহৌরসু খঙহৌরসু কনানা উহৌরি খঙহৌরি হায়না খুমগনি? অদুম ওইদবা হায়বা তাখি।

হেডমাস্টরনা হৌদোকপা অনৌবা নিয়ম অসিনা অমরোমদা ছাত্রশিংগী নুংঙাইবী হায়বদো ওইখ্রে। পুং মাপনগী অদুবাইদা কাম্নুনা মী শাদুনা মোন ফজনা খাঙহন্নগা কাংখন থাদরম্নগা লোম্না লোম্না সিনেমা লাস্ট শো য়েংবগী খুদোং চাবা হেম্না ফংলে। পুং তরাগী মতুংদা থাউমৈ মুথৎলবনিনা লোইনা তুমখ্রে হায়না লৌনরে, অদুনা লাস্ট শো য়েংবগী চাং হেঙ্গৎলক্রে। লায়না অসি ঐঙোন্দসু খরমখৈদি শন্দোরক্রে। নোংমদি হোস্টেলদা কা অমা লৌদুনা লৈবা ওঝা গুণময় বাবুনা ঐখোয়বু কৌশিল্লগা হায়—নখোয়না তৌরিসে খরদি হেঞ্জিন্নেকো, হেডমাস্টরনা থেংনবা থোক্লবদি নখোয়সু দশা তাগনি, ঐখোয়সু চোপকনি।

খরা লৈরগদি নুমিদাং পুং তরাদা তুম্নগা অয়ুক পুং মরিদা হৌগৎপসে ঐগী হৈনবী অমা ওইরক্রে। পুং মরিদা হৌগৎপা ঙমদবা ইমান্নবশিংনা ঐঙোন্দা বানোম্বা য়াওরকই— নঙনা তুম্বা হৌগৎপগা থীরিবা শৈরেংদো খরা লাউনা থীরকউ ঐখোয়বু হৌদোকপা ওইনা।

তম্নবা লাইরিক্তা য়াওবা, সিলেবসতবুদি য়াওদবা কবি প্রেমেন্দ্র মিত্রগী ফজখ্রবা শৈরেং অমা ঐনা য়াম্না পামজবদগী চীনফা পুদুনা অয়ুক হেক হৌগৎপগা নুমিৎ খুদিংগী থী। মখোয়না হায়বদগী ঐনা অয়ুক হৌগৎপগা শৈরেংদো লাউনা লাউনা থীবা হৌই।

জীবনবিধাতা আজি বিদ্রোহীর লহ নমস্কার,
লহ এই প্রীতিহীন প্রণিপাতখানি।
কৃতদাস মানবের মৃত্যুপুর হতে কমণ্ডলু ভরি
আনিয়াছি স্বেদ ও শোণিত পূতপূজাবারি
লেপিতে ললাটে তব চন্দনবিহনে
পূজা আজি তব বিপরীত।......

পরেং খরসি মৈতৈরোলদা হন্দোক্লবদি অসুম্না ওইবা য়াই—
পুন্সিনোংদম্বা লৌবিয়ু ঙসি লালহৌবা নচানা পুনেমজবসি,
লৌবিয়ু মীনুংশি পঙ্কবা নোল্লকচবসি।
অরেবা মীনাইগী অশিলৈবাক্তগী কমণ্ডলু থম্না
পুজরক্লি হুমাংগা ঈগা পুজাগী ঘট ঈমায়চোম্না
নঙগী লাইবক্তা নমজগে হায়না চন্দনগী মহক্তা
ঈরাৎসে নঙগী ঙসিদি মঙং অমনি।

কুইদে থংনবা কাদা লৈবা গুণময় বাবুনা নোংমদি কৌরগা হায়রকই—কবি, অয়ুক ঙন্তা হৌগৎপগা নঙনা থীরিবা শৈরেংদো খরা তপ্না থীয়ুবা কৈদৌগে। ঐদি ছাত্রমক নথত্রবনিনা পুং মঙা তরুক তাবা ফাওবদি তুম্নিংঙিদো।

মরক মরক্তা মহাক্না ঐবু 'কবি' হায়না নুংশিনা কৌবিবা য়াওই। হাফ-ইয়ার্লি পরীক্ষাদা বাংলা চে মহাক্না অমুকখক য়েংথি। পরীক্ষাগী চেদো ক্লাশতা পীথোরকপা মতমদা ঐঙোন্দা নোকমি নোকমি হায়রকই—কবি ওইবতনদি য়ারোইকো কবি, লাইরিকসু নীংথিনা পাবা তাই। মচং ওইবা বাফমদি ইয়াও য়াওদনা ঐনা বাহে-বাতা খরা লৈশি-লৈথোন্দুনা ইখিবা পাউখুমশিং অদুবুনি মহাক্না ইঙ্গিত তৌরিবদো।

গুণময় বাবু বাংলাতা নত্তনা সংস্কৃতসু তাকপি। তশেংবদি মহাক সংস্কৃতকী ওজানি। অদুবু বাংলা সংস্কৃত অনীমকসু ফজনা তাকপি। নোংমদি সংস্কৃত ক্লাশতা ইংলিশতগী সংস্কৃততা হন্দোকপগী চাংয়েং মচা অমা তৌই। ঐগী পাউখুম চেদো য়েংলগা মহাক্কী হৌনবী নোকমি নোকমিদো তৌরগা হায়রকই—কবি, বিদ্যাসাগরী বাংলাসে সংস্কৃত নত্তেকো, সংস্কৃতনি হায়দুনা চালাক তৌবা য়ারোইকো।

ঐগী চালাকতো খুদক্তা ফাবদুদা ঐসু নোকমি নোকমি ইকায়বা ফোঙদোক্লুনা ইমায়সে লুকথৈ।

হোস্টেলদা লৈবসিদি অঙাং ঙাক্তনিনা মথোং হক্তবা থবক কয়ানি তৌরিবা। নোংমদি করি বাখলদগীনো খঙদে ঐখোয় মরি-মঙা স্কুল কাদে। পারা ফাদবগীরা হোমবার্ক তৌদবগীরা কাউদ্রে। স্কুল কাদ্রবসু তুমিন্না লৈরদি ফগদবা, অদুবু কদায়দগীনো অফাওবা শাদুনা ঐখোয় ময়াম পুনশিল্লগা বাথী-বারেম ঙাঙনদুনা বা-বা লাউদুনা লৈরে। চৈরক্তুদা সুপারিন্টেদেন্টনা স্কুলদগী লাক্লুনা মাগী কাদা চঙথিবদো খঙহৌদ্রে। ঙাইহাক লৈরগা মহাক্না থোরকপদা ঐখোয়না আমিয়া কাদুনা লৈরিবদো উরে, ফি-ফি কামদুনা চংঙক্লে—কনা কনানো স্কুল কাদ্রিবা, করিগী কাদ্রিবনো?

ঐখোয় খুমফম খঙদদুনা উদগী তাবগুম পঙথদুনা চপ লেপ্তুনা লৈরে।

মথংগী নুমিংতা হেডমাস্টরনা ঐখোয়বু ক্লাশতগী কৌরক্লে। ভাব তাই, ঙরাংগীদুগী চৈরাক ফংবা শোয়দ্রে। হেডমাস্টরগী কাদা সুপারিন্টেদেণ্ট ফমদুনা

লৈরম্মী। ঐখোয় মরী মরী চঙশিল্লি। হেডমাস্টরনা মমিং খানা ঐখোয়বু য়েংলকই। ঙাইহাক লৈরগা অম-অমতা ওইনা হংলকই— করিগীনো ঙরাং স্কুল কারকল্লিবা?

অম-মমতা খুমই—

- সার, পূক কন্না থিনদুনা....।

- সার, কোক য়াম্না কন্না চিকপদুদা...।

- সার, মিং নাদুনা....।

- সার পূক য়েকপদুদা...।

ঐগী পালি য়ৌরকপদা খোন নিক্লা নিক্লা ঐনা খুমই—সার, দাইরিয়া কন্না তৌবদুদা।

হেডমাস্টরনা কৈদৌনা ঙংলকই—অমদা হংঙি পূক থিনদুনা, অমদা হংঙি কোক চিকতুনা, মিং নাদুনা, পূক য়েকতুনা, দাইরিয়া তৌদুনা। খঙগনি ঙসিদি নখোয়গী লায়না পূন্নমক ফননবা হিদাক থাগে।

হায়রগা টেবল মথক্তা লৈরিবা লীচৈদো তাপ পায়খৎলকই—কদায় মখুৎ তিংথোরকউ, ঙসিদি মতৎ মতৎ তৎনবা কন্থগে।

পুল্সিদা ঐগী খুবাকসিদা ওজা অমত্তনা পথাপ্পা ফাওবা কনখিদ্রি। ঙসিদি যুগ শুরবোইরে, লীচৈনা ঈহিং-নাহিং শাবা তারেদনা। মথং মথং লীচৈদুনা কন্থবা হৌরকই। মখুৎ মশা কন্দুনা ফ্রং-ফ্রং চোংবসু য়াওরকই। ঐগী ইপা য়ৌরকপদা ঐ জ্ঞান মাঙই। লীচৈদো কন্না হাইথরকই, অদুবু ঐগী খুবাক য়ৌরমদাই লীচৈগী শাফুদো হন্থখিবগুম তৌই। লীচৈনা কন্থবদো য়াম্না কন্না নারবসু নাদ্রবসু ইমায়সে ইচপমুক ঙাওনা হেডমাস্টরগী কাদগী থোরকখি।

নুমিদাং তুল্লমদাইদা ইতোমতা খল্লকই, করিগীনো ঙসি হেডমাস্টরগী লীচৈদুনা কন্না হাইথরক্লগা ঐগী খুবাক য়ৌরমদাইদা তপথখিবদো। মহাক্লা ঐবু নুংশিদুনা তৌরিব্রা? ওইরম্বসু য়াই। হেডমাস্টর মহসিন আলি মৈতৈলোন খরা খরা থোকই, মৈতৈমচাবু লুনা তৌই। নোংমো কুইদ্রি ইংলিশ ক্লাশতা ঐগী খাতা য়েংলগা মহাক্লা ঐবু মনাক্তা কৌশিল্লকখি—থুরু থুরু লাউ, থুরু থুরু লাউ। অদুদগী বাংলাদা মখা তাথরকখি—য়েংঙো, নখোয় খুঙ্গংদগী লাকপা মৈতৈমচাশিংসে অহানবদদি লাইরিক য়াম্না ফৈ, খরা চাউরক্লবদি ফৎচিল্লক্তে। করিগীনো? চেকশিল্লু, ঐনা হায়রিসে কাউগনু।

ওজানা নুংশিনা হায়বিখিবদো ঐ ঙসি ফাওবা কাউদ্রি।

মতম অদো কমিউনিস্টকী ইহৌ য়াম্না কনবা মতাংনি। হোস্টেলদা ইহৌ অসিবু পামজবা পংয়াও য়াওদ্রবসু স্কুলদদি ফনা য়াম্না লৈ। ঐখোয়গী ক্লাশতা মখোয় অনী মশক নাইনা ময়াম্না খঙনরকই— অহীন্দ্র চক্রবর্তীগা কমলেন্দু ভট্টাচার্যগা।

মখোয় অনী ঙাঙ্ব-শকপসু য়াম্না কৈ। স্কুলদা খণ্ডদে হোস্টেলদা খণ্ডদে ফাংসন মচা অমবু তৌরদি মখোয় অনী হেক্তা চোংথোরকই, খোঙগ্রাউ-ফুরিৎ ফম্রাক ফম্রাক মতা অদুগা ইথা-থাজদনা বা খরদি হেক্তো ঙাঙই অদুগা মতাং চানা সমাজবাদকী বা অমনী হেক্তা থেৎচিল্লম্মী। অহীন্দ্রগী ময়াম্বা জগদীন্দ্রদি নহারোলগী মশক নাইবা লুচিংবনি, জেলদা লৈনা লৈনা পুলিশনা গার্ড তৌরগা ঐখোয়গী স্কুলদা পুরক্লুনা মেট্রিক পরীক্ষা থাহনখি অদুগা ইউনিভার্সিটিদা সেকেণ্ড তাখি। ওজাশিংনা হয়াওজে, মখোয়গী ছাত্রনা পরীক্ষাদা ফজনা পাশ তৌরকপগী, অদুগা ঐখোয় খরনা চাউথোকচে কমিউনিস্ট ছাত্র লুচিংবা অমনা ইউনিভার্সিটিদা সেকেণ্ড তারকপগী। মথংগী চহীদা জেলদগী পুলিশনা গার্ড তৌদুনা পুরক্লগা ছাত্র অমসু মেট্রিক পরীক্ষা থাহনখি। মণিপুরদগীনি হায়, মৈতৈমচানি। ঐখোয় ময়াম য়েংনৈ। করিগীদমক্তা শিলচর জেলদা লৈররিবনো হায়বদুদি কনাসু খণ্ডদে।

হান্নদগী খরা পামজরকপগা অহীন্দ্র-কমলেন্দুখোয়গা থেংনরম্ববদগীদি গান্ধীবাগতা তৌবা কমিউনিস্টকী মিটিং অমত্তা চিথদ্রে ঐখোয় খরদি। মতাং অদো কমিউনিস্ট পার্টি বে-আইনী ওইদ্রে, অদুবু বে-আইনী ওইরিবা মতমদা ফাখিবা মীশকশিংদি অয়াম্বা থাদোকত্রি। অদুনা কমিউনিস্ট য়াওবা হায়বসি খরা খরদি কিনরম্মী। ঐঙোন্দসু থানানা ফাজনি হায়না কিহনবা য়াওখিদবা নত্তে। মখোয়না ফনা কিহল্লগসু ছাত্রশিংগী স্ট্রাইকতা মীয়ামগী রেলিদা তাঞ্জা চাক্লরবদি হেক্তা য়াওরুই। মতাং অসিবাইদনি লণ্ডনদগী ব্যারিস্টার ওইরদুনা লাকপা কুইদ্রিবা জ্যোতি বসুগী লেকচর গান্ধীবাগতা তাখিবদো। মিটিং অদুদা জালোক্তলাগী লৌমী-লুচিংবা গৌরনিতাইনা সভাপতি ওইখি। হায়রিবা গৌরনিতাই অসিগী অমত্তা পোকচবা মচানুপা গৌরহরিনি মহাক্কী কমরেদ খরগা লোয়ননা তেভাগা আন্দোলন মনুংদা পুলিশকী গুলিদা মথবায় কৎখিবদো। মিটিং অদুনা ঐখোয়দা অনৌবা থৌনাগী ঈনোৎ হাপ্পগুম তৌখি। বড়খোলা রোমদগী লাকপা হোস্টেলদা লৈমিন্নবা ইমান্নবা বৃন্দাবন নাথতি মখোয় মায়কৈগী নেতাশিং অমদি আন্দোলনদা শহীদ ওইখিবশিংগী বারীদা লোইবা নাইখিদে।

ইবাই নবদ্বীপনা নোংমদি হোস্টেলদা ঈশৈ শকপা নুপা অমা পুদুনা লাকই। বোরালজুরদগীনি, মমিং লোকনাথ কৌই। কমিউনিস্টকী ঈহৌগা ঈশৈগদা ঙাওজবা মীনি তা-লোকনাথ। বাংলাদসু মৈতৈরোলদসু শকই বিপ্লবকী ঈশৈ ঙাক্তা। বেড়ি চিংগনি ঈশৈ শক্কনি, অদুদগী চা পীথকউ হায়গনি। মহাক লাক্রবদি বাংগালীমচাশিংসু ওমশিল্লকই। তা-লোকনাথনা ঈশৈগী মতাং চানা চানা কমিউনিস্ট বিপ্লবকী বাথেৎচিনগনি। ঈশৈনা মীগী পুক্লিং কয়াম্না চিংশিনবা ঙম্বগে হায়বদো ঐ তা-লোকনাথতগী খণ্ডখি।

চৈরকসিদা এইডেদ স্কুল ওজাশিংগী আন্দোলন অমা য়াম্না কনখৎলকখি। আসাম পুম্বগী আন্দোলননি—সরকারগী স্কুলশিংদা ওজা ওইরিবশিংগা তোলোব মান্নবা এইডেদ স্কুলশিংগী ওজাশিংদসু পীবিয়ু হায়বগী দাবীদা। দাবী অসি কমিউনিস্ট পার্টিনা শৌগৎলি। নোংমদি ওজাশিংগী চাউরবা রেলি অমা লাকই, ওজাশিংতো নত্তে ছাত্রশিংসু য়াওরি। রেলি অদুনা ঐখোয়গী স্কুল মপা য়ৌরকপদা হাম্নদগী শেম-শাদুনা লৈরিবা ঐখোয়, ক্লাশ খুদিংগী ছাত্র মরি-মণ্ডা, থোক্তুনা মাগী মাগী ক্লাশতগী থোরক্লবা কৌথোক্লে। কনানো অমনা চৎখিদুনা কাংশি পায়রগা কাং কাং য়েক্লরে। ক্লাশ পুম্নমক কায়রে, নুমিৎ অদো ক্লাশ অদুম তৌদ্রে। অদুগা ঐখোয় খরনা রেলি অদুদা পুল্লুরে।

মথংগী নুমিৎতা হেডমাস্টরনা য়াম্না শাউনা ক্লাশ খুদিংগী চঙদুনা হায়রখি— সরকারগী মতেং ফংবা ওজাশিংনা আন্দোলন তৌবদা নখোয়না কৈদৌনবা য়াওরুরিবা। নখোয়গা মখোয়গা করি মরী লৈনৈ। চুম্মি, এডেদ স্কুলগী ওজাশিংনা ফংলিবা তোলোবসি য়ামদে। মখোয়দগী হেন্না ফংলিবা সরকারগী স্কুলদা ওজা ওইরিবা ঐখোয়গী তোলোব অসিফাও য়ামখিদ্রগোৎনি। অদুবু ওজাগী আন্দোলনদা নখোয়না য়াওশিন্দুনা ক্লাশ তৌহন্দবা হায়বসিদি য়াম্না লাল্লি। মতুং-মনাও খক তৌগনুকো।

নুমিৎ খরনি লৈরগা শিলোংদগী স্কুল ইন্সপেক্টর লাকই, এডেদ স্কুলগী ওজাশিংগী আন্দোলনদা গোবর্নমেন্ট স্কুলগী ছাত্রশিংনা য়াওশিন্দুনা ক্লাশ থুগাইখিবগী তদন্ত তৌবা। ইন্সপেক্টরনা অবাংবা ক্লাশকী ক্লাশ খুদিংদা চঙদুনা বাহং-পাউহং তৌরকই। ঐখোয়গী ক্লাশতসু চঙলকই অদুগা হংলকই—কনা কনানো ওজাশিংগী আন্দোলনদা মকোক চিংদুনা ক্লাশ থুগাইবা?

ঐখোয় মরি-মণ্ডা ফুক ফুক হৌগৎলি। মহাক্না ঐখোয়বু খানা য়েংলকই।

ঐখোয়সু থৌনা ফনা মায়থোঙ করিমতা হক্সিনবা তৌদনা লেপ্তুনা লৈ।

ঙাইহাক লৈরগা হেডমাস্টরগী কাদা ঐখোয়বু কৌরক্লে। ঐখোয় করিমতা পাখৎ-খোকৎপা তৌদনা চৎলে। হেডমাস্টরগী কাদা ইন্সপেক্টরনা ধমকাগা লোয়ননা হাইফেৎ শাংলবা ফজরবা লেকচর অমা তাউথরকই অদুগা অরোইবদা হায়রকই— ইংরেজকী মতমদা ওইরম্লবদি নখোয় স্কুলদগী তাম্থোক্রগদবনি, রাস্টিকেট তৌরগদবনি, করিগুম্বা স্কুল অমত্তদা তম্বা য়াহম্লোইদৌরিবনি। ফরে, নখোয় অঙাং ঙাক্তনি, হন্দক্তি অহানবনিনা মাপ তৌবিরগে। মতুং-মনাও তৌরবদি অকনবা চৈরাক শোয়দনা ফংগনি।

হেডমাস্টরগী কাদগী থোরক্লগা ঐখোয় মশেন হায়নৈ—কয়াতা নুংশিনা হায়ম্রবনো, ঐখোয়বু ধমকাদা চৎকদৌবদৌনা।

১৯

নোংমা বাংলাগী ওজা আব্দুলবারীনা কলকাতাদগী ফোঙবা সাহিত্যগী চেফোঙ 'মোহম্মদী' কৌবা অমদা ফোঙলকপা মহাক্কী কবিতা অমা ক্লাশতা পাদুনা ঐখোয়বু তাহল্লি। শৈরেং অদুগী মমিং 'এ কী বিপরীত' কৌই— মৈতৈরোলদা হায়বা তারগনা 'কয়াতা তায়োম্লশ্রবনো'। ছন্দ নাইবা শৈরেংনি, তাবদা য়াম্না নুংঙাইখি। পরেং মতেক অমদি হৌজিক ফাওবা কাউদ্রি, অসুম্না তৌই—'কিশোরগঞ্জে বুড়াবুড়ি এ কী বিপরীত!' কিশোরগঞ্জ হায়রিসে লম অমগী মমিংনি, অর্থনা পাখংমেচাশিংগী কৈথেল হায়বনি। অদুবু মসিদা হনুব-হনুবীসু লৈ। মমিংগা কয়াতা খেন্নশ্রবনো। অসুম্না তায়োন্নবা কয়া খোমজিল্লগা ফজনা লৈশি-লৈথোনগা লোয়ননা লেংবা শৈরেংনি। ওজা আব্দুলবারী মেট্রিক-নোর্মালনি, অদুনা ক্লাশ এইট ফাওবতংনি মহাক্না বাংলা তম্বিবসে, অদুবু ময়াম্না মহাকপু থোইদোকপা ব্যবহার অমদি তৌই মঙোন্দা চেল্লিবা সাহিত্যগী গুণ অদুগীদমক।

অঙাং ওইরিঙৈ হায়সিদি মহাক্না পামজরুবদো থেংনরবদি মতৌ হেক্তা তম্লিংই। ওজা আব্দুলবারীগী শৈরেং তারুবদগী ঐসু ঐগী শৈরেং ছাপাগী ময়েক্তা উনীংলকখি। মতমদুদা কলকাতাদগী ফোঙবা 'শুকতারা' (অয়ুক্কী শজীক) কৌবা অঙাংশিংগী থাগী চেফোঙ অমা লৈরম্মী। চেফোঙ অসি য়াম্না ফজনা লাই-ককা য়াওনা পুথোকই, ময়াম্না য়াম্না পাম্নে, ঐসু চাং নাইনা পাই, চহীগী গ্রাহক ওই। হায়রিবা চেফোঙ অসিদা ঐ ঙাইঙমদনা শৈরেং অমা ইরগা থাদ্রে। ফোঙলক্কদ্রা ফোঙলক্লোইদ্রা খঙদে, বাখলসে মরক খরদি তংদাফম খঙখিদে।

মতম খরা মতুংদা চিঠি অমা লাকই। হোস্টেলদা লৈমিন্নবা বাংগালীমচা অমনা হান্না থেংনরুদুনা চিঠিদো মহাক্না পাথোক্লগা ঐঙোন্দা পীরকই। ঐ হাইফেৎ শাউনীংই। ঐখোয়গীদি পাবোনা অঙাং ওইরিঙৈদগী তমবিরকই—মীগী চিঠি পাম্বা হৌনদে, পারুনু। মরূপ অদুদি ঐগী চিঠিদো থৌওইনা ফাকতোক্তুনা পাবতা নত্তনা ঐঙোন্দা করেম্নবা হৌরকই—কবিনিনে কবি। অদুদগী মখা তাথরকপা ওইনা চিঠিগা লোয়ননা হুল্লকপা ঐগী শৈরেংদুগী মঙৎ তাদবা পরেং অদু থীদরকই। ঐ শাউনীংমনশ্রদুনা

কৃজিল্লসিরা খল্লকই। ঐগী ইতৌদো ভাব তামাল্লে, মরূপ অদো শাউনু হায়রল্লগা লৈথোক্লুনা চৎখি। ঐসু খঙই, মওং চাদবা পরেং অদুনা মরম ওইদুনা ঐগী শৈরেংদো হল্লকপা ওইরমগনি হায়বা। পরেংদো মওং তাদে হায়বা খঙন-খঙনা ঙাইঙমদদুনা থাখিবনি। ঐ থবায়সে য়াম্না নুংঙাইখিদে, ইসু ইকায়খি।

পংকুই কুইদনা ঐখোয় ক্লাশকী বাংগালী মরূপ অমনা হোস্টেলদা কোয়রকপদা ঐগী খুৎইদা লৈবা বারেং-শৈরেং থরদো য়েংলে, অমখক্তি মোন্দাক্লরমাল্লে, হায়রকই—বারীমচাসে ঐ পুল্লগে, ঐখোয়গী খুৎনা ইবা মেগাজিনদা হাপ্লুগে। বারীমচাদুগী মমিং 'সহরে কেন এলাম' কৌই—(সহরদা করিনুংগী লাক্লুরিবনো) ঐগী ইহান-হানবা বারীমচাশিংগী মরক্তা অমনি। বাংলাদা ইবনি।

মখোয়গী খুৎই-মেগাজিনদো ঐঙোন্দা উৎলে। মদু উরুবদগী অদুগুম্বা মেগাজিন অমা ফোঙনবগী ঈনোৎ অমা ঐগী ৱাখলদা কল্লা লাকখি। মসিগী মমাঙদা শরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী অঙাং ওইরিঙৈগী পুন্সিবারী পারুবদা মহাক্লা মহাক্কী মমাল্লবশিংগা খুৎই-মেগাজিন ফোঙবগী বারী থেংনখি। মদুনা ঐগী ৱাখলদা য়াকাইরোল তাহনবগুম তৌখি।

পূজাগী ছুটিদা য়ুমদা লাকপগা ইমাল্লবশিংগা তাল্লরে। মরূ ওইনা মৈল্লাম ভুবননে খাইদেম হেমাঙ্গনে ঐনে ঐখোয় অহুম লেপ্লরে, খুৎই-মেগাজিন অমা পুথোক্লবা তৌরসি। মসিগী মমাঙদা ঐখোয় খরনা ফক্লাং মেগাজিন অমসু খুৎনা ইদুনা ফোঙখি, সরোক কারোংদা লৈবা অমরধন পালগী দুকান মমাঙদা ফক্লাংদা .থেৎতুনা থমখি পানিংবশিংনা পাবা য়ানবা হায়দুনা। মদু পুথোকপদা ঐখোয় হরাওখি য়াম্না চাউরবা থবক অমা পাঙথোকপদৌনা।

লেপ্লবা মতুং ইন্না আর্টিকল তংখোম খোল্লে, ইবা হৈব-হৈতবা, ফজব-ফজদবা থিদ্রে, ঐখোয়গী পান্দম অদুতং ফংলগা লোইরে, অসিনি ঐখোয়গী ৱাখল। ১৯৫১গী ওক্টোবর থাদা ঐখোয়না পামজবা খুৎই-চেফোঙ 'আশা' ফোঙলে— ত্রৈমাসিক পত্র, হায়বদি থা অহুম-অহুমগী চেফোঙ ওইনা। ঐনা সম্পাদক অদুগা হেমাঙ্গনা সহ-সম্পাদক। কার্বোন থারগা পেন্সিলনা ইবনি, অমুক্তদা কোপি খর-খরতনি লৌরিবা। ভুবনখোয়গীদা থরা চিকপনিনা মখোয়গী মাঙোলদা টেবল থারগা মরূ ওইনা ঐখোয় অহুমনা কোপি তৌরগা 'আশা' পুথোক্লে।

ঙসি চহী য়াংখৈতরুক মতুংদা আশাগী অরিবা কোপি উরুরগা পুক্লিংসে নুংশিবতা নত্তনা খল্লুবদা অঙকপা অমসু ফাওই। অহানবা মশীং অদুদা ৱারেং শৈরেং ইখিবশিং—ভুবন, হেমাঙ্গ, ডাঃ মৈল্লাম মানসিং, কাজি আহম্মদ আলি, খাইদেম মোহন, নোংথোম্বম ব্রজমোহন, মৈল্লাম অরুণ, ঙারিয়াম্বম গৌরবিধু অদুগা ঐ— ঐখোয় পুম্নমক মৈতৈরোলদা লাইরিক তম্নকপা অমত্তা য়াওবা নত্তে, বাংলাদা

তম্নকপা ঙাক্তনি। চহীসু তাদো মানসিং নত্তনা অতৈদি নৌরিবা ঙাক্তনি। মতমদুদা ইখিবশিংদো পারুরগা ঙক্লা থোকই, মপুক্সিদা অহানবা ওইনা মৈতৈরোলদা ইবা ঝারেং-শৈরেং ঙাক্তনি। ঙসিদি কনানা কদায়দা লৈত্রবা, ঈ-পাউ খঙনদবনা অয়াম্বা ওইরে। ময়াম অদুগী মরক্তা খ্বাইদগী অহন ওইবা হোমিওপেথিগী ডাক্তর তাদো মানসিং সংসার থাদোক্নুনা চৎখিবা কুইরে, মরূপ হেমাঙ্গসু লৈখিদবা কুইরে। ইনাও শক্রবা অরুণ মবা-মপাউ তাখিদবা কুইরে, কদায়দা লৈরিবা খঙদে, লৈরিব্রা লৈত্রবরা হায়বদুসু খঙদে। অদুগা কাউবা ঙমদবা অমনা ঙাথেমগী ইবাই রূপচান্দনি, মহাক্কী মমিং বাবাহনসু কৌই। মহাক্না আনাতরুক (মণিপুরগী আনাহুম) পীদুনা আশাগী কোপি অমা খুলাংখা কৌবিখি। ঐখোয় কয়াতা হয়াওখি, ঐখোয়গী খুৎনা ইবা মেগাজিন ইহান-হান্না মহাক্না হয়াও-হয়াও লৈবিবদুদা। মতম অদুদা মহাক আই এ তম্লি, ঐখোয় খুনগী মহাক্না ইহান-হানবা মেট্রিকনি। সেণ্ট্রেল গবর্নমেণ্টকী থবক অমা ফংদুনা মহাকসু ঐদৌনা মণিপুরদা লাকখি। মহাকসু সংসার থাদোক্নুনা চৎখিবা ফনা কুইরে।

খুৎই-মেগাজিন ফোঙবা চহী অসিদা ঐ বারীমচা অহমথক ইখি, চহী হৌরকপগী অদুবাইদা ওইরমাল্লে। বারীমচা অহমদু 'মৈতৈ অহন' মিংথোন্দুনা খাতা অমদা হৌজিক ফাওবা খুৎইদা লৈরি। খুৎইদা লৈবা লাইরিক অসি পারগা ঐগী মরূপ ভুবনগা হেমাঙ্গগনা নুংশি-নুংশিবা ঝাহেনা ইদুনা ঐবু থাগৎপিখি। হরি-দা, বিবিগাওগী হুইরেম হরিমোহন, হোস্টেলদা লৈমিন্নবনি, মেট্রিক থাগে থাগে তৌবা মতাংনি, মহাক্নসু লাইরিক অসি পারগা ঐবু থৌগৎপিখি, ইংরাজী য়াম্না পামজে অদুনা ইংরেজীদা ইবিরম্মী— From his childlike simplicity he has come to learn what is the great disturbance among the Manipuri community in the way of education..... Notwithstanding his good or proper language I thank him from the innermost corner of my heart. মীশক অমদি ঐ চপ-চানা কনানো হায়বা ঙমদ্রে, ইংরাজীদা মমিং বি এম সিংহ হায়না শম্না ইরম্বদুনা। ঐনা অসুম খনবদা সিঙ্গেরবোন্দগী ফুরিংশাবম তাদা ব্রজমোহন ওইরমগদব্রা খল্লি। মহাক মতম অদুদা গুরুচরণ কোলেজদা আই এ তম্লি। ঐনা তোলেনখুন্দা ইপুবোকখোয়গীদা লৈদুনা লাইরিক তম্লিঙৈদগী হৌনা খঙনখিবনি, ঐবু মনাওতা মনাও ওইনা নুংশিনা তৌই। ইপুবোকখোয়গা মখোয়গদি তুরেলগী ঝাংম-ঝাংমতনি। মহাক্না ইরম্মী— You want to pull our society in a fresh aired place and for this you seek for a fresh young party, is not it ?....I wish you will lead your ink through a noble aim. মখোয়গী মমল য়াম্নবা য়াইফ-ঝাখল অমদি আশীর্বাদ ঐ ঙসিসু কাউদ্রি।

মতম অদুদা ঐনা য়াম্না চেকশিন্না শেমখিবা 'মৈতৈ অহন'গী খাতাগী মখুম অদুনা ঐবু মতম অদুগী বাকম অমগা খংনীং নীংশিংহল্লি। মখুম অদুগী লাইদু মোস্কো-ক্রেমলিনগীনি, 'সোভিয়েত দেশ' কৌবা চেফোঙদগী লৌথোক্লগা পানখিবনি। মতম অদুদা ঐ হায়রিবা মেগাজিন অসি লৌদুনা য়াম্না থবায় য়াওনা পাই। মেগাজিনদো মচু-মচুগী লাই য়াওদুনা য়েংবদা য়াম্না ফজে, পাবদসু নুংঙাই, মমলসু য়াম্না হোঙই। 'সোভিয়েত দেশ'তা নত্তনা বালাদি মোস্কোদগী ফোঙবা 'সোভিয়েত ইউনিয়ন'সু সবস্ক্রাইব তৌই। য়ুম্লোন অম-নীখক্তং কাল্লগা ইচিন্নাও ওইনা লৈমিম্নবা ললিত মোহম্না 'চাইনা পিক্টোরিয়েল' লৌই। হায়রিবা মেগাজিনশিংসে ঐখোয় পুম্না য়েংমিন্নে, পামিন্নে। তৌবগীদি পাবদগীদি য়েংবনা অয়াম্বনি। কমিউনিস্ট লৈবাকশিং অসিগী মেগাজিন লৌবতা নত্তনা কলকাতাদগী ফোঙবা বাংলা চেফোঙ কয়াসু বালাগা ঐগনা লৌই, বাংলাগী উপন্যাস কয়াসু ফংলু ফংলুবদা পাই। সাহিত্যদা থবায় য়াওবসে ঐতা নত্তে বালাসু য়াওই। কুপ্পা পাবদি মহাক্না হেনবা খল্লি। অঙাং ওইরিঙৈদা মখাগী ক্লাশতা তল্লিঙৈদা মরক মরক্তা তম্নবা লাইরিক্তা য়াওরিবা বারেং-শৈরেংশিংদো কনানা লেংবনো হায়না ঐখোয় অনী অমনা অমবু হংনদুনা শান্নে। মহাক্তি শৎ শৎ খুম্বা ঙমই, অমত্তা শোয়দে, ঐদি করিগুম্বদা শোয়বা য়াওই। ক্লাশতি মঙোন্দগী ঐনা অনী হেল্লিবনি। মহাক্তি খুৎইসু ফজে, ইথোরকপদা সাহিত্যগী লৈশি-লৈথোন অদুম চেল্লি। মহাকপু খঙবশিংনা হায়, মাসু ইবগী হৈনবীসে লৈরম্নবদি খরদি অদুম মশক নাইনা ইরমগদবনি। অদুবু কাংখথাং ওইদুনা অদুম তোকলে।

ক্লাশ এইট তল্লিঙৈদনি ঐনা বারীমচা ইবগা লোয়ন-লোয়ননা উপন্যাস মচা অমা হৈবোই হৈতবোই ইখিবদো। পূজাগী ছুটি মনুংদনি, নুংথিলদা নুংশানা মরায় চায়থরকপা মতম, তাঞ্জা য়েংল-য়েংলদুনা ঐখোয়গী মনীংগী লৌবুক্তা অশংবা ফৌনানা লেঙ্লেঙ লাউবা মরক্তা মোরামুক বাংবা ফান মচা অমা থারগা উপন্যাসনি হায়দুনা 'শরৎ-সন্ধ্যা' ইখিবদো। ইমাঙদা অশংবা ফৌনাগা মনীংতম্না হুন্নকপা মালংগা ইপোম হৌনা শান্নবদো উবদা ঐগীসু বাখলদা ঈথক-ইপোম হৌরকখি। নীংশিংলকখি কবি দ্বিজেন্দ্রলালগী শৈরেংগী পরেংদো—'এমন ধানের উপর ঢেউ খেলে যায় বাতাস কাহার দেশে' ('সিগুম্বা ফৌনাদা মালংনো ইপোম হৌহন্না শান্নবা করম্বা লৈবাক্তা লৈবগে)? লৌখোঙদা ঈশিং খরা খরা লৈরি, লৈপ্লে মচাশিংনা চ্রোক-চ্রোক চেন-চোংদুনা শান্নরি। মরক মরক্তা উথুম্না লাপুক লাপুক লৈদুনা তুম্ তুম্ খোংল্লি। নুমিদাংবাই ওইশিল্লক্নুনা লৈচিল-নোংফাই পংথাং থাংদ্রবা শংবানবা অতিয়াদা উরোক্লচিংবা পোম্বী-চেক্লানা সঙ্গু সঙ্গু পরেং পরেং মরানয়াই তম্না পাইরি। পাক্লবা লৌবুক্কী তাম্নবা চিদাইদা চীংদুম মচা কয়ানা চপ চপ লেপ্তুনা লৈরি। নোংচুপ থংবা

মাইকৈন্দা চীংদুম মচাশিং, অদুদগীসু অমুক লাপ্পা, য়াম্না লাপ্পা বাংলবা শংবানবা চীংশাং পরেংনা শংবানবা অতিয়াগা শম্নম্নি। অহন-লমম্না বাষী তৌবদা তাখি, শাংলবা বাংলবা চীংশাং পরেং অসি হংলগনি পৌদা ময়াম লৈরিবদো, পৌদাশিং অদু লান্দুননি রেলগাড়ীনা চেল্লিবদো, অদুগা রেলগাড়ী অদুদা তোংলগনি ঐখোয়গী খুন্দগী যমুনামুখতা য়ুম হোংদুনা চংনখিবদো। ঙাইহাক অদুদা, ঐগী নীংশিং-ফিজংদা চোংথরকপগুম তৌখি মতম কুইনা উনখিম্রবা অহন-লমনশিং অমদি অঙাং ওইরিঙেদা শাম্ন-খোংনমিন্নখিবা শামান-লেংমান্নবশিংদো।

অসুম হায়না পুজাগী ছুটি থা অদুগী মনুংদা ইবা লোইখি নোভেল মচাদো। অদুবু যোঙগে হায়বগী বাখলদি ঐঙোন্দা থোইনা লৈখিদে। অদুনা মপুল্লি চুপ্পা ফাদোক তারবা বন্দীদৌনা তাদুনা লৈখি খাতাদো, কোকফাই খরা কা, তীম্না খরা চিক। মরক মরক্তা অরিবা চে-চাং থিবদা করিগুম্বদা থেংনরুবসু য়াওই, অদুবু কৈদৌনুংদসু মাবু ফাদোকশঙদগী মুক্তি পীবিরগে হায়বদুদি খল্লুদে। চহী য়াংখৈমুক মতুংদা নোংমা বীরমণি লাকখি, গৌহাটিদগী ফোঙবা *ইচেম্মা* গী এডিটর ফুরিৎশাবম বীরমণি, হায়রে—কাকা, ইচেম্মা দা করিনো করিনো খরা চাং নাইনা ইবিদবা য়াম্রে।

থবক চিনবা মতন্নি, অনৌবা করিগুম্বমা ইদুনা পীবা ঙমগদবা মান্দে। ঙাইহাক বাষী শানরগা করি বাখলদগীনো অদুঙেগী নোভেল মচা অদু খংনীং নীংশিংলকই, মঙোন্দা হায়— হৌজিক হৌজিক্কী ওইনদি নঙোন্দা অনৌবা করিগুম্বমা পীবা ঙমগনি থাজদে, নঙনা পাম্নগদি অদুঙে অঙাং ওইরিঙেদা ইখিবা নোভেল মচা অমা লৈ, মদু মথং মথং ফোঙগে হায়দুমঙাই।

খুৎইদা লৈবা লাইরিক মচাদো পুখোক্নুনা মঙোন্দা উৎলি। য়েংলগা হরাও হরাও মহাক্না হায়রম্মী— কাকা নুংঙাইজরে মথং থাদগী ফোঙবা হৌজরগে।

অসুম হায়না কৈগুমশঙদগী মুক্তি ফংখি 'শরৎ-সন্ধ্যা'। *ইচেম্মা* দা মথং মনাও নাইনা ফোঙবা লোইবগা মরূপ মপাং খরনা লাইরিক ওইনা ফোঙদোক্নবা হায়বিরকখি। শিলচরগী কাছাড় কোলেজদা লাইব্রেরিয়ান ওইনা লৈরিবা লাইশ্রম মংলেম্বনা খরা হেম্না তকশিন্নকখি। মখোয়না হায়রিদো চুম্বোই খন্দুনা ঐসু ২০০৫গী চহী লোইরমদাইদা 'শরৎ-সন্ধ্যা' লাইরিক ওইনা ফোঙখি। লোইদাম থাবুম তরা নাউপুরবা মতুংদা মমিৎ-মমায় পাঙদুনা মচাগী মায়থোঙ উবদা মমা ওইবীনা হরাওজবগুম ঐসু চহী য়াংখৈ হেম্না নাউপুদুনা লৈরম্বদগী লাইরিক মচা অদুগী মশক উবদা ইনৌ নৌবা মনুংঙাই অমা ঐঙোন্দা ফাওরকখি।

ক্লাস নাইন কারকপগী অদুবাইদনি। শিলচরদগী বাংগালীমচাশিংনা ফোঙবা মেগাজিন মচা অমা থেংনরুই। মদু থেংনরুবদগী ঐগী বাখল-ঈপাক্তা অকনবা ঈথক-ইপোম হৌরকখি, মখোয়না ছাপা তৌদুনা মেগাজিন ফোঙবা ঙম্নগা ঐখোয়না

ঙম্নোইদৌরিবা করিগীনো? ইমান্নবশিং তান্নরগা হন্দক্তি ছাপা তৌদুনা ফোঙনবা থৌরাং তৌরে, মমিংনা 'পঞ্জেন' থোন্নে। অদুবু নম্ননবা প্রেস থিবদা অৱাবা অমা ওইহ্রে। শিলচরদা লৈরিবা প্রেসশিংদো বাংলা অমদি ইংরোজি নম্বদদি খুৎলোই, অদুবু মৈতৈরোল নম্বদদি মখোয়দা অৱাবা অমনি। কাছাড়গী খ্বাইদগী লীরবা চয়োলগী চেফোং 'সুরমা' নম্বা এরিয়ান প্রেসতা অহানবা চৎলে। মৈতৈরোল উবদা ঙকখ্রে। ম্যানেজরনা কম্পোজিটরশিং তান্নরগা অসিদি রেট খরা হেন্দ্রবদি ঙম্নোই হায়রক্রে। মখোয়না হায়রকপা রেটতো তাবদা ঐখোয় হাইফেৎ খংগি। শক্তি প্রেসতা চৎলে, শিলচরদা খ্বাইদগী চাউবা প্রেসনি। প্রেস অসিদগী চয়োলগী চেফোঙ অমসু ফোঙই। মমিংদো কাউখ্রে। চেফোঙ অদুগী সম্পাদক নিস্তারণ গুপ্তনা প্রেসকী ম্যানেজারনি, মপূসু ওইরমান্নে। মাগা উনবদা হরাও-হরাও মতেঙ পাংবিগে হায়না য়ারক্রে। মখোয়না নুমিৎ খরনিগী মতুংদা নম্বীদুনা পঞ্জেনগী অহানবা মশীং ১৯৫২গী লোইরমদাইদা পুথোক্রে।

ইমান্নবশিংনা মায়কৈ মায়কৈদা চেফোঙ অসি য়োনবদা মতেঙ পাংবিরকখি। শিলচর টাউন মনুংদদি হরিকুমার ময়াম্বগী কোর্ট কম্পাউন্দদা লৈবা চাগী স্টৈালদা লাকপশিংদা ঐ ইশামক্লা হাদুনা য়োল্লি। ঐবু খঙদবা কনাগুম্বনা হংগি,— সম্পাদক নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ হায়রিসে কনানো, করি তৌরি?

মীশক অদো ঐনি খঙবদা হাইফেৎ ঙকপগুম তৌখি,— এঃ নঙ ওইরে, য়াম্না অঙাং ওইরিনা!

ঐবু খঙবা, ঐবু নুংশিবিবশিংনা পাউতাক পীবি,— অসোমদা থৱায় কন্না য়াওরম্নুকো, লাইরিক লাইগুদা অকায়বা লাক্কনি।

ইরুংবম খুড়া চন্দ্রসিং মতমদুদা ডি সি ওফিসতা ক্লার্ক ওইরি। মহাক্না মহাক্কী কাদা নুংশিনা কৌশিনবিরগা তাকপিরকখি,— মেগাজিন ফোঙবা হায়বসি ডি সি ওফিসতা রেজিস্টার তৌগদবনি, রেজিস্টার তৌদ্রদি আইনগী মতুং ইন্না ফোঙবা য়াদে, অদুগা ফোঙলিবা মেগাজিন অদুগী কোপি অমসু ডি সি ওফিসতা পীরক্কদবনি।

মহাক্নরা কনাননো হায়বদগী ইম্ফালগী পাউজেল চে 'প্রজাতন্ত্র'দা কোপি অমা থাখি। মখোয়না য়াম্না থাগৎপিরকখি মখোয়গী খবরদা, অদুবু মসিমদি হায়রকখি— বানানদি মওং তাদে, অসোমদা খরা য়েংশিনবা কৈ।

চে অঙাংবনা মখুম পানবা, মমায়দা নুমিৎ থোক্লকপগী লাই য়াওবা, এক্সারসাইজবুক্কী সাইজতা পুথোকপা মেগাজিন অদুগী কোপি অমখক্তংদি ঐঙোন্দা ফনা কুইনা লৈরম্বনি। ইম্ফালগী কাকৈথেলদা লৈবা লালমণি কৌবা লাইরিক লাইগু খোমজিনবদা থৱায় য়াওজবা নহা অমনা বাংলাদেশতা পুদুনা বুক এক্সিবিসন তৌরুনি হায়দুনা পুবিখিবদগী অদুম থিনবিরকখিদ্রে। মহাক মশাসু লৈখিদ্রে, মহাক মশা

লৈখিদ্রবা মতুংদা মরূপ প্রোফেসর আই এস কাঙজমগা লোয়ননা মহাক্কী উপু ময়াম অদুদা থিরুবদা পঞ্জেনগী কোপিদো ফংবা ঙমখিদ্রে। লাইবক ফবদগী খুৎনা ইবা 'আশা'গী অমত্তা ঙায়রবা কোপি অদুদি থেনদুনা পুরকখি।

পঞ্জেনগী অহানবা মশীংদা কন্না কন্নানা করি করি ইখিবগে হায়বদুগী মতাংদা লোইনমক নীংশিংবদি থোকক্লে অদুবু নীংশিংলিবা খরদি— ভুবনগী 'ওক্তবা' কৌবা বারীমচা অমা, ঐগী শৈরেং অমগা 'জীবন উৎসর্গ' কৌবা বারীমচা অমা, অদুগা রসিদ চৌধুরীনা শম্না অনুবাদ তৌবা মেক্সিম গোর্কিগী উপন্যাস 'ইমা'গী অহৌবা তাংকক খরা অমদি ব্রজলালনা (বালা) শম্না হন্দোকপা চার্লস ডিকেন্সকী 'ডেভিড কোপারফিল্ড'গী অহানবা তাংকক খরা — অসি ওইরমাল্লে।

মেট্রিক পরীক্ষাগী লাইরিক কনশিল্লকপগা অমদি ঐগী সাহিত্যগী পুংবা ঐগী মরূপ ভুবন্না কলকাতাদা লাইরিক তম্বা চৎখিবগা অনী পাম্নখিদুনা পঞ্জেনগী মথা তাবা মশীং ফন্না কুইনা ফোঙবা ঙমখিদে।

মতাং অসিবাইদা ওইরমাল্লে ঐখোয়গী চাকথোংবা রাজকুমার-দানা থবক থাদোক্লুনা চৎখিবদো। মানা চৎখিবদো ঐ য়াম্না নুংঙাইখিদে। ঐবুদি মানা য়াম্না লুনা তৌজবনি। চৎলমদাইদা ইনাক্তা চংঙক্লুনা হায়রম্মী— কুঞ্জবাবু, ঐ চৎলগে, ঐনা করিগুম্বদা নত্তবা বাহে হায়খিবা লৈরম্লগদি ঐবু ঙাকপিয়ুকো।

মানা থবক থাদোক্লুনা চৎখিবগী মরমদা মহে মহে করি করিনো ঙাঙ্নখিবা অমা লৈখি। ঐদি থোইনা থাজরুদে। মরক মরক্তবুদি খনখি, হোয় মীওইবা হায়বসি তম্বা ঙমদে, কন্নানা খঙবা ময়াম্না ঙাওনরিবদো চুম্নম্বসু য়াই।

নোংপোক পাকিস্তানলোমদগী হিন্দু ময়াম অমা পাক্তক্লনা চেহ্নোক্লরকপা মতাংনি। মৈতৈদি পংউ উদে, বাংগালী ঙাক্তনি। মতাং অসিদনি ঐখোয়গী ইপহৌনা রিফিউজি ইমুং অনীদা মতৌ য়েংবা ঙমদদুনা লম্বী মপানগী ইংখোল অনী লেম্না পীদুনা লৈহনখিবদো। মখোয়সিদি মরাইবক ফৈ হায়বতাই। মখোয়গুম্না মরাইবক ফবা ইমুংদি লিশিং লিশিংগী মনুংদা অম-নীথক্তনি। মশীং লাকঙমদবা ময়াম অদুদি লৈফম-চাফম খঙপোৎ নত্তে। লাঞ্জেল্লকপা ময়াম অদুগী মতম খরগী ওইনা লৈফম-চাফম পীনবা সরকারনা স্কুল-কোলেজ ময়াম ছুটি থাদোকখি, ঐখোয়গী স্কুলসু হোস্টেলসু রিফিউজি ক্যাম্প ওইখি।

তাঞ্জা অসিগী খুদোংচাবা লৌদুনা কাঙবু খরনা কাঙলুপকী ঈরাং শাগৎনবা কমা হোৎনেরকখি। মিটিং কয়াদা ফোংনা হায়বা য়াওরকখি— মুসলমানশিং লৈবাক অসিদগী তাহ্নোকখিগদবনি, মদুগীদমক শেমশাবা হৌরো। ঈরাংসিদা মৈতৈ য়াওদে। মৈতৈপাঙলসু য়াওদে, মখোয়সি তাহ্নোকখিগদবনি হায়বা মুসলমানশিংগী মরক্তা য়াওদবগুম তৌই। মৈতৈপাঙলগী শাফবা অমনা মখোয়গী খুন অয়াম্বা মৈতৈখুনগা থৎননা লৈ। অদুনসু মখোয় ঈরাংদুদা থোইনা থৌশাদবনি।

মৈতৈশিং ঈরাংদুদা য়াওদে হায়রস্য পাখস্তবদি নস্তে। কনানা খঙবা কাঙলুপ অমগা কাঙলুপ অমগা হাপ্নে-শুনবা থোক্রো, মদুগী খু-খূরাই শেন্দবা য়াদে। অদুনা লোম্না লোম্না খুৎলাই শাবা হৌনরকখি, খুৎলাই হায়রিসে থাং-তেম্না অয়াম্বনি। ঐখোয়গী মনীংদা বাপনগী অশুকপা মফমদা নুমিৎ কয়ানি চঙনা থাঙশাং কয়া শাখি। মুসলমান খুন মচা মচা খরদি ময়ূম-মকৈ থাদোক্লদুনা মুসলমান পুংনা তাবা মফমদা থৈদোকপা য়াওনখি। মতম কুইনা মপা-মপূ হাক্তঙগী লৈমিন্নরকপা ইমুংদা ময়ুম-মকৈ, শন-ইরোই, ফৌ-চেঙ শিন্নরমদুনা কোন্নদুনা কপমিন্নরগা ময়ুম থাদোক্তুনা চৎনখিবস্য য়াওরকখি।

হায়না হায়না নোংমদি নুমিদাং মমশিল্লকপতা ঙায়রি নোংপোকলোমদা, আলীপুররোমদা ওইরমাগ্রে, য়ুম মৈ থাবগী মৈঙাল ঙংশং ঙাংনা বাংখৎলকপা উই। মহে মহে পুংলাং লাঙনরকই; মোইবুং খোংবও কাংশি য়ৈবও য়াওনরকই, শোয়দ্রে লান হায়বদো লাক্রে, ইমা-ইবেনেশিংনা পাখৎপা হেল্লি। ঙাইহাক লৈরগা চরাংনবদো নেমথরকখি। ময়াম নে-তানা ঙাইহাক বারী শাগ্নে। মরক্তুদা কনানো অমনা হায়রকই- - দুর্জয় মিস্ত্রিদুবু উদেনেহে। হোয়নে কদায়দা লৈগ্রবা জাৎনো?

ময়াম দুর্জয় মিস্ত্রি কোয়খি খিনরকই। কাইনথংদা ঐখোয়গী মাঙ্গোন কাচিন্দা টেবল মথাদা থাঙশাং পায়রগা ফিভম শেমদুনা লৈরম্বদো থেংনরকই। দুর্জয় মিস্ত্রি নোংপোক পাকিস্তানগী দামাইদগী লাক্লগা ঐখোয়গী লৈকাইদা শাইদাংদুনা লৈরবনি, ছোট-দামাইদগীরা বড়-দামাইদগীরা হায়বদুদি কাউগ্রে। উগী মিস্ত্রি শূই, থাঙ-তা হৈ হায়দুনা খুনগী পাখংমচাশিংদা থাঙ-তাস্য তম্বি। মাগী মতৌদো উবদা মী খরনা নোক্লুরে। দুর্জয় মিস্ত্রিনা শাউরংননা মাগী থোং-নৌরবা মখোলদুদা হায়রকই— ময়াম করিগী নোকপিরিবনো, লান হায়সিদি তম্বা ঙমব্রা, কোমথোকপা য়াদে, য়াম্না চেকশিন্না শেমশাদুনা লৈগদবনি। মী অম-নীনা হায়রকপা য়াওই— আ-দা লান থেংনরক্লবনিনা তৌরিবনি।

মতম খরা মতুংদা স্কুল হাংলে, তৌবগীদি মথক্কী ক্লাশ খরতগীনি। অচৌবা ব্লোক অমদা রিফিউজিশিং লৈরি। হোস্টেলদস্য ব্লোক অমদি রিফিউজিশিংনা কন্দুনা লৈরি, ঐখোয়না অতোপ্পা ব্লোক অমদা। ঐখোয় ছাত্রশিং য়ুম-য়ুমদা চৎনরুরবস্য ঐখোয়গী চাকথোংবশিংদি অদুম লৈহৌই রিফিউজিশিংগী চাক ঈশিং থোংবা য়াওননবা। ঐখোয় হল্লকপদগীদি চাকথোংবশিং মাগী মাগী মথৌদা হঙিন্নরে।

হোস্টেলদা হল্লকপগী নোংম-নিনি মতুংদা ময়াম চিবোন চিবোন ঙাঙনবা হৌরকই — ঐখোয়গী চাকশঙদা নুপী অমা অয়ুক খুদিংগী লাক্তুনা চা থক্রে অদুগা রাজকুমারগা বারী চিকথনৈ। অচুম-অরান খঙনীংদুনা অয়ুক অমা থবক লৈবা শাশিন্নদুনা ঐ চাকশঙদা চঙলুই। ঙাঙনরিবদো অচুম্বা ওইরম্নে, নুপী অমা চাকশঙ

মনুংদা থোঙজিন মরুমদা টুল অমদা ফমদুনা চা থক্লা থক্লা রাজকুমার-দাগা ৱারী শানদুনা লৈরম্মী। মৌনহানি, মশক-মতৌ হাইফেৎ ফজে, চুং-ফিরান চায়, রাশি লৈ, মফি-ময়োল নাম্লি।

নোংমদি তাঙ্গা য়েংদুনা ঐনা হংই— রাজকুমার-দা নঙনা নুমিৎ খুদিংগী চা পীথক্লিবদো কনানো?

রাজকুমার-দানা তপ্না তপ্না খুম্নকই— মরাইবকথীরবী নুপী অমনি হায়বা তাই। মাগী নুপাদো ওজানি হায়য়ে। আ-দা নহা ওইরিবী নুপীশিং লৈবদা তম্বা ঙমদে হায়দুনা মাগী নুপাদুনা খুনগী ময়াম চেনবসিদা য়াওথ্রো হায়দুনা থাদোরকপনি। মাগী নুপাদো তাঙ্গা অমা য়েংলগা লাকনি হায়হৌই হায়। খরা লু-নানবা পাম্বা জাৎনি। ময়ামসিগা চমোৎ চমোৎ লৈবদো হৈনদদুনা ঐগী ইনাক্তা লাক্নুনা ফম্নরিবনি।

— পংহেন্দি হেঞ্জিন্নুনুকো রাজকুমার-দা।

— নখোয়সিমা ওম্থোক্লসু...।

মতম খরা মতুংদা রিফিউজিশিংদো কদায়দনো চৎথ্রে। চৎলমদাইদা রাজকুমার-দাগী মনাক্তা লাক্নুনা মৌনহাদো য়াম্না কপ্লম্মী হায়।

মদুগী মতম খরা মতুংদনি রাজকুমার-দানা থবক থাদোক্নুনা চৎখিবদো। খঙদে, মানা থবক থাদোক্নুনা চৎখিবদুগা রিফিউজি মৌনহাদুনা চৎখিবদুগা মরী লৈনরিগদ্রা নৎত্রগা মতম খরা মমাঙদগী বিষ্ণুপ্রিয়া মচাদগী মশীং হেনবা ঐখোয় মৈতৈমচাশিংনা মাবু লৌথোক্লগা মৈতৈ-বামোন অমা হাপ্নবা ঈরাং তৌরিবদো খঙলক্নুনা তৌরিব্রা।

চৎলমদাইদা রাজকুমার-দানা ইনাক্তা চংঙক্নুনা হায়রম্মী— কুঞ্জবাবু, ঐ চৎলগেকো, ঐনা করিগুম্বা নত্তবা বা হায়খিবা লৈরম্লগদি ঐবু ঙাকপিয়ুকো।

হায়রগা মমায় লৈথোকখি, মপি তৈথোকপা মাম্লি রাজকুমার-দাদো। চহী খরতং ওইরসু লৈরম্বা মফম অসি থাদোক্নুনা চৎপদা মপূক্লিং নুংশিরকপা ওইরম্ব য়াই।

## ২০

১৯৫৪ দা ঐ মেট্রিক থাই। পরীক্ষা লোইবগা পাবোদা হায়— 'মণিপুর কোয়বা চৎলুগে।' পাবোনা হরাও হরাও য়াবিরকখি। নহা ওইরিঙৈদা পাবোসু মণিপুর তোয়না চৎলম্মী। অদুনা ওইরমাস্রে ঐনা মণিপুর চৎলুগে হায়বদা হরাও হরাও য়াবিরকখিবদো।

মণিপুরগী মপান্দা লৈবা মৈতৈশিংনা পুল্সিদা অমুক্তংদা ওইরবসু মৈতৈলৈবাক্তা চৎতুনা শ্রীগোবিন্দগী দর্শন ফংজরবদিকো হায়না লাইনীং ওইনরিবনি। ঐগীদি মদোমদা থোইনা নত্তে। মণিপুরদা চৎলুরবশিংনা হল্লক্রগা লৈবাক অদুগী মরমদা নুংঙাই নুংঙাইবা বারী কয়া লীরবদো তাবদা ঐঙোন্দা লৈবাক অদো উনীংবগী ঈথৌরাংবা অমা কন্না পোকখি। হৌজিকসু নীংশিংলি, মণিপুরদা মতম কুইনা থবক তৌরম্বা আসামী পুলিশ ওফিসার অমনা নোংমা কোর্ট কম্পাউণ্ডগী চা-স্টোলদা মণিপুরগী বারী তৌবদা হায়খিবদো—'মণিপুরমুক নুংঙাইবা লৈবাক অসিবু কদায়দা লৈরিদগে? পোৎচৈনা হোঙলিবা, চাবা-থকপনা হাউরিবা, থোইনসু শাদবা থোইনসু ঈংদবা, পৃথিবীগী লৈমায়দা স্বর্গরাজ্যনি হায়বা য়াই, লৈবদা ওহোক্লা নুংঙাইগ্রে।' অদুঙেগী অশেবশিংনা শৈথাবদা—সনানা ময়ুং কারগা লুপানা মফেন ওইবা লম, চীংনা কোয়না পনশাবা, হাওনা কোয়না পনঙাকপা সনা-লৈবাক মণিপুর হায়বা চীংলোন মাপন বাংমদা লৈবা মঙলানগী সনালৈবাক অদুনা ঐবু খুৎলাম তোয়না কৌখি।

অদুঙেগী মতম ওইরদি চীংলোন মাপন অসি লানবদা খোঙনা তোংজে মরীন্দা নুমিৎ মঙা-তরুক্লিনি চঙগদৌরিবা। পাবোনা পাখং ওইরিঙৈদা চৎখিবদো তোংজে মরীনদনি, মঙা-তরুক্লি চঙলসু চঙনা তোয়না হঙ্গৎ-হন্দা চৎখি। ইবোক্কা কাকাগা ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা চৎখিবদুসু খোঙননি তোংজেমরীন্দা।

হৌজিক্তি প্লেন থোরক্রে। প্লেন্না নোংথক লম্বীদা পুংখায়দগী হেন্না চঙদ্রে, কনা কনাগুম্বনা হায়— চুরুপ মচৈ অমা তুম্বা নংহৌদে। কয়াম শাথীনা তেনশিন্নবনো নুমিৎ মঙা-তরুক্লিগী লম্বীদো !

মতম অদুদা শিলচরদগী ইম্ফাল ফাওবগী প্লেন ভারাসি লুপা তরা

ওইরমান্রে। স্টুডেন্ট কংগ্রেস লৌরগনা লুপা নিপান। মতম লৈতবনা ঐ ছাত্রগী কংগ্রেস লৌহৌব্রে।

ইম্ফাল চৎপগী খোঙচৎ অদুনা পুলিগী অহানবা প্লেন তোংবনি। হয়াও তৃজুংগা লোয়ননা নুংঙাইফম থোকপনি। অদুবু ঐগীদি মদু ওইখিদ্রে, ঐ নুংঙাইফম খঙখিদে। প্লেন্না অমনবা ডাকোতাগা ওইবনে হকচাংনেগা নুংঙাইতবনে মরম অনী পুনম্রে। য়ুমদগী শিলচর ফাওবদো অয়ূক অঙনবদা প্লেন ফাবা নংবা য়াবা গাড়ি লৈতবনিনা নোংমা মমাঙদা নুংথিল অহন-লমন খুরুম্লম্বগা খাকি মচুগী এয়ারবেগতো পায়রগা য়ুমদগী থোরকখিবনি। অহিঙদো ঐনা লৈরম্বা হোস্টেলদা লেকখি। মণিপুর চৎকদৌরিবনি হায়বদুদা হোস্টেলগী মরূপ-মপাংশিংনা য়েনশাং হাউনা পীজখি। মদুদা খরা হেজিনখিমান্রে। নোংঙাল্লগদি মনুং তোয়না চঙবা তাখি। অদুম ফজখিগদ্রা খনবনি, অদুবু প্লেন মনুংদসু অবাবা অমা ওইহনখি। কোইরেঙ্গে এরোড্রোমদা প্লেনদগী কুমথবগা মনুং অচৌবা চঙফম হান্না থিবা তাখি। হৌজিক চঙাঙ্গেগী তুলিহল এয়ারপোর্টতা লৈরিবা খোঙহাম-খুৎহামগী খুদোং চাবা লৈরিবা অসুম হায়না কোইরেঙ্গে প্লেন তাফমদা লৈরমদে। অদুনা খোঙহামফম থিবদা অবাবা অমা ওইখি।

এরোড্রোমগী ওফিসার অমনা চঙশিল্লক্তুনা ঐঙোন্দা হংলে— করি তৌরে, হকচাং ঙমদব্রা?

ঐনা ইকায়বোই করিবোই খুমখি— কৈসু তৌদেদা।

প্লেন তাফমদগীনা সিটি ওফিস য়ৌবগী লম্বীদুনা ঐগী হকচাং নুংঙাইতবদো ঙাইহাক পোথাহনবগুম তৌখি। ইম্ফাল-ডিমাপুর লম্বীগী নাকয়েত্তা পরেং শানা শানা হৌরিবা উপাল-বাপালশিংদুনা ঐগী মিথয়েংতা নত্তনা পুক্লিংবুসু শুম্বাৎখি। শিৎনানরা লম্বীদুদা চাকা মরি পানবা গাড়ি থোইনা চেনবা উদে, একাগাড়িদি ফন্না য়ান্না চেল্লি, নুপাতা নত্তনা নুপীসু একাগাড়ি থৌদুনা চৎলি, একাগাড়ি খরদনা নুপানা থৌরগা নুপীনা ফ্রেমদা তোংদুনা চৎলি। দৃশ্য অসি ঐঙোন্দা অনৌবা ওইনা থোকখি।

সিটি ওফিস য়ৌরে। সিটি ওফিস য়ৌরগদি খনফম থোক্তবা বাফম অমনা ইমাঙদা চোংথোরক্রে। কদায়দনো ঐনা থুংলুগদৌরিবসিবু? মরী-মতা নৎত্রগা অহন-লমনশিংগা খঙন-চান্নবশিংগী ঠিকানা ইদুনা পুরক্লগসু ঐগী ফিভম অসিদা মখোয়গীদা চঙলুগদবদো হঙ্গোইরে। হোটেল অমদা নোংম-নিনি লৈববুদি য়াই, অদুবু মদুদা চঙগদবা শেনফমদো ঐঙোন্দা মরাং কায়না য়াওদে।

খনফম থোক্তদুনা লৈরিঙেদুদা রিক্সাবালা অমনা ঐগী ইনাক্তা চঙশিল্লকই অদুগা হায়রে— লাক্লিব্রা, কদায় চৎকদৌরিবনো?

রিক্সাবালাদো মমিং খঙব্রবসু মশক্তি খঙই, ঐখোয়গী খুনগা হেক থৎনবা খুন বাগাদগীনি। মহাক্না নুংশিনা হংলবদুদা তা-রসিদ খংনীং নীংশিংলক্রে— সিরগাংগী তা-রসিদ, রসিদ চৌধুরী, ইম্ফালদা ওজা ওইনা ওইনা বি এ তমদুনা লৈ হায়বগী

পাউ ঐ খঙই।

রিক্লাবালাদুদা হংই— তা-রসিদকী লৈফম খঙব্রা?

— খঙইনে।

— অদুদি মাগী লৈফমদা ঐবু খরা থিনবিরো।

বাগা, সিরগাং, পালারবোন্দ—খুন অহুমসি অমত্তনি হায়বা য়াই। পালারবোন্দগী নোংপোক্তা বাগানি, নোংচুপতনা সিরগাং। পালারবোন্দনা মৈতে ওাক্তা তাবা, বাগাগা সিরগাংগদনা মৈতৈ-পাঙল ওাক্তা। ইশম শন্নবা খুন ওাক্তনিনা মী পূন্নমক অমগা অমগা মশক মশা অদুম খঙনৈ।

রিক্লাবালাদুনা পাউনা বাজারদা লৈবা তা-রসিদকী লৈফম অদু তান্না ঐবু থিনবিরে। ইথা থাজদনা ঐবু উবদা তা-রসিদ ওকপ্রে, তরাম তরান্না ঐবু কৌশিনবিরে।

ঐগী ফিভমদো উবদা মহাক্কী ফমুংদা ঐবু পোথাউ হায়না হীপহল্লে। থীন্দনা অনকপদা লৈবা ডাক্তর অমদা তানক্ননগা হীদাক-লাংথক খরা লৈদুনা পুরক্লে।

তা-রসিদ য়াম্না ঈং-তম্না মতম পুম্বদা নোকমি নোকমিতা তৌদুনা লৈবা মীনি। লাইরিক ফবদা ঐখোয়গী অদুবাইদা হায়নরিবনি। লাইরবী লুপ্রাবী মমানা য়াম্না কম্না হোৎনজদুনা মেট্রিক ফাওবদি চি-লাউনা তমহনখি। মখা তমথবা ওমদবদগী ইম্ফালদা চৎখিবনি, অয়ুক-নুংথিল থবক মচা অমা তৌরগা নুমিদাং কোলেজদা তম্নবা হায়দুনা। মতম অদুদা ইম্ফাল কোলেজ নুমিদাংগী কোলেজ ওইনা লিংখৎপা কুইপ্রি। হায়রিবা তা-রসিদ অসিনি ঐনা সম্পাদন তৌবা চেফোঙ 'পঞ্জেন'দা মেক্সিম গোর্কিগী 'ইমা' শম্না হন্দোক্লুনা হাপ্না হৌখিবদো। শৈরেংসু ই, মতুংদা পঞ্জেনদসু হাপখি।

তা-রসিদনা লৈরম্লিবদো পাউনা বাজারগী মমৈদনি, হৌজিক গভর্নর রোডকা পাউনা বাজারগী লম্বীগা শম্নহম্লিবা লম্বী মতেক অমা লৈরিবা অসিবাইদনি। মতম অদুদা পাউনা বাজার লম্বীগী নাকয়েৎ অনীমক হাইকেৎ শোঙলি, উরী-বারী নমথিবীনচিংবা হৌরি। লম্বী কোয়লাস থাদে, বাটা মমাঙ হায়নসু খঙনবা জৈন মন্দির লৈরিবা অসিবাইগী মতেক অসিতনি পাক্কা চম্লিবা।

নুমিৎ ছুম্নি-মরিনিরোম তা-রসিদকীদা লৈরগা নুংথিল অমা নুংশা খরা নেমথরক্লগা ঐগী এয়ারবেগতো য়ানশিল্লগা খোঙনা হিয়াংথাং পাংলে। ইম্ফালদগী হিয়াংথাং মাইল তরুকলোমনি, হৌজিক্কীদা হায়রগনা কিলোমিটর মাপল্লোম। নম্বুল তুরেলগী য়েৎথংবো তোর্বান্দা লৈবা লম্বীদা অদুম চখবনি, লম্বীদা নুংঙ্গ্রেংগী নুংঙ্গ্রেং ওাক্তা, কোয়লাস থাবগী মঙ মঙব্রি।

হিয়াংথাং লাইরেম্বীগী চীং লাল্লগা, চীংগী মনীংলোমদা খরা চৎলগা নুপা অমদা হংই— মাইবম ইবুঙোহলগী য়ুম অসিবু....?

শঙ্গারকপা মতম্নি। নুপাদুনা খুম্মকই— আদা অহন অমা শন হোইদুনা

চৎল্লিবসে অসিনি নঙনা হংলিবা ইথৌদো।

ঐনা প্রপ প্রপ চৎথৎতুনা অহন্দুদা খুরুম্নগা হায়রুরে— ঐ কাছাড়দগীনি, রতনগী মচানি। পাবোনা ময়েক চাউনা চাউনা বাহে খরা ইরগা পীরকপা চিঠিদো ইথৌদা লানশিল্লি। চিঠিদো পারগা ইথৌনা হায়রকই—ফরে ফরে, লাক্লো ঐগা চৎমিন্নরসি।

ইথৌগী য়ুমদো ইনা কুম্নগসু লুন-নাম্না পানবগী মমি তাই। মচা-মশু লৈতে, হনুব-হনুবী মতৈ-মনাওতনি পাল্লিবদো। চাব-থকপগী অরাংপা লৈতে, ফৌকোৎ অমা থিল্লিবদো থোইনা ময়েং তাবা উদে। ইথৌগী ময়ুম অশেংবদি ইম্ফালগী য়াইস্কুলদনি। অনীশুবা লাঞ্জাওগী মতমদা লাঞ্জেনবদগী লান লোইরফাওবদা হিয়াংথাংদা অদুম লৈথখিবনি।

ইথৌগীদা লৈবদো ইশুং-ইমান্নবা লৈতবনিনা ঐ য়াম্না হৈনরকখিদে। লৈকাইদুদা লৈবা মামো-ইবোচা কৌদুনা খঙনহল্লে। মামো-ইবোচা ঐখোয়গী ইবোক, হায়বদি পাবোখোয়গী মনেগী মচানি, ঐঙোন্দগী নাউরোল অনীরোম হল্লি। ইবোকতো মণিপুরদা য়ুম পানখিবদগী ঐখোয়না খঙলকপদা মপামদা অমুক্তা ফাওবা লাকখিদে, অদুনা ঐখোয় মাগী মশক উহৌদে। লান মতুংদা পাবোনা মণিপুরদা অনীহন্নক চৎখিবদো অমুক্তি মামো ইবোচাগী লুহোংবা য়াওবনি, অদুগা অমুকখক্লা ইবোক্তো লৈত্রে হায়বা তেলি লাকপদগী শ্রাদ্ধ য়াওবা চৎপনি।

শকখঙনরবা মতুংদা মামো ইবোচানা মরক মরক্তা ঐবু হিয়াংথাং কৈথেলদা পুদুনা চৎলি, হোটেল মচা অমদা হেক হেক চা থকই। চা থক্লা থক্লা ময়াম্না বারী শান্নবদো তায়, তাবদা নুংঙাইবসু য়াওই। নুংঙাইতবসু য়াওই। নোংমদি নুপা অমখক্লা মমান্নবা অমদা হায়— ঐনা হায়ব্রা লৌবাইগা সঙ্গ তৌরুন্নু হায়দুনা, হৌজিক্তি কমদৌরে? মহাক্লা হায়রিবদো হিয়াংথাংদগী খরা হাইথবা লমগী বা ওইরমগদবা মাল্লি। ঐনা খল্লি, ইম্ফালনা হিয়াংথাংবু লৌবাই হায়বা, হিয়াংথাংনা অমুক খরা হাইথবা লমবু লৌবাই হায়বা। নীংশিংলকই, কাছাড়দা ময়াম্না হায়নবদো মণিপুরদদি লৌবাই-ইম্ফাল য়াম্না কন্না খায়বনি।

হিয়াংথাং কৈথেল অয়ুক্তা কায়। চহী অদো চাক য়াম্না তাঙই। ইমুং অয়াম্বা চাক্তা হৈকক্তা পুন্না থোংদুনা চানৈ হায়। অদুনা অয়ুক খুদিংগী হিয়াংথাং কৈথেলদা লোক্তাক্কী হৈকক শনগাড়ি মপোৎ মপোৎ কারকখি, লম্লোনবীশিংনা হৈককশিংদো ঙাইহাক্তদা বানখি। ইথৌখোয়গী ইমুংদো ফৌ-চেঙ মরাঙ কায়না লৈরবসু মরক মরক্তা চাক থোংবদা হৈকক য়াম্নগা চায়। মদুগী মরমদি, ইথৌনা হায়— লৈবাক্লা অবা অনা তাবা মতমদা চারি-থক্রিবদো ঐখোয়সু চাগদবনি, ঐখোয়সু খঙগদবনি। লৈবাক্কী অবা-অনাদা ঐখোয়সু য়াওগদবনি। ফজন্নবা বাখল্লোন্নি। ঐ তুমিন্না ইথৌবু বাখল্লোন অদুগীদমক ভক্তিগা লোয়ননা থাগৎনীংখি।

হিয়াংথাংদা নুমিৎ খরনি লৈরকপদগী ছাত্রমচা খরগসু শকখঙনরে। মখোয়না পুদুনা চৎলি ডাক্তর কমলগী মাধবীদা লৈশি-লৈথোক্লিবা হৈবোকচীং মনাক্তা, কাঞ্চিপুরদা। য়েংহল্লি ঈচেল মাঙথ্রবা চন্দ্রনদী অমদি শেনবি-ঙাকপিনবা লৈত্রবা লাংথবান কোনুংগী লেমহৌরিবা শরুক। হৈবোকচীংবুদি নুমিৎ খুদিংগী লাগ্না উই হিয়াংথাং কৈথেলদগী নোংপোক পানো উপাল-বাপালনা ইশং-শংনো। ডাক্তর কমলনা ফজনা শৈথাদুনা অমর ওইহল্লল্লবা মফমশিংদো মিৎনা খোঙনা উবদা ঐগী বাখলদা মপান নাইদনা হরাও তুজং পোক্লকখি।

নোংমা মামো-ইবোচানা চাক কৌই। অদুবু ঐ করি নুংগীনো হায়বদো য়ৌখি। মহাক্লদি ঐবু য়েংহন্নীংদুনা হরাও হরাও মখোয়গী য়েন্নখাদা লৈরিবা ঙানু মকোন অদো য়েংহল্লি। ঐদি লোইরে, ঙানুশিং অদুগী মথীনে ময়ুংনে চোৎ চোৎ লাউবা মফম অদুগী মনম্না থুক থুক লাউবা পোকহন্দুনা পুকসে মথক মখা ওনখ্রে। কাছাড়দদি অদুম হায়না মৈতৈগী য়ুমদা য়েন-ঙানু য়োক্লদবনিনা ঐঙোন্দা য়াম্না হৈনদনা থোকখ্রে। ঐ চাক্তো ইচা চাদনা হল্লকখি।

হিয়াংথাংদা লৈবদো ইহৈ-হৈনদবগুম উবদুদা ইথৌনা ইম্ফালদা নোংম-নীনি অমুক লৈরুচো হায়দুনা ইম্ফালগী য়ুম্নাম লৈকাইদা লৈবা সনাখ্যা সনাহলদা চিঠি অমা ইরে। সনাখ্যা সনাহল ঐখোয় পোকত্রিঙৈদা ইথৌগা পূম্না পূম্না লাকমিন্নদুনা ঐখোয়গীদা তোয়না লৈরম্মী হায়।

ইম্ফালদা লৈবা মতমদো কাংগী মতম্নি। নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক্না উৎসোব নুমিদাংনা খেম্রি, চাবদা অবাবা অমা ওইখি। পূকসে ফনা বানা খাওখি। তৌবগীদি খেম্রিনি হায়দুনা পামজবগী চাবনি, কাছাড়গী খেম্রি অদুম হায়নদি হাউতে। কাছাড়গী খেম্রিদি হবাই নম্বনিনা মোন মোন লাউনা হাউই। মণিপুরগী খেম্রিদি চাকতা হবাই খরা থাকচিল্লগা য়াইঙনো মচু শঙজিনবনি, য়েনশাং মথেল অনীহুমদুনা চাবা য়াবগী বানি। মতম অদো কাং পালি চাউনা চাউনা পুনবা মতম্নি। কাং পালিদা উৎসোবকা খেম্রিগগী মথক্তা খুবাক ঈশৈসু য়াওরিবনি। কাং মনুংদা খুবাক ঈশৈ শক্তবা মাগোপ অমত্তা য়াওদে, খুবাক ঈশৈনা মাগোপ পূম্নমক পুংনিন।

উৎসোব চাবা তোয়না য়াওবদুদা নোংমদি অহন অমনা ইমাশিদা হংই— কনানো অসিদি?

— মোয় পাবুংগী মরূপ-মপাংশিংগী মচানি। ময়াংদগীনি।

— ও, ময়াং মচা ওইরে!

ঐ পীং লাউই, থরায়সে নুংঙাইতে। খরা লৈরগদি খল্লকই, কাছাড়দা ঐখোয়সু মণিপুরদগী লাকপা মীবু মৈতৈনুপা হায়নরিদুনি, মণিপুরদগী লাকপা নুপানা পোকপা মচাবু 'মৈতৈনুপাগী মচা' হায়না নোক্লবিরিদুনি। কাছাড়বু মণিপুরদা ময়াং লৈবাক কৌই। অদুনা কাছাড়দগী লাকপা মীবু ময়াংমচা হায়বদা থোইনা শাউনিংঙাই ওইদে খল্লকই।

ইম্ফালদা লৈবদগীদি খরা নুংঙাইরে, মরম ওইনা কাছাড়গী মরূপ-মপাং খরা উমবদগী মখোয়গসু কোয়মিন্নদুনা মতম লেপ্লে। রানীপুরগী ইবাই নারান কৈশামপাংতা লৈ হায়রবা তাবদগী মাবু থিরুরে। মতম অদো কৈশামপাং তশেংনা পাং ওইরি, থরো-থম্বাল মনীং তৌনা শাংলি। কৈশামপাং থোং উগী থোং ওইরি। নাউরেম ফাইবোকথোংগী মথক ইনা কুপ্লি। লম্বীগী নাকয়েক্তা খোংবান চাউনা চাউনা লৈরি, মদুদা থরো-থম্বাল শাংপসু য়াওরি।

ইবাই নারান থেংনবদগীদি ঐ নে তারে। মহাক্না কমিউনিস্ট নহারোল খরগা ঐগা খণ্ডনহল্লে। অদুবু মহাকা ঐনা মরম ওইনা উমনীংলম্বদি ঐগী 'মৈরিক' কৌবা শৈরেংগী লাইরিক অমা ফোঙনবগী মতাংদনি। নোংমদি মহাক্না পুবিদুনা চৎলে মহাক্না খণ্ডনবা তরুণ প্রেস কৌবা অমদা। ঐগী লাইরিক মচা অদো য়েংহল্লে। প্রেসকী মপুনা মদু ফোঙবদা লুপা ৭৮ চঙগনি হায়রে। মতমদুদা লুপা ৭৮ পুথোকপগী শক্তি লৈতবনিনা লাইরিক অদো নম্বগী বা তোক্লে। বিপ্লবকী শৈরেংনা মপুং ওইবা লাইরিক মচাদো তুংদসু তাঞ্জা চাদদুনা অদুম ফোঙখিদ্রে। চহী যনা কুইনা লৈরম্নগা নোংমদি ঐবু খণ্ডহল্লমদনা কদায়দনো অদুম মাঙখ্রে।

অকক্লবা করিগুম্বা থবক অমত্তা লৈতবনিনা অয়ুকসু নুমিদাংবাইরমসু ঐগী ইথৌ হায়ববু পংচংতা চৎতুনা ইম্ফাল শহরগী তোঙান তোঙানবা মফম য়েংবনা ওইরে। মরক মরক্তা বাহেংবম লৈকাইগী লম্বীদা চৎনা চৎনা লম্বীগী খুনীংথেক্তা নম্বুল তুরেলগী তোর্বান্দা তেক্লি-তেক্লিবা শঙ অমগী মমাঙদা প্রজাতন্ত্র ওফিসকী সাইনবোর্ড উই। নোংম-ফাদোকসু চঙদুনা য়েংনীংখি। অদুবু থৌনাদি বাৎখি, খণ্ডনবা কনা য়াওদনা মীগী ওফিসতা চঙবা হায়বসে ফজব্রা, ঐবু করি হায়না খনখিনি? নুমিদাংবাইরম অমদি চঙনীংবগী বাখলনা হেঞ্জিল্লক্তুনা চঙলে। ঐ কাছাড়দগীনি, অদুনি অদানি হায়না শক তাক্লে। চহী অনীরোম মমাঙদা ঐনা সম্পাদন তৌবা *পঞ্জেনগী* অহানবা মশীংগী কোপি থাখিবদা প্রজাতন্ত্রনা থাগৎপিরকপদো হৌদোক্লবদা ঐসে থোইদোকপা অতিথি ওইনা লৌখ্রে। নুমিৎ অদুদা প্রজাতন্ত্রগী সম্পাদক জয়চন্দ্রনা ঐবু লুনা তৌদুনা থাগৎপিখিবা হৌজিকসু নীংশিংলি। মহাক্তা নত্তনা মফম অদুদা লৈরম্বা কবি খুমন্থেম ইবোহল অমদি হকচাং শাজেলগী লমদা চাউরবা থৌদাং লৌবিখিবা ওজা শগোলশেম ইন্দ্রমণিনা অঙাং ওইনা মণিপুরী সাহিত্যবু পামজদুনা ঐনা খরা তৌজরিবা অদুগীদমক নুংশিনা থাগৎপিখিবদো ঙসিসু কাউদ্রি। মখোয়গা উমদুনা বারী বাতাই ঙাইহাক শান্নজবা ফংবদুদা ঐঙোন্দা হায়নীংঙাই লৈতনা নুংঙাইজবা অমা ফাওখি।

মতম অদুদা মৈতৈরোলদা ফোঙবা নুংতিগী পাউজেল চেসে *প্রজাতন্ত্র*গা *ঙসি*গতা ওইরমাল্লে। অনীমক ফুলস্কেপ সাইজতগী খজিক্তং হেন্না পাকপা লামায় অনীগী ময়েক চরা চরানা নম্বা খবরনি। ঐনা মণিপুরদা লৈরিঙেদো *ঙসি*গী সম্পাদক

কৈশাম কুঞ্জবিহারীনা খবর য়েনবগী চাংয়েং অমা তৌখি। উখোঙ খরদা উপু অমমম য়াল্লগা মদুদা নুমিৎ খুদিংগী খবরগী কোপি খরা থমখি, খবর লৈনিংবশিংনো মশানা খঙনা খবরগী মমলদো উপুদা থাদরল্লগা খবর লৌখিনবা। চাংয়েং অদো কুইনা চখবা য়াখিদে। খবরদি লৌনখি, অদুবু পৈশাদি থাদরমদবনা অয়াম্বা ওইখি, কনাগুম্বনা পৈশাগী মহৎতা লৈতুম নুংদুম থাদরম্বসু য়াওখি। মীওইবগী লমচৎ শাজৎতা অফবগা ফত্তবগা করম্বনা হেল্লিবা মসিনা খূদম অমনি হায়বা য়াই।

নোংমদি ইথা থাজদনা খাইরম্বন কৈথেলদা ধ্বজ-দাগা থেংনৈ। ধ্বজ-দা শিলচর রামনগরগীনি। মহাকসু শিলচর গবর্নমেন্ত স্কুলদা তম্নকপনি ঐঙোন্দগী ক্লাশ অমা মথক্তা। লাইরিক ফরকখিবনি, অদুবু মেট্রিক মতুংদা মখা তমথবা ঙমখিদে লাইরবা মরম্না। মেট্রিক পাশ তৌবগা সেন্ট্রেল গভর্নমেন্তকী ওফিস অমদা থবক ফংদুনা চঙখিবনি। মহাক্কী ওফিসতি শিলোংদনি, মরক মরক্তা ওফিসকী থবক্তা মরী লৈননা ইম্ফালদা লাকই হায়। মহাক থেংনবদগীদি নুমিদাংবাইরম অয়াম্বা ঐখোয় অনীগী উম্নফমসে উরিপোক মচীন্দা লৈবা এল ব্রদার্সকী হোটেলদা ওইরে। চা থক্লা থক্লা ঐখোয় অনীগী বারী লোইরোইদৌরিবনি, অয়াম্বা মতমদা বাংলা লোন্দা। মহাক বাংলা লোনবা য়াম্না পামজে অদুনা ঐসু মাগী মতুং ইনবা তাখি। ঐখোয় অনীনা বাংলাদা ব্রেং ব্রেং বারী শানবদো তারগা থংনরিবা টেবলদা চা থক্লিবশিংনো ঐখোয়বু মুম্না মুম্না য়েংই। খল্লম্বা য়াই তৌজশারিসে য়েংঙু, কনাগুম্বনা খল্লমগনি— মখোয়সিবু কদায়গীনো। ঐখোয়গী বাখলদনা বাংলা খঙলে হায়বগী ওইদবা নাপল অমা।

নোংমদি মণিপুর সরকারগী এডভর্টাইজমেন্ট অমা থোক্লকই— ভেটেরিনারি ডিপার্টমেন্টতা ফিল্ড এসিস্টেন্ট খরা লৌগদৌরি। ধ্বজ-দানা তোলোব চাবদো উবদা ঐসু চানীংলক্লে। অদুনা মহাক্কা তাম্নদুনা দরখাস্ত অমা ইরগা ভেটেরিনারি ওফিসতা পীশিল্লুরে। মতমদুদা শা-শনগী লাইয়েংশঙ অসি খাইরম্বন কৈথেল ময়োলদা মীগী লাইয়েংশঙ মনাক্তা লৈরম্মী। ধ্বজ-দাগা খঙনবা কিরানী অমনীসু য়াওরম্মী। মতম খরা মতুংদা ইথা থাজদনা চিঠি অমা লাকই— ফিল্ড এসিস্টেন্তকী ট্রেনিং য়াওবা লাক্লো। হৌজিক্কী মতমদা থবক ফংদদুনা খাগী-খামাঙ চেম্নরিবা মতৌ অসিদা ইন্টর্ভিউসু তৌদনা ট্রেনিং য়াওবা লাক্লো হায়না কৌরক্লিবসি অঙকপা অমা ওইবা য়াই, থাজনীংঙাই ওইরোই।

ট্রেনিং অদো ঐ য়াওরুক্লে, মরমদি ঐগী মণিপুর থাদোকপগী নুমিৎ তমখ্রে।

মরক অসিদা নোংমা অমুক ইপূমচা লাকই— ইপূমচা কুঞ্জরাশি। মিংগৌনা য়াদদুনা ইপূমচা কৌবগী বানি, চহীদদি ঐঙোন্দগী পংহন হনবা নম্বে— চহী নিপানমাপল্লোমতনি হল্লিবা। মিংগৌ হায়বসি কাছাড়দদি য়াম্না লুনা খন্নে, ঐখোয়গী য়ুমদদি মিংগৌ নাইদবসি শুকয়া য়াদে। অদুনা পাবোখোয়না ইপূমচাদগী পোকপা য়ানা হল্লবসু মঙোন্দা খুড়ামচা হায়না কৌই।

ইপূমচাবু পোকপা ইবুধৌদো ঐখোয়না ভাব খরা খরা তারকপগী অদুবাইদা ঐখোয়গী কোল্লুপতা লৈরমদ্রে। মখারেকাইদা নুপীমপামগী মনাক্তা ইংখোল মচা অমা লৈরগা লৈরম্লে। অদুবু নোংমক্তা ঐখোয়গী কোল্লুপতা লাকপদি তোক্লমদে, নুমিৎ খুদিংগী লাকই। ঐখোয়গী ইপু-ইপুধৌশিংগী মনুংদা ঐখোয়না মশক খরা খরা উহৌবসি মহাক মতোমতনি। ঙৌরোক ঙৌরদুনা মশা য়াম্না নাল্লি, ঐখোয়গী কোল্লুপতা লাকপদো নোংমতা ফৈজোম-ফুরিৎ চমোৎ-চমোৎনা শেৎলকপা উখিদে। লংত্রিক লংবা পম্প-সু অমুবদো তোংদুনা লাক্কদৌরিবনি। লাকপগা ঐবু কোয়তান তান্নদুনা ফারগা চুপকদৌরিবনি, মীনা ফুবদৌনা ঐনা লাউগদৌরিবনি। অদুবু ইধৌদো পুল্লি থোইনা নুংশাংখিদে, মচানুপী অমগা মচানুপা অনীগা লংশেক্লন্নগা থুপখি। ইবেন্ধৌনা হানখিবরা নৎত্রগা কোনখিবরা হায়বদুদি নীংশিংদ্রে।

পীতৎ-পাতৎলবা ইপূমচা লাইরিক য়াম্না তম্বা ঙমখিদে। পাঠশালা পাশ তৌরগা লক্ষীপুর আর্ল হাইস্কুলদা চহী খরদি তমহৌই। মশা নানবদদি ইপূমচা ইবুধৌ চপচানা লৌহৌই। পাখংমচা ফারকপগী অদুবাইদা মহাক্না শেৎপা ফুরিৎ-খোঙগ্রাউ নোংমতা চমোৎ চমোৎপা উখিদে। ঙৌশ্রোক ঙৌরবা হাফপেন্ট, ঙৌশ্রোক ঙৌরবা ফুরিৎ ঙৌশ্রোক ঙৌরবা নোয়নোয় লাউবা মশাদুদা য়াম্না পকচৈ। লংজমগী ফুরিৎ-খোঙগ্রাউদো ইস্ত্রিগী ফিথুপ তেক্তনবা কন্না হোৎনৈ। কালেনগী শারবা নুংথিলদসু ঐখোয়গী মাঙ্গোন্দা থারিবা টেবল অপাকপা অদুগী মথক্তা ফি অমা থারগা হুমাং জ্ জ্ শিহ্নুনা মফি-মরোল ইস্ত্রি তক্লগদৌরিবনি। মতমদুদা ঐখোয়গী খুন্দা ঐখোয়গীদো থারগা ইস্ত্রি অনী-হুমথক্তনি লৈরিবা, ঐখোয়গীদো পিথ্রাইগীনি। হরাওকুম্মে মতমদদি ইস্ত্রিদো ঙাইহাক্তা পোথাজবা ফংজদে, করি করিগুম্বা মতমদা অমনা নৎত্রগা অমনা পুখিবদগী ফনা কুইনা য়ুমদা হঞ্জিল্লক্তে।

লাইরিক-লাইশু তম্বা তোক্লগা ইপূমচা খুড়াতোনগী চেঙ কারবারদা মতম খরা য়াওবগুম তৌরম্মী। মনীং থুংলক্তদুনা নোংমদি মমাম্নবা অমগা মাঙখি। মতম খরা মতুংদা মণিপুরদা লৈরে হায়বা তাদুনা পাবোনা মণিপুর চৎপগী মতাংগা চান্নদুনা হিয়াংথাংগী ইধৌদা শীন্নরম্মী ফুরিৎ তুবা তম্নবা। পাবোসু অদুঙৈ ইধৌদগীনি ফুরিৎ তুবা তমখিবদো।

ঐনা ইধৌখোয়দা থুংলবা মতমদদি ইপূমচা মখোয়গীদা লৈরমদ্রে। নিঙোম্বমদগী নুপী অমা লৌদুনা নুপী মপামগী অদুবাইদা লৈখ্রে হায়না ইধৌনা তমই। নোংমদি অবোকশিনা ঐবু পুবিদুনা ইপূমচা উনবা নিঙোম্বমদা চৎলি। ইপূমচা লৈরমদে, মেলেরিয়া দিপার্টমেন্টতা থবক অমা ফংদুনা চীংদা কাঙ হিদাক কাপ্পা চৎখি হায়না তমই। ইবোকমচাদো, হায়বদি ইপূমচাগী নুপীদো শাই হাইগৎপা কুইরমগ্রি। ঐবু মশুনি হায়না অবোকশিনা তাকপদগী ইকায়দুনা চেনখিবদগী অদুম থোরক্কখিদ্রে।

ঐ লাক্লম্মী তাবদগী ইপূমচানা ঐবু লৌবা লাক্লিবনি, মখোয়গীদা নোংম-

নীনিভং ওইরসু লৈরুসি হায়দুনা। অদুবু নোংম-নীনিসিদা য়ুমদা হল্লনি হায়দুনা ঐ য়াম্রে। ইপুমচাদো মথবায় নুঙাইত-নুংঙাইতঅ হনখি।

য়ুমদা হনবদদি ঐ প্লেনদা হম্রে, অবাং-লম্বীদা হল্লগে খন্দুনা নোংমদি এম ডি ইউগী বসতা ধর্মশালা মনাক্তগী তোংখলে। মতম অদুগী বসকী ফিভমদি হায়দুনা কান্নদে, ফম্ননবা সিট থারিবদো উগী ফানশাংনি। মদুদা ফমদুনা হনুরবা বস অদুনা ঙেংঙেং হায়না নাহেবদো তানা তানা ডিমাপুর য়ৌবদা হকচাংসে পুমতেক তেকখি।

ডিমাপুর রেল স্টেশনগী মমিং মতম অদুদা মণিপুর রোড স্টেশন কৌরি। মণিপুর রোড স্টেশনদগী টিকেট কল্লগা হোজাইগীদমক ট্রেনদা কাখলে। অয়ুক ওন্তা হোজাইদা থুংলে। হোজাই মতম অদুদা অঙাং ওইরি, হৌজিকী অসুম হায়না তাংল তাংলবা মফি মরোল শেৎতুনা মকে শেমগনি খঙম্রি। দুকান মচা মচাশিং লৈরিবদুদা কাছাড়দগী হোংখিবা মী খরগী মমিং হায়দুনা হংলুবদা ঙাইহাক লৈরদি মখোয় অমনী থেংনবা য়াই হায়রকই। হায়গুন্নদুনা পুং মাপন তরাগী অদুবাইদা মৈস্লামগী তাদো মানসিং উনরে, ঙাইহাক লৈরগা মনাওনুপাসু, মনাওনুপা অরুণ ঐগী লেংগানি, ঐনদি খরা হল্লি। মখোয়দি য়ুম হোংখিবা কুইদ্রি। হরাও হরাওনা মখোয় অনীনা ঐবু মখোয়গী ময়ুম গোচরাদা পুবিরে। হোজাইদগী পংলাপ লাপতে। অদুনা অয়ুক খুদিংগী হোজাই কৈথেলদা চা থকপা থোরকই, অদুগা নুমিৎ খুদিংগী কুম্মৈ ওইনা য়েংই মৈতৈ নুপা-নুপীশিংনা চাউর-চাউরবা মুড়ি বোরা বোরা ময়াম অমা ট্রেনদা থাঙ্গৎকদগী চরাং-মরাং তৌদুনা চেন্নরিবদো। মুড়ি বোরাশিংদো গৌহাটিদা পুরগা তাইরুগদৌরিবনি। নুপা-নুপীশিংদো কাছাড়গী খুঙ্গং কয়াদগী লাইরমন্দুনা হিংবা য়াত্রা লাইবক য়েংগে হায়দুনা যুম হোংলকখিবশিংনি। অদুবু লাইরবা কৌবা লাইদুনা মখোয়বু থাদোকপিবদি তৌদ্রি, ফনা কুইরফাও নামৈ পায়দুনা য়ানবগুম তৌরি।

চয়োলগী কৈথেল অচৌবা ঙাইবা ওইনা গোচরাদা খরনি লৈরে। কৈথেল অচৌবা নুমিত্তদি মায়কৈ মরিদা লৈরিবা খুনশিংগী মী ময়াম হোজাইদা কারকই। নুমিৎ অসিদা অকোয়বদা লৈরিবা খুঙ্গংশিংগী ডাকতা থারকপা চিঠিশিংসু য়েস্থোকই,— ফক অপাকপা অমদা অরাকপা চিঠিশিংদো শন্দোক্তুনা থমই, কৈথেল কারকপশিংদুনা মাগী মাগী খুনগী চিঠিশিংদো পুদুনা চৎখি।

হায়গুম্মদনা কৈথেল অচৌবা নুমিৎ অসিদা ইম্ফান যুবাতীগা থেংনরে। নাউরেমগী ইম্ফান যুবাতী ঐখোয়গী লৈকাইদগী হোংখিবনি মচানুপা মরিগা। অহনদুদি য়ুম হোংখিবা মতুং ইকুই কুইদনা লৈখিদে। মচানুপা অহমগুবা তাদো মধুমঙ্গলদি লাইরিক ফৈ হায়নবনি, তাচৌগী মমান্নবনি, অদুবু মধ্যবঙ্গ তল্লিঙৈদা য়ুম হোংবগা লোয়ননা লাইরিক তম্বা লোইশিনখি। মখোয়না য়ুম হোংবদা লৈকাইগী অহন-লমনশিং য়াম্না কম্নখি। শিলচর ফাওবা বসতা চৎলগা অমুক রেলদা চীংলম্বীগী পৌদা কয়া লান্দুনা চৎখিদৌরিবনি। সরোক কারোংগী বস তোংফম ফাওবা থিন্দোকপদো ঐখোয়

অভাংশিংসু য়াওখি। মখোয়না গাড়ি তোংগ্রফাও ইবোকখোয়গী মপি কংখিদে।

ইন্সানগী মতুং ইন্দুনা মখোয়গী ময়ুম লৈরিবা কুমড়াকাটা তাম্না চৎলে। হাইফেৎ শাংবা লম্বীনি— লৌবুক খরা, উমং-ঝামং খরা। উমং-ঝামং ওইনা তৌবা লম্বীলো য়াম্না খূই, লম্বীগী নাকন অনীদা হৌবা শীংগুৎ-শীংনোংনো নাহই শাদুনা লৈ। মতম অমদা শা-কৈ-শওম য়াম্না থোক্লম্মী হায়। হৌজিকসু মী অম-অনীতা চৎপদি কিন্নরি, চৎনদে।

ইন্সানখোয়গী য়ুমদো য়ুম অমখক্তা নত্তে, মচানুপা অহমগী য়ুম অহন্নি। নৌনা খুন্দাবা মফম্নি, মাগী মাগী ময়ুম মপাদা মানা মানা কোকথোকপা ঙমজবা শিরি অদো মাগী মাগীনি। ইংখোলসু ফনা চাউনা চাউনা ফংনৈ। লিও তোলভোয়গী 'মী অমগী লম কয়া য়াম্না চঙবগে' হায়বা বারীমচাদুদা পাহোম্না লম খোঙ্গী বারীদো নীংশিংহল্লকই। খেন্নবদি পাহোমগীনা লম করাম্বনি, অদুগা মফম অসিদা খুন্দারবশিংগীনা লৌরী-ইংখোল খরতং ওক্লবা লৈজরবদি হায়দুনা লাকপনি।

ঐখোয়না অভাং ওইরিঙেদা ঐখোয়গী খুন্দগী যমুনামুখতা য়ুম হোংখিবসে ফনা য়ামখি। হোজাইগী অকোয়বদা য়ুম হোংবসি মতমদুদা যমুনামুখতা য়ুম হোংবা হায়নরম্মী। মদুগী মরমদি মফম অসিবাইদা খুন্দাবসে যমুনামুখতনা হাম্না হৌখিবননি হায়। ঐনা য়াম্না অভাং ওইরিঙেদা ইহান হাম্না যমুনামুখতা য়ুম হোংখিবা খঙহৌবসে ঐখোয়গা হেক য়ুম্নোম্নবা থাংজমগী ইপূখোয়নি। ইপূগী মশুনুপীদো ঐগী লেংগানি; মমিংসু ঐগা হাইফেৎ মান্নে, কুঞ্জবতী কৌই। চাকথোংবী শাম্নবদা খরা খরা চাউবীশিংনা ঐখোয় অনীবু মতৈ-মনাও শাহল্লি। মখোয়না য়ুম হোংখিবদা ঐ কয়াতা নুংঙাইখিদে, ফনা কুইনা নুংঙাইখিদে।

হোজাই য়ৌরক্লবনিনা গৌহাটিসু য়ৌনীংলক্রে। অদুনা ইন্সানখোয়দগী বিদায় লৌবগা গৌহাটি পাংলে।

গৌহাটিদা হরিনন্দনখোয়গী য়ুমদো থিবদা ঝাখিদে। মণিপুরী বস্তীগী ইনা কুপ্পা য়ুম মচা অমদা হরিনন্দন মমা-মচা ময়াম্বগা লোয়ননা লৈমিন্নরম্মী। ময়াম্বদো ড্রাইভরনি। মখোয়সু ঝামনবদগী সরোক কারোং মনাক্কী য়ুম্ফম মচা অমা লৈজবদো য়োঙ্হোক্লম্নগা য়ুম হোংখিবনি। অদুবু গৌহাটিদসু মখোয়গী ফিভম ফগৎপগী মওংদি উদে। ঐখোয়গী খুন্দা লৈরিঙেদা তৌবা অদুম হায়না গৌহাটিগী ময়োল অসিদসু ইন্সানদো টিনদা উষ্ণা কুথলি, শূমাঙদা উষ্ণা ফৌরি, দেঙ্গিদা উষ্ণা শুরগা তাইরি। মখোয়গী ইমুংতা নত্তে, মণিপুরী বস্তীদা লৈবা মৈতৈ ইমুং খরসু উষ্ণা কারবার তৌদুনা, মুড়ি কারবার তৌদুনা হিংনবা লাক্লরি। শহরনি হায়বগী মমি থোইনা তাদে মণিপুরী বস্তীদা য়ুম অয়াম্বা ইনা কুপ্পা মচা মচা ঙাক্তনি। অকোয়বদা পাংথী-কোমথী ঙাক্তা, মদুদা কবোকংনা কৃককৃক ঈম্ননা চাওখৎকদগী লাক্লরিবা মণিপুরী বস্তীবু করেম্নরি। ☐